# মণিপুরদা
# নোংচুপপলোমগী
# শিক্ষা

১ব ১মুঃ ২শুব ভোলুম

([illegible])

খোমজিল্লবা :—
শ্রীথোকচোম মাঙ্গোলজাও সিংহ

# ৱাহৌদোক

"মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা" হায়বা লাইবিক মচা অমা ওসি ফোংজরিবসি ঐগী ইতিক লৈজব নত্তে। ঐদি হিরম অসিদা মওদ্রং ওইদা লৈজরকপনি। খৃঃ ১৯৫৮ দা মণিপুরগী ইহান হানব ডাইরেক্টর ওফ ইডুকেশন ওইবিরম্ব শ্রীএস ডি বহুগুণনা ঐঙোন্দা হিরম অসিদা ৱাহং মনম মনম হংবিখি। ইরৈবাক্কী শিক্ষা বিভাগতা থবক তৌরগা খঙজদে হায়না খুমগদব ইকাইমনখ্রদুনা খঙনব মচাক কয়া থিজদুনা উক্ত ডাইরেক্টর অসিদা পাউখুম কয়ামুক ঐনা পীজখি। অদুগী মথক্তা অনৌব লাইরিক লাইস্ত খবগা থিজিন্দুনা লাইরিক মচা অসি ইজহৌই। অদুবু মতম খর ফোংব ঙমদদুনা লৈজরক-পদগী শিক্ষা বিভাগনা লাইবিক ফোংনব গ্রান্ট পীনরকপদা ঐগী-সিস্থ যাওবিরকপদগী লাইবিক মচা অসি ১৯৬৭তা অহানবা ওইনা ফোংজখি। মীয়াম্না তোয়না তাকপিবদগী মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা ভোলুম অহানবা ১স্থং অনিশুবা পুন্না ফোংজরে। ইরৈবাকপু নুংশিবিব ইচিন ইনাওশিং অমস্থং ইচন ইচেমশিংনা মণিপুরবু নুংশিবিদুনা অবান অছুই গমস্থং অৱাং অপা তাকপীবক্তুনা লাইরিক অসি মপুং ফাহনবিয়ু হায়বগী মরিদা প্রার্থনা তৌজরি।

ইতি —

ইম্ফাল
তাং ১৭/৪/৮২ ইং

খুাইগী ননাই
শ্রীমাঙ্গোলজাও সিংহ

# ৱারোন খরা

মী ঐখোইসি ঐগী ঐগী থবক্কী ইতিহাস খংনিংবা অসি মহৌশানি। মণিপুরদা হৌজিক কালগী শিক্ষা অসি করম্না হৌখিবা, শন্দোকখিবা অমসুং কবম্না মতমদগী হৌখিবা অসি মী পুম্নমক্কী মফমদা য়াম্না খংনিংবা হিরম অমনি। মতম অতুদা হৌজিক কালগী খবা য়াম্না চান্নবা শিক্ষা অসি করি মবমনা ৱানা হৌদোকখিবা অমসুং শন্দোকপদা রাখিবা অসিনচিংবা মতমতুগী সমাজগী ফিবম অমসুং মীনা করি মরমগী অমসুং করম্না মিৎয়েংনা শিক্ষা অসিবু মতমতুদা য়েংলম্বা অসিনচিংবা সমাজগী ফিবমশিং অসি শ্রীযুক্ত থোকচোম মাঙ্গোলজাও সিংহগী 'মণিপুরদা নোংচুপ-লোমগী শিক্ষা'' হায়বা লাইরিক অসিদগী খংবা ঙমই।

জোনষ্টোন স্কুল অসিনা অহানবা অমসুং অমতা ঙাইবা স্কুল ওইনা শিক্ষা অসি কবমনা পিতুনা লাকপা অসি মী পুম্নমক্না খংনবনি। মাসি করম্না মতমদগী হৌখিবগে হায়বা অসি স্কুল অসিগী ছাত্র অমসুং ওজা অমা ওইনা ঐ ইশানা কোইথি থিতুনা হোৎনবতু শ্রীমাঙ্গোলজাও বাবুগী লাইরিকতগী খংব ঙমলে মাতুদি— খৃ ১৮৮৫-৮৬ চহিদা বেসিডেন্সিদা লিংখৎখিবনি। ভারতপু থোইদোকনা মণিপুরবু নৈতুনা পাল্লম্বা বৃটিশবু ঐখোয়না নিংথিনা খনবা ঙমদে, তৌইগুম্বসুং মহৈ শন্দোকলম্বা জোনষ্টোন সাহেবপুদি তৌবিমন খংবগী মশক ওইব। সন্মান উৎলি। শ্রীমাঙ্গোলজাও সিংহগী লাইরিক অসি নাকন অমদা মণিপুরগী চাং-তম পুম্নমক্কী শিক্ষাগী ইতিহাস পিবা অমবোমদা সমাজগী ইতিহাস পিবা অসি-নচিংবা অসি নিংথিনা পাংথোক্নুনা জ্ঞানগী লাম্বন্দা নিংথিবা লাইরিক অমনি।

ইতি—

শ্রীহৈগ্রুজম নবকান্তা সিংহ

১০।৬।৬৭

সিংজমৈ, ইম্ফাল

সিংজমৈ গার্লস হাইস্কুলগী

তোকখ্রবা হেড মাষ্টর।

Education Minister
Government of Manipur Telephone [ Office—2334
Residence— 398

Imphal
July 18, 1967

I have gone through Shri Th. Mangoljao Singh's ' Western Eudcation in Manipur Vol I ' written in Manipuri I am full of praise for the labour done by the writer to collect the old but very useful records about the development of Western Education in Manipur He has presented his figures in readableManipuri I hope, the book will be liked by educationists as well as general readers

I give my sincere commendations to the writer who is known to me as one who has dedicated his whole life to the cause of education

Sd/-
N Tombi Singh
Education Ministe
Government of Manipur

Phone [ office 280
Res 172

Gram , INSTRUCTION

N.B Sinha
DIRECTOR OF EDUCATION

IMPHAL
Dated 20th July 1967

This book contains valuable information and very inspiring accounts of the early development of education in this region The present volume devoted to a period of 75 years of Western Education in Manipur, will be an important link in the full and comprehensive history of Education in Manipur As the man in the field and at the very source of educational data and statistics Shri Mangoljao Singh writes with ease and confidence. The book, I trust, will be of great interest to students of Educational history.

Sd/ N.B. Sinha
Director of Education
MANIPUR.

Th, Modhu Singh
EDUCATION DIRECTORATE

Imphal
*the 20th August 1970.*

This book the western Education in Manipur Vol. No. II written by Shri Th. Mangoljao Singh, is a nice collection of valuable information and date on the Development of Education in the state for the last 17 years This will be an important link between the past and future particularly in the history of the Development of Education in Manipur

Shri Singh is a resourceful writer with the sense of duty and rasponsibility. During my association with him in the Education Department since July, 1953 I found him devoted to his works and discharged his duties very sincererly.

In fact this will be an inspiration to the members of the staff in the Education Department in particular as weil as the public in general.

**Th. Modhu Singh**



M ANANDAMOHAN SINGH,
Senior Librarian,
Central Library, Imphal

*Imphal, the 10th May, '70*

The facts and figures contained in the Vol. II of "Manipurda Nongchuplomgi Shiksha" are the collections of hard labour Thokchoin Shri Mangoljao Singh has made another valuable contributionto wards the field of the History of Educationin Manipur for the span for the last 17 years from 1947-to1964. The book is worth reading by all.

M ANANDAMOHAN SINGH
Senior Librarian, Central Library,
Imphal

১বা ভোলুম

# য়াওফম তাকপা

## মণিপুরদা শিক্ষা হৌরকপা ব্রিটিশতগী মীংতম্বা ফংবা

## ( ১৮৭২-১৯৪৭ )

## ২শা ভোলুম

## য়াউফম তাবপ

—x—

# অইবগী পুন্সি

শ্রীথোকচোম মঙ্গোলজাও সিংহ এপ্রিল তারিখ ১৭, শগোলশেন মুমিৎ, ইংশোক ১৯১২দা কাকৈথেল থোকচোম লৈকাইদা পোকখি। ক্লাস VII তম্লিঙৈগী মতমদা হিংনবগী পোৎলুম পুরকপা তাবনা মহৈ তম্ব মপুঙ ফাদনা চীংগী লমদা মশাগী চহি ১৭ শুব মতমদা ওজা ওইনা থবক পুখি। ওজা ওইন-ওইনা মেট্রিক ফাওবা মায় পাক্লা লানথোকপা ঙমজখি। চহি ১২ চুপনা চীংগী স্কুলশিংদা ওজা ওইরুরবগী মতুংদা ইডুকেশন ডিপার্টমেণ্টতা চীংগী স্কুলশিংগী য়েংশিন-থৌপুব ওইনা থবক পুব হৌখি। চহি ১১ চুপনা ফম অসি পায়রিহনা চীংমীশিংবু থোইদোকনা মরিং, চোথে, চিরু, কোইরেং, খাঙ্গাল, তমদা তারিব কবুইনচিংববু ইডুকেশনগী মঙাল পীবদা য়াম্না চাউব থৌদাং লৌখি। মতুংদা ইংশোক ১৯৭২ দা এস, আই (ষ্টাট) ওইনা থবক্তগী পোথাখি।

ওজা ওইবগী শিনফমদা নত্তনা লৈবাক-খুন্নাইগী ওইব থবক বয়াদস্থু অতুমক শরুক য়ারকখি। মণিপুর সঙ্গীত নাট্য মহাবিদ্যালয, মণিপুর আর্ট স্কুল, অদোর সিংহ সেবাশ্রমদা সেক্রেটরী ওইনা মণিপুর সংস্কৃত পরিষদতস্থু ওফিস-সেক্রেটরি ওইনা মতম শাংনা থবক পুবিরকখি। ওজা ওইরিঙৈগী মতমদস্থু চীংগী স্কুলশিংগী ওজাশিংগী অপুনব লুপকী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইনস্থু পুবিখি। থবক্তগী পোথারব মতুংদস্থু মতম থর চিলড্রেন্স আইডিয়েল স্কুলগী হেডমাষ্টরগী থৌ পায়বিখি।

ইডুকেশনগী লমদা মণিপুরদা হোংলকখিব মওং অমদি ইডুকেশনগী অকুপ্পা মরোলশিং অসি তুংগী হৌরক্লিব মীরোলগীদমক্তা খনবিহনা "মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা" ১ বা ভোলুম ইংশোক ১৯৬৭ তা পুথোকখি। ১৯৭০দা ২শুবা ভোলুম ফোংদোকখি। মতুংদা ইংশোক ১৯৮৬তা মশাগী চহি ৭৫ তাল্লকপা মতমদা রানা হোৎনহনা ৩শুবা ভোলুম হাপচিল্লকখি।

শ্রীমাঙ্গোলজাও সিংহ ইংশোক ১৯৮৯ গী জুনগী তাং ১৪ দা সংসার থাদোকখি।

# মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা

## খৃষ্টাব্দ ১৮৭২–৯১

### মণিপুর অমসুং শিক্ষা হৌরকপা

---

মণিপুর ভারতকী নোংপোক চিংখৈদা নোংঙাল্লমদাইদা হুন্দোক্লকপা শজিক কৌবা থরাম্মিচাককুম ঙান্দুনা লৈজবা লৈপাক মচা অমনি। মসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মনীং তম্মা পাঞ্জবকই। রাংলব চীংজাও কয়ানা হোরাই ময়াগুম মকোক থিঙ্গং থিঙ্গত্তুনা মরোল কয়া থোক্লা কোযশিল্লি। মযায় চবুক্তা লৈতেম মাম্নরব, মহৈ মবোংনা ইশং শংনা কুপ্লব তম্পাক লৈ। চীংদোল খুদিংদা মরৈবাক নীংজরব মচা কয়ানা অহিং ফাওবা সন্ত্রি নাইহনা মমা লৈমাকপু য়েক্লবনা লাকচখিনি হায়বগী মতাগুম মিংশেং খাংহনা ঙাকচবি। সন্ত্রি তৌফমমক্তদা যুম কৈ লিংহনা অথৌবশিং অহনা খুন শুইনা ছানখি অমসুং মথোয়বু চীংমী হায়না খঙনখি। মতম অহনা "চীংনা কোয়না পনশাব চীংমীনা কোয়না পনঙাকপ" হায়না মমা লৈবাকী মগুণবু শকচ শোক্লরগা পেঞ্জব মচা ঙাক্তগী লৈবাক্লি। মমা লৈবাকপু বর্ম্মাশিংনা হন্না হন্না লান্দারকপদা মচাশিংনা নিপা থোক্লা নোক্লা মথরাই কথোকখি। মমৈথংদা লৈবাক অশিগী নিপা মশীং য়াম্লকখিদে। বর্ম্মাগা লান্বা য়ানবগীদমক্তা হুপীশোনব অমসুং লুখ্রাবীনা অমুক হন্না মযুম পানবা প্রথা নমহনা চংহনখি অমসুং মীশীং য়াম্লক্লুন, বর্ম্মাশিংবু মরৈবাক্তগী নমহনা ভাম্থোকপা

ঙমজখি। য়েরুববু তাম্বোকপুরবদা মচাশিংনা ঙমখৈ লৈতনা হরাও-ড়খি। তৌইগুম্বসুং 'তুরোল্লব অরাইবনি, অরুবদি চারোল্লবনি" হায়ব মৈতৈ পাউরো অসি মরৈবাক কন্নবগী রাখল্লা থুমহৎখিবদগী কনা অমত্তা খল্লহৌরে। মতুগী ফলনা নিংথৌকোন্দা মমা তিল্লদব নিংথৌ মচিন মনাওশিংগী মন্নুংদা থোল্লকপা চক্রিন্দগী মপোকতৈগী সীখা পোক্তরবত্রবা মণিপুর বৃটিশকী মথুন্তা মায়থীব ফংখি। মীখা পোক্লকপগা লোয়ন লোয়ননা নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি মণিপুবদা চংশিল্লকখি।

লৈবাক অসি পীকচরবসু মশাগী সংস্কৃতি শিক্ষা, সভ্যতানচিংব ইতোপ তোপনা লৈজরকই। ভারতকী মফম অতৈগুল্লা মফম অসিদা খুবাল-কৈবান্দা লল্লাই ইন্ফাল থোইনা খায়দে। সমাজগী মন্নুংদা নিপা-মুপী চংহনা নোম্মিন্নৈ। হিরম খুদিংদা নিপা-মুপী অনিমকী দায়িত্ব লৈ। মফম অসি ভারতকী নোংপোক-থোঙ ওইবনা থাংতা শহিংশরা, মুল্লানচিংবা শা-লানগী থবকনা মরু ওইরম্মী। মরম অদুনা শা লানগী শিক্ষানা মরু ওইনা থোকখি। লাল্লুপ শঙ হায়বসি থোইদোকনা শা-লানগী থবকনা মরু ওইরম্মী। অসিদা নত্তনা জ্যোতিষ কবিরাজ, খুৎলি মাইব, অহৈবম, থাংজম, উশুব, চক্শাব, জগোই, নট, পুং ঈশৈ, পেনা, তৌত্রি, পেরে-শেংগা নোইবুংনচিংবা থোংব অমাং কোরি তান্নবা, থোঙ কাংজৈ, শগোল কাংজে, কাং শান্নবা অসিনচিংবগী শিক্ষাসু নিংখিনা নৈনরম্মী। তৌবদদি শিক্ষা অয়াম্ব প্রেক্টীকেলনা মরু ওইরম্মী। ' মৈতৈ ময়েক" হায়হনা তোপ তোপ্পা ময়েক জাৎ অমা লৈবাক অসিদা চৎচরম্মী।

Mr. A Porteous না মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিঙৈদা খৃ: ১৮৯৩-৯৪ দা ময়েক অসি দেব নাগরীদগী শেমদোকপরা হায়বসি খিজিনবনা চুমমই হায়না মানা ফোংবা এডমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টতা ইবিরম্মী। মণিপুরীশিংনা হায়রিবা ময়েক অসিদা শিক্ষা ফংনরম্মী।

নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি বৃটিশশিংনা বাঙ্গালা লোন অমসুং ময়েকনা লময়ান্দুনা লৈবাক মচা অসিদা পুশিল্লকখি। মনীংদা তমহুনা পাঙ্গরকপা মণিপুরীনি। মরৈবাক্কী ওইনা য়েলহৌডৈদগী লৈজরকপা মৈতৈ ময়েক্কি। মখোয়না মৈতৈ ময়েক মুৎথিগদ্রা অমসুং মনীংতম্বা মাংখিগদ্রা হায়বগী পাথৎখি। মরম অদুনা বাঙ্গালা ময়েক্তা শন্দোক্লকপা শিক্ষাবু খংপাম পায়খিদে। মতম অদুদা পৃথিবীদা হৎকন পাঙ্গলব, তৌব ঙম্ব বৃটীশ জাতিনি। অমুক তৌব ঙম্লবসু মণিপুরীশিংগী মপুক্লিংবু জয় হেক তৌবদি ঙমখিদে। পিকচরবসু লৈবাক অসি নিংথৌ পাঙ্গরম্মী। নিংথৌগী রা তাম্ল খোৎননব দরবার অমা লৈরম্মী। লৈবাক্কী শাসনদা নিংথৌনা মতম পুম্নমক্তা দরবার অসিগা তাথোক তাশিন তৌরম্মী।

Sir James Johnstone K.C.S.I. না মণিপুরদা হেক য়ৌবকপদা মফমসিদা ইংলিস স্কুল অমতং লিংথৎকে হায়না খনবিখি। অদুবু মৈদিঙুগী হুকুম ফংদহুনা মহাক্না থবক অদু পায়খৎপা ঙমদনা লৈখি। মতম অসিদা থাঙ্গাল মেজর হায়না কৌব নিংথৌগী অচানব ফম্নাইব অমা লৈরম্মী। সাহেব অসিনা মেজর অসিদা মৈদিঙু সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে সি এস আই দগী ইংলিস স্কুল অমা লৈবাক অসিদা লিংথৎপা য়ানব স্নায়াথং ফংহনবিয়ু হায়না তকশিনখি। থাঙ্গাল মেজরনা হোৎনবিবদগী স্নায়াথং থুনা ফংখি।

হুকুম হেক ফংবগা য়াম্না থুনা খৃষ্টাব্দ ১৮৮৫-৮৬ তা মিডল ইংলিস স্কুল অমা লিংথৎখি হায়বসি সাহেব মশামকনা ইব "My Experience in Manipur and the Naga Hills" হায়ব লাইরিক অদুগী লমাই ১৪৪ দা ময়েক লানা ইরম্মী। স্কুল অসি মাগী মমিং লৌহুনা Johnstone Middle English School হায়না খোনখি।

অমুক Mr. C.WL. Harvey M.C.I.A. India Political Departmentনা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্ট ওইরিঙৈদা জোনষ্টোন স্কুল লিংথৎখিবগী রাফম ১ খৃ:১৯৩১-৩২গী এডমি-

নিব্রেসন রিপোর্টতা পল্লমী । জোনষ্টোন সাহেবনা খৃঃ ১৮৭৭-৮৬কী মনুংদা লিংখৎখিবা স্কুল অহূ ইংখৌক ১৯২৪ ফাওব বাঙ্গালা লৌন অমসুং মরেক তমখি । স্কুম অসিদগী কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না বাঙ্গালা লোন্না ইবা মৈতৈলোন অসি মেট্রিকুলেসন পরীক্ষা ফাওব রিকোগনাইজ তৌখি হায়রবসি রিপোর্ট অহূদগী ফংই ।

National Council of Educational Research & Training Ministry of Education না কোংবা Education in India (1947-61) দা জোনষ্টোন সাহেবনা খৃঃ ১৮৭৭-৮৬ তা মিডল স্কুল অমা লিংখি হায়না ইহূনা লৈব থেংনৈ ।

Major General W. E. Nuthall না মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিঙেদা খৃঃ ১৮৭২ দা বাঙ্গালা লৈবাকী সরকারনা লুপা ৪০০/৫০০গী চে-মুং, লাইরিক লাইশুনচিংবা মীরকুনা স্কুল অমা মণিপুরদা লিংখিসু হায়রি । Extract from Manipur under British Management (1891-1907) Chapter VII Education না অতোপ্পা ইউ পি স্কুল অমগা জোনষ্টোন স্কুলগা খৃঃ ১৯০৫ দা তিল্লহন্দুনা জোনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টারগী মখাদা থমখি হায়না ইরি । মতাং অসিদা পল্লিবা ইউ পি স্কুল অসি Mr. Nuthall গী রিপোর্টতা য়াওরিবা স্কুল অহূবা হায়রব রাখল অমা পোকহল্লি । অসিগুম্ খেন্ন খেন্নব মত কংলবসু নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি খৃষ্টাব্দ ১৭৮২-৮৬ ফাওবগী মনুংদা মণিপুর অসিদা মরু হুমগ্রে হায়না লৌজরে ।

Mr. Nuthall, Mr. Johnstone, Reverened William Pettigrew অমসুং মৈদিঙু সার চন্দ্রকীর্তি সিংহ কে সি এস আই হায়রবা মীকোক মরি অসিদি মণিপুরগী শিক্ষাগী ইতিহাসতা মরেক লানা লৈহৌরগদবনি । মখোয়না নোংচুপলোমগী শিক্ষা পুশিল্লকব হোৎনবদা অরাবা কোক্তায় থাংবিখি । ভারতকী কাচিন অমদা নাইচোম তাহূনা লৈংম্নবা মণিপুরীশিংবু খুৎশঙ্গিহনা

পৃথিবীগী হাউখৎলব জাতি, কুমুদা মশক্কু খুত্তমহনবিনব মৌরাং তৌবিরম্মা।

মৈদিঙু শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজনা লম অমম্তুং স্কুলশং পুখোকপিবে অদম্তুং প্রজা অয়াম্ববু মচা মগু লাইবিক তমহন্নব কন্না তকশিনবিবে। জোনষ্টোন সাহেবনা ওজা থিজ্জনা লইরিক লাইত্ত, চে-মুং লৈহ্না চংগদব শেলগী দাযি লৌবিরে। অদুম্না লৈবাক্কী মবুংডো। অমিনা থাংজ পুজদ্না খৃঃ ১৮৮৫-৮৬ কী মতুংদা রেসিডেন্সিদা হায়বদি হৌজকী চিফ কমিশনারগী ইংখোলমুংদা জোনষ্টোন স্কুল লিংখৎখি। তৌইংবম্তুং য়েলহৌডেদগী মনীংতম্না পাঞ্জরক্কব মণিপুরীশিংনা মখোযগী হান্না লৈজরক্কব মৈতৈ ময়েক থাদোকতুনা বাঙ্গালা লোল অমসুং বাঙ্গালা ময়েক তমগদব য়ান্না লিংজিং-মাংজিংনখি। মবম অদুনা লৌনা থারকলিব পাম্বী অসি খৃঃ ১৮৮১ ফাওবদি স্তুংগ্রং মাংগ্রংনহ্না হিংগনি হায়ব য়ৌনা থাজদনা লৈখি। লাইবক থীব অমনা বৃটিশ সরকারনা নিংথৌ-কোনগী মচিন মনাও খংনজবদা খুং ফিংজিল্লুবদগী য়েংথিনরকতুনা লাঞ্জাউ অমা খৃঃ ১৮৯১ দা খোক্লকখি। লাম অসিদা স্কুলশংগী যুমফম ফাওব থিবং কংদনা পুম্মাং মাংখি অমম্তুং য়েলহৌডেদগী মনীংদা তমহ্না লাকচব মণিপুরনা মাইথিব ফংতুনা বৃটিশ সম্রাজ্যগী করদ রাজ্য অমা ওইখি। হান্না পালব নিংথৌ শাগৈ ফাওবা নিংথৌ ওইহনখিদে; অনৌব শ্রীনরসিংহ মহারাজগী শাগৈগী পিবা থিগৎতুনা চহি ৫ দা ভাইরিবা মৈদিঙু নরসিংহগী পুথাং; চাউব-য়াইবাগী মজাইবুঙো শ্রীচূড়াচান্দ সিংহবু গেজেট অফ ইন্ডিয়া ১৭৫০ ই নং তাং ২১।৮।১৮৯১ ইংগী মখুগা [illegible] গোবনর জেনেরল ইন কাউন্সিলনা নিংথৌ হাপখি। মৈদিঙু শ্রীচূড়াচান্দ সিংহবু খৃঃ ১৮৯৫ দা আজমিরগী মেয়ো কলেজদা লোংচুপ/লামগী শিক্ষা [illegible] থাদোকপিখি।

# মৈদিঙু শ্রীচুরাচান্দ সিংহনা নঙ্গা ওইরিঙৈ

## খৃষ্টাব্দ ১৮৯১—৯৩

খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী মণিপুরলান লোইখ্রে। বৃটিশ জাতিগী তমচনীংঙাই ওইব গুণ অমা লৈ। মজাতিগী কনাংশ্ব অমনা অমুকুং কৈ হায়না খন্দুনা পাযখৎখ্রব থবক অদু ফগৎনব লাক্রব জাতি অসিগী চৎনবিনি। জোনষ্টোন সাহেবনা লিংখৎখ্রব মিডল ইংলিশ স্কুল যুম্ফম ফাওব খিব যৎনা মাংখ্রবনি। খৃ ১৮৯২ গী জুন তারিখ ১ দা জোনষ্টোন স্কুল হাংখি। স্কুল অসি লিংখৎলক পদা জোনষ্টোন সাহেবকা মৈদিঙু শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগা লেপখিব রাস্পেকী মতুং ইন্না ষ্টেটনা রুপা ডাক্তর খানাগী নোংচুপ থংবদ হেক তাইননা স্কুলশং শাব তাখি। তৌইংমন্নবুং ষ্টেটকী খৎচ ফাওব লৈতরুনা রাখিবা মৎন্নি। মবম অদুনা বৃটিশ সরকারনা হান্না শেল পুথোক্লুনা শাব হৌবগা মতুং চহিগী কারকপা খাজ-নাগী শেন্দগী অমুক শংজিনবা হায়না য়ানদুনা স্কুলশং শাবা হৌখি। স্কুলশং অগোং চাদ্রবস্ খৃ: ১৮৯৩ গী মার্চ্চ তাং ৩১ দ স্কুল অসিদা ছাত্র ১১৩ শুখি। তৌইংমন্নবুং লোংনগী কারগী চাংদি ৫৭ লোমন মওইখি। চহি অদুগী অপুনব খরচতি লুপা ৯১৬ যৌখি। ষ্টেট সরকারদগী লুপা ৩৬০ অমশুং ইম্পিরিয়েল ফণ্ডগী লুপা ৩৬০ পুন্না লুপা ৭২০ গ্রান্ট ওইনা কুম অসিদা ফংখি। মবম অসিনা জোনষ্টোন স্কুলনা এডেড স্কুল অমা ওইরকপসি খৃ. ১৮৯২-৯৩ দগীনি হায়না লৌবা য়াই। কুম অসিদা সেকমাইদা ষ্টেটকা এল পি স্কুল অমত্তু লিংখৎখি। সরকারগী স্কুলদা বাঙ্গালা ময়েক অমশুং বাঙ্গালা লোন তম্মখি। খুল্লক ইবক্তুদি ষ্টেট অসিগী মশাগী কৈডংক্রুব মৈতৈ ময়েক অসি অদুম বন্না মতম্মরম্মী হায়না কুম অসিগী এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্টতা ইনম্ব যেংনৈ।

---

# খৃষ্টাব্দ ১৮৯৩-৯৪

কুম অসিদা জোনষ্টোন স্কুলশং শাব লোইবদুনা অঙম অথৌ পুন্নমক তিন্দুনা শঙ্গাখি। কুম অসিগী মার্চ্চ তাং ৩১ দা স্কুল অসিদা অঙাং ৪ হেনগৎলকতুনা ছাত্র ১৯৭ সুখি। নোংমগী কাবগী চাংসু চানদা ৫৭ তা ওইবম্বদগী চহি অসিদদি ৮১ গী চাংদা হাই-গৎলকখি। স্কুল অসিদা ইম্পিরিয়েল ফণ্ডদগী থাগী লুপা ৩০ অমসুং ষ্টেট সরকারদগী লুপা ৩০ পুন্না থাগী লুপা ৬০ লাক্লবসু মসিগী থাগী খরচ লুপা ৮১ যৌবকখি। শেলভিৎ শেলবোইদগী খব ফংলকপগা গ্রাণ্ট ইন এড লুপা ৭২০ (ষ্টেট সরকারদগী লুপা ৩৬০+ইম্পিরিয়েল ফণ্ডদগী লুপা ৩৬০) ফংবগা উচিন নাচিন্না কুম অদুগী অপুনব খরচ লুপা ৮১৩ দু কোন্নখি। কুম অসিদা এল পি স্কুলগী খ্বাইদগী রাংব থাক্কা প্রথম শ্রেণীদা তম্ব অঙাং ৮ খক চহিগী পরীক্ষাদা পাশ তৌখি। অনৌব হেড মাষ্টর অমা হোংনবগী রাকম স্কুল কোমিটিগী মন্নুংদা খন্নখি। মতম অদুদা এল পি স্কুলদা ক্লাস ৫ লৈরম্মী। ৫বা, ৪বা, ৩বা, ২বা অমসুং ১বা শ্রেণী ( ক্লাস ) হায়না মখাবোমদগী হৌরগা ১বা শ্রেণীদা লোইশিল্লম্মী। শ্রেণী খুদিংমক চহি ১/১ গী মতম চংহল্লম্মী।

সেকমাইদা লৈবা এল পি স্কুল অদু কুম অসিদসু অদুম নিংথিনা চথখি। কুম অসিগী ওইনা চাংমীগী মাও থানাদা এল পি স্কুল অমা লিংখি। খুঙ্গংগী ওইনা ২বা এল পি স্কুল অমা থৌবালদা লিংখৎনব স্কুলশং শাদুনা ফাল-মুং থৌরাং তৌখি। ভৌইগুম্বসুং মজাতিগী ময়েক মুংশিবদগী থৌবালগী প্রজাশিংনা স্কুল অদুদা মতা-মসু থাবীঘু হায়ব য়াবিখিদ্রে। অঙাংনা মরাক-পীত্রবদা ষ্টেট সরকারনা স্কুল অদু অদুম চথখিদ্রে। সেকমাই, মাও থানা অমসুং থৌবাল্দা হাল্লা স্কুল লিংখৎখিবগী মরম রাজনীতি ওইনা তৌখি। মতম অদুদা মণিপুরগী জীবিকা ওইব মপান্দা

কুম অসিদা ইম্ফাল এরিয়াদা পেত্রিগ্রু অমসুং তেবা এল পি স্কুল ২ লিংখৎখি। ইম্ফালগী ওইনা ওন্নুবা এল পি স্কুল অমা থাংনৈবন্দদা লিংখৎনবা স্কুলশং শাদুনা ফাল-নুং পুশিন্দুনা স্কুল হৌনবগী থৌদাং পুমনোই লৌইখি। তৌইহৃদসুং লোংভাল্লগা স্কুল হৌগনি হায়বা অহিং অদুমক্তদা মৈতৈ মযেক্তা শিক্ষা পীদু হায়বা যাদবগী ফাল-নুং পুন্নমক্ হুবানবিগ্রে। যুম্নান-কৈরোম্নবশিংদা তখিবা ফাল-নুংশিংদু লোন্না হান্নগী মকমদা অমুক থমজিনবিগ্নু হায়না লাউথোকহনখি। তৌইগুম্নসুং পোৎ অমতা হুনবিবদখিদ্রে। মবম অসিদগী কুম অসিদা স্কুল অদু তম্নখিদ্রে। খুঙ্গংগী ওইনা মোইবাং মায়ংগদা লৈবা ফোইচিং খুন্দা এল পি স্কুল অমা লিংখৎখি। মবম অসিনা খৃঃ ১৮৯৪-৯৫ দা ষ্টেট অসিদা লৈরম্বা স্কুল —

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ইম্ফালদা - | জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুল | ১। |
| ২। | ,, | পেটিগ্রু এল পি | ১। |
| ৩। | ,, | তেবা এল পি | ১। |
| ৪। | খুঙ্গংদা | সেকমাই এল পি | ১। |
| ৫। | ,, | ফোইচিং এল পি | ১। |
| ৬। | চিংদা — | নাওথানা এল পি | ১। |

কুম অসিদা মুপীমচাগী এল পি স্কুল অমতং লিংবা ওম্নগাম্না চাযবসি যাম্না খন্নখি। তৌইগুম্নসু ওজা ওইবিনব নুপী মরুবগী অশা অসি যাম্না য়াৎনা ঘোকখি। ষ্টেট অসিদা যাম্না বিশুনগী তুংনা যুম্নান-কৈরোম্নব নুপী ভাঙ্গান্নমচিংবা জিলাশিংদা চিঠি নংবি শাদুনা নুপী ওজা থিংখি।

কুম অসিদা জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুলগী হেড ওইব ওবক থাদোকখিবদগী থবক পুবিনিংডাই লৈংদু য়াম্না ওন্দখি। মতম অসিদা ভাএশিংগী মপাইবক কবদগী Reverend William Pettigrew সাহেব মণিপুরদা খৃষ্টান মিসন কাংবা শিং-

খৎকে হাযদুনা থুংলখি। তৌইংঙম্নবুং মতম অদুগী ষ্টেট দরবারনা মামা পামজরিবা থবক অদুগী হুকুম পীখিদে। মহাক অসি শিক্ষাগী থবক্তা য়াম্না মথৱাই ওাজব সাহেব অমা ওইরম্মী। মহাকনা জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুলগী হেড মাষ্টর মৈতৈবদুদা ছাত্রশিংনা য়ানবিবদু উবিখিরম্মী। মহাক্না শেল কবিগতা লৌদনা লেম্না হেড মাষ্টরগী থবক অদু পুবিখি। মহাক্না শিক্ষাদা থৱাই যাওবিবা অমসুং ছাত্রশিংবু মচানুপন নুংশিবিব অদুদা ছাত্রদা নহেনা মপা মমা য়োনা হৌরাজেখি। জোনষ্টোন স্কুল অসি মহৌশাগী ইম্পিরিয়েল গ্রান্ট ওইনা লুপা ৩৬০ অহুম আসিদগী থাৱদনা অদুনা ফংখি। ষ্টেটগী লুপা ৫৫২ অমসুং ছৌ-চাই-অপাদগী লুপা ৭৪ ফংদুনা চহি অদুগী স্কুল খরচ লুপা ৯৮৬ তু চপ চানা বোন্নখি। ষ্টেটনা ওনশিন চহিদা জোনষ্টোন স্কুলদা পিংখিবা শেল অসি লুপা ৩৬০ নি। কুম অসিদনা লুপা ৭১২ খরচ তোখ্রে। মসিগী মরমদি জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুল অসি মনিংতা ওইনা কোমিটি অমন শাসন পুই হাযবদনি, মসিগী শেংলিব খরচ মথৌদি ষ্টেটনা পীরবনি। অম্না হায়রবদা ষ্টেটনা মেনেজিং কোমিটী ওইরগা ইম্পিরিয়েল গ্রান্ট ফংব স্কুল অমগুম্না লৈকপনি। কুম অদুদা শিক্ষাগীদমক ষ্টেটনগী তৌখিব খরচ :—

১। জোনষ্টোন মিডল স্কুলদা লুপা ৫৫২।
২। পাঠশালা ৫ দা ৫২১।
৩। স্কুলশং শাবদা — ৩৬৭।
৪। চেকুং অমসুং কাল-কুংদা — — ২৩৭।

মোট লুপা ১৬৭৭।

# ইংশোক ১৮৯৫-৯৬

ইম্ফাল এবিযাদা ওনখিবা চহিদা ফাল হুখিবা থাংমৈবন্দ এল পি স্কুল অহু নৌনা ফাল লৈহ্লুনা ইংশোক ১৮৯৫—৯৬ তদি লিংখৎখি। খুঙ্গংদা মোইবাং এল পি স্কুল লিংখৎখি। চহি অসিদা ষ্টেট অসিদা লৈখিবা স্কুল লিংখৎলকপগী চহি মতুংইন্না মথং-মনাও নাইনা পীজবি।

| স্কুলগী মমিং— | | মখল— | | | লিংখৎখিব চহি। |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | জোনষ্ট্রোন | মিডল ইংলিশ স্কুল— | | | ১৮৮৫—৮৬ |
| ২। | সেকমাই | এল | পি | ,, — | ১৮৯১—৯৩ |
| ৩। | মাও থানা | , | ,, | ,, | ১৮৯৩ —৯৪ |
| ৪। | পেটিগ্রু— | , | ,, | ,, | ১৮৯৪—৯৫ |
| ৫। | তেবা— | , | ,, | ,, | ১৮৯৪—৯৫ |
| ৬। | ফোইচিং | , | ,, | ,, | ১৮৯৪—৯৫ |
| ৭। | থাংমৈবন্দ | , | ,, | ,, | ১৮৯৫ —৯৬ |
| ৮। | মোইবাং | , | ,, | ,, | ১৮৯৫—৯৬ |

কুম অসিদা সেকমাই এল পি স্কুল অসি অঙাং লৈরক্তহুনা মুংথৎখি। মতুগী মহুত্তা ইম্ফাল এবিযাদা এল পি স্কুল অমা লিংখৎখি। কুম অসিদা পেটিগ্রু তেরা অমসুং থাংমৈবন্দ এল পি স্কুল অহুম অসি অঙাং ১৩০/১৩০ চন্নবা চাউনা শাদোকখি। মুংঙাইব অমনা ইম্ফাল এবিযাদা লিংখৎলকপা স্কুল খুদিংমক অঙাং হেক্তা চন্নক্তে। মসি উবদগী বাঙ্গালীশিংনা জীবিকা ওইনব হৌজ থেংখাং ২রক পাটশালা লিংখৎখি। মখোয়না লিংখৎলকপা স্কুল অহুম্ অহানবদা অঙাংনা পিক হেক্তা থনখি। মতুংদা ফি লৌগনি ছায়বা হেক খঙলকপদা অঙাং পুন্নমক কোজোল তাকপগুম তাকখিহুনা স্কুলগা ওজাগদা মরেপহৌখি। মতম অসিদা স্কুল লিংখৎপদা খুদোং ছাদ্রবদি মতিক চাব ওজা ফংলমদে অমসুং থর

কুন অসিদা মণিপুরগী ইহান হানব নিম্ন প্রাইমারী বৃত্তি পরীক্ষা হৌখি। অমাং ১৮ থক পরীক্ষা থাখি। অমাং ৮ পাশ তৌখি। মখোয়গী মনুংদা অমাং অমথক্তি ফার্ষ্ট ডিভিজনদা ফজনা পাশ তৌখি। মাবু থাগী লুপা ৩ গী হিসাবতা চহি ২ বৃত্তি পীখি।

ষ্টেটকী চহিতুদা চংখিব শেল :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোন স্কুলদা | — | লুপা ৫০০ |
| ২। | পাঠশালা জোগী তঙ্গব | . | ১৭৫১ |
| ৩। | লাইবিক-লাইশু-চে-লুংদা | .. | ৭৫১ |
| ৪। | ফাল-লুং + স্কুলশং শেমদা | ... | ৩১৯ |
| ৫। | উথ্রুলদা স্কুলশং শাবদা | ... | ৮৯৫ |
| ৬। | তমদা অনৌবা স্কুলশং শাবদা | | ৪০৩ |
| | | অপুনবা লুঃ | ৪,৬১৯ |

—:(O).—

# খৃষ্টাব্দ ১৮৯৭-৯৮

খৃঃ ১৮৯৭-৯৮ দা থৌরান্দা থুঙ্গংগী হবা স্কুল অহৈনা লৈপ-হন্নগদবরু অহল লমনশিংনা মচা-মস্ত্র স্কুলদা থাও হাযব য়াবিখিদ-বনা লৈখিদ্রবনি। মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা স্কুল লিংখৎনবক্রবদা অহল লমনাশং অতু কুম অসিদদি এল পি স্কুল পায়কখি। মবম অতুদগী ষ্টেটনা মফম অসিদা এল পি স্কুল অমা লিংখৎখি। কুম অসিদা লৈব স্কুলগী ফিবম মথাদা উচ্চরি।

| এরিয়া | স্কুল মথল | মশীং | ছাত্র মশীং | নোংমগী কাবগী চাং। |
|---|---|---|---|---|
| ইম্ফাল | এম ই | ১ | ৪৩ | ২৩ |
| ,, | এল পি | ৪ | ৫৬৮ | ৩৭৩ |
| থুঙ্গং | ,, ,, | ৩ | | |
| চাং | ,, ,, | ২ | | |
| | মোট | ১০ | ৬১১ | ৩৯৬ |

কুম অসিদা ৪গুবা আসাম রাইফলসদা রেজিমেন্ট স্কুল অমা লিংখৎলকখি। মরম অদুনা গুর্খা মচাশিং যাম্না চৎখিবনা জোনষ্টোন এম ই স্কুলগী ছাত্র মশীং হনখি। অদুগা কুম অসিদা এপ্রিল থাদগী নবেম্বর থা ফাওবসি মণিপুরগী কাচিন-কোইয়া ফাওবা শীনব থুংনা অনা-তযেক য়াম্না থোকখি। মরম অসিদগী কাবগী চাং অসি যাম্না ফজখিদে।

মণিপুবগী শিক্ষাগী ইতিহাসতা কুম অসি যাম্না নীংশিংনীংঙাই ওইখি। Reverened William Pettigrew না ওনবেবী ইন্সপেক্টব ওইবিদুনা মণিপুব স্কুল পুম্নমক য়েংবিখি। মহাককী suggestion মতুংইন্না কাছাড়দগী শ্রীক্ষেত্রিমযুম মুপলসিংহ কৌবা মণিপুবী অমা কৌথোকতুনা ইনস্পেক্টিং পণ্ডিত হাপখি। মহাক্না এল পি স্কুল মখৈ চৎতুনা য়েংখি। হৌখিবা চহিদা নিম্ন প্রাইমারী স্কুল বৃত্তি পরীক্ষাদা পাশ তৌখিবা অঙাং ৮গী মমুংদা অঙাং অমদি থাগী বৃত্তি লুপা ৩ চহি ২ গীদমক পীখি হায়না পঙ্গ্রে। চহি অসিদা লেমহৌব অঙাং ৭ অদুম্মু থাগী লুপা ২/২ পীদুনা মপুক্লিং থৌগৎপীখি। কুম অসিদা শিক্ষাগীদমক ষ্টেটনা লুপা ৪,৭৬০ খরচ তৌখি :—

খরচকী মওং :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোন স্কুলদা গ্রাণ্ট ওইনা লুপা | ৫০০ |
| ২। | প্রাইমারী স্কুলগী ওজাগী তলবতা ... | ১,৭৯৬ |
| ৩। | স্কুল শঙদা— | ৪৯৭ |
| ৪। | ইনস্পেক্সনদা— | ৪০০ |
| ৫। | অচোই অপাদা— | ৪০৬ |
| ৬। | লাইব্রিক লাইস্ত ১মুং চে-মুংদা— | ১,১৬১ |
| | মোট | ৪,৭৬০ |

—:(৩):—

## ১৮৯৮-৯৯

কুম অসিদা থাঙ্গা অমসুং নিংথৌখোংদা এল পি স্কুল ১/১ লিংখৎতুনা ষ্টেটকী স্কুল ১২ সুখি। মখোযগী অবুপ্পা মওং:—

| এরিয়া— | | স্কুল মখল— | মশীং— | ছাত্র— | নোংমগী কাবগী চাং |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | সহর | এম ই | ১ | ৫৫ | ২৯ ১৭ |
| ২। | ,, | এল পি | ৪ | | |
| ৩। | খুঙ্গং | এল পি | ৫ | ৮০৯ | ৫১৮·৭৯ |
| ৪। | চীং | ,, ,, | ২ | | |
| | | মোট | ১২ | ৮৬৪ | ৫৪৭ ২৬ |

কুম অসিদা থা ২ দি মণিপুরদা অনাবা অচৌবা থোকখিহ্না ছাত্র ইকা কাখিদে। লাইবক থীব অমনা জোনষ্টোন এম ই স্কুলগী হেড মাষ্টাব বাবু মোহেশ্বনদাস থবক থাদোকুন চৎখিবদগী অনৌব হেড মাষ্টাব অমা হাপ্পবা নাঁ ফংদবনা স্কুল অসি হেড মাষ্টাব যাওদনা চহিহুগী অযাম্ব শরুক চথখি।

কুম অসিদা অন্না-মুঙাই অনিমক্কা তিনব থৌদোক অমা লৈবাক মচা অসিদা থোকখি। অঙাংগী মপা মমা কনা গমতনা স্কুল কাগন্থ হায়না বিংব লৈখিদ্রে। মবন অহুনা শিক্ষাগী থবক পুৰিৰিব অওম্বশিংগী মপুক্লিং ওমখৈ লৈতনা পেঙ্গখি। তৌইগুম্বসু তুংগী ফিবম মুম্না উশিনবিব অমসুং অঙাংবু মচা মগুমক্লি হাযনা খন্দুনা তুংশিৰিব থবগী মপুক্লিংদা য়াদব ওমদবা মতাং অমম্ম লাকখি। ছাত্র ওইবিবা মচা মগুশিংনা কত্তব থবক করা পাযখৎলক্লবসু মপা মমা ওইবশিংনা খিংব লাকপা করিমতা তৌখিদে, উন-উন উদবগুম লৈখি। মতম অসিদা ছাত্রশিংগী মমুংদা চুরুপ থকপা অসি য়াম্না লেপ্পা মওং ওইনা খমখি। শৈশা ২গী চুরুপ অহুম তৌরম্মী। শেল তিংথোক্লুনা হকচাং মাংনব লাঙ্গৈন লেপশিনব মতবা লমচৎ অসিবু মওমহুগী অহল লমনশিংনা খিংনব হোৎনদে হায়হ্না মতম অহুগী পোলিট্রিকেল এজেন্ট Mr Maxwell না

মণিপুরী মচাবু হেন্না মুংশিবিবগী মওং ওইনা এডমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টতা মথন্নায শৌক্না তেংথাখি।

পেটিগ্রু সাহেবনা ওনেরেরি ইনস্পেক্টব ওইনা স্কুল খুদিংমক ৩/৩ লক য়েংবিখি। কাছাডী ইনস্পেক্টরগী পণ্ডিত অমনা থা খুদিংগী স্কুল খুদিংমক অমুক অমুক্তং যেংনব কন্না লাক্নবিখি। মুভাইব অমনা মতম অমদা য়াম্না শাথীনা মচামশু লাইরিক তমহল্লোই হায়না থিংলম্বা তাংখুল ইপা-ইপলশিং অহু মচা-মশুগী লাইরিক তম্বদা মথন্নায় লুপখি। উখ্রুল স্কুলদা তম্বা অঙাং ৩৩ গী মনুংদা অঙাং ২৩ দি ইংরেজী লোল তম্বা হৌখি। মসিগী খবক পায়বিবিব Mr Pettigrew বু ষ্টেট সবকাবনা য়াম্না থাগৎনখি। মুপী ওজা থিবহু কুম অসি যৌর ফাওবদা ফংখিদে। তৌইওশম্মং কুম অসিদা মুপীমচা অনিথক ইম্ফাল এবিযাদা মমিং চল্লকখি। কুম অসিদা হাযবদি খৃঃ ১৮৯৮-৯৯ দা মণিপুরগী মুপীনা লাইরিক তম্বা ইহান হান্না হৌখি। ষ্টেটকী অঙম্বশিং অহুম্ম কুম অসিদগী মুপী ওজা থিবদা অমুক্তা হেন্না মথন্নায যাওবিখি।

ষ্টেটকী খরচ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোন্দা দান | লুপা | ৪৮০, |
| ২। | প্রাইমারি ওজাগী তলব | ,, | ২৭৪০, |
| ৩। | লাইরিক তম্নসুং চে মুংদা | ,, | ৮৩৮, |
| ৪। | স্কুলশংদা | ,, | ১৮, |
| ৫। | ইনস্পেক্টরন্দা | ,, | ৫৮৬, |
| ৬। | বৃত্তিদা | ,, | ২০০ |
| ৭। | ফাল-মুংদা | ,, | ৪৩৫, |
| ৮। | অচোই অপাদা | ,, | ১৯০, |
| | মোট | ,, | ৫,৫৬৭, |

– :(O): –

# খৃঃ ১৮৯৯-১৯০০

ঐখোয়গী ভারত জাতিদা নত্তনা শতাব্দি অনৌবা হৌবদা চাউখৎপা উৎনিংবসি বৃটিশ জাতিস্মু তৌবম্মাল্লে। চহিসিদা মুপী ওজা ফংনবা অমস্তুং স্কুল মশীং হেনগৎনবা ইনস্পেক্টীং ষ্টাফ চাউথোক্লবা হান্নদগী হেন্না কন্না লাক্লখি। মবন অহুনা কুম অসিদা ইম্ফাল এরিযাদা এল, পি, স্কুল ২ অমসুং খুঙ্গং এরিযাদা ফোইচিংদা এল, পি স্কুল অমা লিংখৎখি। মুংঙাইব অর্মদ মতম কুইনা খোয়াংনা ওাইরক্লব মুপা ওজা অমা কুমসিদা যংলহুনা খৃঃ ১৮৯৯ গী ডিসেম্বর থাদা মুপীমচাগী এল, পি স্কুল অমা মোইরাংখোমদা লিংখৎখি। স্কুল হৌব মুমিত্তা মুপীমচা ১২ মিং চনখি। খৃ. ১৯০০ গী মার্চ তাং ৩১ দা স্কুল অসিগী অপুনব ছাত্রী ৫৩ স্নখি। তৌইহন্বস্মু তমথিরব তোকঙা অমনা ছাত্রী অয়াম্ব স্কুল কাহনখিদ্রে। নাপ চাদ্রব মী খবনা স্কুল অসিগী ছাত্রীশিং অসি ইংরেজা খিত্তং ইব-পাব হেক ঙম্বদা মখোযবু বিলাত্তা পুশিনখিগদৌরিবনি হাযজিনখি। মহুগী ফলনা ছাত্রী অযাম্বা স্কুল কাখিদ্রে। শিক্ষাগী থবক পুবিবিব অঙম্বশিংনা মতম য়াম্না চংনা অমস্মুং য়াম্না রানা তোকঙা অসি মুথৎখি। ওম্থোক-পনি। শিক্ষাগী ইতিহাসতা অসিগুম্ব তোকঙাগী রাফম থেৎপা ভাখি অমস্মুং লাক্কদৌবা শতাব্দিদা করি থোক্লগদ্রা হাযনা চিংনখি।

মুংঙাইব অমনা কাছাড়া মণিপুরী ইনস্পেকটিং পণ্ডিত অমতা ওাইরম্বদগী মৈতৈ মচা অমা হাপচিল্লক্কুনা ওফিসার ২ সিনা তমগী এল, পি, স্কুল পুম্নমক নিংথিনা য়েংব হৌখি। পেটিগ্রু সাহেবস্মু মহৌশাগুম ওনেরেরি ইনস্পেক্টর ওইবিহুনা স্কুল পুম্নমক অমুক অমুক্কং থুংনব চৎপিখি।

খৃঃ ১৯০০ গী মার্চ তাং ৩১ দা লৈব স্কুলগী ষ্টেটিষ্টিক্স মখাদা শপ্পপ্না পীজল্লি।

স্কুল

| এরিয়া | মখল | মশীং | ছাত্র | নোংমগী কাবগী চাং |
|---|---|---|---|---|
| ১। ইম্ফাল | এম, ই | ১ | ৫০ | ৩৯.২৮ |
| ২। ,, | এল পি | ৬ | | |
| ৩। খুঙ্গং | এল পি | ৬ | ৯৪৪ | ৬২৩ ১২ |
| ৪। চীং | ,, , | ২ | | |
| অপুনবা | | ১৫ | ৯৯৪ | ৬৬২.৪০ |

ষ্টেটকী খরচ

| | | |
|---|---|---|
| ১। জোনষ্টোন | লুপা | ৪৮০, |
| ২। এল, পি, ওজাগী তলব | ,, | ৪৭৫০, |
| ৩। লাইবিক লাইশু অমসুং চে-লুংদা | ,, | ৭১৫, |
| ৪। ফাল-হুংদা | ,, | ৫৫৫, |
| ৫। স্কুলশং | , | ৪৯৯, |
| ৬। ইনস্পেক্সন | ,, | ৪৩২, |
| ৭। বৃত্তি | ,, | ৩২০, |
| ৮। ইচোই অপা | ,, | ৪৩৫, |
| অপুনব | ,, | ৮,২৮৬, |

কুম অসিদা লুপীমচাগী মোইরাংখোম এল, পি, স্কুল অসি তাং ৩১।৩।১৯০০ দা লৈবরম্ন মসিগী ষ্টেটিষ্টিক্স কুমসিদা হাপখিদ্রে। মতুংগী চহিদা হাপচরে। ষ্টেটিষ্টীকী চৎনবী ওইনা মার্চ তাং ৩১ দা ক্লাস লৈত্রবদি স্কুল অহু লৈরে হায়না লৌনরকই। লুপী স্কুল অসি তোকওা রাখোক্তা ছাত্র অমতা কানরমদোমরম অহুনা স্কুল অসি কুমসিদা হাপখিদবনি।

## খৃ: ১৯০০-০১

কুমসিদা খুঙ্গংগী এল, পি, স্কুল ১ গা লিংখত্তুনা খুঙ্গংগী স্কুল ৭ সুখি। মখাগী স্কুলগী ষ্টেটিষ্টিক্স অসি যেংবিসি —

| এরিয়া | স্কুল মখল | স্কুল মশীং | ছাত্র-ছাত্রী | লোংমগী কাব |
|---|---|---|---|---|
| সহর | এম, ই, | ১ | ৫০ — ০ | ৩৮ ৮৮ |
| ,, | নুপীমচাগী এলপি | ১ | × — ২২ | ১৬.৪২ |
| ,, | নিপামচাগী ,, | ৬ | ১,১৫৪ — ০ | ৭৭৫ ১৮ |
| খঙ্গং | ,, ,, | ৭ | | |
| চীং | ,, ,, | ২ | | |
| | অপুংবা | ১৭ | ১২০৪ — ২২ | ৮৩০ ৪৮ |

কুম অসিদা জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুলশং অমত্তং নুপীমচাগী এল, পি স্কুল ওজাগী লৈনব যুম শাখি। পেত্রিগ্রু সাহেব কুম অসিদসু মাগী ওনেবেবি ইনস্পেক্টর ওইবিবত্তু অত্তুম মওইবিবি। চহি অসিদা আসামগী ডি পি আই, ডাক্তর বুথ সাহেবনা মণিপুরগী তমদা লৈবিব স্কুল মখৈ নিংথেং তাবিখি অমসুং অবান-অহুই কয়া চুমথোক খোত্তোকপীবম্ম। চহি অদুদা ষ্টেটগী চৎখিব খরচ:

| | | |
|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টো- এম ই | লুপা ৪৮০, |
| ২। | ওজাগী তনব | ,, ৭,৩২৮, |
| ৩। | লাইবিক-লাইশু অমসুং চে-মুংদা | ,, ৫৮০, |
| ৪। | শং শাবদা | ,, ৫,৫২৭, |
| ৫। | ইনস্পেক্সনদা | ,, ৬৮১, |
| ৬। | বৃত্তিদা | ,, ৬২৩, |
| ৭। | অচোই তপাদা | ,, ৪১৮, |

— :(O): —

# খৃঃ ১৯০১—০২

কুম অসিদা তমদা এল পি স্কুল ১ হেন্না লিংখত্তুনা নিপামচাগী এল পি স্কুল ১৬ শুখি। চহি অসুদা ওইখিবা স্কুলগী মওং :—

| | স্কুল মশিং | ছাত্র | ছাত্রী | নোংমগী কাবগী চাং |
|---|---|---|---|---|
| স্কুল মখল | ১ | ৭৩ | × | ৫৮ ৯০ |
| নিপামচাগী এলপি- | ১৬ | ১৩২৮ | × | ৯৭৮ ৩০ |
| মুপী: চাগী ,, | ১ | × | ২৪ | ১৮·২৯ |
| অপুনব | ১৮ | ১৪০১ | ২৪ | ১০৫৫ ৪৯ |

Mr. A. E. Woods, Major I. S. C. না মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিভদা মোইরাংখোম বালিকা এল পি স্কুলগী ছাত্রীশিংনা কাবগী চাং অসি কজদে হায়হনা মহাক মথরায় নুংঙাইখিদে। মানা মৈতৈ ইপা ইপলশিংনা মচা-নিংঙোল লাইরিক তমহন্নীংদে হাযনা মপুক্কা ৱারোবগী মওং ওইনা এডমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টতা ইবিরম্মী।

ষ্টেটকী শিক্ষাদা কুম অসুদা তৌখিবা খরচ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোনদা | রুপা | ১,৮২০ |
| ২। | ওজাগী ৱেনবক্তা | ,, | ৭,৮৯৩, |
| ৩। | লাইরিক অনস্থং চেন্নুংদা | ,, | ১,২২৩, |
| ৪। | ফাল-নুং | ,, | ৫৯৩ |
| ৫। | শং শাবদা | ,, | ৬৬৮ |
| ৬। | ইনাম্পাক্সদা | ,, | ৫২২, |
| ৭। | বৃত্তিদা | ,, | ৬৩৫, |
| ৮। | অচোই অপাদা | ,, | ২০৩, |
| | অপুনব | ,, | ৩৫৫৭ |

কুম অসিদসু পেটিগ্রু সাহেবকী পুকচেল চাউবসু অহুম চখবিরম্মী। মহাক্না স্কুল খুদিংমক থুংনা চত্তুনা মমল য়াম্লব পাউতাক কন্না পীবিখি

## খৃঃ ১৯০২-০৩

চহি অসিদা অনৌব স্কুল অমতা হাপচিনখিদে। কুম অসিদা য়ান্না ওকপা থৌদোক অমা থোকখি। প্রাইমারি শিক্ষা অসি মমারোন্দা পানবগী দমক মৈতৈলোনগী লাইরিক শিনখি। তৌই-ঙম্মদুং অঙাংগী মপা মমাশিংনা হান্নন। তমহন্দে হায়দুনা বাঙ্গালা লোন তমহগনি হায়দুনা মখোয়গী মচামখৈ স্কুল কাহনখিদ্রি, মতম শাংনা স্কুল পুম্নমক থোঙ লোন্দুনা লৈখি। শিক্ষাগী থবক পুখিবিবশিংনা উপায় লৈদ্রদুনা বাঙ্গালা লোন অমুক হন্না তমহনখি।

- :(O):--

## ১৯০৩-০৭

খৃঃ ১৯০৩—০৪ অসিদা এল পি স্কুল ১২ অমগা অমুক লৌশিনখি। চহি অসিদা হান্না খৃঃ ১৮৮৭-৯৮ দগী হৌনা ভর্নেরেরি ইনস্পেক্টর ওইখিরকপা পেট্রিগ্রু সাহেব ১৯০৩-০৪ দা ফম থাদোকপীখি। চহি ৭ অরামন লৌদনা মণিপুরগী সেবা তৌখিরম্বা পেটিগ্রু সাহেবপু ৫ৌখিমল খঙলোইদব কনাহন্বা মণিপুরী লৈরমগনি হায়ব থাজফম থোক্রবনি। মাগী অঙাংবু মুংশিখিবগী য়াঙাং লৈবাক অসিগী মচামক্লম থৌদোক খুদিংদা লোমিন্নব, অন্না অনং থাংমিন্নব মুন্নিং থানা লৈরিমখৈ কাউররোইদবনি। ৫োনাষ্টান স্কুলগী হেড মাষ্টর হেক লৈবক্কবদা ফন চোংশিন্দুনা অরামল লৌবিদনা থবক পুখিখিবা, তমগী মী পুম্নমক। মাগী শকখন্মু নিংশিংনরি। তমদদা নতম্না মানা উখ্রুল লমদমদা মুমথোং খুদিং চংদুনা স্কুলদা অঙাং লাইরিক তমহন্নব হোৎনখিব, অঙাংবু মমুম

তান্না মখুৎ শমহুনা পুবরক্পা মচাগী মহৈ তম্বদা পুক্লিং চংবিত্রব মপা মমাগী মক্কমদা হায়জ খোৎচখিব তাংখুল কনানা মাবু গুসি ফাওবা নীংশিংদব য়াওবগে ? মহাক লৈখিদ্রবসু মণিপুরী পুন্নমক্তা লোয়ননা মতম পুন্নমক্তা হৌজিক ফাওবা মাগী থবক্তগা য়াওন্নজরি।

পেটিগ্রু সাহেবনা থবক থাদোকপাখ্রবদা শ্রীহট্ট জেলাদগী মণিপুরী শ্রীতোন্নু সিংহনা স্কুল যেংবগী থবক পুবিখি। মহাক অসিনা মণিপুরগী ইহান হানবা ডিপুটি ইনস্পেক্টরনি। মহাক অসি কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি এ অমা ওইবমী। অঙাংশিংবু যাম্না লুনা তৌবিরম্মী। মহাকপু খ্বাইনা তোন্নুবাবু হায়না কৌনখি।

চহি খুদিংগী এল পি স্কুল অসি খর খব লিংখৎলক্লমা মশীং হেনগৎলকপসিনা খ্: ১৯০৬-০৭ তদি তমদা এল পি স্কুল ৫২ অমসুং চাংদা এল পি স্কুল ৮ লৈখি। কুম অসিদা হায়বদি খ্: ১৯০৬-০৭ তা জোনষ্টোন এম ঈ স্কুল অসি ছাত্র থামশিন্নকুনা অনৌব কা ৪ থক শমদোকখি। স্কুল অসিদা ওজা অনৌব অমগা হাপচিন্দুনা ওজা ৭ সুখি। স্কুল অসি এম ই গী থাক্তা লৈরবসু কুম অসিদা হাই স্কুলগী ক্লাস অমা হাংখি। কুম অসিদা স্কুল অসিগী লাকপা আয:

| | | |
|---|---|---|
| ১। | সেন্ত্রেল গোবর্ণমেন্টতগী থা খুদিংগী গ্রান্ট | লুপা ৩০, লু: ৩৬০, |
| ২। | টিউসন ফিদগী | ,, ২৫০, |
| ৩। | জোনষ্টোন সাহেবনা থনব শেলগী চহিগী শোন্দোই | ,, ৪২, |
| ৪। | মেটনা অন্নাৎপা শেল | ,, ৪১৫৪, |
| | মোট | ,, ৪৮০৬, |

ওজা ৭ অদুগী তলব অমসুং গুনাগুণ মথাদা উৎচরি : —

| কম | — | তলবকী চাং | — | কালিফিকেশন |
|---|---|---|---|---|
| হেড মাষ্টর | — | লুপা ১৫০ | — | এম এ |
| ২ বা ,, | | ,, ৮০ | | বি এ |
| ৩ বা ,, | | ,, ৬০ | | এফ এ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৪ বা | ” | ” | ২৭, | ম্রেন্ট্রন্স |
| ৫ বা | ” | ” | ২৩, | মিডল ভার্ণেকুলার |
| ৬ বা | ” | ” | ২০, | ইউ পি ( ঢাকা ) |
| ৭ বা | ” | ” | ২০, | হাই স্কুলগী ১ বা |
| | | | | ক্লস ( ক্লাস VIII ) |

—:O:—

## স্কুল অমসুং ছাত্র

## (খৃঃ ১৮৭২—১৯০৭)

| চহি | স্কুল মশিং | ছাত্র |
|---|---|---|
| | এম ই—এল, পি | এম, ই—এল, পি |
| ১৮৭২-৯২ | ১ — × | × — × |
| ১৮৯২-৯৩ | ১ — ১ | ১১৩ — ফংদ্রে |
| ১৮৯৩-৯৪ | ১ — ২ | ১১৭ — ফংদ্রে |
| ১৮৯৪-৯৫ | ১ — ৫ | ১৩৩ ফংদ্রে |
| ১৮৯৫-৯৬ | ১ — ৭ | ৭৩ ৪৮৭ |
| ১৮৯৬-৯৭ | ১ — ৮ | ৫০ — ৫৫৪ |
| ১৮৯৭-৯৮ | ১ — ৯ | ৪৩ — ৫৬৮ |
| ১৮৯৮-৯৯ | ১ — ১১ | ৫৫ — ৮০৭ |
| ১৮৯৯-১৯০০ | ১ — ১৪ | ৫০ — ৯৪৪ |
| ১৯০০-০১ | ১ — ১৫ | ৫০ — ১১৭৬ |
| ১৯০১-০২ | ১ — ১৭ | ৭৩ — ১৩৫২ |
| ১৯০২-০৩ | ১ — ১৭ | ১০২ — ১০৭৯ |
| ১৯০৩-০৪ | ১ — ২৯ | ফংদ্রে — ফংদ্রে |
| ১৯০৬-০৭ | ১ — ৬০ | ফংদ্রে — ২৫৯৫ |

ষ্টেটনা শিক্ষাগী থবক্তা তৌবিখিব খরচ উচ্চরি :—

| চহি | | মোট (লুপা) |
|---|---|---|
| ১৮৯২-৯৩ | — | ৩৬০, |
| ,, ৯৩-৯৪ | — | ৮১৩, |
| ,, ৯৪-৯৫ | — | ১,৬৭৭, |
| ,, ৯৫-৯৬ | — | ৪,৫৮১, |
| ,, ৯৬-৯৭ | — | ৪,৬১৯, |
| ,, ৯৭-৯৮ | — | ৪,৭৬০, |
| ,, ৯৮-৯৯ | — | ৫,৫৮৫, |
| ,, ৯৯-১৯০০ | — | ৮,২৮৬, |
| ১৯০০-০১ | -- | ১৫,৪৩৭, |
| ,, ০১-০২ | — | ১৫,৫৫৭, |
| ,, ০২-০৩ | — | ১৫,৮৫৮ |

:(O). -

## ৩। মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহগী স্নাহাক্তকী ১বা শরুক (১৯০৭—১৯৩১)

### হাই স্কুল।

মথক্তা খৃঃ ১৯০৬-০৭ তা জোনোষ্টোন এম, ই স্কুলদা ক্লাস সেভেন হাপচিনখিবগী ব্রাস্থ পঙ্খরে। শিক্ষাগী থবক পায়বিরিবশিংনা থব্রায য়াওবিবগী ব্রাকম কয়াস্থ মথক্তা হায়জখরে। মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহস্থ লাইরিক তম্বা লোইরহনা হনবিরকথি। খৃঃ ১৯০৭ কী মেগী তাং ১৫ দা শাসনগী থবক পায়খৎপিগ্রে। মৈদিঙুনা নোংচুপলোমগী চাওখৎলব লৈবাক কয়াগী শিক্ষা মপিমরাক মখোয়না চৎলিবা সমাজগী হৌনবী অসিনচিংব মুম্না ভাব তানা খংবিরকপনা মৈত্রবাকী মরাইবক কব ওইখি।

মৈদিঙুনা ইহান হানবদা মণিপুবগী অমতা ডায়জরবা জোনষ্টোন স্কুলদা পুক্লিং হকচাং পুমলৈ লৈশিনবিবতুনা শিক্ষাগী থবক অসি অমুক্কা হেন্না চাউখৎনিঙাই ওইখি। জোনোষ্টোন স্কুল অসিগী কোমিটি মেম্বরদা পোলিটিকেল এজেন্টনা সেক্রেটরিনি, দরবার মেম্বর অনিস্থু মেম্বর ওইরি। মরম অদুনা স্কুল অসিগী শাসন্দা দোপ লাকপগী—রাফম লৈরমদে। শ্রীযুৎ মৈদিঙুনা পুক্লিং অমুক্কা হন্না অসোমদা লৈশিনবিবকপসিনা মখোও শোম্বংমে ৱোক্লুনা স্কুল অসিগী চাউখৎপা মথং মাং হেনগৎলকখি।

খৃঃ ১৯০৯-১০ দদি শ্রীরাজকুমার যুমজাও সিংহ তৌবা মেট্রিকু-লেসন পাবা ময়াবা অঙাং অমা জোনষ্টোন স্কুলদা তম্বিব লোইখি। ছাত্র অসিগী খংচ পুমনমক ষ্টেটনা পাবিবগা শ্রীহট্টতা পাদুনা মেট্রিকু-লেশন পরাক্ষা থাহনখি। ছাত্র অসি থাম্না অনা পাশ তৌরক্লুনা ইম্পিরিয়েল গোবর্নমেন্টকী স্পেসিয়েল স্কোলারসিপ হেনা থাগী লুপা ১০/১০ ফংজখি। মহাক অসিনা মণিপুরগী ইহান হানবা মেট্রিকুলেসন পাশ তৌবা মীশনি।

অমুক্কা এম ই স্কুল অসিদা মেট্রিকুলেসন ক্লাস তম্বী তম্বীদুনা পরীক্ষা থাওবকপসি খৃঃ ১৯১৩-১৪ ফাওবনি। অকোনবগী শোকি অসিদা আসামগী চিফ কমিশনর Sir Archdale Earle K. C I. E. মণিপুরদা লাকখি। মহাক্কা পাউতাক মতুং ইন্না মতুংগী চহিদগী হৌনা স্কুল অসিদা ক্লাস IX থাওবদা থম্লগা ক্লাস X দি মপান্দা থাদোক্লুনা তনহনখি। মসিগী মমাংদা খৃঃ ১৯১০-১১ দা মণিপুর ষ্টেট দরবারদা পুথোক্লুনা স্কুল অসি হাই স্কুল ওন্থোক্লবা থান্না থন্নখ্রবনি। ক্লাস টেন তনগাব ছাত্র মশীংনা য়ামদবনে অমসুং মপান্দা থাদোকপগী খংচনা অদুক য়ামদবনে ছাত্র মশাং য়াম্বা ওই-দুনা লৈবকপুনি।

খৃঃ ১৯২০-২১দদি ক্লাস টেন তমগৎবা ছাত্র মশীং যাম্না শিল্লরবদা দরবারদা স্কুল অসি হাই স্কুল ওন্থোক্লবা থম্নখি। কলিকাতা

ইউনিভৰসিট্রিগী গ্রেজুয়েট ওজা ২গা মিষ্টৰ ফিলপোটসকা ট্রিচিং ষ্টাফতা লৌশিনখি। ফিলপোটস সাহেব ফ্রান্সকী লানফমদা শোকতুনা একটীভ সার্ভিস পাযবা যাদনা লৈবম্মী। মহাক অসি হান্না ইংলণ্ডদা ওজা ওইবম্বনা মাবু টৈটকী থবক তৌবশিংনা পামজ্বনা কৌথোকখি। মাবু খৃঃ ১৯২০ গী ওক্টোবৰ থাদা থাগী লুপা ৫০০ পীজ্বনা হেড মাষ্টৰ হাপখি। কলিকাতা ইউনিভৰসিটিদস্থ স্কুল অসি রিকোগ্নাইজ তৌনবা যাম্না কন্না ইনখি। খৃঃ ১৯২১-২২ দদি স্কুল অসি ফোর্মেল রিকোগ্নিসন ফংখি। মণিপুৰ অসিদা জোনোষ্টোন হাই স্কুলনা নাইতোম থোকপা থাজহনবলি নপসি খৃঃ ১৯৩০-৩১ ফাওবনি। হায়বিবা কুম অসিদা প্রাইভেত হাইস্কুল অমা লিংখৎলবতুনা ষ্টেট অসিদা হায স্কুল ২ শুখি। জোনোষ্টোন হাই স্কুলনা রিকোগ্নিসন কংদ্রবৈতদা ওঙাং য মা নেপিবু পানন পৰিক্ষাদা থাগৎখি। মতুদা ছাত্র কয়া যাম্না লবম্ম, দৰম কংম্বা চেতিং ওয়াম্বা অসিনচিংবা মথাদা উৎচবি।

| চহি | ছাত্র মশিং | | | | | |
| --- | --- | --- | --- | --- | --- | --- |
| | মৈতৈ — | পাঙল | চাংমী — | লোই — | অতৈ = | মোট |
| (১) | (২) | (৩) | (৪) | (৫) | (৬) | (৭) |
| ১৯০৯-১০ | ২৪৫ | ১১ | ২ | ১ | [illegible] = | ২৫৯ |
| ১৯১০-১১ | ২১৫ | ৫ | ১ | [illegible] | ৬ = | ২২৭ |

কুম অসিদা হায়বদি ১৯১০—১১ দা নিম্ন প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষাদা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাশ তৌবকপা অঙাং ওাক্রা থন্দুনা স্কুল অসিদা লৌখি। অতৈ ডিভিজন্দা পাশ তৌবকপা অঙাংশিংগী তম্নব মোইবাংখোম ইউ পি স্কুল অসি জোনষ্টোন স্কুলগী দশা অমা ওইনা থাযদোবখি। অদুন থাযদোক্লকপা চহি অতুক্কুদা ষ্টেটকা ইউ পি স্কুল অমা ওইনা সবাবনা লৌশিনখি। মবম অদুনা কুম অদুদা হান্না লৈরম্ব ছাত্র ২৫৯ দগী ছাত্র ২২৭ তা হন্থখি।

## ছাত্র মশীং

| চহি | মৈতৈ | মৈতৈ-পাঙল | চীংমী | লোই | অতৈ | মোট |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১১-১২ | ২১৭ | ৪ | × | × | ৬ | = ২২৭ |
| ,, ১২-১৩ | ২০৬ | ৩ | ২ | × | ৫ | = ২১৬ |
| ,, ১৩-১৪ | ২৩৮ | ২ | × | × | ৪ | = ২৪৪ |

জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্রনা প্রাইভেট ওইনা মেট্রিকুলেশন পরিক্ষা থাকবদা পাশ ওইব মশীং।

| চহি | পরিক্ষা থাফম | থাকবা ছাত্রমশীং | পাশ তৌবকপ মশীং |
|---|---|---|---|
| ১৯০৯-১০ | শিলেট | ১ | ১ |
| ১৯১০-১১ | শিলেট | ২ | ২ |
| ১৯১১-১২ | শিলচর | ২ | ১ |
| ১৯১২-১৩ | শিলেট | ৩ | ১ |
| ১৯১৩-১৪ | শিলেট | ৩ | ; |

খ: ১৯১৩-১৪ দা শিলেট্টা পরিক্ষা থাব চৎপ ছাত্র ১ পরিক্ষা মমুংদা শিখি। মহাক্কী মমিং শ্রীমুতুম গুলামজাৎ সিংহ কৌই হায়না শ্রীযুক্ত নাম্বুম গুলামজাৎ সিংহনা তাকপিখি। Sir Archdale Earle, K. C. I. E. মণিপুবদা লাকপিখি অমসুং জোনষ্টোন স্কুল য়েংবিখি। মহাক্কী পাউতাক মতুং ইন্না স্কুল অসিদা ক্লাস IX কাওবদা মথমগা ক্লাস X দি মপান্দা চৎহন্নগা তমহনখি।

| চহি | মৈতৈ | মৈতৈ পাঙল | চীংমী | অতৈ | অপুনব |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৪-১৫ | ২৫২ | ৩ | × | ৫ | ২৬০ |
| ১৯১৫-১৬ | ২৩৭ | ৪ | × | ১ | ২৪২ |
| ১৯১৬-১৭ | ১০৫ | ৩ | × | ৬ | ১১৪ |

কুম অসিদা জোনষ্টোন স্কুলগী ক্লাস III অমসুং IV ক্লাস অনি লৌথোকখি অমসুং মতুদা তম্লগ ছাত্র মখৈগী তম্লব থাংমৈবন্দ অমসুং চীংঙাদা ইউ পি স্কুল ২ হৈটনা লিংখৎখি। মরম অদুনা

জোনষ্টোন স্কুলদা ছাত্র মশীং থংহন হুম্থি। অমুবু চহি থরগী মমুংদা থর থর হেনগৎখি।

| চহি | মৈতৈ | মৈতৈ পাঙল | চীংমী | অতৈ | অপুনব |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৭-১৮ | ১০৪ | ৩ | × | ৫ | = ১১২ |
| ,, ১৮-১৯ | ১৩২ | ২ | ৩ | ৪ | = ১৪১ |
| ,, ১৯-২০ | ১৪৩ | ৩ | × | ১ | = ১৪৭ |
| ,, ২০-২১ | ১৫৬ | ৪ | × | ২ | = ১৬২ |
| ,, ২১-২৩ | ১৫১ | / | ২ | ২ | = ১৫৬ |

খ: ১৯২০-২১ দা ওজা মতিক চানা হ'প্পুনা ক্লাস টেন হাপ-চিন্নব থৌবাং লোইখি। মতুংগী চহিদা খ: ১৯২১-২২ দগী কলিকাতা ইউনিভরসিটিনা স্কুল অসিগী ফোর্মেল রিকোগ্নিসন পীখি। স্কুল অসিনা ক্লাস X হাংদ্রিবদা ক্লাস IX পাশ তৌখ্রব ছাত্রশিংগী চমক কবিমত্তা তৌবিখিদ্রবরা হংষব থাকম অমা লাকই। মখোয় অমুবু ষ্টেট স্কোলারসিপ পাঁথোকতুনা শিলোং, ঢাকানচিংব মফমদা থাদোক্তুনা তোঙান তোঙানব শিক্ষা পীখি। মখাদা খুদমগী মশক ওইনা উচ্চরি :-

| চহি | থাকম | হুমখিব তিবম | ছাত্র মশীং |
|---|---|---|---|
| ১৯১৫-১৬ | শিলোং | মেট্রিক | ২ |
| | ঢাকা | ইঞ্জিনিয়ারিং | ১ |
| | গৌহাটি | জরীপ | ৩ |
| ,, ১৬-১৭ | শিলোং | মেট্রিক | ৬ |
| | ঢাকা | ইঞ্জিনিয়ারিং | ১ |
| ,, ১৭-১৮ | শিলোং | মেট্রিক | ১০ |
| | শিলেট | ,, | ১ মৈতৈ পাঙল |
| ,, ১৮-১৯ | শিলোং | মেট্রিক | ৩ |
| | শিলেট | মেট্রিক | ১ মৈতৈ পাঙল |
| ,, ১৯-২০ | শিলোং | মেট্রিক | ৭ |
| | শিলেট | ,, | ২ |

খৃঃ ১৯১৪-১৫ দা রাজকুমার শ্রীভাস্কর সিংহ অমসুং শ্রীঅঙোম দেবেন্দ্র সিংহ শিলোংদা লাইবিক তম্লব ষ্টেটকী খরচনা থাখি। খৃঃ ১৯২১-২২ দগীদি মেট্রিক তম্লব ছাত্র মপান্দা থাদোকখিদ্রে, জোনষ্টোন স্কুলদা তমহন্নব থৌবাং তৌখ্রে। খৃঃ ১৯২২-২৩ দগী হৌনা খৃঃ ১৯৩০-৩১ ফাওবগী শম্লগা হাই স্কুল অসিগী ষ্টেটিষ্টীক্স উচ্চরি :-

ছাত্র মশী

| চহি | —মৈতৈ | —মৈতৈ পাঙল | চীংমী | —বৃটিশ প্রজা | —অপুনব |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯২২-২৩ | ২২৯ | ২ | ৪ | ১১ | ২৪৬ |
| ,, ২৩-২৪ | ২৩৯ | ২ | ৬ | ২০ | ২৬৭ |
| ,, ২৪-২৫ | ২৩৪ | ১ | ৬ | ১৯ | ২৬০ |
| ,, ২৫-২৬ | ২৩২ | ৬ | ৮ | ২০ | ২৬৬ |
| ,, ২৬-২৭ | ২৩৮ | ৩ | ৭ | ২০ | ২৬৮ |
| ,, ২৭-২৮ | ২৫৭ | ৭ | ৬ | ১৮ | ২৮৮ |
| ,, ২৮-২৯ | ২৬৫ | ৬ | ৬ | ১২ | ২৮৯ |
| ,, ২৯-৩০ | ২৬৬ | ৬ | ২৪ | ১১ | ৩০৭ |
| ,, ৩০-৩১ | ২৬০ | ১০ | ১২ | ১৬ | ২৯৮ |

বৃটিশ প্রজা হায়বসি মতম অদুদা লৈবা মণিপুরী নত্তবশিংবু খঙনরম্মী। মতম অদুদা লাইরিক তম্নরম্ব বৃটিশ প্রজা হাযবসিগী মনুংদা গুর্খা, বেঙ্গলী, পঞ্জাবী অসিনচিংবসিনা মরু ওইরম্মী।

## ওজা।

খৃষ্টাব্দ ১৯২২-২৩ দা মিষ্টর ফিলপোটস হেড মাষ্টবগী থবক থাদোকপীখি। মতম কুইনা সেকেণ্ড মাষ্টরগী থবক পুবিবরুব শ্রীযামিণী সুন্দরগুহবু প্রোমোসন পীদুনা হেড মাষ্টর ওইহনখি। হায়রিব গুণ অসি মী চাউদে, পীকই। অদুবু তমথিরব, রাং চাউরব, লাক্স ফানব য়াত্রব কয়াগী থম্মোয় জয় ফজনা ভৌরম্মী। মহাক মকোই থারুম্মী। কনাগুম্ব অঙাং অমনা ফত্তব থবক অমা

তৌবকুব মতমদা মহাক্না অঙাং অহুবু মনাক্তা পুশিল্লগা অঙাংহুবু মুংশিৱিব মওংদা মকোই অহু মখুৎনা নাল্ল-নাল্লহুনা মমল যাম্নব পাউতাক পীৱি। মাগী ৱাঙাং-শাঙাং ফজব অমসুং মপা ১ ওইবগী পুকচেল অহুদা অঙাং অহু হেক্তা লাল্লে হাযজে। অসিগুম্ব গুণ অসিতনা মানা মতম অহুগী ছাত্র পুম্নমক্কী থম্মোয় জব্ব তৌখি হায়বদা হায়মল্লি হাযনা হাযবিবোইদ্রা খল্লে।

খৃঃ ১০২৮-২৯ দা কলিকাতা ৱিশ্বৱিদ্যালয়না মেট্রিকুলেশন পৰীক্ষাদা ভূগোলবু বিষয় অমা ওইনা যাওহনব তাবে হায়ৱিরকখি। মতম অসিদা শ্রীঅবাম্বম ইবুঙোহল সিংহ বি এ, জোনষ্টোন্দা ওজা ওইরম্মী। মাবু জিওগ্রাফি তম্বিনবগী ট্রেনিং থাখি। ওজা অসিনা ইংলিশ, অঙ্ক অমসুং জিওগ্রাফি লৌহুনা বি টি সেকেণ্ড ডিভিজন্দা পাশ তৌৰকখি। মণিপুবদা ওজা অসিনা ইহান হানব বি টি পাশ তৌবনি। মখাদা হেড মাষ্টব যাওদনা ওজাশিংগী গুনাহৎণ পীজরি:-

| চহি | এম এ, | বি এ, | আই এ | মেট্রিক | ননমেট্রিক | অপুনব |
| --- | --- | --- | --- | --- | --- | --- |
| ১৯২২-২৩ | ১ | ১ | ২ | ৬ | ৩ | ১৩ |
| ,, ২৩-২৪ | ১ | ২ | ২ | ৬ | ২ | ১৩ |
| ,, ২৪-২৫ | ১ | ৩ | ২ | ৫ | ২ | ১৩ |
| ,, ১৫-২৬ | ১ | ৩ | ২ | ৬ | ২ | ১৪ |
| ,, ২৬-২৭ | ১ | ৩ | ২ | ৬ | ২ | ১৪ |
| ,, ২৭-২৮ | ১ | ৩ | ২ | ৬ | ২ | ১৪ |
| ,, ২৮-২৯ | ১ | ৩ | ৩ | ৫ | ২ | ১৪ |
| ,, ২৯-৩০ | ১ | ৩ | ৩ | ৬ | ২ | ১৫ |
| ,, ৩০-৩১ | X | ৪ | ৩ | ৫ | ২ | ১৪ |

খৃঃ ১৯৩০-৩১ দগী হৌনা আসামগী এডেড হাই স্কুলদা প্রোভিডেন্ট ফণ্ডগী কান্নব শৰুক অহু জোনষ্টোন হাই স্কুলগী ওজাশিংদম্নু পীখি। অঙাংশিংদা বৃত্তি পীবগী নিয়মসু ১৯২০-২১ দগী থব হোংদোকখি। চহি খুদিংগী পৰীক্ষাগী ফল য়েংলগা ক্লাস

ক্লাসকী অক্ষর অঙাংনা ফংব য়ানব থৌরাং তৌখি। অমুম তৌব অসিদা অক্ষর ছাত্রশিংনা মখোয়গী বৃত্তি মাংদনব কন্না হোৎনজে অমসুং অনোম কনব ছাত্র কয়াগী হোৎনবনীংবগী লম্বীসু হাংবিখি।

মেত্রিক পরীক্ষাগী ফল।

| চহি | পরীক্ষা থাব মশী | পাশ তৌব মশীং | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| | | ফার্স | সেকেণ্ড | থার্ড | অপুনব |
| ১৯২২-২৩ | ৯ | ৪ | ২ | × | = ৬ |
| ,, ২৩-২৪ | ১৩ | ১০ | ১ | ১ | = ১২ |
| ,, ২৫-২৬ | ১৭ | ১১ | ৫ | × | = ১৬ |
| ,, ২৬-২৭ | ১৬ | ফল পাবমদ্রে। | | | |
| ,, ২৭-২৮ | ১৮ | ১২ | ২ | × | = ১৪ |
| ,, ২৮-২৯ | ২৭ | ১৭ | ৬ | × | ২৩ |
| ,, ২৯-৩০ | ২৭ | ১৬ | ৭ | × | = ২৩ |
| ,, ৩০-৩১ | ২১ | ১০ | ১১ | ১ | ২১ |

মেত্রিক পাশ তৌবব ছাত্রনা হাইযাব ইডুকেশন, টেক্নিকেল ইডুকেশন নচিংব তমথব ওমজনব বৃত্তি পীথোক্লনা মপান্দা চৎহল্লি। ননমেত্রিকুলেটশিংনা তম্ব য়াব বিষয় কযাদসু মপান্দা থাদোক্লনা অঙাং কয়া তমহল্লি। মখোয় অত্রুবুসু বৃত্তি পীখি। অসিদা নত্তনা মুপী ওজা ফংব য়াই হায়তুনা খৃঃ ১৯১৫-১৬ তা মুপীমচা ১বু মপান্দা লৈব মিডল ভার্নেকুলাব স্কুলদা তমহন্নব থাদোকখি। খৃঃ ১৯১৮—১৯ দা মিডল ভার্নেকুলার সার্টিফিকেট পরীক্ষা পাশ তৌত্তুনা ইম্ফালদা অমুক হল্লকখি। ষৈই অসিদগী মপান্দা হাইযাব ইডুকেশনগী দমক বৃত্তি পীত্তুনা থাদোকখিব:—

| চহি | আই এ | বি এ | ইঞ্জিনিয়ারিং | মেডিকেল | ভেটিনেরি | সংসকৃত | মোট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১০-১১ | ১ | × | × | × | × | × | = ১ |
| ১৯১১-১২ | ২ | × | × | ১ | × | × | = ৩ |
| ১৯১২-১৩ | ২ | × | × | ১ | × | × | = ৩ |

| চহি | —আই এ | —বি এ | —ইঞ্জিনিয়ারিং | —মেডিকেল | —ভেটিনেরি | —সংসকৃত | —মোট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৩-১৪ | ১ | × | × | ২ | × | ১ | = ৪ |
| ১৯১৪-১৫ | ১ | ১ | ১ | ২ | × | × | = ৫ |
| ১৯১৫-১৬ | × | ১ | ২ | ২ | × | ৩ | = ৮ |
| ১৯১৬-১৭ | × | ১ | ৩ | ২ | ১ | ৬ | = ১২ |
| ১৯১৭-১৮ | ১ | ১ | ২ | ৩ | × | ৪ | = ১১ |
| ১৯১৮-১৯ | ২ | × | ২ | ২ | × | ৬ | = ১২ |
| ১৯১৯-২০ | ৬ | ১ | × | ৩ | × | ৬ | = ১৬ |
| ১৯২০-২১ | ৬ | ৩ | × | ৩ | ১ | ৬ | = ১৯ |
| ১৯২১-২২ | ৪ | ৩ | ৪ | ২ | ১ | ৯ | = ২৩ |
| ১৯২২-২৩ | ৪ | ২ | ৪ | ৪ | ১ | ১০ | = ২৫ |
| ১৯২৩-২৪ | ৪ | ৩ | ৪ | ৬ | ১ | ১২ | = ৩০ |
| ১৯২৪-২৫ | ৪ | ৪ | ১ | ৫ | × | ১২ | = ২৬ |
| ১৯২৫-২৬ | ২ | × | × | ৫ | × | ৬ | = ১৩ |
| ১৯২৬-২৭ | ২ | ২ | × | ৪ | × | ৪ | = ১২ |
| ১৯২৭-২৮ | ৫ | ১ | × | ৫ | × | ৪ | = ১৫ |
| ১৯২৮-২৯ | ৫ | ৪ | ১ | ৪ | × | ৩ | = ১৬ |
| ১৯২৯-৩০ | ৭ | ৬ | × | ১ | × | ৫ | = ১০ |
| ১৯৩০-৩১ | ১ | ২ | × | ১ | × | ৫ | = ২১ |

মথক্কা উৎচত্রিব ছাত্রশিং অসি সবকারগী বৃত্তি ফংদ্রনা তমখিবনি। অসিদা নত্তনা মরম্নাই তমজব ছাত্র কয়াম্ন লৈখি। নখোয়গী ষ্টেটিষ্টিক্সতি ফংজদ্রে। মরম অত্নুনা সরকারগী বৃত্তিনা তমখিব ছাত্র ওাক্তগী হিসাব উৎচরবনি। সরকারগী বৃত্তিনা তম-লুবা ছাত্র খরগী ফংখিব ফল মথাদা উৎচরি।

মণিপুবগী ইহান হানব ওইনা খৃষ্টাব্দ ১৯১৪—১৫ দা শ্রীগোবর্দ্ধন সিংহ কৌবা মেডিকেল ছাত্র অমা অরোইব পরীক্ষা পাস ওইরক্তুনা হল্লকখি। হেক হল্লকপগা ডাক্তর হাপখি।

মহাক অসিনা মণিপুরগী ইহান হানব ডাক্তর ওইখি। খৃঃ ১৯১৫-১৬ তা আসামদা মী ও জরীপ তম্ব থাদোকউবদা পাস তৌদুনা চহি অসিগী মনুংদা অহুম হল্লকখি। খৃঃ ১৯১৬-১৭ তা ঢাকাদা ইঞ্জিনিয়ারিং তম্বলুব শ্রীখোমদ্রাম অঙাংজাউ সিংহ পরীক্ষা পাস তৌদুনা হল্লকখি। হেক হল্লকপগা পি, ডবলিউ, ডি, দা থবক পীখি।

খৃঃ ১৯১৭ তা অমসুং ১৯১৮ গী মচিন্দা ডাক্তর ১/১ থোরক্লুনা হান্নগী ডাক্তর ১গা পুন্না ডাক্তর ৩ সুখি। খৃঃ ১৯২২-২৩ দা সর্ব্ব শ্রীএস, সমরেন্দ্র অমসুং এল, ইবুঙোহলসিংহ কৌবা ছাত্র ২ বি, এ, পাস তৌরকখি। খৃঃ ১৯২৪-২৫ দা বি, এ, ১, ভেটেরিনারি ডাক্তর ১ অমসুং শ্রীইবেংবম গুলামজাৎ সিংহ কৌবা ইঞ্জিনিয়ারিং ১ থোকখি। ইঞ্জিনিয়ার অসি শিলোংদা ইলেট্রিকী থবক অমুক ভমথহন্নবা থাদোকখি।

খৃঃ ১৯২৫-২৬ তা বি, এ, ২ থোকখি। য়াম্না মুংঙাইব অমনা খৃঃ ১৯২৫-২৬ তা তম্ব ছাত্র ২গী মনুংদা অমদি মৈতৈ পাঙল ইচিন ইনাও অমা ওইরম্মী। কুমসিদা তম্লিব মেডিকেল ছাত্র ৫গী মনুংদা অমনা চীংগী ইচিন-ইনাও ওইরম্মী। খৃঃ ১৯২৬-২৭ তা বি, এ ২ পাশ তৌবকখি। খৃঃ ১৯২৮-২৯ মনিণপুরগী ইতিহাসতা নীংশিংব য়াব কুম অমনি। চহি অসিদা মহম্মদ আলিউল্লা বি, এ পাস তৌখি। মহাক অসিনা মৈতৈ পাঙল ইচিন-ইনাওশিংগী মরক্তা ইহান হানব গ্রেজুয়েটনি। শ্রীনবকান্ত সিংহসু কুম অসিদা বি এস সি পাস তৌখি। মহাক অসিনা মণিপুরগী অহানব বি এস সি নি। খৃ. ১৯২৯-৩০ দা বি এ ২ অমসুং ডাক্তর ১ থোকখি। মতম অম্বাইদা পাস তৌদুনা থোক্লকপা ছাত্র অমত্তা লেল্লা লৈখিদে। মণিপুর হেক য়ৌরকপগা থবক অমা হেক্তা সরকারনা পীখি। খৃ ১৯৩১ দা শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ কৌবা ছাত্র অমনা ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়দগী এম এ পাস তৌরকখি। মহাক্না মণিপুরগী ১ বা এম এ পাস তৌবা মশক্নি।

# ইনস্পেক্সন

জোনষ্টোন স্কুল অসি খৃঃ ১৯০০-০১ দা আসামগী ডি পিঁ আই ডাক্তর বুথনা মিংযেং তাবিখি। মহাক্না লাইরিক মতম্বীদা ফংখিবা অশোইবা অডাব কয়া চুনথোকপীরম্মী অমস্থং লাইরিক মতম্বীদা অনৌব নিয়ম কয়াসু তাকপীরম্মী। খৃঃ ১৯০৯-১০ দা আসাম তম্পাক অমস্থং চৈংগী লমদমগী ইনস্পেক্টর ওফ স্কুল Mr. T. O D. Dunn না স্কুল অসি অমুক্তা য়েংবিখি। মহাক্না ইনস্পেকটিং ষ্টাফ অমস্থং ওজাশিংবু ট্রেনিং পীনব ষ্টেট সরকারদা তকপিরম্মী। স্কুল অসিগী সেক্রেটরি অসি মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্টনা ওইবিরম্মী। মানা স্কুল অসিগী অশোইবা অডাব পুন্নমক মুন্না যেংশিনবিবম্মী। খৃঃ ১৯২৬ তা ডাক্তর গুণ্ড আসামগী ইনস্পেক্টরনা অমুক্তা চন্না য়েংবিখি। মহাক্নসু Psychology ওইব পাউতাক খরা পীবিবম্মী।

ষ্টেটকী ওইনা Reverened Pettigrew সাহেবনা খৃঃ ১৮৯৭-৯৮ দগী হৌনা তলবনচিংব অরামল লৌদনা ইনস্পেক্টরগী থবক পুবিখি। মহাকী পাউতাক্তগী বুম অসিদা এল পি স্কুল য়েংনবা কাছাড়ী মৈতৈ অমবু ইনস্পেকটিং পণ্ডিত হাপখি। মৈতৈ ইনস্পেকটিং পণ্ডিত অসিনা তমগী স্কুল পুন্নমক য়েংখি। খৃঃ ১৮৯৯-১৯০০ দা মৈতৈমচা অমসু অমুক হন্না ইনস্পেকটিং পণ্ডিত হাপ্তুনা ইনস্পেকটিং পণ্ডিত ২ সুখি। খৃঃ ১৯০৩-০৪ দা ওনেরেরি ইনস্পেক্টর পেটিগ্রু সাহেবনা থবক থাদোকপীখ্রে। মহাকী মহুৎতা শ্রীতোম্বু সিংহবু শিলেটতগী কৌথোক্তুনা ডি আই ওফ স্কুলস ওইনা হাপখিবগী রারম মথক্তা পল্লখ্রে। মহাক অসি খৃঃ ১৯০৭ কী মার্চ তাং ৩১ ফাওব ডি আই গী থবক পুবিখি। মহাক্না থবক অসি হান্নরিব তারিখ অসিদা থাদোক্তুনা আসাম সব ডিপুটি কালেক্টর ওইখ্র ফাওবদা মণিপুরগী শিক্ষাগী মরমদা খন্দুনতা লৈবিখি। মহাক্না থৌরাং তৌরিবর্ক্কুনা কাছাড়ী মৈতৈ শ্রীচান্দম

গুলাপ সিংহবু মাগী মহুত্তা ডি আই ওফ স্কুলস ওইনা হাপখি। শ্রীগুলাপ সিংহগী তুংদা শ্রীদ্বিজমনি শর্ম্মানা অমুক ডি আই ওইবিখি। শ্রীশর্ম্মানা ২শুবা পৃথিবীগী লাণ্ডাউ ফাওব থবক পুবিখি। লান লোইশিল্লমদাইদা শ্রীলাইশ্রম থাগোই সিংহনা অমুক থবক অদু পায়বিখি। মহাক অসি ভারতনা স্বাধীন ফংব অমসুং মণিপুরদা লংদাই সরকারনা পানব মতম অদু ফাওব থবক পায়বিখি।

খৃঃ ১৯১০ দা ইডুকেশন ওফিস লিংখৎখি। খৃঃ ১৯১১-১২ দা ইনস্পেক্সন ফোরম অমা নমথোক্কুনা স্কুল খুদিংদা য়েনখি। হায়রিবা ফোরম অসি অনিশুব লাণ্ডাউ ফাওবা চৎনখি। খৃষ্টাব্দ ১৯১২-১৩ দা ইনস্পেকটিং পণ্ডিতকী ফম অসি সব ইন-স্পেক্টর ওফ স্কুলস হায়না হোংখি। ডি আই অমসুং এস আই শিং অসিনা স্কুল য়েংৰিবগী মথক্তা ইডুকেশন মেম্বরনা স্কুল অয়াম্বা তোইনা তোইনা য়েংশিনবিখি। চীংদা লৈব স্কুলশিংদি পোলি-টিকেল এজেন্ট, পি এম এস ডি অমসুং এস ডি ও শিংনা চপ চানা ইনস্পেক্টরগী থবক পুবিখি। উখ্রুল লমদমগী স্কুল অয়াম্বদি পেটিগ্রু সাহেবনা য়েংশিনবিখি। চীংগীদমক ইনস্পেকট্রিং ওফিসার অসি থোইনা হাপখিদে, মতম খর চীংদা ই এ সি খর লৈবশিংদু তম্পাক্তা পুথহুনা পুনশিনখি। মতম অদুদা চুড়াচান্দপুরগী ইউ পি স্কুল অমা মুথৎখি। মদুগী হেড মাষ্টাব শ্রীলাইকংবম পবীক্ষিত সিংহবু ইম্ফালদা পুরক্কুনা থমখি। মহাকপু চীংগী এস আই ওইনা শীজিন্নখি। মহাক অসিনা চীংগী এস আই ইহান হানবনি। খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দা তমদা চীংমচাগীদমক চিংডা হিল ইউ পি স্কুল লিংখৎলক্লবদা মহাকপু হেড মাষ্টার ওইনা হাপথুনা থাদোকখি। শ্রীঅথিখো দাইহো কৌবা মাও মচা বি এ বু খৃঃ ১৯৩৭-৩৮ দা সব ইনস্পেক্টর ওইনা হাপখি। অদুবু ২শুবা পৃথিবী লাণ্ডাওগী লম্বী শেম্নকপদা লৈবর কো-ওপরেটিভতা য়াঙখি। মাগী মহুত্তা শ্রীথুপখোলেৎ কিপগেন্না পুখি। ভারতনা স্বাধীন ফংব মতমদা ষ্টেট অসিদা ডি আই অমা অমসুং সব ইনস্পেক্টর ৩ খক্তা মরৈখি।

# ফিজিকেল ইডুকেশন।

মণিপুরদা হায়রিবা শিক্ষা অসি খং: ১৯১১—১২ দা পীরা হৌখি। কুম অসিদা জোনষ্টোন স্কুলদা জিমনাষ্টিকী ওজা অমা হাপ্তুনা অঙাংশিংবু চাং নাইনা তম্বীখি। মোইবাংখোম ইউ পি স্কুল অসি জোনষ্টোন স্কুলগী মশা অমা ওইনা লিংখৎলকপা মতমদসু জোনষ্টোন স্কুলগী ওজাদু চৎতুনা চাং নাইনা তম্বীখি অমসুং মচাক মগুন মরাং বারনা থম্মখি। ছাত্রশিংনা চহিগী মনা পীবা মতমদা মখোযনা তম্মজংকপা মতৈগী হৈশিংবদু উৎচবম্মী। অসিদা নত্তনা ড্রিলগী থবক পুনর ওজা (Teacher in charge) অমা হাপ্লম্মী। ক্লাসকী কেপ্তেনশিংবু মানা ড্রিল তম্বিরগা মখোয়না অমুক ক্লাসকী অঙাংশিংবু তম্বি। ড্রিলগী ওজানা মবক মরক্তা মিৎয়েং চংবি। মমৈ থংদা ক্লাস মাষ্টারনা ক্লাসতুগী ড্রিলগী থবক্তসু Teacher in charge ওইবিখি। চহিগী মনা পীবা মতমদা মখোযগী হৈশিংব উৎচল্লম্মী; রুটিন শেমদা ড্রিলগী পেবিএড হাপই।

ফুটবোল, হোকি, ক্রিকেট অসিনা মপানগী মশান্ন ওইরম্মী অমসুং ইন্দোর গেমসতা কেবোম, ছত্রং, টেবল টেনিস অসিনা মরু ওইবম্মী। গেমসকী ওজানা মিৎয়েং তোইনা তোইনা চংদুনা অচুম্ব মওংদা অঙাংশিংবু শান্নহন্নব থৌরাং তৌরম্মী। হেড মাষ্টর ফিলপোটস সাহেব অমসুং মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহনা শান্নবদা থৱার য়াওবিবদগী আউটডোর গেমসতা যাম্না চাউখৎলম্মী।

# ডিসিপ্লিন।

জোনষ্টোন স্কুলগী ডিসিপ্লিন থাক য়াম্না থাংনা লৈরম্মী। স্কুলগী ক্লাস হৌরমদাই খুদিংদা এসেম্বলী পেরেড অসি নিত্তিগী তৌই। থাংজ নত্তনা মুসিং অতৈদদি প্লাংমদা পেরেড ২/২ রক

তৌই। থা থুদিংগী ডেলি মার্ক মথৈ তিনশিল্লগা ফল অদু ফল্লাংদা থেত্নুনা ছাত্রশিংবু মশা মশাগী গুনাগুণ মশক খঙহনবি। লমচৎ ফজব অমস্তুং মতম চান লেপ্পুনা কাবগী মনা থনম্মী। লাইরিক ফব, শান্নব ফব অসিনচিংবগী মনাস্তু পীরম্মী। ওজা গুরু উন্নগা থুরম্ব, ওজাগী হুকুম য়াওদনা কা থাদোক্কব, হেড মাষ্টরগী হুকুম য়াওদনা স্কুল কোম্পাউণ্ড থাদোক্কব, স্কুল মন্নুংগী অমস্তুং মপালগী ডিসিপ্লিন চপ চানা ওজা অমস্তুং ছাত্র খুদিংমক্না উক্করম্মী। ছাত্র অমবু দণ্ডি পীব তাববস্তু হেড মাষ্টরনা দণ্ডি অদু পীবদা মতিক চারে হায়বদু অঙাং মশামবপু হান্না য়াহল্লগা কোন্না দণ্ডি পী। শন্না হায়রবদা ওজা খুদিংমক্না ছাত্র খুদিংমকী থম্মোয় জয় তৌনব লাক্করম্মী। অদুগী মথক্তা সংস্কৃত অসি কম্পলসরি সবজেক্ট অমা ওইরম্মী। হিন্দুগী লমচত্তা ডিসিপ্লিন্না মরু ওইনা ইবা সংস্কৃতকী লাইরিক্না অন্নাম্বনি। মরম অদুনা স্কুল অসিগী ডিসিপ্লিন থাক য়াম্না ৱাংনম্মী। অসিগুম্বা থাক অসি স্কুল অসিনা ভারতনা স্বাধীন ফংব মতম ফাওব থম্ম্নমখি।

— :(O):

## বোইজ স্কাউট

মপান্দা লাইরিক তম্মিফৈদা স্কাউট য়াওরকপা ওজা শ্রীঅরাম্বম ইবুঙোহল সিংহন লৈবদগী খৃঃ ১৯২৫-২৬ তা মহারাজকুমার শ্রীবুধচন্দ্রসিংহনা বোইজ স্কাউট জোনষ্টোন হায়স্কুলদা হৌদোকখি। খৃঃ ১৯২৭-২৮ দা কেম্পিং অমা তৌখি। মদুদা য়াওরিবা স্কাউটশিং অদুনা তৌব থবক পুম্নমক অদুবু ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্ট সাহেব A.G. Mecall, I.C.S. না য়াম্না থাগৎখি। শ্রীঅরাম্বম ইবুঙোহল সিংহনা Teacher in charge ওইরিখি। ভারত পুম্বগী Scout organisation দা মণিপুরগী Contingence ওইনা শ্রীশশীমোহন

সিংহ অমসুং শ্রীওইনাম থম্বাল সিংহ অনিবু থাদোকুনা মাওহল্লুই। হায়রিব ছাত্র অনি অসি ক্লাসতা য়াম্না লাইরিক ফৰ ভাক্না ওইরম্মী। মখোয় অনিবু বিশ্ববিদ্যালয়গী পরিক্ষা মনাক্তা থাদোকখি হায়ফুনা মবৈবাক্কী মিং৮ৎ পাম্ব মী থরনা হেড মাষ্টর শ্রীযামিনী গুহদা রাশৎলকখি। মতমতাদুদা হেড মাষ্টর অসিনা "ময়েক ভাক্না ঙমগদবা নত্তে, শিক্ষা হাযবদুদি য়াম্না পাক চাউই। মখোয় ২বু তশেংব শিক্ষা ফংহল্লীংই; মখোযনা শিক্ষাগী মতমদা করি তামতা হল্লদনা মণিপুরগী মিংচৎ পুবৰ্ক্নি" হায়না খুম্নিখি। তশেংনমক হায়রিবা ছাত্র ২ মক্না Organisation অম্মুদগী মণিপুরগী মিংচৎ থম্বিখি। অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়গী পরিক্ষদসু ষ্টেটকা অথম্বব ছাত্র মশীং চলহনবসু ঙমখি।

---

# ইলিমেণ্টরি স্কুল।

## খৃঃ ১৯০৭-৩১।

## এম ই স্কুল।

জোনষ্টোন এম ই স্কুলনা অঙাং অমা প্রাইভেট ওইনা তম্বিদুনা খৃঃ ১৯০৯ ১০ দা শিংসেত্রা মেট্রিকুলেশন পরিক্ষা থাহল্লুই হায়বনিনা খৃঃ ১৯০৫ —০৬ কাওবদি স্কুল অসি এম ই স্কুলগী থাক্না লৈরম্ব তাই। অচুম্বমকসু খৃঃ ১৯০৬ —০৭ তা ক্লাস VII হাংখি হায়না মথক্তা উৎচপ্পবদুনি। অদুগা স্কুল অসিগী নিম্ন প্রাইমারি ক্লাসকি ক্লাস মখৈ পেটিগ্রু, তেরা অমসুং থাংমৈবন্দ এল পি স্কুল ওদা খৃঃ ১৮৯৬ তা হোংহনখি হায়বনিনা কুম অসিদগীদি তশেংব এম ই স্কুলগী ক্লাস ভাক্না খৃঃ ১৯০৬ কাওব ওইখি হায়না খঙনরে।

মথক্তা খৃঃ ১৮৯৬-৯৭ তা পেটিগ্রু সাহেবকী হৈশিংবদগী ভাংখুল মচা ২১ লাইরিক তমখিবগী রাফম পঞ্জগ্রে। স্কুল অসি মথং মথং

চাইথখনককুনা খৃঃ ১৯০৬ তদি এম ই স্কুলগী থাক য়োরকখি। তৌই-থখমুং জোনাষ্টৌনগা ক্লাস III দগী ক্লাস VI ফাওবদা লৈখদি মহৎপাদে। ১গুবা ক্লাসতগী হৌনা এম ই স্কুলগী থাক য়োবা ফাওবা লৈখি।

খৃষ্টিশ রিজার্ভতা লৈরিব অভাংশিংগী তম্নব বাবুপাড়াদা বেঙ্গলী স্কুল অমা প্রাইমারিগী থাক্তা লিংখৎখি। মসি খৃঃ ১৯০৬ তদি এম ই স্কুলগী থাক য়োখি। প্রাইমারি অমসুং এম ই স্কুলগী থাক অনিমক পুল্লা লৈরম্মী।

মখম অসিনা খৃঃ ১৯০৬ তা তমদা এম ই স্কুল ২ অমসুং চীংদা এম ই স্কুল ১ পুম্না ষ্টেট অসিদা এম ই স্কুল ৩ লৈখি। খৃঃ ১৯১৩—১৪ দা আসামগী চিফ কমিসনার Earle সাহেব মণিপুরদা লাকখি। বাঙ্গালীশিংনা মাবু নীংশিনব ওইনা বাঙ্গালী মুন্সীমচাশিংগী মহৈ তম্নব মিডল ভার্নেকুলাব স্কুল অমা সাহেব অসিনা লাকপা মতম অসিদা লিংখৎখি। স্কুল অসিগী মমিংসু সাহেব অসিগী ইবেম্মাগী মমিংদা Lady Earle Girls School হায়না মমিং থোনখি।

কাংপোকপীদা আমেরিকান বেপটিস মিসন্না খৃষ্টান অমসুং ননখৃষ্টান অনিমক্কী লাইরিক তম্নব চীংগী স্কুল অমা খৃঃ ১৯২২-২৩ দা লিংখৎখি। অহানবদা স্কুল অসি ক্লাস I দগী VI ফাওবদগী খন্দুনা লিংখৎখিবনি। চহি খুদিংগী ক্লাস ১/১ হাপক-লকতুনা চহি খরগী মতুংদা ক্লাস VI লৈরকুনা এম ই স্কুল ওইরকখি। খৃঃ ১৯২৮—২৯ দা উখ্রুল এম ই স্কুলদা লৈব ক্লাস VI তা তম্নব অভাংমখৈ কাংপোকপী এম ই স্কুলদা হোংহনখি। মতুংগী চহিদদি উখ্রুলদা লৈব এম ই স্কুল মুৎখি।

## ইউ পি স্কুল।

তমগী দমক্ত তোপ্পা ষ্টেটনা ইউ পি স্কুল অমত্তা লিংখৎখিবা নত্তে। খৃঃ ১৯১০—১১ দা জোনষ্টোন স্কুল অসি অভাং য়াম্মনবদগী

চন্দহৌনা মোইরাংখোমদা নিম্ন প্রাইমারি পরিক্ষাদা কাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌরক্লব অঙাংশিংনা তম্নব ওইনা মশা অমা লেমখি। মৈটনা স্কুল অসি মৈটকী ইউ পি স্কুল ওইনা লৌখৎখি। খৃঃ ১৯১৬—১৭ তা থাংমৈবন্দ অমসুং চীংঙা ইউ পি স্কুল ৎ জোনষ্টোন্দগী খায়দোকখি। মৈটনা ইউ পি স্কুল ২ মক লৌশিনখি।

চীংদা য়াম্না থেংনা খৃঃ ১৯২৮-২৯ দা উখ্রুলদা সরকারগী ইউ পি স্কুল অমা লিংখৎখি। খৃঃ ১৯২৯-৩০ দা উখ্রুলদা সরকারগী ইউ পি স্কুল অমা লিংখি। মবম অসিনা খৃঃ ১৯৩০-৩১ দা চীংদা ইউ পি স্কুল ২ অমসুং তমদা ইউ পি স্কুল ৩ পুম্না ইউ পি স্কুল ৫ লৈখি।

## এল পি স্কুল।

চীং-তম অনিমক্তা অঙাংবু লাইরিক তমহন্নীংবগী রাখল পোক্লৎকপদগী এল পি স্কুল মশীং অসি হৰ হৰ হেনগৎলকখি। প্রজানা স্কুল লিংখৎপিযু হায়না সরকারদা তকশিল্লকপনা হেঞ্জিল্লকপদগী থাদা লুপা ৩/৩ পীবা সিঙ্গল ট্রিচর স্কুল ৩ চাং যেংবা ওইনা খৃঃ ১৯০৯-১০ দা লিংখৎখি। থংনব চহিদা অসিগুম্বা মখলগী স্কুল ১০ অমুক হাপচিন্দুনা স্কুল ১৩ সুখি। তৌইৎবসুং ওজাশিংগী মরক্তা তলবকী মতাংদা থাক খাংবগী ইচেল অমা চেল্লকখি। মবম অদুনা য়াম্না খুনা প্রথা অসি লৌথোকখি।

নোংচুপলোংগী শিক্ষা অসি জিরিবাম এরিয়াদ য়াম্না থেংনা চঙখি। খৃ ১৯১২-১৩ দা এল পি স্কুল অনখক্তং লিংব হৌখি। চহি ১৪ কান্নবগী তুংদা হাযবদি খৃঃ ১৯২৬-২৭ তা ২বা স্কুল ১গা লিংখি। মথংগী চহিদা এল পি স্কুল ৩ অমুক হাপচিনখিহৌনা খৃঃ ১৯৩০-৩১ ফাওবদা এরিয়া অসিদা এল পি স্কুল ৫ লৈখি।

চীংগী শিক্ষাগী ইতিহাস য়েংলুবদা রানীংঙাই ওইখি। চীংগী ইপা-ইপুশিংনা মচামসুবু লাইরিক তমহন্নীংবদগী স্কুল ভোইনা ভোইনা নিরিখি। তৌইৎবসুং স্কুল অয়াম্বা মরা ইতা তাখিদে, চহি ১/২ দং মথরায় য়াওনা মচামসুবু স্কুলদা থারবদগী মখা তাহন্নব রাখল

তৌবিদে। মমৈথংদদি ছাত্র লৈবক্তুনা খুল অতুগী স্কুল অতু লৌথোকপা তারকই। তৌইত্রস্সু স্টেট অমগী প্রজামখৈনা থোঙথাং মান্নবা থাংমিন্নদবা হাদংন' চাংমীনা স্কুল নিবব থুদিংদা পীনব থৌবাং সরকারনা তৌবি। তৌইত্রস্সু শেল খর হেন্ন চংব ইউ পি, এম ই স্কুলনচিংব পীরমদাইদদি অঙম্বশিংনা যাম্না মুন্না রাখল তৌবগা পীবি। নিম্ন প্রাইমারি ক্লাস পাস তৌবকপা চাং-মচাশিংগী তম্নবা তমদা লৈবিবা ইউ পি অমসুং এম ই স্কুলশিংদা মফম থাক্কুনা থম্মি।

চাং-তম অনিমক্তা লাইরিক লাইশু, স্লেট মুক, কলম অসিনচিংব মচাক পুম্নমক স্টেট সরকারনা লেম্না যেন্দুনা অঙাংশিংব তমহল্লম্মি। তমদদি খৃ. ১৯১২ দগী পোকশিং অসি পীখিদ্রে, চাংদদি হাযবিবা পোকশিং অসি লেফম লৈতব অমসুং অঙাংগী মপা-মমা ওইবশিংনা মচাগী শিক্ষাগীদমক কবিমতা খনবিদব মবমদগী খৃঃ ১৯৩৬-৩৭ ফাওবদি লেম্না অতুম যেনখি। মখাদা স্টেট মচা অসিদা লৈবম্বা স্কুলগী স্টেটিস্টিক্স অমা পীজবি:–

স্কুল।

| চহি | এম, ই | | এমভি | ইউপি | | প্রাইমারি | | মাদ্রাসা | সংস্কৃত |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | চাং | তম | তম | চাং | তম | চাং | তম | তম | তম |
| (১) | (২) | (৩) | (৪) | (৫) | (৬) | (৭) | (৮) | (৯) | (১০) |
| ১৯০৭-৮ | × | ১ | × | × | × | ৮ | ৫০ | ১ | ১ |
| ১৯০৮-৯ | ১ | ১ | × | × | × | ৮ | ৫২ | ২ | ১ |
| ১৯০৯-১০ | ১ | ১ | × | × | × | ৭ | ৫২ | ৩ | ১ |
| ১৯১০-১১ | ১ | ১ | × | × | ১ | ৮ | ৫৭ | ৪ | ১ |
| ১৯১১-১২ | ১ | ১ | × | × | ১ | ৮ | ৬১ | ৪ | ১ |
| ১৯১২-১৩ | ১ | ১ | × | × | ১ | ১০ | ৬২ | ৪ | ১ |
| ১৯১৩-১৪ | ১ | ১ | ১ | × | ১ | ১০ | ৬২ | ৪ | ১ |
| ১৯১৪-১৫ | ১ | ১ | ১ | × | ১ | ১০ | ৬২ | ৪ | ১ |

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৫-১৬ | ১ | ১ | ১ | ✓ | ১ | ৪ | ৬২ | ৪ | ১ |
| ১৯১৬-১৭ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ৩ | ৬২ | ৩ | ১ |
| ১৯১৭-১৮ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ২ | ৬২ | ৭ | ১ |
| ১৯১৮-১৯ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ৩ | ৬৩ | ৭ | ১ |
| ১৯১৯-২০ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ৩ | ৬৩ | ৭ | ২ |
| ১৯২০-২১ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ১৭ | ৬৩ | ৭ | ২ |
| ১৯২১-২২ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ২০ | ৬৩ | ৯ | ২ |
| ১৯২২-২৩ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ২৭ | ৬১ | ৯ | ২ |
| ১৯২৩-২৪ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ২৮ | ৬৩ | ৯ | ২ |
| ১৯২৪-২৫ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ২৩ | ৬৯ | ৯ | ২ |
| ১৯২৫-২৬ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ৩২ | ৬৪ | ৯ | ২ |
| ১৯২৬-২৭ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ৩৮ | ৬৭ | ৯ | ৩ |
| ১৯২৭-২৮ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ৪৫ | ৭০ | ৯ | ৩ |
| ১৯২৮-২৯ | ২ | ১ | ১ | ১ | ৩ | ৪৪ | ৭০ | ৯ | ৩ |
| ১৯২৯-৩০ | ২ | ১ | ১ | ২ | ৩ | ৪০ | ৭০ | ৯ | ৩ |
| ১৯৩০-৩১ | ১ | ১ | ১ | ২ | ৩ | ৪৩ | ৭০ | ৯ | ৩ |

চিংগী এল পি স্কুল মশীং অসি যাম্না খীনা অকা অকুম নাইনা উবিদবসি হোংদোক-হোংজিন যাম্না থোকপনা তৌবনি। খুদমগী মশক ওইনা খৃঃ ১৯২৮-২৯ দা হান্না লৈরম্বা স্কুল ১০ মুৎথৎলগা অনৌবা স্কুল ৯ অমুক শেমগৎখিবনা মমাংগী চহিদা স্কুল ৪৫ উৎলগা মতুংগী চহিদা হায়বদি বুম অদুদা স্কুল ৪৪ উৎপনি। অস্থুম তৌবসিদা স্কুল মশীং থোইনা কাযদনা উবদনি। অশেংবমক্তি মবা চেৎনা লেঙদনা লৈবা স্কুলদি চিংগী লমদমদা হেড কাটিব অমদি শিক্ষাগী মরমদা পুক্লিং যাম্না চংব খুল খরদংদনি। খুল অমা লৈরবদি মীশক তোঙান তোঙানব য়াম্না লৈনৈ। খুলগী শিক্ষাদা পুক্লিং চংবিবা অহল-লমন খরদি মথুন্দা লৈবা স্কুল মাংখিদনব হোৎনবদা অভাব কোঙ্গাই বয়া খাংবিখি। হৌজিক্তা শিক্ষাগী মৎ্গ মশক খণ্ডলক্লব মতমসিদা নহারোলশিংনা অহুৎম্ব অহল-লমন-শিংবু হন্না হন্না শোন্নভরি।

## মিডল স্কুলগী ছাত্র।

চীংগী মিডল স্কুল মখৈদি মখা ক্লাস হায়বদি প্রাইমারি ক্লাস য়াওবনা ছাত্র যাম্না উবনি। তমদস্সু বাঙ্গালী এম ই অমসুং লেডি আরল গারলস এম ভি স্কুল অনিমক প্রাইমারিগী ক্লাস য়াওই।

### ছাত্র।

| চহি | — এম. ই স্কুল চীং | | — এম ভি তেন | | ভম | —অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচ | নিপামচা | নুপীমচা | নুপীমচা | |
| ১৯০৯-১০ | ৬৩ | ১ | ২২ | ৬ | | ৯২ |
| ,,১০-১১ | ৫২ | ১১ | ৯৪ | ৭ | × | ১৬৪ |
| ,,১১-১২ | ৬১ | ১১ | ৮৮ | ১ | × | ১৬১ |
| ,,১২-১৩ | ৭৮ | ৭ | [illegible]২ | ০ | × | ১৭২ |
| ,,১৩-১৪ | ৩৭ | ৮ | [illegible]০ | ০ | × | ১১৬ |
| ,,১৪-১৫ | ৫৬ | ০ | ৪৯ | ০ | ১[illegible] | ১১৬ |
| ,,১৫-১৬ | ৮২ | ১০ | ৪৩ | ০ | ২২ | ১৫৭ |
| ,,১৬-১৭ | ৭৪ | ১১ | ৭০ | ০ | ১৮ | ১৭৩ |
| ,,১৭-১৮ | ৭৩ | ১১ | ৭৫ | ০ | ১৫ | ১৭৪ |
| ,,১৮-১৯ | ৭৬ | ১২ | ৯২ | ০ | ১৪ | ১৯৪ |
| ,,১৯-২০ | ১০০ | ১৩ | ৯৭ | ০ | ২২ | ২৩২ |
| ,,২০-২১ | ৯১ | ০ | ৯৩ | ০ | ১৫ | ২০৭ |

মচুং অসিদদি চীংগী এম ই স্কুলগী ছাত্র মশীং ওইনা পীবমত্রে ; মখোরগী লোংমগী হিসাবতা কারকপা ছাত্রগী মশীংদা মপীরম্লে—হ্য : ১৯২১-৩০ কাওবগী লোংমগী কারকপা ৬১,৮৩,৯৪ ৯,৮৮.০৬ ১১৯'৩৭, ১৪২'৭৪, ১৯৬'৯৫, ১৫২'৩৮, ১০৭'২৬ নি। মসিমা উংপদি চীংগী এম ই স্কুলদা চাংচংং অমতদা অভাং তম্নমদে হায়বা খত্তব ওম্মী। কন্দিওম্ব চহিদা অভাং য়াম্না ওম্মী অমসুং কন্নিংম্বা

অমদনা অতাং থরদ মতম্বী হুলকসি থঙব ওম্বী। খৃ: ১৯৩০-৩১ দদি চীংগী এম ই স্কুলদা নিপামচা ৬৮ নুপীমচা ৪১ পুন্না অতাং ১০৯ লৈরম্বী অমসুং নোংমগী কাবগী চাংনা ৮৭ ওইখি। কুম অসিদা কাবগী চাং হেক্তা ফাক্ত। তমগী থেংনবা এম ই স্কুলগী ছাত্র অসি চহি খুদিংগী চাং নাইনা হেনগৎলি হায়বদি য়াদে। খৃ: ১৯২১-৩০ ফাওবগী ছাত্র মশীং পীজরি :- ৮৯, ৯০, ৯৬, ১০৪, ৯৫, ৮৬, ৮৪, ৮৭, ৯৪। মশীং অসিগী মতুং ইন্না খৃ: ১৯২৬-২৭ তগীদি নিয়ম চুন্না ছাত্র থয় থয় হেনগৎলকপগী মওং ওইনা তৌই। খৃ: ১৯৩০-৩১ দা ছাত্র ১৪৪ লৈরম্বী।

মিডল ভার্ণেকুলার স্কুলদা তম্লিবী নুপীমচাশিংগী অপুনব মশীং অসি চহি খুদিংগী হেনগৎলকই হায়বত্থদি থোকখিদে। খৃ: ১৯২১-৩০ ফাওবগী মতুংদা ছাত্রী ২২, ২৮, ২৮, ২৫, ২৯, ২৬, ২৬, ২৫, ৩১ লৈরম্বী।

## ইউ পি স্কুল

মণিপুরদা ইউ, পি, স্কুল লৈরকপসি খৃ: ১৯১০-১১ দগীনি। খৃ: ১৯১৫-১৬ ফাওব ষ্টেট অসিদা ইউ পি স্কুল ১ তা ওইরম্বী। খৃ: ১৯১৬-১৭ তা ইউ পি স্কুল ৩ থুখি। খৃ: ১৯৩০ ফাওবসি তমদা ইউ পি স্কুল ৩ অসিতা লৈখি। ১৯২৮-২৯ দা মাওদা ইউ পি স্কুল ১ অমসুং খৃ: ১৯২৯-৩০ দা উখ্রুলদা ইউ, পি স্কুল ১ লিংথৎখি। খৃ: ১৯১০ দগী খৃ: ১৯৩০ ফাওবগী মতুংদা তমগী ইউ পি স্কুলদা লৈব ছাত্র মশীং মথংশিংনা ২৯, ৫০, ৫৫, ৬৭, ৯৪, ৯২, ২২৭, ২২১, ২১৭, ২৪৯, ২৫৫, ২৩৮, ২৬৮, ৩০৫, ৩৭৪, ৩৫২, ২৭১, ২৭১, ২১১, ৩০৬ ওইরম্বী। খৃ: ১৯২৮ দগী ১৯৩০ ফাওবদা চীংগী ইউ পি স্কুলদা মথংশিংনা ছাত্র ২৬, ৪১, ৪০ লৈখি।

— :(O): —

## ফ্রি ইডুকেসন

প্রাইমারি স্কুল পুম্নমক্তা ফ্রি ইডুকেশন পীব ওন্নমখ্রি। উচ্চ প্রাইমারি স্কুলদা ফি 'থর থব' লৌরম্মী। ক্লাশ থি্রীগী ছাত্র ১ দা থাগী শিকি অমা অমস্তুং ক্লাশ ফোরগী ছাত্র ১দমা শিকি পৈশা মরি হায়বদি হৌজিক্কী পৈশা ৩১' লৌরম্মা। অদুবু অরাবদি মণিপুরদা মতম অসিদা শেল তাংলম্মী, পোৎ হোংলম্মী। মবম অদুনা মচাশীদমক থা ১গী শিকি অমা পুথোক্লাংঙাই নৈতদুনা মচাবু লাইরিক তমহন্দবস্থ কোঙ্গাই ওইরম্মী। অদুবু ছাত্র খুদিংমক্তগী ফি লৌই হায়বদি নত্তে। মকোক ওইব অঙাংদি বৃত্তি অমস্তুং ফ্রিসিপ পীবিরম্মী।

এল পি স্কুলদদি ফ্রি ইডুকেশন পীরম্মী। খৃঃ ১৯১৩-১৪ দ, মণিপুরদা পীবখা পোথাং বেগার দস্তি লোথোকখি। মবম অদুদা কুলিগী শেল সরকারনা পুথোকপা তারকপদগী ইম্ফাল এরিয়াদা ওন্নিবা এল পি স্কুলগী ছাত্র অমদগী পৈশা মরি হায়বদি হৌজিক্কী পৈশা ৬ অমস্তুং খুজং এরিয়াগী অঙাং অমদগীনা পৈশা ২ হায়বদি হৌজিক্কী পৈশা পৈশা ৩ ফি লৌব তাখি। ফি লৌবগী রাকম অসি হেক থোক্লকপদগী অঙাং ১ কাঙবা স্কুল কাখিদ্রে। ফিবম অসি ঙবদা ফি লৌবগী রাকম অসি অমুক লোথোকখি। য়ামখিদ্রব শেল থর অসিগীদমক মচাবু লাইবিক তম্ব থারক্লবস্থ স্কুলশং শাব অমস্তুং শেরদা শেঙাউ কয়া দান তৌবদদি হালেংখিদে। মরম অসিনা সরকারগী মবুক্তা প্রজানা এল পি স্কুলদা ফি লৌব হায়বসি য়াদবোইরে হায়না লৌখি। চাংগী লমদমদদি রাকম অসি করিমতা হৌদোকখিদে। অহোইনদুম চে, কলম, স্লেট, কাংগ্র, বুক, কলম মচিন, লাইরিক য়ায়া কজনা স্নেনবদুম হেনগৎখি।

# ফিজিকেল ইডুকেসন

কনসী এল পি স্কুল পুন্নমক্তা ছাত্রশিংগী মশাকনব শাজেল কম্বিনব D D K (Demonstrator of Deshi Kasharat) চাযব কম অমা হাপ্লখি। হায়রিব D D K. অসিনা স্কুল পুন্নমক থংনা চত্নুনা অঙাংশিংবু হকচাং শাজেল তৌব তম্বিখি অমসুং লুংকন্না লৈনব হিরম কম্নাসু তম্বিখি। মহাক লাকপা খুদিংদা অঙাং ময়াম পুথোক্তুনা কোম্পাউণ্ড শেংদোক-খোত্তোকপন চিংব সোসিয়েল সার্ভিস তৌব তম্বিখি। মহাক্কু লাক্লবদি কোম্পা-উণ্ডগী নাপীশিংবি ঝোইদোকহল্লি হায়তুনা মহাকপু নাপী চাব সাহেব হাযনা অঙাংশিংনা লোয়্না কৌনজরম্মী। মহাক্না নৌরিব অঙাংশিংবু পবেং নাইনা লেপ্পা, পবেং খায়দোকপা, চুম্না পরেং নাইনা চৎপা, খোঙথাং মাপ্পনা চৎমিন্নবা, অনেম অরাংগী মতুং ইম্না লোইবোই ছাইগৎ ছাইথা নাইনা পরেং লেংব অসিনচিংব হিবম কযা তম্বিখি। D.D.K গী থবক্তা য়াম্না তমজনীংঙাই ওইব ঈচেল অমা চেলখি। মহাক্না নোংমতা অমোংপা গ্রাউণ্ডদা অঙাংশিংবু হকচাং শাজেল তৌহন্দে। হায়া গ্রাউণ্ড শেংদোকহল্লগা কোয়া শাজেল তম্বি। মসিগী কজব অসি নিয়ম ওইনা অঙাং-শিংনা লৌনখি। মবম অহুনা ড্রিল তৌগনি হায়তুনা ওজা অমানা মাগী ক্লাসগী অঙাংশিংবু মপান্দা হেক পুথোক্লকপদা হায়নব নাই-দন অঙাংশিংনা নাপী-শিংবি ছেক্তা শেংজোক্লখি। মতম অহুদা শ্রীক্ষেত্রিমযুম জুগেশ্বর সিংহনা D.D K. ওইবিরম্মী। মহাক অসি মশা নোইপেল্লি। অভাংবু থোৎ নৌহুনা থেম্বগী মওং লৈখিদে। মহাকুমন্না পৌরার ডিসিপ্লিন্না মপুং ফানা থবক চথহনব ভম্ ওফিসার মণিপুরদা অতাংবনি।

চাংদা লৈব স্কুলশিংদম্ ড্রিল কজনা তম্বিনখি ড্রিল তম্বিবগী ল্যাইতাক পুন্নমক প্রেসিডেন্ট মণিপুর ষ্টেট দরবার অমসুং মন-

ডিভিজনেল ওফিসারশিংনা পীবি অমসুং চীংদা টোর লাকপা মতমদা অঙাংশিংবু ড্রিল তৌহন্দুনা হৈ-হৈতে হায়ব চাং য়েংবি।

## এস্থেটিক ইডুকেশন

ইম্ফাল এরিয়াদা লৈব এল পি স্কুল পুম্নমক্তা পুংয়ৈব ওজা অমগা চোলোমগী ওজা অমাগা হাপ্তুনা নোট পালাগী কজবা মশক অঙাংশিংদা পিক্লিত্তৈদগী হৌনা খঙহন্নব লাক্লম্মী। জোন-ষ্টোন স্কুলদদি ক্লাস হৌরমদাই খুদিংগী এসেম্বলি পেরেড তৌহনা হেড মাষ্টারদা ভক্তি কত্তুনা গুরু ভক্তি মশক খঙহন্লম্মী।

## পরিক্ষা

মণিপুরদা পব্লিক একজামিনেশন মখল মরি লৈরম্মী। ওদি ষ্টেট গোরর্ণমেণ্টনা তৌরম্মী, ১না বোর্ডনা তৌরম্মী। নিম্ন প্রাই-মরি বৃত্তি পরীক্ষা অমসুং উচ্চ প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষা অবি অসি ইডুকেশন ডিপার্টমেণ্টনা তৌবনি। পরীক্ষা অনিসি প্রোমোশন পরীক্ষাসু ওইরম্মী। নিম্ন প্রাইমারি পরীক্ষাদা প্যাস তৌদবা অঙাংনা উচ্চ প্রাইমারি (U.P.) স্কুলদা তম্বা য়ারমদে। উচ্চ প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষা অমা প্যাশ তৌত্রবদি মিডল ইংলিশ স্কুলদা মিং চন্নব য়ারমদে। চীংদা এল পি স্কুলগী ২বা ক্লাসতা চীংমচা ওাক্লগী বৃত্তি পরীক্ষা অমা পি এম এস ডি অমসুং এস ডি ও শিংনা তৌরম্মী। মত্থগী মতুং ইন্না থাগী রুপা ২/২ গী চান্দা চহি ২ পীরম্মী। মরি কম্পলসরি নৎলম্রদে। অথরবা ছাত্র খরগীদমক ওইরম্মী। বৃত্তি পীননবগীদমক পব্লিক একজামিনেশন ওইহনরমতনি। সংস্কৃত পরীক্ষাদি আসাম সংস্কৃত বোর্ডনা তৌরম্মী। হাইস্কুলগী অরোইবা ক্লাসকী পরীক্ষাদি গৌহাটি সেণ্টরদা চংতুনা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাদা চত্লম্মী। মিডল স্কুলগী অরোইবা ক্লাসকী পরীক্ষাদি জোনাইতম থাই স্কুলদা চংলম্মী। নিম্ন প্রাইমারিগী

ক্লাস খুদিংমক্কী চহিগী প্রোমোশন পরীক্ষা লৈরম্মী। প্রথম শ্রেণী হায়বদি নিম্ন প্রাইমারিগী অরোইব ক্লাস অসিদা থাংক্ত খুদিংগী বিষয় ১১ গী পরীক্ষা লৌরম্মী। পরীক্ষাগী চে অহূ নোংমাইজিং ছুটিদা ওজানা য়েংথোক্লগা নিংথৌকাবা মুমিৎতা বৌত্রব পরীক্ষা অদুগী মবমদা ছাত্রশিংগা য়ামনা কুপনা নৈনত্নুনা ৱাহংশিং অদুগী অচুম্ব পাউথুম খঙহন্নব লাক্লবি। মতম অদুগী ওজাশিং অদুদি ত্রেনিং ফংত্রবস্নু মতম পুম্নমক্তা ছাত্রগীদমক্তা শেঙদনা লৈরব ওজা ওইনরম্মী। ছুটি মুমিং ফাওব মথোয়না মরম্মাইগী থবক তৌরমদে। এলাও পরীক্ষা। (পব্লিক পরীক্ষাদা থাগৎনবগী চাংযে পরীক্ষা) স্কুল খুদিংমক্তা তৌনরম্মী। পরীক্ষা অসিদা পাস ওইবতা পব্লিক পরীক্ষাদা থাগৎলম্মী। উচ্চপ্রাইমারি পরীক্ষাদা থা ৩ দা, থা ৬ তা অমসুং থা ৯ দা পরীক্ষা তৌরম্মী। পরীক্ষা খুদিংগী ফল অদু মানা মানা ফংজব নম্বরগা লোয়ননা যক্রাংদা থেৎলি। থা ৯ গী পরীক্ষা অসিনা ক্লাশ ফোরগীদি এলাও পরীক্ষা ওইনে পব্লিক পরীক্ষা নত্তব ক্লাস প্রোমোশনগী পরীক্ষাদা মরক্তা পরীক্ষাগী ফল য়ান্না কাইরে। মরক্তা পরীক্ষাদা য়াম্না ফৎত্রবদি চহিগী প্রোমোশন পরীক্ষাদা মরাইবক থীদুনা য়েকপা থোক্লুনা য়াঙত্রবম্নু অদুগুম্ব ছাত্র অদুদি প্রোমোশন অদুম্ব মপীবি। পরীক্ষা খুদিংমক য়াম্না চেকশিন্না তৌরম্মী। অমুম তৌনা পরীক্ষা তোইনা তৌরকপনা অমসুং পরীক্ষাগী হৌনবী মুন্না খঙহন্নকপনা পরীক্ষাদা নত্তব লমচৎ চৎনরমদে। অদুগী মথক্তা স্কুল অমদগী ফত্তব লমচৎ চৎপগী তাম্বোক্লকপা অঙাং অমতা করিগুম্ব স্কুল অমতদা লৌনরমদে। মরম অদুনা অঙাং খুদিংমক ফত্তব লমচৎ চত্তনব কন্না লাক্লজখি।

## টিউটোরিয়েল ক্লাস

বৃত্তি পরীক্ষা ওকয়াদা থা ২/৩ দি হান্না চেকশিন্নব্দগী অমুক হেন্না চেকশিন্নরম্মী। প্রথম শ্রেণী অমসুং ক্লাস ফোরগী ছাত্রশিংনা

ওজাগী মহুমদা অহিং লেপ্লম্মী। ওজানা অহিং অংেব ফাওবা নিংথৌজল খাংদুনা অঙাংশিংবু তাকপি, তম্বি অমম্বুং লাইরিক ঊবাই-হনবিরম্মী। অমুক ওন্না মখোযবু 'হৌদোক্লগা মচিল মমা শেংকোইহন্দুনা ঔহাক লাইরিক ঊবাইহল্লম্মী। নৌবিবা অঙাংশিং অদুগী মচিল মযা শেংনব তমম্বুং মশাম-মনা হাত্তোকচনবা থৌবাং ওজাগী ইমুং মনুংগী মুসাশিংনা তৌবিরম্মী। অম্বন্না ওজাগী যুমদা লাইরিক তম্বিবগী ওজানা পাই অমা ফাংবে লৌনবদে। অদুক বেরেসিন থাও লৈনব ছাত্রশিংদগী শিকি ১/১ শুম্বদং থাইগৎলগা পুন্না কেরোসিন থাউ টিন অমগা পোদোন খরগা লৈবগা অঙাংশিংগী লেকফম ছদ্দা থম্বিরম্মী। মতম অদুদা ছাত্রশিংবু ওজাগী ইমুং মনুংগী অঙাংনকুম ওজা অমম্বুং ওজাগী ইমুং-মনুংগী নৌপুই খুদিংমক্না থনবিরম্মী। ছাত্রশিংনসু ওজাগী ইমুং-মনুংবু মখোযগী মযুম্মককুম খঙবম্মী। অসিগুম্বা মবা অসি খ: ১৯৩২-৩৩ ফাওবদি ঘডনা চৎথরম্মী। খ. ১৯৩৩-৩৪ অম্বাইদগীদি যুমদা প্রাইভেট ওজা থম্বগী নিয়ম অসি লাকখ্রে, ওজাগী যুমদা লেনপা ইতাইনবকখি। চংদদি অসিংম্ব ওজা অমম্বু ছাত্রগী মংঙা লৈবা মবী অসি পুথিবোগী ২বা লাপাউ বাওব লৈনখি। খঃ ১৯৩৮-৩৯ দগীদি এমঃ পিঃ স্কুলগী মুংখিল টিউটোরিয়েল ক্লাস চৎনবকখি।

## স্কুল শং অমম্বুং ওজাগী লৈনব য়ুম।

ইম্ফাল এরিয়াদা লৈবা স্কুলশং অমম্বুং লৈনবা য়ুম মখৈ সরকারনা শাই অমম্বুং শেমই। খুঙং অমম্বুং চাংমুং-মান্নুংদদি খুঙ্গানা থবকশিং অসি পায়খৎখি। খ: ১৯১৩-১৪ দা পোখং বোগর লৌখোকখিবদগী খুঙংগী থবকশিং অসি সরকারনা লৌশিনখি অদুবু চাংমুংদদি উখ্রুল, চুড়াচান্দপুর অমংলোংনচিংব হেড কাটর ওইরিবা মফমশিং অসি নত্তনা অদুগী মফমদুদি খুঙ্গানা স্কুল-শং অমম্বুং ওজাগী লৈনব য়ুম শাবিখি অমম্বুং শেম্বিখি। চাংমীশিংনা থবক

অসি চঙখিবিখিবগী মবম লৈবন্মী। মথক্তস্ পঞ্জথরে চীংগী স্কুল অযামব মবা চেৎলমদে। স্কুল লিংখৎলকপদগী চহি ২/৩ দং ফজনা চখরন্নগা অভাং লেতহনা মুখরকপনা অযামবনি। মরম অহুনা স্কুল লৌথোকপা নত্তনা সরকাগী উপায় অতৈ লৈরমদে। স্কুল হোংব খুদিংমক স্কুল-শং অমম্নুং ওজাগী যুম শাবা তারবদি সরকারগী শেল যামনা চংবা তাই। মসি চীংগী ইচিন-ইনাওশিংনা খঙবদগী সরকারগী মথক্তা কবিহম্বা পেন্দবা অমতা লৈখিদে। চীংনুংগী য়মনা ফজব অমনা স্কুল-শং অমম্নুং ওজাগী লৈনব যুম শাবদা নত্তনা অনৌবা ওজা অমা হাপ্পলকপা মতমদা মাগী তলব ফংদ্রিবথৈ খুঙ্গানা চান ধরবা পীখি। অসিগুম্ব নিযম অসি ২বা পৃথিবগী লাঙ্গাও ফাওব চৎখি। জাৎ ভিন্ন তিন্নদব নাইদনা কনাগুম্ব অমনা চীংনুংদা ওজা ওইনা লৈব তাবর্দি মানা লৈকহিবা খুনগী নামুংবনচিংবা খুঙ্গাগী কুহি ওাকপা অসি ওসি ফাওব চৎখবি। তশেংনমক ওজা হাযবসিবু স্কুল লৈহিবা খুংগী মী অননি হাযনা চীংমীংশিংনা লৌই।

মতাং চাদে হায়না ব্লারৌবিগনু। কলম পায়জরিব ঐ অসি ইংশোক ১৯২৯দা চীংগী ওজা অমা ওইনা চৎচরুই। ঐহাক লাক্রিভৈদা ঐগী যুম অহু খুনগী মপান্দা হাম্না শাহুনা লৈরম্লে। নিযম অসি মৈতৈ ওজা অনগীদমক্তদি য়াম্না চুম্নবনি। তৌইগুম্বসুং ঐভোন্দদি য়াম্না কাযনা থোকখ্রে। ঐগী অহল লমনশিংনা লুনা তৌবিহুনা ঐবু মপাল থোকহন্দনব "কৈ লাক্লে" হায়ব ব্লাহৈ অসি তেহৈনা তোইনা পনবি। কৈ হায়বহু মশক খঙজবম্ ওই-রমদে, অহুবু "কৈ" হেক পনবদা অকিবা অমদি চুহুনা লৈখ্রে। ফনা চাউজরব মতম্লি, ঐহাক ওজা ওইব লাকচরবনি। অহুবু চীংদা কৈ লৈগম্লি হায়ব ব্লাথন্দগী কৈ কিবগী লাইমন কাংথে,, ঐহাক অহিং তুম্ব ঙমখিদ্রে। মতম অসিদা ডক্তান, এস ডি ও অসি ঐনা লৈম্রিব খুল অহুদা টোর লাকপিখি। ঐগী কৈ কিবগী ব্লাথল অহুনা হেনমনখিবদগী সাহেব অসিদা ঐহাক অহিংদা

ইতোম্মতা খুনগী মপান্দা ভুম্বা কি হায়না য়াকৎচখি। সাহেব অসিনা ঐবু মুন্না ঙহাক যেংবিরগা খুনগী গামবুড়াশিংদা ঐগী য়ুমদা মী ১/১ লেকহল্লু নত্রগা মাগী য়ুম অহু খুল্লক্তা শাও হায়না হুকুম তৌবিরম্মী। হুকুম অসিগী মতুং ইন্না ঐগী য়ুমদা অহল অমা নিতিগী লেকহনখি। সাহেব অসিনা হৌজিক্তা অচৌব সাহেব অমা ওইরম্লবদি ঐবু ইয়ুমদা ইমাগী মনাক্তা কিদনবা তুমিন্নরু হায়না হুকুম পীরমগনি। অওকপনি। বৃটিশকী শাসন অমসুং মপুকচেন।

—:(O):—

# লোন

খৃঃ ১৯০২-০৩ দা হান্না তম্নব বাঙ্গালা লোনগী মহুত্তা মৈতৈ-রোল শিনগে হায়দুনা লাইরিক য়েন্নুবদগী অভাং কাখিদে হায়ব য়াকম মথক্তা পঙ্খে। খৃঃ ১৯০৭ কী মে তাং ১৫ দা মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহনা থবক পায়বিরদুনা দরবারগী প্রেসিদেন্ট ওই-বিখি। দববারদা মমাবোলবু এল পি স্কুলদা তম্বিগদবনি হায়ব রিজোলুশন তাবিখি। মরম অসিদগী খৃঃ ১৯০৯-১০ দগী হৌনা বাঙ্গালা সাহিত্য কয়াবু মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা হৌখি। অসিদা নত্তনা মৈতৈবোলগী অহানব অমসুং অনিসুব লাইরিক লেংব হৌনখি। শ্রীমকর সিংহগী মৈতৈলোনগী অহানব অমসুং শ্রীমুনাল সিংহগী অনিসুব লাইরিক থোক্লকখি। অদুবু অহুম সুবদগী হৌনা মতম শাংনা বাঙ্গালা লোন অহুম চৎথরম্মী। মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা লাইরিকশিং অদুনা ছাপা নম্বা লোইরবদা ক্লাস মথং মথং মৈতৈলোল তম্নব হৌনখি। মতুংদা খৃঃ ১৯২৪ দা কলিকাতা বিশ্ববিত্থালয়না মৈতৈলোলবু মেত্রিকুলেশন পরীক্ষা কাওব রিকো-গ্নাইজ তৌবিখি। খৃঃ ১৯২৪-২৫ দা স্পেলিং কোমিট্টি অমা

শেমখি। কোমিটি অসিনা বানালগী স্কুল অমা তাং ৩০। ৫। ১৯২৫ ইংদা শেমহুনা পুখোকখি! স্কুল অসিগী মতুং ইন্না মৈতৈবোলগী বানাল অসি চৎনখি।

খৃঃ ১৯২৭-২৮ দা ইডুকেসন মেম্বরনা চেয়ারমেন ওইবিহুনা শিক্ষাগী থবক পুবিনবা ষ্টেণ্ডিং কোমিটি অমা শেমখি। কোমিটি অসিনা শিক্ষাগী থবক খুদিংমক পায়খৎপিখি।

মথাক্দা চীং-তম থাযনা চহি খরগী ছাত্র মশীং উচ্চরি।

এলঃ পিঃ স্কুলদা ছাত্র মশীং।

| চহি | চীং | | তম | | অপুনবা | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা |
| ১৯০৮-৯ | ১৯৫ | — | ২৮৬১ | ১৩ | ৩০৫৬ | ১৩ |
| ,, ৯-১০ | ১৭৭ | ২ | ৫২৮০ | ১১ | ৩৬২৭ | ১৩ |
| ,, ১০-১১ | ১৬৪ | ১ | ৩৯০০ | ২১ | ৪০৬৪ | ২২ |
| ,, ১১-১২ | ১৫৯ | ১ | ৪২৩৯ | ২২ | ৪৩৯৮ | ২৩ |
| ,, ১২-১৩ | ১১১ | ৭ | ৬৯২০ | ২৫ | ৮০৩১ | ৩২ |
| ,, ১৩-১৪ | ১৯০ | ৭ | ৫২৫৫ | ৩০ | ৩৯৪৫ | ৩৭ |
| ,, ১৪-১৫ | ১৯০ | ৭ | ৬০৬৯ | ৪৭ | ৬২৫৯ | ৫৪ |
| ,, ১৫-১৬ | ৭০ | × | ৬৫৯৮ | ৪৫ | ৬৬৬৮ | ৪৫ |
| ,, ১৬-১৭ | ৪০ | × | ৭৮৫০ | ৩১ | ৩৮৯০ | ৩১ |
| ,, ১৭-১৮ | ২৯ | × | ৩৯২০ | ৪০ | ৫৯৪৯ | ৪০ |
| ,, ১৮-১৯ | ৯৪ | × | ৪৯২২ | ৪১ | ৫০১৬ | ৪১ |
| ,, ১৯-২০ | ৭৯ | × | ৫০৯২ | ৩৯ | ৫১৭১ | ৫৯ |
| ,, ২০-২১ | ৪১৬ | × | ৫২২৭ | ২৪ | ৫৬৪৩ | ২৪ |

মথা অসিদগীদি ছাত্রগী মশীং অসি চীং তম খাম্লনা পীবগদবে; অনিমক্কী অপুনব ছাত্রমখৈদা মপীরমলে।

| চহি | অপুনব ছাত্র নিপামচা | নুপীমচা |
|---|---|---|
| ১৯২১-২২ | ৬০৪৪ | ২৫ |
| ,, ২২-২৩ | ৬২২৯ | ২৫ |
| ,, ২৩-২৪ | ৬২৬০ | ২৩ |
| ,, ২৪-২৫ | ৬০১০ | ২১ |
| ,, ২৫-২৬ | ৬৪১৩ | ২২ |
| ,, ২৬-২৭ | ৭০১২ | ৩১ |
| ,, ২৭-২৮ | ৭২০৫ | ৩৬ |
| ,, ২৮-২৯ | ৭৫০৭ | ৩৪ |
| ,, ২৯-৩০ | ৬৭১০ | ৫৭ |
| ,, ৩০-৩১ | ৬৫৫৯ | ৫৬ |

ছাত্র মশাং অসি খঃ ১৯১৫-১৬ তগী খব খব চাং অমদা হেনগৎলবখি। চীংদা বৃকি লাল হৌখি। মহুগী ফলং। হান্না মবা চেত্তনা লৈবমলব চীংগী স্কুল অযাম্ব অমুকা হেন্না ফিবম চাখিদে। মরম অহুনা খৃঃ ১৯১৫-২০ ফাওবগী মঙ্গংদা স্কুল মশীং য়ামদবগী রাফম মথক্তা উচ্চত্রে। থাঙ্গেশেংনা চীংগী ছাত্রমশীং খডব ভমদ্রবগু খৃঃ ১৯২০-২১ দদি চংদগী এল. পিঃ স্কুল মশীং অসি খর খরদি ফংগৎলকখি। মরম অহুনা ছাত্রগী মতাংদসু খর খরদি চহি অসিদগীদি য়ামখৎলম্ব তাই।

## ওজা

ইউঃ পিঃ অমসুং এলঃ পিঃ স্কুল খাম্লনা ওজা ফংখিদ্রে। খৃঃ ১৯২০-২১ ফাওবদি ওজাশিংগী কালিফিকেশন অসি য়াম্না নুগাইনা পীবিরম্মী। মহুগী মখাদনা মওং অমা ওইনা চোমলপ ওইনা

পীবয়্ম। ওজাশিংগী কালিফিকেশন পীরকপদা নোর্ম্যাল হায়না কা মচা অমা পীজরি। মসি মুপীমচাগী এলঃ পি. স্কুলদা ওজা ওইবগ্না অহূগী কালিফিকেশন্নি। এমঃ ভিঃ হায়না উচ্চবিবসিনা খৃঃ ১৯১৫-১৬ তা মিডল ভার্ণেকুলার হুম্মুনব থাদোকখিবী খৃ. ১৯১৮-১৯ না পাশ তৌহূনা থোবকখিবী মুপী অহূগী কালিফি-কেশননি। মহাক্না হেক থোক্লকপগা হান্নগী নোর্ম্যাল পাশ তৌবী অহূনা তোকখিবগা মান্নহূনা মিডল ভার্ণেকুলাব পাশ তৌরকপীহূবু হপখিবনি। মখাদা ওজাশিংগী কলিফিকেশন উচ্চরি :

| চহি | IX | VIII | VII | নো-র্ম্যাল | এমভি | ইউপি | এলপি | মৌলবি | সাটিঃ ফংদব | মোট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯০৯-১০ | × | × | ২ | × | × | ৬০ | ৩৫ | ৩ | ৮ | ১০৮ |
| ,, ১০-১১ | × | ১ | ২ | ১ | × | ৬৫ | ৪৪ | ৬ | ৬ | ১২৫ |
| ,, ১১-১২ | ১ | ১ | ২ | ১ | × | ৮৪ | ৩৫ | ৭ | ১ | ১৩২ |
| ,, ১২-১৩ | ১ | ১ | ২ | ১ | × | ৯৫ | ৩০ | ৭ | ১ | ১৩৮ |
| ,, ১৩-১৪ | ১ | ১ | ৩ | ১ | × | ৯৭ | ৩০ | ৭ | ২ | ১৪২ |
| ,, ১৪-১৫ | ১ | ১ | ৩ | ১ | × | ১০৩ | ২৫ | ৭ | ২ | ১৪৩ |
| ,, ১৫-১৬ | ১ | ১ | ৩ | ১ | × | ১০৬ | ২২ | ৭ | ২ | ১৪৩ |
| ,, ১৬-১৭ | ১ | ৩ | ৩ | ১ | × | ১০৯ | ২২ | ১১ | ২ | ১৫২ |
| ,, ১৭-১৮ | ১ | ৩ | ৩ | ১ | × | ১১২ | ২১ | ১৩ | ২ | ১৫৬ |
| ,, ১৮-১৯ | ১ | ৩ | ৩ | × | ১ | ১১৮ | ১৬ | ১৫ | ২ | ১৫৯ |
| ,, ১৯-২০ | ১ | ৩ | ৩ | × | ১ | ১১৭ | ১৮ | ১৪ | ৪ | ১৬১ |
| ,, ২০-২১ | ১ | ৩ | ৩ | × | ১ | ১১৯ | ১৬ | ১৫ | ৪ | ১৬২ |

মতম অম্বইদা এলঃ পি. পাশ তৌব ওজাশিং অসি ইউঃ স্কুল পাশ তৌনব য়ায়া কয়া লাক্লম্মী। মথোয়গীদমক্তা ভার্ণে-কুলার ইউঃ পিঃ পরীক্ষা হায়হূনা তোঙ্খা থৌরাং তৌবিরম্মী।

| চহি | চীংগী ওজা | তমগী ওজা | মরোল | লোনফম। |
|---|---|---|---|---|
| ১৯২১-২২ | ২০ | ১৬৬ | ইউ পি পাশ তৌবনা অয়াম্বনি। | |
| ,, ২২-২৩ | ২৮ | ১৬৭ | ,, | |
| ,, ২৩-২৪ | ২৮ | ১৬৯ | ,, | |
| ,, ২৪-২৫ | ২৩ | ১৭০ | মেট্রিক ২ য়াওই অতৈনা ইউপি পাশ তৌবনা অয়াম্বনি। | |
| ,, ২৫-২৬ | ৩৩ | ১৭৫ | ,, ১ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ২৬-২৭ | ৪১ | ১৭৪ | ,, ১ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ২৭-২৮ | ৪৮ | ১৮৮ | ,, ২ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ২৮-১৯ | ৪৭ | ১৯১ | ,, ১ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ২৯-৩০ | ৫১ | ১৯১ | ,, ২ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ৩০-৩১ | কংগ্রে | ১৮৮ | ,, ১ মিডল ২২ ইউ পি ১৩৪। | |

## ইউ পি পরিক্ষা

ইউ পি পরীক্ষা অসি মতম অস্মাইদা হায়বদি খৃ: ১৯২১ রাইদা মখল অহুম থোক্না লৈবম্মী। (১) জেনেরেল বৃত্তি অমসুং প্রোমোশন পরীক্ষা (২) মনিপুরী ভার্নেকুলার ইউ পি পরীক্ষা অমসুং (৩) সংস্কৃত ইউ পি পরীক্ষা অসিনি।

(১) জেনেরেল বৃত্তি অমসুং প্রোমোশন পরীক্ষা অসি পাশ তৌদনা মিডল ইংলিশ স্কুলদা মিং চনব য়াদে। পরীক্ষা অসিদা মকোক ওইব অঙাং ৪৷৫ দি বৃত্তি পী অমসুং ফ্রি শিপ অনি পী।

(২) মণিপুরী ভার্নেকুলার ইউ পি পরীক্ষা অসি লাইরিক য়াম্ন তম্বা ওমহৌদব ওজাশিংগী পরীক্ষানি। এল পি স্কুল পরীক্ষা পাশতা তৌব ওজানা ইউ পি পরীক্ষা পাশ তৌরমব পীনবিব থৌরাংনি।

(৩) সংস্কৃত ইউ পি পরীক্ষা অসি (১) ব্রহ্মপুর সংস্কৃত টোল (২) [illegible] সংস্কৃত টোল অমসুং (৩) খুরাই সংস্কৃত টোল অহুম অসিগী দমক্লি।

মধ্যদা পরীক্ষার্থী মওং থর উচচরি :—

## জেনেরেল ইউ পি পরিক্ষা

| চহি | থাবমশীং | পাশ তৌব ডিভিজন | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| | | ফাষ্ট´ | সেকেণ্ড | থার্ড´ | অপুনবা |
| ১৯১০-১১ | ৫৭ | ১৪ | ৮ | ২ | ২৪ |
| ,, ১১-১২ | ৭৮ | ১৯ | ৭ | ৩ | ২৯ |
| ,, ১২-১৩ | ৭২ | ৩৪ | ১০ | ১ | ৪৫ |
| ,, ১৩-১৪ | ৬৪ | ১৯ | ১৪ | ২ | ৩৫ |
| ,, ১৪-১৫ | ৬৬ | ২১ | ৮ | ২ | ৩১ |
| ,, ১৫-১৬ | ৬৭ | ২০ | ১২ | ১ | ৩৩ |
| ,, ১৬-১৭ | ৭৫ | ৩৬ | ৪ | ১ | ৪১ |
| ,, ১৭-১৮ | ৬৮ | ১৮ | ৮ | ১ | ২৭ |
| ,, ১৮-১৯ | ১১১ | ৪৫ | ১৩ | ৩ | ৬১ |
| ,, ১৯-২০ | ৯০ | ৪৩ | ১৬ | ৩ | ৬০ |
| ,, ২০-২১ | ১১১ | ৪৫ | ১৩ | ৩ | ৬১ |

## ভার্ণেকুলার ইউ পি পরীক্ষা

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১২-১৩ | ৩০ | ১ | ২ | ৪ | ৭ |
| ,, ১৩-১৪ | ১৭ | ১ | ১ | ১ | ৩ |
| ,, ১৪-১৫ | ১১ | × | × | ২ | ২ |
| ,, ১৫-১৬ | ৪ | × | × | × | ৪ |
| ,, ১৬-১৭ | ৯ | × | ৩ | × | ৯ |
| ,, ১৭-১৮ | ৬ | ১ | × | × | ১ |
| ,, ১৮-১৯ | ৭ | ৩ | × | × | ৩ |
| ,, ১৯-২০ | ২ | ১ | × | × | ১ |
| ,, ২০-২১ | ৭ | ৩ | × | × | ৩ |

## সংস্কৃত ইউ পি পরিক্ষা

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৫-১৬ | ১ | × | × | ১ | ১ |
| ,, ১৬-১৭ | ১ | × | × | × | × |
| ,, ১৭-১৮ | ৩ | ১ | × | × | ১ |
| ,, ১৮-১৯ | ৪ | ৪ | × | × | ৪ |
| ,, ১৯-২০ | ৩ | ৩ | × | × | ৩ |
| ,, ২০-২১ | ৪ | ৪ | × | × | ৪ |

নিম্ন প্রাইমারি পরীক্ষা মখল ২ লৈরম্মী। এল পি স্কুলগী অরোইবা পরীক্ষা অমসুং সংস্কৃত নিম্ন প্রাইমারি পরীক্ষা। নিম্ন প্রাইমারি পরীক্ষা অসি পাস তৌদনা ইউ পি স্কুলদা লাইরিক তম্বা যাদে। পরীক্ষা অসিদা মকোক থম্বা অঙাং খরদা বৃত্তি অমসুং ফ্রিসিপ পীরম্মী। সংস্কৃতকী স্কুলদদি ফ্রি ইডুকেশন পীরম্মী।

## নিম্ন প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষা

| চহি | থাবমশীং | পাশ তৌব ডিভিজন | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| | | ফার্ষ্ট | সেকেণ্ড | থার্ড | অপুনবা |
| ১৯০৯-১০ | ২১৬ | ৫৮ | ৩৩ | ১৪ | ১০৫ |
| ,, ১১-১২ | ২৩৭ | ৭১ | ৬১ | ৭ | ১৩৯ |
| ,, ১২-১৩ | ২৪৭ | ৬৪ | ৩৫ | ২১ | ১২০ |
| ,, ১৩-১৪ | ২৫৬ | ৭৫ | ৪৮ | ২০ | ১৪৩ |
| ,, ১৪-১৫ | ২৪৬ | ৫৭ | ৪৮ | ২৫ | ১৩০ |
| ,, ১৫-১৬ | ২০১ | ৫৯ | ২৮ | ২২ | ১০৯ |
| ,, ১৬-১৭ | ২৩৭ | ৯২ | ৩৯ | ২০ | ১৫১ |
| ,, ১৭-১৮ | ২১৩ | ৪৮ | ২১ | ৩২ | ১০১ |
| ,, ১৮-১৯ | ২৩৬ | ৯১ | ২৪ | ১৩ | ১২৮ |
| ,, ১৯-২০ | ২৭১ | ৬৩ | ৩৯ | ৩৫ | ১৩৭ |
| ,, ২০-২১ | ২৩৬ | ৯১ | ২৪ | ১৩ | ১২৮ |

## সংস্কৃত নিম্ন প্রাইমরি পরীক্ষা

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৫-১৭ | ৬ | ৩ | X | X | ৩ |
| ,, ১৬-১৭ | ৭ | ৭ | X | X | ৭ |
| ,, ১৭-১৮ | ১ | X | X | ১ | ১ |
| ,, ১৮-১৯ | ৭ | ৩ | X | ১ | ৪ |
| ,, ১৯-২০ | ৭ | ৫ | ২ | X | ৭ |
| ,, ২০-২১ | ৭ | ৩ | X | ১ | ৪ |

খৃ: ১৯২১—২২ দগীদি পাশ তৌব অঙাংশিংগী ডিভিজন খাযনা পীবমন্ত্রে। চুম্না অঙাং কয়া থাব অমসুং পাশ তৌব অহু-মথৈদা পীরম্লে। সংস্কৃত পরীক্ষাগী ফলদি খৃঃ ১৯২১—২২ দগী পীবমন্ত্রে। মবম অহুনা সংস্কৃতকী কপ পীজন্ত্রে।

## প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষা

| চহি | উচ্চ প্রাইমারি | | | নিম্ন প্রাইমারি | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | থাবমশীং | | পাশতৌব মশীং | থাবমশীং | | পাশতৌব মশীং |
| ১৯২১-২২ | ১২০ | — | ৭২ | ৩০১ | — | ১৬১ |
| ,, ২২-২৩ | ১৫১ | — | ১৩৬ | ২৫৮ | — | ১৬৭ |
| ,, ২৩-২৪ | ১১৪ | — | ৭৬ | ৩১৮ | — | ২১৩ |
| ,, ২৪-২৫ | ১২৬ | — | ৭৩ | ৩৮০ | — | ২১৭ |
| ,, ২৫-২৬ | ১৩৪ | — | ৯০ | ৩৬৪ | — | ২০৭ |
| ,, ২৬-২৭ | ১৬৬ | — | ৮৮ | ৩৫৬ | — | ২২৫ |
| ,, ২৭-২৮ | ১৫৪ | — | ১২৭ | ৩৭৭ | — | ২৪০ |
| ,, ২৮-২৯ | ১৬০ | — | ১০৯ | ৪০৪ | — | ২৫৯ |
| ,, ২৯-৩০ | ১৬০ | — | ১১৩ | ৪৫১ | — | ২৭৪ |
| ,, ৩০-৩১ | ২১০ | — | ১১১ | ৫০৬ | — | ৩৭০ |

মথক্কী পরীক্ষাগী ফল য়েংবদা পাশ ওইব মশীং য়াম্মদনা উবিগনি। মতম অম্বাইদা প্রাইমারি সেলেবস অসি হাইফেৎ লুরম্মী। খুদমগী মশক ওইনা ক্লাস ফোরদা অঙ্ক নিংথিনা হৈরক্লবা অঙাং অহুদি মেট্রিকুলেশনগী কম্পলসরি অঙ্কদা পংনা ফেল ওই-বরমদে। ইংলিশতসু পার্জিং অমসুং কোম্পুকেসন নিংথিনা হৈব তারম্মী। মরম অহুনা পাশ ওইব য়াম্না লুনা থোক্লম্মী। নোঙ্গ কন্দব অঙাংদি পাশ ইতৌ তৌরমদে।

## খরচ

শিক্ষাদা চংব শেল অসি চহি খুদিংগী হেনগৎলকই হায়না লৌব য়াই। করি করিগুম্ব চহিদা অথোই অহেন নাইনা তৌব খরচদি লাইরিক লৈব স্কুল শং শাব অসিনচিংবসিদনি। ওজাগী তলবতদি চহি খুদিংগী হেনগৎখি হায়না লৌবা য়াই। মখাদা চৎখিব খরচকী মওং খর উচ্চরি :

## শিক্ষাদা ৎেটকী চৎখিব খরচ

| চহি | তলবতা | কেপিটেসনফিদা | গ্রান্টতা | বৃত্তিদা | অতৈ অতৈদা | মোট |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯০৯-১০ | ১৪,৫৪২ | ৩,০৭৩ | ৩,২৪২ | ২,৪৮৫ | ১,৯৪৭ | ২৫,২৮৯ |
| ,, ১০-১১ | ১৫,৩৩৯ | ৩,২৬৭ | ৪,৮৭০ | ২,৪৯৪ | ১,৯২০ | ২৭,৮৯০ |
| ,, ১১-১২ | ১৬,৫৯৪ | ৩,৪৩২ | ৫,২৮০ | ২৪,৬৭ | ১,৭০৪ | ২৯,৮৭৭ |
| ,, ১২-১৩ | ১৭,৬৭৩ | ৩,৭৫৯ | ৫,২৫০ | ৩,২৪০ | ২,৩৭৭ | ৩২,২৯৯ |
| ,, ১৩-১৪ | ১৮,৩৬৮ | ৪,১২৯ | ৫,৫৬৭ | ৩,৪০১ | ৮,৭৮১ | ৪০,৩১৭ |
| ,, ১৪-১৫ | ১৮,০৩৮ | ৪,২০০ | ৫,৪৮৪ | ৩,৫৭৪ | ১৫,৯৮১ | ৪৮,২৭৭ |
| ,, ১৫-১৬ | ২০,১১১ | ৪,৩৬৬ | ৫,৪৭৫ | ৪,২২৬ | ২,৪১১ | ৩৬,৫৮৯ |
| ,, ১৬-১৭ | ২১,৭৩৯ | ৪,৫৭৪ | ৪,৬০০ | ৫,৭৮৫ | ২,৪৭৯ | ৩৯,১৭৭ |
| ,, ১৭-১৮ | ২২,৭৭৫ | ৪,৭০৬ | ৪,৭১০ | ৬,৬৪৭ | ২,৭০৮ | ৪১,৫৪৬ |
| ,, ১৮-১৯ | ২৩,৪৩৬ | ৪,৭৬৭ | ৫,১৭৮ | ৮,৬২১ | ২,৫৭০ | ৪৪,০৭২ |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ,, | ১৯-২০ | ২৪,০০৯ | ৪,৬৯৩ | ৫,২২০ | ৬,৫০৪ | ২,৪৯৯ | ৪২,৯১৬ |
| ,, | ২০-২১ | ৩৪,১৭৩ | ৪,৭৯৯ | ৭,৬৯২ | ৮,৬৫১ | ৪,৫০৯ | ৪৯,৯৫২ |
| ,, | ২১-২২ | ৩১,০৫২ | ৫,০০৮ | ৫,২২০ | ১০,৬৩৭ | ৪,০৯১ | ৫৫,৯৩৫ |
| ,, | ২২-২৩ | ৩২,৬৮৭ | ৩,৯৯৭ | ৫,৯৩৫ | ৮,৬৮০ | ৪,৮৮৯ | ৫৬,২৮৯ |
| ,, | ২৩-২৪ | ২৬,৫১৮ | ৪,০০০ | ৭,৬৫০ | ৯,৭১৫ | ১,৪৮৭ | ৪৯,৩৭০ |
| ,, | ২৪-২৫ | ২৭,১৪৫ | ৩,৯৮৫ | ৭,৮০০ | ৮,৭৮৯ | ১,৪৯৬ | ৪৯,২১৫ |
| ,, | ২৫-২৬ | ২৭,৭৪১ | ৪,৪৯৭ | ৭,৮০০ | ৬,৬২৬ | ২,১৮০ | ৪৮,৮৪৪ |
| ,, | ২৬-২৭ | ২৮,১০৭ | ৭,২০০ | ৭,৮০০ | ৫,৫৩৪ | ১,৩৯৬ | ৫৭,৩২১ |
| ,, | ২৭-২৮ | ৩২,২৫০ | ৯,২৭৯ | ৭,৮০০ | ৬,৬৭৬ | ১,৬২৩ | ৫৯,৫২৮ |
| ,, | ২৮-২৯ | ৩৪,১০৭ | ৭,২০৩ | ৭,৮০০ | ৭,৭১৮ | ১,২২২ | ৫৫,০৬০ |
| ,, | ২৯-৩০ | ৩৫,৭০৭ | ৭,১০৩ | ৭,৮০০ | ৭,৭২৮ | ১,২২২ | ৫৫,৬৬০ |
| ,, | ৩০-৩১ | ৩৫,০২২ | × | ৭,৮০০ | ৯,৪৫০ | ১,৬৫২ | ৫৪,৯২৪ |

মথক্তা তলব হায়বিদাস সবকাংগী স্কুলদা লৈব ওজাশিংগী [illegible]ব ভাকুনি। গ্রান্ট হায়বাসিনা জোনষ্টোন অমসুং বেঙ্গলী স্কুলদা [illegible]খিবা গ্রান্টকা শেন্নি। কেপিটেশন ফি হায়বসিনা কলেজ অমসুং [illegible]বিদ্যালয়দা অভাং লাইব্রিক ভম্মুব অমসুং পরীক্ষা থাহনবগী [illegible]কাবনা পাখিব শেন্নি। মসি ১৯৩০-৩১ দদি পীখিদ্রে। বৃত্তিগী [illegible] অসি মপান্দা হাকয়াব ইডুকেশন তথ্ব অভাংশিংদা পীখিব [illegible] কাওব য়াওবরনি। খৃ: ১৮৯২-৯৩ দা ষ্টেটান শিক্ষাদা [illegible] ৩৬০ দা তৌইরম্বনি। তৌবিগুম্বসুং খৃ: ১৯৩০-৩১ দদি লুপা [illegible]৯২৪ য়োৎকখি।

- :(O).—

## মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহগী অরোইব শরুক হাই স্কুল (খৃঃ ১৯৩১-৪১)

খৃষ্টাব্দ ১৯৩১–৪১ গী মমুং অসি প্রজাগী মপুন্নিংদা কবম তৌবগা মচা মসুগী মহৈ তম্ব ঙমগদগে হায়বসি ঙাক্তা মঙাইখি। ইউ পি স্কুল হেক লাম্থোকপদা তম্নিংঙাই লৈতব হায়বসি যাম্না চাউরব সমস্যা অমা ওইরম্মী। জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুলদা মতিক চাব কা লৈরমদে। ইউ পি বৃত্তি পরীক্ষাদা ফাষ্ট ডিভিজন্দা অমসুং সেকেণ্ড ডিভিজন্দ মাংনা পাশ তৌরকপা অঙাংমখেদা জোনষ্টোন্দা লৌশিনখি। লেমহৌর অঙাংশিংগী তমফম লেংবনা য়াম্না ৱানখি। মরম অসিদগী পুকচেল চাউব কয়ানা মথৌনা থুদোক্লকখি। শ্রীলংবৌজম ডাক্তর লেবেন সিংহ, শ্রীনোংমৈকাপম গোপাল মুহরি সিংহ, শ্রীচাবজিৎ সিংহ, শ্রীদামোদর সিংহ অমসুং শ্রীতোলচো সিংহ শীংথনব য়াব মাওইশিংনি। শ্রীসিংহ অসিনা অঙাংশিংগী তমফম লেংবকথে কোক্লব ৱৌবাং তেংবিখি। খুঙ্গং লমদমদদি অহানব চহি খরদি থোইনা অৱাবা লৈখিদে। মতুংদা খুঙ্গংগী লমদমদা অসিগুম্ব থুদোংচাদব অসি থোক্লকপা মতমদা খুঙ্গংগী পুকচেল চাওব কয়া চোংথোংক্লকখি। অসুম তৌন থাংজ পুজহনা সরকার অমসুং প্রজানা এম ই অমসুং হাই স্কুল মথং মথং লিংখৎপা হৌখি।

ইম্ফালদা খৃঃ ১৯৩০—৩১ দা মণিপুর ইনষ্টিটিউসন হায়না কৌব প্রাইভেট হাই স্কুল অমা লিংখৎখি। স্কুল অসি কলিকাতা ইউনিভরসিটিনা খৃঃ ১৯৩১—৩২ দা প্রোভিজনেল রিকোগ্নিসন পীখি। ষ্টেট সরকারনা স্কুল অসিদা য়াম্না উৎসাহ পীখি। ক্লাস খুদিংদা ৫০% গী চাংদা চীংমচাগীদমক তমফম থাকনি হায়বসি স্কুল কোমিটি অমসুং ষ্টেট সরকারগী মমুংদা লেপখি। মহুগী কল ওইনা তমগী বজেটগী লুপা ১,২০০ অমসুং চীংগী বজেটগী

লুপা ১,২০০ পুন্না লুপা ২,৪০০ ষ্টেট সরকারনা স্কুল অসিদা গ্রান্ট ওইনা খৃঃ ১৯৩২ – ৩৩ দা পীখি। মতুংগী চহিদা স্কুল অসি মৈদিঙ্গু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহগী মিংদা চুড়াচান্দ হাই স্কুল হায়না থোনখি। মৈদিঙ্গুনা লম পীদুনা স্কুল শং শাবিখি। ষ্টেট সরকারনা স্কুল অসিদা ৫০% গী চাংদা চীংমচাগীদমক মফম খাক্তুনা থম্বিবনু অঙাং মশীং মুনা তম্বিরদবনা ২৫% গী চাংদা হন্থহনখি অমসুং গ্রান্টসু লুপা ২০০/২০০ হন্থহন্দুনা খৃ· ১৯৩৩-৩৪ দদি পুন্না লুপা ২০০০ চহি অমগী গ্রান্ট পীখি। চুড়াচান্দ হাই স্কুল অসিনা মণিপুরগী ২বা নিপামচাগী হাই স্কুলনি। মসিনা এডেড হাই স্কুল অমা ওইবকপসি খৃ: ১৯৩২-৩৩ দগীনি।

৩শুবা হাই স্কুল অমা উরিপোক্তা খৃ: ১৯৩২-৩৩ দা প্রজানা প্রাইভেট ওইনা লিংখৎচখি। মসিবু ইয়োর (নংগী) হাই স্কুল হায়না থোনখি। স্কুল অসিগী মমিং অসি উবিরগা মসি কয়া রাংনা নংনা হৌগচ্চরকপনো হায়ব খঙবিগনি। কলিকাতা বিশ্ববি-দ্যালয়দা খৃ: ১৯৩৩-৩৪ দা রেজিষ্টার তৌখি। খৃ: ১৯৩৬-৩৭ তা মহারাজ কুমারী তোম্বীস্না দেবীগী মিং থোনখি অমসুং মসিগী বিলডিংসু ইবেমাগী ফগুনা শাবিখি। ষ্টেট সরকারনা কুম অসিদা থাগী গ্রান্ট ওইনা লুপা ১০০ পীখি। মসিনা মণিরপুগী ৩শুবা হাই স্কুলনি।

খৃ ১৯৩৪-৩৫ দা বেঙ্গলী এম ই স্কুলদা ক্লাস VII হায়না হাই স্কুলগী থাক্তা পুখৎখি। মসিদা চহি খুদিংগী ক্লাস অমমম হাপকত্তুনা মপুং ফাব হাই স্কুল অমা ওইখি। মসিনা মণিপুরগী মমুংদা ৪শুবা হাই স্কুলনি।

খৃ: ১৯৩৪-৩৫ মণিপুর গারলস হাই স্কুল হায়দুনা প্রাইভেট স্কুল অমা লিংখৎলকখি। অতোপ্পা মুপী মচাগী প্রাইভেট হাই স্কুল অমসু খৃ: ১৯৩৫ গী মে থাদা লিংখৎখি। অকোনবগী প্রাইভেট হাই স্কুল অসি মৈদিঙ্গুনা মজা ইবেম্মা তম্ফাস্নাগী মিং থোম্বুনা

পুবৈরোম খোংনাংখোংদা স্কুলশং শাবিখি। ষ্টেট দরবারনা স্কুল অসিদা থাগী গ্রান্ট ইন এড ওইনা লুপা ১০০ পীবিখি। অহানবগী মুপীমচাগী হাই স্কুল অহু অনৌব স্কুল অসিনা গ্রান্ত ফংলকপা মতম অস্বাইদা অহুম মুৎখ্রে। মৈদিঙুনা অরোইব য়াহিপ তাল্লম-দাইদা ষ্টেট অসিদা মথাগী হাই স্কুলশিং অসি লৈখি :—

| নিপামচাগী | মুপীমচাগী |
|---|---|
| ১। জোনষ্টোন হাই স্কুল। | ১। তম্ফাস্না হাই স্কুল। |
| ২। চুডাচান্দ হাই স্কুল। | |
| ৩। তোম্বীস্না হাই স্কুল। | |
| ৪। বেঙ্গলী হাই স্কুল। | |

—:O:—

# মিডল স্কুল

চীংগী লমদমদা খৃ: ১৯৩২ দা ওলড চুডাচান্দপুরদা মিসন্না এম: ই: স্কুল অমা লিংখৎখি। মসিদা নোংচুপ সবডিভিজনগী মনুংদা লৈব খৃষ্টান ধর্ম্মবোমদা মমায লৈশিনব অঙাং অয়াম্ব তম্নখি। হোষ্টেল লৈব মরম্না ছাত্রশিংনা খুদোচাবা য়াম্না ফংজখি। চুডাচান্দপুর সবডিভিজনগী লাইবিক লাইশু হৈখ্রিব অয়াম্বদি মিসন এম: ই: স্কুল অসিগী পোথোক্না অয়াম্বনি। সদর এরিয়াদা লৈব কাংপোকপী এম: বি: মিসনগী এম: ই: অসিসু খৃ: ১৯৩১-৪১ কাওবগী মনুংদা য়াম্না ফিবম ফগৎখি। সদর অমসুং উখ্রুল লমগী লাইরিক হৈব অয়াম্ব স্কুল অসিগী পোথোক্নি। খৃ: ১৯৩৯ দদি উখ্রুল ইউ: পি: স্কুল অসি এম: ই গী থাক্তা থাঙ্গৎখি।

অমদা লেডি আরল গারলস এম: ভি: স্কুল অহুম চৎথখি। থোইনা ফগৎপগী মওংসু উখিদে, কৎচিন্নক্তবগী খুদমসু লৈখিদে। খৃ: ১৯৩৪-৩৫ দা নরসিংহ অমসুং রামলালপাল এম ই স্কুল অনি

লিংখৎখি। নরসিংহ এম ই অসি লোকলাউবুংদা লৈরম্মী। স্কুল অসি রাজকুমার থম্বালম্মা সিংহনা নবসিংহ মহারাজগী নিংশিনর ওইনা লিংখৎখিবনি। তৌইংদুম্নুং অরাবনি। স্কুল অসি খৃঃ ১৯৩৯ দা মুংখিরম্মী। রামলাল পাল এম ই স্কুল শ্রীচৌবজিৎ সিংহ অমসুং শ্রীদামোদোর সিংহ মচিন মনাও অসিনা মপোযগী অপোকপগী মিংদা লিংখৎখিবনি। স্কুল অসি মথং মথং চাউখৎলকখি। খৃ ১৯৩৫-৩৬ তা ফৈজা এম ই মাদ্রাসা লিংখৎপি। মসি মাংলুংথোং মথাদা লৈরম্মী। মন্দওইনা মৈতৈ পাঙলমচাশিংগী ওইনা লিংখৎখিবনি।

খৃ ১৯৩৭-৩৮ দা নম্বোল বাজারগী বোর্ড মেম্বরশিংনা এম ই স্কুল অমা লিংখৎখি। কুম অসিদা শ্রীতোলচৌ সিংহনা কাক্চিংপুর পোলিটেক্নিক এম ই স্কুল কাক্চিংপুর হায়বদি লংথবালম্মা লিংখৎখি। শ্রীযুৎ মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ, সিঃ বিঃ ইনা সসাব থাদোকপীরম্বাই খৃ ১৯৪১ দা লৈখিবা স্কুলশিংগী মমিং মথাদা ইজরি —

| চাং | তম |
| --- | --- |
| ১। কাংপোকপী মিসন এম ই স্কুল | ১। লেডি আরল গারলস এমভি |
| ২। চুড়াচান্দপুর মিসন এম ই স্কুল | ২। রামলাল পাল এম ই স্কুল |
| ৩। উখ্রুল গোবর্ণমেন্ট এম ই স্কুল | ৩। ফৈজা এম ই স্কুল |
| | ৪। নম্বোল এম ই স্কুল |
| | ৫। কাক্চিংপুর পোলিটেক্নিক এম ই স্কুল। |

## ইউ পি স্কুল

খৃঃ ১৯৩১-৩২ দমু মোইরাংখোম ইউ পি স্কুল, থাংমৈবন্দ ইউ পি স্কুল অমসুং চিংঙা ইউ পি স্কুল অহুম অসি তমদা য়াম্না ফজনা চথখি। চীংদা মাও ইউ পি স্কুল অমসুং উখ্রুল ইউ পি স্কুল ২ সি লৈরম্মী। মাও ইউ পি স্কুল অসি খৃঃ ১৯২৮-২৯

দা লিংখৎখিবনি অতুগা উখ্রুল ইউ পি স্কুলনা হেক থংনব চহিহুদনি। অতুবু খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দদি অঙাং খজিক্ত মঙাইখিরম্মী চংলিব খরচন হেল্লম্মী। মরম অতুনা কুম অসিদা স্কুল অনিমক মুথস্তুনা ইম্ফাল এরিয়াগী চিংঙাদা চিংঙা হিল ইউ পি অমসুং এল পি তিন্নব স্কুল অমা চীংমচাগীদমক লিংখৎখি। হান্না ইম্ফাল এরিয়াগী স্কুল অতৈনা তমদুকা লৈরম্ব চাং মচা পুম্নমক লোইনা স্কুল অসিদা হোংজিলহনখি। তৌইংস্বসুং উখ্রুলগী প্রজাশিংনা মখোয়গী মচামসুবু মিসন ইউ পি স্কুলদা থানিংদে হাযজবক্লবদা ষ্টেটকী ইউ পি স্কুল অমা অমুক খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা লিংখৎখি। মসি খৃঃ ১৯৩৯ দদি মিদল স্কুল ওইখি। খৃ ১৯৩৪-৩৫ দা মুপীমচাগী ইউ পি স্কুল অমা শাগোলবন্দা প্রজানা লিংখৎখি। কুম অসিমক্তদা স.কারনা গ্রান্ট পীখি। তমেংলোং অমসুং থানলোন্দা ইউ পি স্কুল ১/১ খৃঃ ১৯৩৮-৩৯ দা লিংখি। মরম অসিনা খৃঃ ১৯৪১ গী নবেম্বর থাদা মৈদিঙ শ্রীচূড়াচান্দ সিংহনা অবোইব স্নাহিপ ভাবিরনদাইদ। ইউ পি স্কুলশিং অসি লৈখি ঃ—

| চীং | | তম | |
|---|---|---|---|
| ১। | চিংঙা হিল ইউ পি স্কুল। | ১। | মোইবাংখোম ইউ পি স্কুল। |
| ২। | তমেংলোং ইউ পি স্কুল। | ২। | থাংমৈবন্দ ,, ,, ,,। |
| ৩। | থানলোন ইউ পি স্কুল। | ৩। | চিংঙা ,, ,, ,,। |

## এল পি স্কুল

খৃ ১৯৩১-৩২দা এল পি মাদ্রাসা ১ হাপচিন্দুনা তমদা মাদ্রাসা ১০ সুখি অমসুং চীংদম্ন লৌনা এল পি স্কুল ৪ লিংখলক্তুনা এল পি স্কুল ৪৭ সুখি।

খৃ ১৯৩২-৩৩— কুম অসিদা মুপীমচাগী এল পি স্কুল ২ লিংখত্তুনা ষ্টেট অসিদা মুপীমচাগী এল পি স্কুল ৩ সুখি। কুম অসিদা

চীংদা এল পি স্কুল ৮ অমুক হাপচিন্দুনা চীংগী এল পি স্কুল ৫৫ সুখি ।

খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা তমদা এল পি স্কুল অমতা হাপচিনখিদ্রে। চীংদসু অনৌবা স্কুল হাপচিনবগী মহুত্তা এল পি স্কুল ৩ লৌথো-কুনা স্কুল ৫২ দা ভাইখি। এল পি স্কুল ৫২ অসি ডিভিজন ৩ থোক্না জাতিগী মতুং ইন্না পীজরি।

| সদর | | | উখ্রুল | | তমেংলোং | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| জাৎ পুনব (চিংডা হিল) | | ১ | তাংখুল | ৭ | জাৎ পুনব (তমেংলোং) | | ১ |
| চোথে | — | ১ | কুকি | ১ | কুকি | — | ৮ |
| কুকি | — | ২ | মবিং | ১ | কবুই | — | ৩ |
| মাও | — | ১২ | অনাল | ২ | কাচ্চা নাগা | — | ২ |
| মাবাম | — | ১১ | | | | | |
| অপুনব | — | ২৭ | — | ১১ | | — | ১৪ |

এল পি স্কুলগী ওডাংশিংগী মবক্তা ৭৮ থক খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা থাগী লুঃ ২ গী চাংদা বৃত্তি যংলম্মী । মখোয অতুগী মনুংদা কুকি মচা ২৯, তাংখুল মচ ২০ অমসুং অতে জাৎনা পুল্লগা ২৯ ওইরম্মী। খৃ: ১৯৩৪-৩৫ — কুম অসিদা তমদা লৈবা নিপামচাগী এল পি স্কুল ১ মুখৎলগা সুপীমচাগী এল পি স্কুল অমা লিংখত্তুনা সুপীমচাগী এল পি স্কুল অসি ৪ সুখি ।

আমেরিকান বেপটিস মিসন অমসুং নোর্থ ইষ্ট ইণ্ডিয়া জেনেরেল মিসনগী এল পি স্কুল কযামুকপু লৈরম্মী। মখোয অতু যাওবগা খৃঃ ১৯৩৬-৩৭ তা ষ্টেট অসিদা পুন্না প্রাইমারী (এল পি · ই উ পি) স্কুল ২১৭ লৈখি। অসুম চহি খুদিংগী স্কুল থর থর হাপচিল্লকুনা খৃ ১৯৪১-৪২ দদি তমদা এল পি স্কুল ৮৮ অমসুং চীংদনা এল পি স্কুল ৬১ পুন্না ষ্টেট অসিদা এল পি স্কুল ১৪৯ অমসুং ইউ পি স্কুল ৮ লৈখি। কুম অসিদা মিসন স্কুলগী মশীং হণ্থরকখি। আমেরিকান বেপটিস মিসন অমসুং নোর্থ ইষ্ট ইণ্ডিয় জেনরেল মিসন অনিগী স্কুল

মশী পুংগা ১০০ গী মতম্‌দা লৈরম্মী।

খৃঃ ১৯৩৯-৪০ দগী ১৯৭২ ৭৩ ফাওবগী ষ্টেট অসিগী এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্ট ফোংখিদ্রে। খুদিংগী চহীবা লাপ্তাউদা জাপান্না হেক যাওখিবদগী ষ্টেট অসিগী মায় ইংলাংখি। মরম অতুনা খৃঃ ১৯৩৯-৪৩ ফাওবগী রিপোর্ট লোইশিনবা ঙমখিদে। উখ্রুল ইউ পি স্কুলনা এম ই স্কুলগী থাক ফংখি হায়বসিনা শ্রীথাদিংনা খৃঃ ১৯৩৯ দা উখ্রুল এম ই স্কুলগী হেড মাষ্টর পুংশংগী পিস কোমিসন চংখিবসিদা খঙব ঙম্ম। মহাক্না চংলম্লবা হিল টিচর এসোসিয়েশননা মাবু লম্বলাইন হোষ্টেলদা ফেমথোকখি। মতম অমদা লেক্ষক ওইবিবা ইশানক্না জেনেরল সেক্রেটরী ওইরম্বা উখ্রুল ইউ পি স্কুল অসি এম ই স্কুল থাক লৌখি হায়বসি খঙদ্রেহোজুনা ইজরুবতনি। খৃঃ ১৯৪৫-৪৬ তা ফেরা এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্টতা লান মমাংদা লৈরম্বা স্কুল অমুক হন্না হাপ্নবগী রাফমদগী লান মমাং হায়রবদি খৃঃ ১৯৪২ ৪৩ দা লৈরম্ব স্কুলনি হায়না লৌজরুবতনি। শিক্ষাগী ইতিহাসতা মরুওইব থৌদোক খরা চহি ১২/১৩ অসিগী মনুংদা থোকখি। মথং মথং মখাদা পুম্বি :—

১। মৈতৈবোল খৃঃ ১৯২৭ দা কলিকাতা ইউনিভরসিটিনা মেট্রিকুলেশন ফাওব রিকোগ্নাইজ তৌবিখিবদু খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা আই এ ফাওব রিকোগ্নাইজ তৌবিবকখি।

২। খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা এল পি স্কুলদা ক্লাস টু দগী ইংলিশ তম্ব হৌহনখি।

৩। খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা উখ্রুল সবডিভিজনগী ইপা ইপলশিংনা স্কুল তম্বনা লৌউ-শিংউবগী থবক্তা মখোয়গী মচামস্থশিং করিমতা হৈদ্রে, চরা হেল্লকপা তারে হায়দুনা কনামতা স্কুল কাহনখিদ্রে। সবডিভিজন অসিগী এস ডি ও সাহেবনা লমদম অসিগীদমক্তা তোপ্পা লৌউবগী বিষয় অমা করিকুলম শেম্বদা হাপচিনখি।

৪। খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা মণিপুরদা মেত্রিককুলেশন পরীক্ষাগী কেন্দ্র ইহান হান্না হাংখি।

৫। খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দা প্রাইমারি স্কুল ওজা পুম্নমক্কী অপুনব কোনফরেন্স অমা শেমদুনা মতুদা রচমানচিংব ইনদুনা পানখি। অমুম্না শিক্ষা চাউখৎনবা চহি অতুদা কোনফরেন্স ৩ লক ফমখি।

—:(O):—

# হাই স্কুল

মৎক্তা হাই স্কুল খবগী চাউৎকপা মাবোল খবদি পঙ্খরে। মখোবগী মুগাইব মরম খরদং মখাদা ইওবি —

জোনষ্টোন হাই স্কুল—খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা জোনষ্টোন হাই স্কুল অসিদা অঙাং ৩২৫ তম্লম্মী। মখোয়গী মনুংদা ২৮৪ না মৈতৈ মচানি, ৭ না মৈতৈ পাঙল মচানি, ১৮ না চাং মচানি অমসুং ১৬ না মযাং মচানি। মৈতৈ ১৬ গা বাঙালী ৩ গা ওজা ওইরম্মী। ওজা ১৫ অসিগী মনুংদা কলিকাতা ইউনিভরসিটিগী গ্রেজুয়েট ৩, এফ এ পাস তৌদুনা বি এ পরীক্ষা খাগদোব অমা, আই এ মেত্রিক ৬, সংস্কৃত ২ অমসুং ননমেত্রিক ১ ওইরম্মী।

জোনষ্টোন হাই স্কুল খৃ ১৯২৭ কী এপ্রিল থাদগী হৌনা থাগী লুপা ৫০ গী চাংদা চহি ৫ গীদমক ভারত গোবর্ণমেন্টদগী গ্রান্ট ফংলম্মী অমসুং আসাম গোবর্ণমেন্টদগীসু থাগী লুপা ৫০ গী চাংদা গ্রান্ট ওইনা ফংলম্মী। খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা হায়রিবা গ্রান্টশিং অমসুং অঙাংশিংদগী লাকপা ফিগী মখক্তা মণিপুর সরকারনা লুপা ৭,৩৮০ খরচ তৌরম্মী।

মণিপুর ইনষ্টিটিউসন—খৃঃ ১৯৩১-৩১ দা হাই স্কুল অসিদা ছাত্র ২২৯ তম্লম্মী। বাঙালী ৩ গা মৈতৈ ৭ কা ওজা ওইরম্মী।

ওজা ১০ অসিগী মনুংদা বি এ ৩, আই এ ২ অমসুং মেট্রিক ৫ ওইবম্মী। কুম অসিদা হাই স্কুল অসি ষ্টেটকী গ্রান্ট ফংলমম্রি।

বেঙ্গলী এম ই স্কুল মসি অহানবদা বেঙ্গলী অমসুং মযাং মচ, অতৈ শিংগী তমক্না লিংখৎলবসু মমৈথংদদি মৈতৈ মচা ময়ামসু তম্মখি। খ্ ১৯৩১-৩২ দা স্কুল অসি ছাত্র ১৭০ তমখি। মখোয় অতুগী মনুংদা ৯২ না মৈতৈ মচানি, ৮ না মৈতৈ পাঙলনি, ১ না চৌংমীনি, ৩৬ না বাঙ্গালানি, ১৮ না গুর্খনি ৮ না হিন্দুস্থানিনি, ৪ না পঞ্জাবিনি, ২ না আসামনি অমসুং ১ না কাছাডানি। স্কুল অসিনা ভারত সরকারদগী লুপা ৩০, ষ্টেট সরকারনগী লুপা ৬০, অমসু ইম্ফাল টাউন ফণ্ডদগী লুপা ২০ থাগী গ্রাট ওইনা পুন্না লুপা ১১০ ফংলম্মী।

## প্রাইমারি ইডুকেশন

১৯৩১-৩২

তম—ইম্ফাল এরিযাদা মোইরাংখোম, থা নৈমন্দ অমসুং চিঙ্গা ইউ পি স্কুল ৩ লৈখি। কুম অসিদা পুন্না ছাত্র ৩৬১ লৈখি। ক্লাস থ্রিগী ছাত্র ১ দা শিকি অমা অমসুং ক্লাস ফোরগী ছাত্র ১ দনা শিকি পৈশা মরি হায়রদি পৈশা ৩১ টিউসন ফি ওইনা থা খুদিংগী লৌরম্মী। স্কোলারসিপ ফংব ছাত্রদগী ফি লৌরমদে। লাইব্রিক ফব খরদসু ক্রিসিপ পীবম্মী।

কুম অসিদা তমদা এল পি ৮৩ লৈরম্মী। মখোয় অতু মখাগী এরিয়া ৩ অসিদা চাইথোকনা লৈরম্মী।

১। ইম্ফাল এরিয়াদা এল পি স্কুল ১৯
২। জিরিবাম ,, ,, ,, ,, ৫
৩। খুজং ,, ,, ,, ,, ৫৯

মখোয় অসি নত্তনা মাদ্রাসা ১০, সংস্কৃত টোল ৩ অমসুং মুপীমচাগী এল পি স্কুল অমসু লৈরম্মী। মথক্কী এল পি স্কুল ৮৩ অসিদা পুম্না নিপামচা ৭,৫২৮ অমসুং নুপীমচা ৪৫ লৈরম্মী, ওজা ১৯৪ মুবর্ম্ম। ওজাশিং অদুগী গুনাগুন পীজরি।

১। মেট্রিক ওজা ১।
২। মিডল ইংলিশ/ভার্ণেকুলার স্কুল সার্টিফিকেট পায়ব—৩৪
৩। ইউ পি স্কুল সার্টিফিকেট পায়ব —১৩৪
৪। এল পি স্কুল — ৩০

মোট ১৯৮

মখোয অসিগী মনুংদা ১৬৪ না মৈতৈ, ৩১ না মৈতৈ পাঙল অমসুং ৩ না অতৈ জাতি ওইরম্মী। চীংগী শিক্ষা অসি ২শুবা পৃথিবীগী লাঞ্চাউ ফাওবদি যাম্না অকা অকুম নাইখি। মথক্তসু পঞ্জখরে। চীংগী অহল লমনশিংনা মচা মশুবু মহৈ চানব মহৈ তম হনবিখিদে! স্কুল লিংখৎলগা চহি ১/২ দং থরায় য়াওবিরম্মী। মতুংদদি অভাং কাবিরক্তহনা স্কুল অদু হেক্তা মুৎথৎখি।

মাও ইউ পি অমসুং উখ্রুল ইউ পি স্কুল ২ মক ছাত্র য়াম্মন্দবদবগী খৃঃ ১৯৩১-৩২ দদি মুৎথৎপা তাখি। ইম্ফাল এরিয়াগী চিংঙা মনাক্তা চীং মচা এল পি অমসুং ইউ পি স্কুল পুনব অমা শাখি। খৃ: ১৯৩২-৩৩ দদি চীংগী ইউ পি স্কুল ২ মক মুৎথৎলগা হায়রিবা চিংঙা ইউ পি স্কুল অসি হৌখি। মতুংগী চাহিদা উখ্রুলগী প্রজাশিংনা ইউ পি স্কুল অমুক হন্না পীয়ু হায়জমনবদগী চহিহুদা হায়বদি খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ হুদা অমুক হন্না স্কুল হংখি। খৃ: ১৯৩১-৩২ দা চীংগী লমদমদা এল পি স্কুল ৪৭ তি মুরম্মী হায়ববু পুম্না ছাত্র ১:০৪০ দা মশাইরম্মী। স্কুল ৪৭ অসিগী মনুংদা স্কুল ৪০ দি চাদা স্কুল ১ গী অভাং ১৫ রোমদা মশাইরম্মী। ষ্টেট সরকারনা চীং মচাবু হৈহন্নীংবদগী চীং-তমগী মনুংদা লেঙদনা লৈবা য়াই হায়না

লৌব যাব স্কুল খবদা তম্বা ছাত্রশিংদা বৃত্তি পীখি। খুদমগী মশক ওইনা খৃঃ ১০৩১-৩২ দা বৃত্তি পীখিব স্কুল খবগী মনিংগা কোন্ননা চীংগী ছাত্র মশীং পীজরি —

| স্কুল | বৃত্তি পীব ছাত্র | থা ১গী লুপা চহিত্থদা | তিংখিব লু |
|---|---|---|---|
| ১। মেডিকেল স্কুল | | | |
| ডিব্রুগড | ২ | ৭০, | ৮৪০, |
| ২। জোনষ্টোন হাই স্কুল | ১২ | ৪_ | ৫৭৬_ |
| ৩। মোইরাংখোম ইউ পি | ৩০ | ৪, | ১৪৪০, |
| ৪। উখ্রুল ইউ পি | ৫ | ৪, | ২৪০, |
| ৫। মাও ইউ পি | ৫ | ৪, | ২৪০, |
| ৬। শিংজমৈ (পেটিগ্রু) | | | |
| এল পি | ৪১ | ৩, | ১,৪৭৬, |
| ৭। চুড়চান্দপুর | ,, ,, ১৫ | ৩ | ৫৪০, |
| ৮। চোথে | ,, ,, ৩ | ৩, | ১০৮, |
| ৯। শেকমাই | ,, ,, ৩ | ৩, | ১০৯ |
| ১০। তমেংলোং | ,, ,, ১৫ | ৩, | ৫৪০, |
| ১১। উখ্রুল | ,, ,, ১০ | ৩, | ৩৬০, |
| ১২। মাও | ,, ,, ১০ | ৩, | ৩৬০, |
| মোট | ১৫১ | | ৬,৮২৮, |

চীংগী শিক্ষা অসি খৃঃষ্টান মিসনগী যান্না চাউবা শরুক য়াহ্না পুখৎখিরম্মী। আমেরিকান বেপ্টিষ্ট মিসনগা খৃষ্টান চৎপ চত্তব নাইদনা খুল অয়াম্বদা স্কুল লিংখৎখি। খৃষ্টান ধর্ম চত্তব খুন্দদি ধর্মগী পাউতাক স্কুলদা তম্বিদে। য়ামনা কোইথোকপ মওংদা ধর্মরোমদা পুশিন্নকপ য়ানবা পাম্বৈ লৌজিন্নবম্মী। খুল্লাগা মরী লৈনবগীদমক মিশনরিশিংনা চীংগী মফম অয়াম্বদা স্কুল লিংবদা হালেংখিদে।

খা নোংচুপলোমদা নোর্থ ইষ্ট জোনেল মিসন্না চীংগী ইচিন-ইনাওশিংগী মবক্তা কন্না শিক্ষা শন্দোক্লকখি। মখোয়স্তু শিক্ষা শন্দোকপদা খৃষ্টান্নি অমস্তুং খৃষ্টান নত্তবনি হায়ব খোইনা য়েংশিন্দে। মখোয়গী মতম্ব কম্ব চন্নবদি হিন্না চন্নকনি হায়ব রাখল অসোমদা লৈবম্মী। মখোমনা মৈতৈরোলবু খৃঃ ১৯৩১-৩২ ফাওব স্কুলদা তম্বিহবখিদে, লুশাই লোল তমহনখি। মবম অন্ননা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা হন্না হন্না মণিপুরগী মস্তুংদা মণিপুরী তমগদবনি, লুশাই-লোল তম্বিবোইদবনি হায়না মিসনবিশিংদা খওহনখি। তোইগুম্বস্তুং মতম শাংনা তমনবকপনা চুড়াচান্দপুর এরিয়াদা মৈতৈরোল তমহন্নব হোৎনবদা মতম য়ামনা কুইনা চংখি। মখাদা খৃষ্টান মিসনরিগী স্কুল খব পীজরি। মখোয় অসি খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা লৈখিবনি

| মিসনগী মমিং | এম ই স্কুল | ইউ পি স্কুল | এল পি স্কুল | অপুনব |
|---|---|---|---|---|
| আমেমিরিকান বেপ্টিষ্ট | ১ | ৬ | ৫১ | ৫৮ |
| এন ই আই জি | ১ | × | ২৩ | ২৩ |

এন ই. আই. জিগী এল পি স্কুল ২০ গী মস্তুংদা ১ দি মুপী-মচাগী স্কুল ওইরম্মি। মখোয় অসি নত্তনা বাইবল স্কুল অমম্ব লেসড চুড়াচান্দপুরদা লৈরম্মী। আমেরিকান বেপ্টিষ্টকী এল পি স্কুল ৫১ গী মস্তুংদা ২৭ দি অহিংদা তম্ব স্কুল ওইরম্মী।

ছাত্র—আমেরিকা• বেপ্টিষ্ট এম ই স্কুলদা নিপামচা ৭২ মুপীমচা ৭৩

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ,, | ,, | ইউ পি | ,, | ,, | ১১৫ | ,, | ৪৬ |
| ,, | ,, | এল পি | ,, | ,, | ৪•২ | ,, | ১৮৮ |

মোট নিপামচা ৫৮৯ মুপীমচা ২৭৭

| | | |
|---|---|---|
| এন ই আই জি | এম ই স্কুল্দা | অঙাং ৬০ |
| ,, ,, ,, ,, | এল পি ,, | অঙাং ৪১১ |
| ,, ,, ,, ,, | বাইবল | অঙাং ২৩ |
| মোট | | অঙাং ৪৯৫ |

অঙাং ৪৯৫ সিগী মনুংদা নিপামচা ৪৬০ অমসুং নুপীমচা ৩৫ ওইরম্মী।

## ওজা অমসুং খরচ

আমেরিকান বেপ্টিষ্ট মিসনগী স্কুল অযাম্বদা ষ্টেট সরকারগী করিকুলম মতুং ইন্না তম্বরম্মী। মরম অতুনা হায়রিবা মিসন অসিদা স্টেটনা গ্রান্ট পীখিরম্মী। এন ই আই জি মিসন্দদি অসিগুম্বা খুদোং চাবসি ষ্টেটনা লাস্নোকখিদে।

আমেরিকান বেপটিষ্ট মিসনগী স্কুলদা নিপা ওজা ৫৩গা নুপী ওজা ৪গা লৈরম্মী। খরচনা লুপা ৬,৭৬৫ ওইরম্মী। মসিগী মনুংদা ষ্টেটনা লুপা ১৩০৬ মতেং পীখি। এন ই আই জি মিসন স্কুল্দা ওজা ২৭কা ইনস্পেক্টর ১ গা লৈরম্মী। লুপা ৮৯০০ খক স্কুলশিং অতুদা খরচ তৌখি। কুম অসিদা হায়রিবদি খৃঃ ১৯৩১-৩২ সিদা মিসনগী খরচনা ছত্র ৩ খক শিলোং গোবর্ণমেন্ত হাইস্কুল্দা লাইরিক তমহনখি।

ষ্টেটকী স্কুল অসি কয়া সুরম্মী, ওজা কয়া কয়া লৈরম্মী, ছাত্র মশীংনা কযা য়াম্লম্মী অসিনচিংব চহি খরগী শম্লপা ষ্টেটিষ্টীক্স মখাদা উচ্চরি।

## হাই স্কুল

| চহি | স্কুল মশীং | ছাত্র মশীং | ওজা মশীং |
|---|---|---|---|
| খৃঃ ১৯৩১-৩২ | ২ | ৫৫৪ | ২৫ |
| ,, ,, ৩২-৩৩ | ২ | ৫৬৭ | ২৬ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ,, ,, ৩৩-৩৪ | ২ | ৫৬১ | ২৭ |
| ,, ,, ৩৭-৩৫ | ৩ | ৭৭০ | ৩৭ |

খৃঃ ১৯৩৪-৩৫ দা মণিপুর গারলস হাই স্কুল অমসুং ইযোব হাই স্কুলগী মমিং মখেদং কুম অসিগী এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্টতা ইবিবদ্মী তৌইৎৰসুং মবোল অতৈদি লোনবিরমদ্রে।

## মিডল স্কুল

| চহি | তমদা | | চীংদা মিসন স্কুল | অপুনব |
|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | | |
| ১৯৩১-৩২ | ১ | ১ | ২ | ৪ |
| ,, ৩২-৩৩ | ১ | ১ | ২ | ৪ |
| ,, ৩৩-৩৪ | ১ | ১ | ২ | ৪ |
| ,, ৩৪-৩৫ | ২ | ১ | ২ | ৫ |
| ,, ৩৫-৩৬ | ২ | ১ | ২ | ৬ |

খৃঃ ১৯৩৪-৩৫ দা বেঙ্গলী এম ই স্কুল অসি ক্লাস VII হাংদুনা হাই স্কুলগী থাকতা হাইগৎখি। মরল অদুনা তমদ কুম অসিদা এম ই স্কুল লৈফম থোক্রবনি। অদুবু নরাসংহ অমসুং রামলাল পাল এম ই স্কুল ২ লিংখৎপদগী তমগী এম ই স্কুল লিংখৎলকপনা নিপাগী এম ই স্কুল ৩ ওখি। নুপীমচাগী মিডল ইংলিশ স্কুল উচ্চরিবসি লেডি আরলস গারল মিডল ভার্ণেকুলার স্কুল অদুবুনি। চীংগী মিসন এম ই স্কুল ২ উচ্চরিবসি কাংপোকপী মিসন এম ই স্কুলগা চুড়াচান্দপুর মিসন এম ই স্কুলগনি।

## ইউ পি স্কুল

| চহি | চীং | | তম | অপুনব |
|---|---|---|---|---|
| | সরকার | মিসন | সরকার | |
| ১৯৩১-৩২ | ২ | ৬ | ৩ | ১১ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ,, ৩২-৩৩ | ১ | ১ | ৩ | ৫ |
| ,, ৩৩-৩৪ | ২ | ১ | ৩ | ৬ |
| ,, ৩৪-৩৫ | ২ | ১ | ৪ | ৭ |

খৃ. ১৯৩১-৩২ দা চৌংগী ইউ পি স্কুল ১ উচ্চরিবসিগী মন্নুংদা অমনা উখ্রুল ইউ পি স্কুলনি অমসুং অতোপ্পা অমছুনা নাগা ইউ পি স্কুলনি। অনি অসি খঃ ১৯৩২-৩৩ দা মুৎথৎলগা চিংডা হিল ইউ পি স্কুল লিংখিবনা কুম অসিদা ইউ পি স্কুল অমতা মউঙ্করে। খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ অমুক হন্না উখ্রুলদা ইউ পি স্কুল ১ লিংখৎলকুনা ২ সুখিবনি। খৃ. ১৯৩৪ ৩৫ দা তমদা ইউ পি স্কুল ৪ উচ্চরিবসি ১বনা মোইরাংখোম নিপামচাগী ইউ পি স্কুলনি, ২শুবনা থাংমৈবন্দ নিপামচাগী ইউ পি স্কুলনি, ৩শুবনা নিপামচাগী চিংডা ইউ পি স্কুলনি অমসুং ৪শুবনা নুপীমচাগী শগোলবন্দ এডেড ইউ পি স্কুলনি। শগোবন্দ ইউ পি স্কুল অসি খৃঃ ১৯৩৭ ৩৫ সিদা লিংখৎখিবনি অমসুং গ্রাণ্টসু কুন অসিদা হংখিবনি।

## এল পি স্কুল

| চহি | চৌং | | তম | | |
|---|---|---|---|---|---|
| | ষ্টেট— | মিসন | নিপামচ | নুপীমচা | অপুনব |
| ১৯৩১-৩২ | ৪৭ | ৭৪ | ৮৬ | ৯ | ২১২ |
| ,, ৩২-৩৩ | ৫৫ | ৫৮ | ৮২ | ৯ | ২০৪ |
| ,, ৩৩-৩৭ | ৫২ | ৫৫ | ৮২ | ৯ | ১৮৮ |
| ,, ৩৪-৩৪ | ৬২ | ৪৭ | ৮১ | ৯ | ১৯৬ |
| ,, ৩৫-৩৬ | ৬২ | ৫৮ | ৮১ | ৯ | ২১০ |

## পরিক্ষা

হাইস্কুলগী পরিক্ষা ফল য়াম্না ফজবম্নী। মেত্রিকুলেসন সেন্টর অসি খৃ ১৯৩১-৩২ দা ইম্ফালদা হাংখি। কুম অসিদা চুড়াচান্দ হাইস্কুলগী ইহান হানব মেত্রিকুলেসন পরীক্ষাদা শীখি।

### মেত্রিকুলেশন পরীক্ষা

| চহি | স্কুল | থাব মশিং | পাশ তৌব মশীং | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | I | II | III | অপুনব |
| ১৯৩১-৩২ | জোনষ্টোন | ৩৭ | ১৯ | ১০ | ৩ | ৩২ |
| ,, ৩২-৩৩ | জোনষ্টোন | ৩৩ | ১৫ | ১৪ | ২ | ৩১ |
| ,, ৩৩-৩৪ | জোনষ্টোন | ৩৯ | ১১ | ১৫ | ২ | ২৮ |
| | চুড়াচান্দ | ৫ | | | | ৪ |
| ,, ৩৪-৩৫ | জোনষ্টোন | ৩৪ | ১৩ | ৯ | ১ | ২৩ |
| | চুড়াচান্দ | ১২ | | | | ৮ |

### ষ্টেট প্রাইমারি স্কুল পরীক্ষা

| চহি | থাব মশীং | | পাশ তৌবা মশীং | |
|---|---|---|---|---|
| | ইউ পি | এল পি | ইউ পি | এল পি |
| ১৯৩১-৩২ | ২৩৮ | ৫৮৯ | ১৬৭ | ৪১৬ |
| ,, ৩২-৩৩ | ৩৭১ | ৮৩৩ | ১৬১ | ৪৯১ |
| ,, ৩৩-৩৪ | ২৩১ | ৭১৭ | ১০৬ | ৩২৮ |
| ,, ৩৪-৩৫ | ১৪৩ | ৮৫৩ | ৯৯ | ৫৩১ |

খৃ: ১৯৩৩-৩৪ গী এল পি পর ক্লাসদা ইংলিশ য়াওবনা পরীক্ষা থাব অভাং মশীং হন্থখি। কুম অসিদা চাংঙা হিল ইউ পি অমসুং এল পি স্কুল অপুনবগী চীংমচা অনিনা হায়রিবা পরীক্ষা অসিদা

মাংকাক মথং অনিগী মরুম লেপখি। মতম অদুগী পি এম এস ডি অমসুং মৈমদিঙ্গু শ্রীচূড়াচান্দ সিংহ অনিনা তঙা তংদুবু যাম্না থাগৎপীদুনা চাংমচাগী শিক্ষা থৌগৎপীখি।

## সংস্কৃত পরীক্ষা

| চহি | | থাবা মশিং | পাশ তৌবা মশিং |
|---|---|---|---|
| ১৯৩৩-৩৪ | শাস্ত্রী | ২ | ১ |
| | আসাম সংস্কৃত | ১২ | ১১ |
| ১৯৩৪-৩৫ | আসাম সংস্কৃত | ১৩ | ১৩ |

মতম অদুদা গৌরধর্ম্মগী ইচেল যাম্না কল্লম্বা সংস্কৃত অসি যাম্না থরায যাওনা লাকনযম্মী। মতম অদুনা সংস্কৃতকী পরীক্ষা ফল য়াম্না ফজবম্মা।

## খরচ

স্কুল মশিং হেনগৎলকপগী মতিক শিক্ষাদা চৎপা খরচসু হেনগৎলকখি। মখাদা চহি খরা, শিক্ষাদা স্টেটনা তোখিবা খরচ উচচরি।

| চহি | ১৯৩১-৩২ | ১৯৩২-৩৩ | ১৯৩৩-৩৪ | ১৯৩৪-৩৫ |
|---|---|---|---|---|
| তলব | ৩২,৭৫২ | ৩৫,৫৮৯ | ৪১,৬৯৬, | ৪৭,৭৬৮ |
| হাইস্কুল গ্রান্ট | ৭,৮০০, | ৭,৬৭০, | ৬,৩৯৭ | × |
| এল পি স্কুল গ্রান্ট | × | ৪২০, | ৪২০ | × |
| বৃত্তি | ৮,৯৮৭, | ৮,১০১ | ৬,০১৮, | × |
| শাইবিক চে মুংদা | ৩১৬, | × | × | × |
| ফার্নিচর | ২৯৩, | × | × | × |
| অতৈ অতৈ | ১,৯৬৭ | ৪,২২৬, | ৯,৯৯৩, | ২০,৮৭৮, |
| মোট | ৫৫,১০৫, | ৫৫,৯৮৪, | ৬৮,৫২৪, | ৬৮,৬৪৬, |

খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দা শগোলবন্দা মুপীমচাগী এল পি স্কুল অমা লিংখৎখি অমসুং থাগী গ্রান্ট লুপা ২০ পীখি। কুম অসিদা কৈথেল মানবী এল পি স্কুলদসু থাগী লুপা ১৫ গ্রান্ট পীখি। খৃঃ ১৩২-৩৩ দা ক্বাকৈথেল গার্লস এল পি স্কুল গ্রানট ফংখি। ৎমুবু মদুগী দরকাব রিজোলুশন খিবা ফংদে। মণিপুরদা কৈথেল মানবা কৌবা স্কুল অমা লিংবা য়াব থুল লৈরমদে। অরাং কৈথেল, মানবী লানগী মতুংদা শেমখিবা খুন্নি অদুগা অরাং কৈথেল মানবীসু যুম তাদ্রি। মসি ছাপা নম্বদা লানখিবরা হায়না খঙ্গে। খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা বৃত্তিদা হান্না লুপা ৮,১০৯ ওইরম্বদগী লুপা ৬,০১৮ দা হঙ্খিবসি বৃত্তি পীবদা মশাং হঙ্খিবা নত্তে। চহিগী বজেট শেংদা ওজাগী তলব নত্তনা অতৈদি অতৈ অতৈ হায়না লৌরম্মী। মসিগী নিযম অসি তমদসু মতম অদুগী পি এম এস ডি G P. STEWART সহেবনা খৃঃ ১৯৩৪-৩৫ দগী হৌনা চৎহনখি। মবম অদুনা হেন্দোক হেঞ্জিন নাইনা আইটেম খরদা উবতনি। অপুনবা খরচতদি চহি খুদিংগী হেনগৎলকখি।

## মণিপুরগী অরাবা মতাং

### খৃষ্টাব্দ ১৯৩৯-৪৩

শ্রীচুড়াচান্দ মহারাজগী লোইরমদাই পুন্সিদা অইংব থোইনা লৈখিদে। লৈবাক্কী ঈরাং কয়া থোক্লকপদগী এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্ট যৌনা খৃঃ ১৯৩৯ দগী ১৯৪৩ ফাওব ফোংব ভমখিদে। করম্ব মখলগী ঈরাংনো অমসুং ঈরাংশিং অদুন শিক্ষাগী থবক্তা করি করি হুপনবা পীখিবগে হায়বদু মখাদা শম্নপনা উচচরি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৩৯ গী জন্নুওয়ারি থাদা মণিপুরগী কাচিন কোয়া য়ৌনা "মৈতৈ পুরানগী মতুং ইন্না খৃঃ ১৯৩৯ দগী ৪২ ফাওবগী চহি ৩ অসি মণিপুরগী য়ামনা লুব মতাংনি" হায়ব ভোকপা অমা

কন্না শন্দোক্লকখি। চহি অহুম অসিদি ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা লৈনগদবনি হায়বসি মীপুম থুদিংনা য়াননা কন্না ঙাংনখি। মতম অসিদা মীপুম থুদিংমক অৱা পিক্ম তৈগনি, ধর্ম্ম কায়রক্কনি, থৌহৎ মুং ভাউরক্কনি অসিনচিংব ৱাবোল কয়া ঙাংনরুনা মীপুম থুদিংগী শিন্না ওইনখি। প্রজা অয়াম্বা মুংনাংখি। তোকঙাগী মহুংদা অচুম্বা খরদি মবাও হায়নবদু লৈয়াক অসিদদি হাইফেৎ চুম্বদৌনা থোকখি।

কলদা ফো তক্লগা অতকপা চেং মীবৈবাক্রা থাদোকখিবনা মণিপুরদা চেং তাংহনবনি হায়না লৌহুনা নুপাশিংগী অচৌব আন্দোলন অমা খৃঃ ১৯৩৯-৪০ দা থোক্লকখি। খাইরম্বন্দ কৈথেল পুম্নপ লেপখি। নুপীমখৈনা হৌহুনা মযাংশিংনা ফো তকনব কল পাল্লিবদু থুদেক্কনি হায়হুনা হায়গৎনখি। মতম অদুমক্তদা পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবনা ময়াম কাক্রে হায়ব পাউ হেক ফংবদা হান্না মতাম্মতা থোক্লগা নুপীশিংদুবু খাইরম্বন্দ কৈথেল ময়ায়দা ওকখি। নুপী ময়াম্না কল পুদেনবশিংগী ৱাথন খঙলবদা মানা লুচিংহুনা কল লৈফম থুদিংদা চংমিন্নখি অমসুং পান্দুনা লেবন্নব ফিটা লুদিংমক লৌথোক্লগা কলগী মচাক তৈবদি ইলেকট্রিক য়াওব-নিনা মী চিংশিন্দুদা শাবয়াই হায়না খঙহল্লগা মহাজনগী মপোৎস্থ মাঙহনখিদে অমসুং প্রজাশিংগী মপুকস্থ পেলহনখি। আসিগুম্ব নাগী শাসন অসিবু মী অয়াম্বনা থাগৎনখি। মবৈ থংদা আন্দোলন অদু নেমখিহুনা খৃঃ ১৯৭০ গী ফেব্রুওয়ারি থাদা অমুক হন্না খাইরম্বন্দ কৈথেল কাখি। অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা নৈদিঙ শ্রীচূড়াচান্দসিংহ ম্না-হৃকচাং ঈরকখি। ফিবম ফংশিল্লক্তহুনা খৃঃ ১৯৪১ গী সেপ্টেম্বর থাদা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লেংশিনখি। অয়াবনি। মণিপুরগী শিক্ষাগী হীহানব ওইনা লৈবিরম্নবা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সিংহ কে সি এস আই, সি বি ই শ্রীকুণ্ডসেবা বিনোদ ইকুই কুইদনা চহিহুগী নবেম্বর থাদা তীর্থ মফম অসিদা অরোইব য়াহিপ তাবিখি। অমুক হেক থংনব থাহুদা

হায়বদি ডিসেম্বর থাবা জাপান্না বর্ম্মা রোমদা লৈবাক মখং মথং লৌশিল্লক্লুনা চংশিন্নকখি। মণিপুরগী মীওই খুদিংমক মিপাইনখি।

ইম্ফাল হুমিদাং মৈ মুৎখ্রে। অদুগী মথক্তা খৃঃ ১৯৪১-৪২ গী ফৌথোক য়াম্না থোকহন্নীংহবু ওন্ন-তৈনবগুম থোকখ্রে। তাঙ্গা অসিদা বৃটিশ সরকারবনা পলেন্দগী তম্ু তাবা লম্বী অসি যাম্না কন্না শেম্বা হৌরকখি।

খৃঃ ১৯৪২ গী জনুওযারি থাদগীদি বর্ম্মাদগী ল্যানগী মীচেন অসি তমু ফাওদুনা মনিপুররোমদা মশীং নাইদনা ফুজিল্লকখি। কুম অসিগী মেগী তাং ১০ কাওবদা মণিপুর লান্দুনা চৎখিবা লানগী মীচেল লাখ ২ রোম ওখি। মৈদিঙু শ্রীবুধচন্দ্র সিংহ অমসুং মহারাণীনা মীচেল কযাবু পীজ পীথক্লুনা ওমজব অতিথি সেবা কৎপিখি। কোইরেংগৈদা মীচেনশিংগী থুংফন শেমদুনা ডিমাপুর তান্না থিনবিনবা গোবর্ণমেন্টনা থবক পাযখৎপিখি। তৌইগুম্বপ্নং মী-চেলগী মীশিংনা জব জর হেনগৎলকপদগী মখোযবু থাদোকপা ওমশিল্লক্রে। মরম অদুনা কাছাড লম্বীরোমদা মখোযবু থাদোক-খিনবা বিষ্ণুপুবদা অচৌবা কেম্প অমা শাখি। কাছাড লম্বীগী মরক মরক্তা পবাউ কযা শাদুনা মীচেলশিংগী মতেং পাংনব থৌরাং তৌখি।

মীচেলশিং অদুনা তমু য়ৌশিল্লক্রবদা চীংমীশিংনা মখোযগী মপোং মচৈ পুবিখি। মখোযগী মীশিংনা য়াম্মনখিবদগী কুলি ফংবা য়ানরক্রে। মরম অদুনা কুলিগী নোংমগী অনোম্মল অসি য়ামনা হাইগৎলকখি। কৈ লৈব মফমদা হুনিং তাগল্লি হায়বহু অচুম্ব ওইনা থোকখি। চীংমীগী মতেং অম্মুক য়ামনা কান্নরব মতম অসিদা মীচেলশিংগী মমুংদা কলেরা নারক্লুনা তমুদা পোৎ পুথোক পুশিল তৌবিরিবা চীংমী অয়াম্ব নাব হৌরক্রে। চীংমীশিংনা লাঙ্গৈনা অসি কিবদগী মী অদুতা লাকপিখিদ্রে অমসুং লম্বী শেম্বদসু

কনা অমত্তা য়াংবিবদ্রে। মীচেলশিং অদুনা চত্রবদি য়াদবনিনা যামনা বানা চীংলম্বীদা মুগী-অঙাং পুদনা চৎখি। রাবনা তেঙ্গুলমন্নক-পনগী কনাৎম্বনা মীওইবগী হৎ থাদোকনদ্রুনা নৌনিবা মচা ফাওবা লম্বদা তাঙ্গক্রবা যাওখি। অসিংম্ব খুদোংথিবসি অমুক থোকহনবিনু হায়না ঈশ্বরদা অউব মখৈনা প্রাথনা তৌনখি।

তৌহিব চহিগী চাংথাকনগা যামখিদবনে অদুগ চেনশিল্লকপা মাংচনগী মীশীংনা মপান লাইবক্তবনে চিঙাক। নমল জব জব হেনগৎলকখি। থৌ নংদা লুপা ২ দগী শিক তাবদা পীবঙ্দুনা লপা ১০, থৌশিল্লকখি। ইম্ফালদা আটা, ময়দা, হরাই-চেংরাই, চিনিমচংব ইফং ফংনখিদ্রে। অসুম্বা অতোং পাঙ্গা অসিদা খৃঃ ১৯৪২ গী মে তাং ১০ তনসুং ১৬ তা জাপান্না ইম্ফালদা বোম থাদখি। অহানবা বোম থাদবদুদা আসাম রাইফলগী মনিংথংব পাং অসি শোকখি। মী ১০০ বোম শীখি অমসুং অশোক অপন কয়ামক্ষ যাওখি মীচেলগী মশীংনা ওয়াম্ববনি. ষ্টেট অসিগী প্রজাদি খরদনি। ২শুবা বোম থাদখিবদুনা রেসিডেন্সি, হায়বদি চিফ কমিসনারগী লৈফম খুদাইরম্বল বৈথেল, ষ্টেট জেল অম্বাইসি শোকখি। চিফ কমিসনারগী বাঙ্গালা মমাংথংব শরুক অসি খর শোকখি অমসুং বোম অমনা জেলখানাগী মমাংথোং অদু থুগাইখি।

১বা বোম থাদব মুমিৎ অদুগী হৌনা সৰকারগী থবক তৌব লৌনবা নাইংনা ইম্ফালগী প্রজা অয়াম্ব লৱাই-খরাইদা চেন্নখি। পোৎ লাকপা অমসুং হুনানব মী নত্তনা কনাগু ইম্ফালদা লৈখিদ্রে। চেন্দ অৱাক্তম তাদুনা কৈরব ফাদোকশিংবু নখোয়বু য়েংবিনবা কনা লৈখিদবনা মপী মাঙখ্রব শন্নাউৎমখে, হাহাকার লাউনখে নখোযবু শীঙ্গ-পীথকপিরম্ব মপা-মমা শক্লব রাডরশ্রিং ওদুনা হমা ফাওবা য়েংবিরমদনা তঙ্কেকপীরম্বগীদমক মপুকনিং সুংশিখি। ফাদোকশিং অদু জেল খানাবু বিদায় তৌংম্লগা হনব তারদুনা

য়াদনা নিংজিং মাংজিংননা হন্না হন্না খাংজেং লাইরেম্বীবু খরুম্নম্নগা মযুম লমদম তমনখি। ইম্ফাল কনা লৈখিদ্রে খুন্তাক লানশি-বগমখে। লাইবক থিবদি ইম্ফালদা বোম তাবা ততম অসিদা পি এন এস ডি সাপ সাহেব এসিষ্টেন্ট পোলিটিকেল এজেন্ট ডঙ্কান সাহেবকা লোইননা উখ্রুল রাংমরোমদা জেনেরেল ষ্টিল ওয়েল ( still well ) সাহেবপু ওকপা চৎখিরম্মী। মৈদিঙু শ্রীবোধচন্দ্র সিংহস্সু লংফৈ লেংথোকপীরম্মী। লৈবাক পুবিরিব অনিসিনা লেঙদনা ইম্ফান্দা লৈবিরম্নবদি মওং অমা তারম্বসু য়াবনি। জাপান্না তানখাযরকপা মীচেন, জাপানগী এরোপ্লেন, ব্রাম্মারোমদগী চেম্থোক্লবপা সিপাই অসিনচিংবসি নত্তনা বৃটিশকী থৌবাং অমতা উশিল্লক্তবদা প্রজা অমতা মিপাইদনা লৈথোকপা ঙমখিদে।

মমৈথংদা লৈবাকপুবা অনিনা হঞ্জিনবিরক্লবদা সরকাগী থবদ তৌবশিংসু সোযনা হঞ্জিল্লক্তনা মথৌ পায়নখ্রে। তৌইগুম্বসুং থবক তৌবশিংগী ইমুং-মঙ্গুংনদি লরাই-থরাইদা লৈনখিব মরমনা ছুট্টি থারগা মখোয়গী ইমুং মঙ্গুংনা লৈরিবা লরাই-থরাইদা হনব তাখি। প্রজা মীচমশিংনা মরক মরক্তা লাক্কনা মযুম মকৈ যেংনখি। অসুন তৌনবিঙবা বৃটিশ অমসুং মখোয়গী মীচংশিংগী খোংমী লান্মী, দ্রাইভর, লম্বী শেম্ব, ডাক্তব অসিনচিংব লানগী মীশক হসি মশীং নাইদনা চংশিল্লক্তনা ইম্ফালগী প্রজাশিংনা হঞ্জেক্লম্নব মরক পুম্নক্তা চত্তুনা লৈথোকখ্রে। মবম ওত্তুনা ইম্ফালগী প্রজাশিংনা মযুমদা হঞ্জিন্নীংলবসু হঞ্জিনবা য়াদনা লরাই-থরাইদা লেনব তাখি। ইম্ফাল এরিয়াদা নত্তনা চীংমাল অমসুং খুদংগী শরুক খরদসু লানগী মী ভাক্তনা থুরক হাংদনা লৈশিনখি। লৌউ-শিংউবগী থবক নিংথিনা চত্থব যাখিদ্রে। নরম অত্তুনা চিঞ্জাক অসি য়ামনা ভাংশিল্লকখি। তৌইগুম্বসুং পিল্লব ষ্টেট অসিনা চিঞ্জাক তাংলব মতমসিদা খৃ: ১৯৪২ গী ওক্টোবর থাদগী খৃ: ১৯৪৩ গী সেপটেম্বর থ ফাওবেদা ইসাং মনা মশীং মণ ৭৮,০১৪ থানব

শাং মণ ৩,১৭,৭৪৭, শঙ্গোম পাউণ্ড ৩১,৭৭৪১৬, ঙা পাউণ্ড ৬,২২,৩৪৩, আলু মণ ২৬,৯৬৩, য়েকম ১,৩১৯৪০, উঠৈ মণ ১০,৯৯১, মৈতাল মণ ১১,৪৩৫ অমসুং ওস্ন য়েল ৮২,৩২২ লাম্মীদা য়োনখি।

অসুম তৌনা পোৎকী চৎফমনা য়াম্ব অমসুং চাথোকনা য়াম-শিন্নক্লব মরমনা নিতিগী শীজিন্ননবা পোৎকী মমল অসি অঙকপা ফংনা হাইগৎলকখি। চেং মন্দা লুপা ৫০, অমসুং কেরোসিন টিন্দা লুপা ৫০, যৌখি। মরম অসিনা জীবিকাগীদমক অঙাংন্নবি ফাওব মানা মানা ওন্বমখে নোম্বা তাখি। মতম অদুদা লাইবক ফবদি থবক্কীদমক্তা থোইনা য়াবমদে, থবকনা মা যিবনি, মীনা থবক থিনীংঙাই লৈতনা মবাং কাইনা লৈখি। হৌজিক্কী মতমদনা থবক তৌনিংঙাই লৈতদ্রুনা নংবনি। থবক তৌফম লৈতদ্রুনা শেল থোকনীংঙাই লৈতবদগী পোৎ তাংলপসিদা য়াবনি। মতম অদুদা পোৎ তাঙলবসু শেল হোংবনিনা হৌজিক্কু মনদি য়ারমদে। মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী জ্যবীকাগীদমক লম্বাথোং খুদিংদা কুলিগী থবক ফাওবা অয়াম্বনা পাযনখি। অসিগুম্ব জীবিকাগী থবকনা মক ওইখিবনা মহৈ মশীং তম্বগা য়াৎন্দা অযাম্বনা পুকনীং চঙব ওমনখিদে।

খৃঃ ১৯৪৩ গী এপ্রিল থাগী তাং ২০ অমসুং ২১ দা ইম্ফালদা জাপান্না বোম থাদখি। খুবাইদা উৎসব ফংলমদাইগী চরাং চরাং তৌনবিঙেদা সাইরেন্স খোংব তাহৌদবদগী বোম থাদরক্তুনা প্রজা ৫০ বোম শোক পনব অমসুং শীব যাওনখি। মরম অসিনা প্রজাশিংনা মপুকনিং লৈতানা লৈজব ইয়া য়াখিবে। তৌইগুম্বসুং চিঙ্গাক্কীদমক্তা নোম্ব থাদোকপ য়াদবনা প্রজা খুদিংমক মানা মানা ওন্ব মিলিটরিগী থবক পাংনব নত্রগা ললোন ইতিক তৌনব লাকনখি। ৱার বোণ্ডস অমসুং ডিফেন্স সেভিংস সার্টিফিকেট লুপা ২,০০,০০০ গী লৈদ্রুনা বৃটিশকী মতেংসু পীজখি।

খৃ: ১৯৪৪ গী মার্চ্চ তাং ১৬ তা জাপান লান্মী ডিভিজন ৩ থক হোমলেইন অমসুং থাউংজুটতা চিন্দুইন তুরেল লানশিল্লকখি। তাযবির মুনিং তসিনক্কদা ইম্ফান্দা জাপান্না বোম থাদখি। চযাম অনগী মতুংদদি জাপানশিংনা উখ্রুল যৌশিকখি। মার্চচ তাং ২৭ দা ইম্ফাল যৌনা চঙশিনবগী রাফম অসি জাপানশিংনা শান্দাক্লখি। মুনিং ২/৩ গী মনুংদা জাপানশিংনা উখ্রুল লম্বীদা ইম্ফান্দগী মাইল ৬ তা লাপনা লৈব শঙমুংগী নোংপোকথংবা চাংখাঙ যৌশিল্লখি। তৌইহমসুং ২৩ বা ইণ্ডিযান ডিভিজন্না মখোযবু থিংজুনা থমখি।

খারোমদা চিন্দুইন তুরেল লান্থাক্কুনা জাপানশিংনা করো তম্পাক তমশিন্নকখি। মখোযনা ২০ শুবা ইণ্ডিয়ান ডিভিজনবু পলেল তান্না তকথোক্লকখি। চিনহিলগী টিডিমদা লৈব ১৭ শুবা ইণ্ডিযান ডিভিজনসু খৃঃ ১৯৪৪ গী মার্চ্চ তাং ১৩ দা মফম অদু থাদোক্কুনা মণিপুরবোনদা হন্দাক্লকখি। লনথাংদা অমুক জাপানগী ৩৩ শুবা ডিভিজন্না লম্বী থিংজুনা থনখি। পাউ অসি তেক ফংবদা মণিপুর তম্পাকলোমদা ২৩ শুবা ইণ্ডিযান ডিভিজন্না মখোযবু শন্নর চঙশিল্লক্কুনা যাম্মনা রানা ১৭ শুব ইণ্ডিযান ডিভিজন অসি তম্পাক তার ছমখি।

খৃ: ১৯৪৪ গী মার্চ্চ তাং ২৬ তা মণিপুরগী তম্পাক মখৈদা কর্ফিউ চলাইবি। কুম অসিগী মার্চ্চ তাং ২৯ দদি জাপানগী ১৫ শুবা ডিভিজন্না ডিমাপুর লম্বী পানশিল্লক্কুনা ইম্ফাল লৌশিন্নব থৌবাং তৌখি। মার্চ তাং ৩০ দা ইম্ফাল লোরে হায়না টোকিওদা ব্রোডকাষ্ট তৌখি। অমুমনা জাপান্না উখ্রুল, শেকমাই পলেল অমসুং মোইরাংবোমদা তকশিন্নপা অসিনা চীংমা তমযা অমসুং চীংগী প্রজা কয়া তম্পাক মথান্দা থৈদোকপা তাখি। অমুমনা মিলিটরি মখৈসু তম্পাকলোমদা থর থর পুনশিল্লপাগী মা

যাম্মনখিবনা পোৎ চৈ য়াম্না তাংশিল্লকখি। প্লেযর চুকট উপু ১ দা লুপা ৫/৬ ফাওব য়োনখি। চথোক চৎশিল তৌনবগী লম তেনশিল্লকপা মতুংইন্না ড্রাইভর অমসুং পাইওনিযাবশিংগী মথৌ থোইনা লৈবকখিদ্রে। মরম অতুনা থবক লৈতবমখৈ প্লেনদা অমসুং তামেংলোং খোঙলম্বীদা থাদোকখি। অমুম তৌনা থাদোকখিব সিপাই অসি ৫০,০০০ শুখি।

৫ শুবা ইণ্ডিযান ডিভিজনা অহিং-কুখিল নাইদনা আরাকন্দগী খুংসু-খুৎলাই এবোপ্রেন্দ হাপ্না পুশিল্লকখি। মতম অসিদা তম্পাক অসিদা লম্মী নত্তনা সিপাই অইত লৈখিদ্রে। তাঙ্গা অসিদা খৃঃ ১৯৪৪ গী এপ্রিল থাগী অহানবা চযোল নোইশিল্লকপদা যেক্রবনা কংলাতোংবী লোশিনখি অমসুং মাপনগী কংলাতোংবা কাংবসি জাপানগী মপুত্র লখি। কংলাতোব দগী অমক ইম্ফাল তুরেলগী লোংপোক তোর্বান নম্বা লৈবি চীশাং হাযবদি মপাও তাংখুলগী চিংশাং ইরকুনা ইম্ফাল যেংগদব মাইল ৮/৭ তা ভাইরব কোহ-রেংগ এবোদ্রোম মনাক যৌশিল্লকখি।

তেংনৌপন্দা জাপান্না কেম্প শাত্নুনা মথং মথং পুলেন্দা লব ২০ বা ডিভিজন তমশিল্লরবদা পালল অমসুং তেংনৌপলগী মবক্তা লব চীংনা মখৈ পুথবক্তন চড়াচান্দ হাই স্কুল লম্বাইন অসিন চিংন মফমদা লহনখি। মাইবা না লেন চিংচ ৯ হু বিষ্ণুপুরদা ইখঙ খঙহৌদনা হোংব শাবকপদগী নোইবা অমসুং বিষ্ণুপুরগী মবক্তা লৈব থুল পুম্নমক মহ্মদগী মপোংমচৈ কবিনতা লোংথাকপা নংহৌদনা লোক্তাক মপান্দা চেগুত্তুনা থাংনখি। বৃটিশনসু গাড়া লৈখিদবনা মখাযগী মপোংমচৈ হান্দোকপীবগী রাখল তৌখিদ্রে। য়েম্নবনা শেবম্বা পোংচ্ছ শীজিন্নখিদনব হাযত্নুনা। মুমকৈ, উ ব্র অরৈব-মখৈ মন থাদোকখি।

মেগী অহানব চয়োলদা য়েরুবনা পলেল অমসুং বিষ্ণুপুব লান্দাখি। সুগুদা লৈব বৃটিশকী লানবৈ অহুদি লেঙদনা অহুম লৈখি। ৩বা চযোন্দা লাঞ্জাবশিংনা বিষ্ণুপুবদা লৈব ১৭বা ডিভি-জনবু থৎনব ইম্ফালগী মাইল ৯ দং লাপ্পা লৈব বুডি বাজারদগী মথা খব চৎথরগা লৈব মাইবম লোকপচীংদা লম্বী থিংখি। লম্বীদা বোম যুমহুনা গাডী চৎহনখিদে। মাযগৈ অসোমদা চেং য়াম্না তাং-শিল্লকখি, মন্দা লুপা ৬০, য়ৌবকখি। অহুক য়াম্না তাংলব মতম অসিদা মিলিটরিশিংগী শগোল পীজনীংঙাই ফৌ লৈশিল্লরুমদে। মাযগৈ অসোমগী প্রজাশিংনা ফৌ মণ ১০,০০০ পুথোক্তুনা শগোলশি অহুগী চবা হেন্দনব থৌরাং তৌবিখি।

খৃঃ ১৯৪৪ গী মার্চ থাদা জাপানগী ৩১বা ডিভিজন কোহিমা বোমদা ফুজিনখি। লম্বীদা খরসোমদা আসাম রেজিমেণ্টকী বাটা-লিযন অমতনা মখোয়গী শরুক খবদং থিংখি। মমৈদা ৩৩বা ইণ্ডিযান ফোবসনা কোহিমাদা লৈব য়েরুবশিংবু তাম্থোকনবগী দমক ডিমাপুবয়োমদগী লান্দাংকখি। ২ব ডিভিজন অমুক থোমজিল্লক্তুনা ৩৩বা ইণ্ডিযান ফোরসকী মতেং পীখি। ইম্ফাললোমদগী ৫বা ডিভিজনসু কোহিমাবোমদা চংশিল্লকখি। ২বা অমসুং ৫বা ডিভিজন ২না মাযগৈ ২দগী চপশিল্লক্তুনা চংশিল্লকপসিনা মাইল ১০৯ চাংবদি কৈথেল মানবীদা খৃঃ ১৯৪৪ গী জুন থাগী তাং ২২ দা উনখি।

২বা ডিভিজনগী মশা ২৩বা খোঙমী ব্রিগেড অসি চীংমান্দা যাম্না হৈশীংলম্মী। মখোয়না উখ্রুল তম্না তকশিনখি। অমুক ৭বা ডিভিজন্না নোংপোকলোমদা অমসুং ২০বা ডিভিজন্না অন্নাং নোং-পোকলোমদা চঙশিনখি। ২বা ডিভিজন্না পলেলদগী তমু য়ৌবা ফাওবগী লম্বী হাংনবগী দায়ি লৌখি। ৫বা ডিভিজন্না ১৭বা ডিভিজনবু কল্লগা অমুক ডিভিজন ২ পুন্না তিন্নহনা য়েকনববু টিডিম

ফাওবা তানখায়নব অকনব রাশক লৌখি। অমুম্বা জুন থাগী মমুংদা জাপানশিংবু ষ্টেব অসিদগী পুমতান তাম্বোরখি। য়েকনবশিংনা মাইখিবা ফংনহুনা ষ্টেট অসি থাগোক্লমদাইদা তেংনৌপলগী মাপগী নোংচুপলোমদা লেবা খেজোই অমত্তুং মাইপি খুন্দা চাংদা প্রজাশিংগা লোইননা অচে বা মিটিং ২ খক তৌখি। মত্তুদা জাপানগী মিলিটরি ওফিসার অমনা হায়খি "ঐখোয় ৫০০০ লাকপনি, অদুবু ৩০০০ দি শোক পানব য়াগত্রে। ঐখোয়না ষ্টেট অসিদা চঙলকপা মতমদা কুকি অমসুং নাগাবু যাম্না থাজকরে। তৌইগদবসুং হনব ভাবে অমসুং ডিসেম্বর থাদা অমুক হল্লকনি। তেইগদবসুং হন্দকমুক হল্লকপদদি ঐখোয় প্রজাশিবু য়েংলোই"। তশেংবনকসু উথুল সব ডিভিজনগী। মমুংদা প্রজানা জাপান ৭৯ ফাখি অমসুং ৯৫ না লোইনিনখ হায়রসি জাপানশিংনা খনখিমাম্লে হায়না প্রজানা চিংনখি। খঃ ১৯৪৭ গী জুন থাগী মমুংদা জাপানশিংবু ষ্টেট অসিদগী তাম্বোকখি হায়রুবগী বাফমতনি, মখোয় মযুম লমদম তানখিত্রি, ব্রহ্মাদা অদুম মখংম্মী। মখোয় অসিনা চৎখ্রবদা বৃটিশকী লাম্মীসু মণিপুরদগী হনখিগববা তাযববু বর্মাদা লৈরিবা জাপানশিংবু তানখায়নবগী হৌবাংদুম মণিপুরদা লৌব তৌখি। অসোবা শুংলাই অমসুং ফোমতুম হান্নদগী হেন্নদুম পেশনবা হৌখি। মরম অদুনা শিক্ষাগী থবক পাক শেক পায়খৎপা যাদনা লৈখি। অনিশুব পৃথিবাগী সাঙ্গাল অসিনা শিক্ষাগী থবক্তা অপনবা কয়া পীখ্রবসু শিক্ষাগী অচুম্ব লম্বা পীবিবদি থোকখিবে লাঙ্গাউ অসিননি হায়না লৌব যাদে। লাঙ্গাউ অসিদা এলাইদগী জাতি পুম্নমক মুনা ষ্টেট অসিদা তিনখ্রবনি। হায়দিব জাতিশিং অসিবু য়েংগে হায়রবদি পৃথিবী অসি থংনমক চত্ররম্ব মফম অয়াম্ব চৎপা তাবনি। অদুবু জাতিশিং অসিগী লমচৎ ব্যবহার পুম্নমক ষ্টেট অসিদা লৈব মতমদুগী মীওইশিংদি মযুমদা লনা লৈনা খুওব ওমজখি। অসিদা কুনা মখোয়শিং অসনা এখোয়দগী থাক

য়াম্না য়াংনা লৈ হায়বসু ষ্টেট অসিগী মী পুম্নমক্না মশানা ভ্রান তানা খঙজখি। মখোয়না ঐখোয়গী থবক য়াম্না হেন্না য়াংখিবগী মরমদি মখোয়না শিক্ষা মতিক চানা ফংখিবননি হায়বসিমসু লৈবাকমচা অসিগী প্রজা খুদিংমক্না খঙজখি। মরম অদুনা অহল লুমনশিংনা করম তৌরগা মখোয়গী মচামসুবু মহৈ তমহনবা ভমগনি হায়বসি লাম্নুংদগী হৌদুনা খঙব হৌনখি।

—:( O ):—

# খৃঃ ১৯৪৩-৪৪

খৃঃ ১৯৪২ গী মে তাং ১০ দা ইম্ফালদা বোম অহানব তাব তুনিং অদুদগী হৌনা ইম্ফালগী স্কুল পুম্নমক লেপখ্রবনি। খৃঃ ১৯৪৪ গী জুন তাং ৩০ দা লিংখৎনরকপনা অয়াম্বনি। স্কুল-শং কয়া লাম্নুং অসিদা তেকখিরম্মী অমসুং তেক্তব খর লৈবদুসু অয়াম্বনা মিলিটরিনা শীজিন্নদুনা লৈখিরম্মী। মখোয়না শীজিন্নদব স্কুল খরদি মতম অসিদা অমুক হৌগংখি। স্কুল কাবা হৌরবসু ইম্ফালগী য়ুম অয়াম্বদি মিলিটরিনা শজিন্নদুনা লৈরম্মী। মরম অদুনা ইম্ফালগী মী অয়াম্ব ময়ুম চৎব য়াদবনা মখোয়গী লাজেনফমদা লৈনখি অমসুং ইম্ফালদা নৌনা হাংখিবা স্কুল পুমনমক ছাত্র মপুং ফানা ইকা কাখিদে।

হাই স্কুল—কুম অসিদা জোনষ্টোন হাই স্কুল-গী অসিদা আর, এ, এফ (রোয়েল এয়ার ফোর্স) না শীজিন্নদুনা লৈরম্মী। স্কুল অসিগী ক্লাস খর য়াম্না তমখৎচনব্রব অভাং ১২০ খক হেড মাষ্টার শ্রীকোজেংবম গৌরসিংহগী ময়ুম খ্ গেমপল্লীদা তম হৌখি। চুড়াচান্দ অমসুং তম্ফায়না পারলস হাই স্কুলদি হাংব ভবখিরমগ্রি।

এম ই স্কুল—কৈফজা এ ডেদ এম ই মাদ্রাসাস্থ হায়গী স্কুল-শং অহু মিলিটরিনা শীজিন্নহুনা লৈরম্মী। খেবগাওদা স্কুল অসিগী ছাত্র খিৎয়ামনা লাক্লেরম্মী। মবম অহুনা খেরগাও গোবর্ণমেণ্ট এল পি স্কুল-শংদা এম ই মাদ্রাসা অসি কুম অসিদা হৌখি। নম্বোল, কাঞ্চিপুর পোলিটেকীনন অমস্তুং উখ্রুল এম ই স্কুল অসি কুম অহুদা অমুক হংখি। উখ্রুল এম ই স্কুলগী চে-মুং পুম্নমক লান অহুদা পুম্মাও মাঙখি।

গ্রাণ্ট—শেলগী মতৌ হুন্দ্রকপ অমস্তুং পোৎকী মমল কাউ-থংলকপদগী লান মমাংদা পীরম্ব গ্রাণ্ট অহুনা স্কুল চথবা যাখিদে। মরম অহুনা জোনষ্টোন হাই ইংলিস স্কুলদা লাল মমাংদা লুপা ৫০০০, গ্রান্ত পীবম্বহুনা চহিসিদা লুপা ৭০০০, তা হাইগত্তুনা পীখি। স্কুল হেক হাংব মুমিৎ অহুদগী ইণ্ডিয়া গোবর্ণমেন্ত অমস্তুং আসাম গোবর্ণমেন্তগী থাগী লুপা ৫০/৫০ ফংলম্বহুস্থ কায়দনা পীব হৌখি। কৈফজা এম ই মদ্রাসাস্থ স্কুল হাংবা মুমিৎ অহুদগী হৌনা থাগী ষ্টেট গোবর্ণমেণ্টগী লুপা ২০, আসাম গোবর্ণমেন্তকী লুপা ৩০ পুম্না থাগী গ্রান্ত লুপা ৫০ ফংবা হৌখি।

চীংগী এল পি—চীংগী লমদমদা লৈবা স্কুল অয়াম্বদি লানগী মৈশা লাংহুনা লৈখিরম্মী। উখ্রুল লমদমদা লৈব এল পি স্কুল অমতা হৌবা য়াদনা লৈখি। মথন্তস্থ পঞ্জখ্রে চীংগী হেড কাটার নত্তবা মফম অতৈদা লৈব স্কুল-শং মখৈদি খুঞ্জানা শাজবনি। খুঞ্জানা শাজব হায়ব রাফম অসিদা খুন্না শেল পীরগা অখণ্ড অহৈ খিহুনা মিস্ত্রি শীজিন্নবগী মওং নত্তে। নিপামথৈনা উ-রা অমস্তুং মুপীমথৈনা ই নোংমদা থিরুরগা নোংমহুদা ময়াম চংহুনা স্কুল-শং শাব লোইবনি। শমনা হায়রবদা ভম্পাক্কী য়াউশং শাবগুম্বনি। মরম অহুনা চহি ২ দগী হেন্না চৎপা স্কুল-শং থোইনা য়াওরমদে। স্কুল-শং পুমনমক তেকখে হায়না লৌবা য়াই।

অহুগী মথক্তা জাপান্না লৈরম্বগী অরা অনা ফংবনে অহুগা মথোয়বু তান্নরকপদা ময়ুম মকৈ পুমনমক মাঙবনে চীংমীশিংগীদি অরাবনা শিঙ্খাং শিংনা লৈরম্মী। মরম অহুনা School হৌব ওয়মগ্রি। তমদা লৈরম্ব চিংঙা হিল ইউ পি অমসুং এল পি School পুনব School ১ লৈরম্মী হায়ব য়োনা খঙখিদে। তদবী অমসুং চুড়াচান্দপুরদা ইউ পি স্কুল ১/১ লিংখৎনবগী রাফম অসি লান মমাংদা লৈখ্রবনি। তৌইগুম্বসুং খৃ: ১৯৪৪-৪৫ ফাওব লিংখৎপা ওমখিদে।

সংস্কৃত—হান্না সংস্কৃত টোল ৩ লৈরম্ব অহুগী মদুংদা ব্রহ্মপুর সংস্কৃত টোল কুম অসিদা হায়বদি খৃ: ১৯৪৩-৪৩ দা অমুক হাংখি।

চিনবুং পরীক্ষা—খৃ: ১৯৪৩-৪৪ শিক্ষাগী ইতিহাসতা লৈহৌ-বগদব কুম অমনি। কুম অসিদা প্রোমোসন অমসুং বৃত্তি পুনব এল পি স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরীক্ষা অহু চিন্দা লৌখি। মমাংঙৈদসু অসিগুম্ব পরীক্ষা অমুক্ত থোকখিগ্রি; মতুংদসু থোক্লকনি হায়না থাজনীংঙাই লৈত্রব মওংগী পরীক্ষানি।

মপান্দা চীংগী ছাত্র—শিলোং গোবর্ণমেন্ত হাই স্কুলদা ষ্টেট স্কোলারসিপ ফংব তাংখুল মচা ৩ অমসুং কুকি মচা ২ কুম অসিদসু মাখোযগী স্কোলারসিপ কাযদনা ফংহনা অহুম তমথখি। সেইন্ত পোল্স কলেজ, কলিকাতাদা চীংগী ছত্রা অমা, বেডি হোয়াইট মেডিকেল স্কুল, ডিব্রুগডদা চীংমী ছাত্র অমা অমসুং ঢাকাদা মেদিকেল তম্বা. চীংমী ছাত্র অম্না পুন্না চীংমী ছাত্র ৩ অসি হাইয়ার ইডুকেশন তমথরম্মী।

— :(O): —

## খৃঃ ১৯৪৪-৪৫

হাই স্কুল—কুম অসিদম্ জোনষ্টোন হাই ইংলিস স্কুল অসি খাগেমপল্লীদা লৈব শ্রীগৌরসিংহ হেড মাষ্টারগী মযুমদা অহুম চম্বখি। আসাম অমসুং ইণ্ডিয়া গোবর্ণমেন্টদগী থাগী লুপা ৫০/৫০ ফংবহ্ অহুম কায়দনা চহি অসিদম্ ফংখি। চুড়াচান্দ হাই ইংলিস স্কুল-শং অসি কুম অসিদম্ আম্মিনা শ।জিন্নহ্না লৈবম্মী। স্কুল কোমিটি মেম্বরশিংনা মতম অহুগী ইডুকেসন মেম্বরদগী হুকুম লৌরগা মোদন মোহন এল পি স্কুলদা, স্কুল অসি হাংখি। স্কুল অসিদা হাল্লা চহিগী লুপা ১,০০০ ফংলম্বহ্ চামদা লুপা ৪০ গী চাংদা হেক্কত্না পুল্লা লুপা ১,৪০০ পীবিহ্না School অসি হিংব ষ্থানব থৌরাং তৌবিখি। নম্বোল এম ই স্কুলম্ মসিনা হাংখিবা মতমগী হাইগত্না থাগী লুপা ৪০ গী চাংদা গ্রান্ট পিখি।

চীং—জাপাল্লা চীং থাদোক্রমহ্না হেক চৎখিবগা অমুক হন্না School হাংনব কন্না লাকনখি। মায়গে পুন্নমক্তা School খর হাংনখি। সংসকৃত টোলম্ কুম অসিদা খাই অমসুং জর্মস্থান্দা লৈবা সংসকৃত তোল ২ মক হাংখি।

—:( O ):—

## খৃঃ ১৯৪৫—৪৬

হাই স্কুল— তম্ফাস্না গাবলস হাই ইংলিস স্কুল মতম খুইনগী তুংদা হাংখি। লান মমাংদা School অসি থাগী লুপা ১৫০ গ্রান্ট ওইনা পীরম্বহ্ কুম অসিদগী হৌনা লুপা ৫০০ দা হাইগৎপীখি অমসুং School অসিগী অরাং অপা মেনশিন্নব ননরিকরিং গ্রান্ত ওইনা লুপা ১,০০০ সু পীখি। তোম্বীস্না

হাই স্কুল খ: ১৯৪৫ গী এপ্রিল তাং ১৭ তা উরিপোক্তা হাংখি। হেক হাংব মুম্রিং অসিদগী হৌনা থাগী হান্না ফংলগ্না গ্রান্ত লুপা ১০০ চু কায়দনা ফংজখি। চহি অসিদা ষ্টেট সরকারদা জোনষ্টোন অমসুং তম্ফাল্পা গারলস হাই স্কুল অনিমক মতুংগী চহিগী হায়বদি খ: ১৯৪৬ কী জুন তাং ১ দগী সরকারগী School ওইনা লৌশিন্নব য়ারেপ তানখি। খ: ১৯৪৬ কী মার্চ তাং ১ দা তোপ্পীন্না হাই স্কুল খাইরম্বন্দ বাজার এরিয়াদা লৈব স্কুলশং অহনা হোংজিনখি। চং—কুম অসিদা নোংচুপ সব্‌ডিভিজনগী ছাত্র থর নিম্ন প্রাইমারি বৃত্তি পরিক্ষাদা য়াওখি। ময়াম্না ইথা থাজরমদব চীং মচাবু কুম অসিদগীদি থাক য়াংনা খনব হৌনখি।

—:(O):—

# খ্বঃ ১৯৪৬ ৪৭

কুম অসি শিক্ষাগী ইতিহাসতা নীংশিংনিংঙাই ওইব চহিনি। চহি ১০ চুপ্পা হোংনজরক্লব কলেজ অহু শ্রীময়েংবম রাধা মোহন সিংহনা কল্লা তকশিনবিবদগী শ্রীমতি ধনমঞ্জুরী মহারাণীনা লুপা ১০,০০০ দান তৌবিরকুনা ষ্টেটনা ছাত্র ৭০ মমিং চন্দুনা ইহান হান্না লিংখৎখি। ষ্টেটনা শ্রীমতিগী নীংশিংনব ওইন কলেজ অসি ধনমঞ্জুরী কলেজ হায়না মমিং থোনখি। কুম অসিদা লাম্লুংদা পীরম্ব ডিয়ারনেস এলাওয়েন্স অমসুং স্পেসিয়েল এলাওয়েন্স অনিমক ককথৎখি। লুপা ৩০ দগী তানা তানা ফংব কর্ম্মচারিশিংগীদমক্তি হান্নগী ডিয়ারনেস এলাওয়েন্স ককথৎখিদে, অহুম ফংলমী। কুম অসিদা কেরানিগী পোষ্টবথৈ ১ বা গ্রেড, ২ বা গ্রেড অমসুং ৩ বা গ্রেড হায়হনা গ্রেড অহুম থোক্না থারদোকখি।

খ্বঃ ১৯৪৬ কী জুলাই তারিখ ১ দগী হৌনা জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুল ষ্টেটকী School ওইনা লৌশিনখি। School অসি

লিংখৎপীরম্ব সার জেমস জোনষ্টোন কে, সি, এস, আইনা স্কুল অসিগীদমক রিজার্ভ ফণ্ড লুপা ১,২০০ থম্বিরম্মী। আসাম গোবর্ণমেন্তদগী থাগী লুপা ৫০ গ্রান্ত ইন এড ফংলম্বত্থ জুন তাং ১ দগী অহুম করখিরম্মী। তৌইগুম্বসুং ইম্পরিয়েল ফণ্ডদগী ফংলম্ব থাগী লুপা ৫০, ত্থমদি চহি অহুদসু অহুম মপীরকখি।

তম্ফাম্না গারলস হাই স্কুলসু খৃঃ ১৯৪৬ কী জুন থাগী তাং ১ দগী হৌনা ষ্টেট School অমা ওইনা লৌশিনখি। School অসি কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না খৃঃ ১৯৪৬ ফাওবগীদমক প্রাভি-জিওনেল রিকোগ্নিশন পীবম্বনি। খৃঃ ১৯৪৭ কী জানুওয়ারি থাগী তারিখ ১০ দগী পার্মেনেন্ত রিকোগ্নিসন School অসিনা ফংজখি। School অসিগী ছাত্রীশিংনা ইবেম্মা অসিবু নীংশিংব ওইনা মথাগী রাহি অসি ঈশৈ ওইনা কচচখি অমসুং মতুংদসু নোংমগী তত্তনা এসেম্বলি পেরেড খুদিংদা শকচখি।

কোলোইনা তম্ফা সনা খিন
পোকপনা লৈম নিংথৌ কোন
কোলোইনা × × ×।
মণিপুর সনা লৈময়োন
সনা খুৎনা শেমজব লৈকোন
লৈরাং লৈরেপ ফাবত্থনা
কৎচবি মপুগী খুয়াথাদা
কোলোইনা × × ×।

কুম অসিগী হায়বদি খৃঃ ১৯৪৭ কী মার্চ তাং ১ দগী জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুলগী মতম কুইনা ওজা ওইবিরম্বব শ্রীমুতুম কোইরেং সিংহ বি এ না শ্রীলাইশ্রম থাগোই সিংহ বি এ (ওনারস) না পুবিরম্ব ডিপুটি ইনস্পেক্টরগী পোষ্ট অহু শ্যায়ব হৌবিখি। মথাদা চহি ৫ গী শম্নপা ষ্টেটিস অমা পীজরি ঃ—

## হাই স্কুল।

| চহি | স্কুল মশীং | | ছাত্র মশীং | | | | | | | ওজা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | নিপাগী | নুপীগী | নিপা মচা | নুপী মচা | এমএ | বিএ | আইএ | মেট্রিক | নন মেট্রিক | অপুনবা |
| ১৯৪৩-৪৪ | ১ | — | ১২০ | — | ১ | ৪ | ২ | ২ | × | ৯ |
| ১৯৪৪-৪৫ | ১ | — | ৪৭৭ | — | ১ | ৮ | ৫ | ৬ | ১ | ২১ |
| ১৯৪৫-৪৬ | ৩ | ১ | ১৫৬৪ | ১৪৯ | ২ | ১৮ | ১১ | ২২ | ২ | ৫৫ |
| ১৯৪৫-৪৬ | ৩ | ১ | ২১৭২ | ২৯৯ | ২ | ১৮ | ১৬ | ২৬ | ১ | ৬৪ |

—:( O ):—

# খৃঃ ১৯৪৭-৪৮

খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৫ দা ভারতনা নিংতম্ব ফংব মতমিত্তা ষ্টেট অসিগীস্থ শরুক থুংখিরকখি। মনিংতম্ব ষ্টেট অমা হেক ওইবদা ভান্না লানগী মওং মতৌ উরুবদগী লাইরিক লাইশু হৈহৌদবনা মণিপুরীশিংনা শোপ্পহৌবনি হায়বসি চীং-তমগী প্রজা অয়াম্বনা মশানা জ্ঞান তাজখিবদগী মণিপুরগী কাচিন কোয়া খাক্তনা স্কুল লিংখৎনখ্রি। মতম কুইনা হাংব ওমদনা লৈরুরব বেজলী হাই স্কুল খৃঃ ১৯৪৭ কী ওক্টোবর থাদা অমুক হাংখি। কুমলিদা শ্রীঅঙোম খংশোৎ সিংহবু ও হুবা ওস্পাক্কী এস আই ওইনা হাপখি। চীংমৈ-রোমদা মিলিটরিশিংনা শাত্থনা থম্বিরম্লব শং অমদা শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রমনিনা সিন্দম শিনশং হাই স্কুল লিংখৎখি। অস্থুম তৌনা মখল খুদিংগী School লিংখৎনরকপদগী খৃঃ ১৯৪৭-৪৮ দা ওইখিব শিক্ষগী ফিবম উচ্চরি :—

| মখল | কলেজ | হাই | মিডল | প্রাইমারি | স্পেসিয়েল |
|---|---|---|---|---|---|
| অক্ষমশং | ১ | ৬ | ১৩ | ২৭৮ | ১৩ |
| ছাত্র | ৬০ | ৩৭০৫ | ১৩৬০ | ২৫,৪০০ | প্রাইমারিদা য়াওম্রে |
| ওজা | ৭ | ১১১ | ৭৬ | ৫০৭ | ,, |
| খরচ | ৬,৬৩০, | ১,২৫,৬২২, | ৪১,১৬২, | ১,৮৪,৪৫৭, | ,, |

খ্ : ১৯৪৬-৪৭ তা লৈবা কলেজ, হাই অমসুং মিডল স্কুলশিং মমিং মখা পীজরি। মতমতুদা ইউ পি সি এম ই ওইনা চিংলম্মী।

| কলেজ | | লিংবা চহি |
|---|---|---|
| ১। | ডি, এম, কলেজ (গো:) | ১৯৪৬ ৭ |

| হাই স্কুল | | হাংবা চহি |
|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোন (গো.) | ১৯০৬ ৭ |

| ক্লাস VII | | হাংবা চহি |
|---|---|---|
| ১। | চুডাচান্দ (এডেড) | ১৯৩০ ৩১ |
| ৩। | তোম্বীস্না ,, | ১৯৩২-০৩ |
| ৪। | বেঙ্গলী ,, | ১৯৩৭ ৩৮ |

| ক্লাস VII | | হাংবা চহি |
|---|---|---|
| ৫। | তম্ফাস্না গার্লস (গো.) | ১৯৩৭-৩৬ |
| ৬। | শিন্দম শিনশং প্রাইভেট | ১৯৪৬-৪৭ |

| মিডল স্কুল | | হাংবা চহি |
|---|---|---|
| ১। | চীং চুডাচান্দপুর মিসন | ১৯৩২-৩৩ |
| ২। | ,, উখ্রুল (গো:) | ১৯৩৩-৩৪ |
| ৩। | ,, তমেংলোং ইউ পি (গো:) | ১৯৩৮-৩৯ |
| ৪। | ,, থাওলোন ইউ পি (গো:) | ১৯৩৮-৩৯ |
| ৫। | তম মোইরাংখোম ইউ পি (গো:) | ১৯১০-১১ |
| ৬। | ,, থাংমৈবন্দ ইউ পি (গো) | ১৯১৬-১৭ |
| ৭। | ,, চিংঙা (হৈরাংগোইথোং) | ১৯১৬-১৭ |
| ৮। | ,, শগোলবন্দ গার্লস (এডেড) | ১৯৩৪-৩৫ |
| ৯। | ,, লেডি আরল ,, ,, | ১৯১৩-১৪ |
| ১০। | ,, রামলালপাল প্রাই ,, | ১৯৩৩-৩৫ |
| ১১। | ,, কৈজা (এডেড) | ১৯৩৫-৩৬ |
| ১২। | ,, নম্বোল বোইজ (এডেড) | ১৯৩৭-৩৮ |
| ১৩। | ,, কাক্চিংপুর পোলিটেক্নিক (এডেড) | ১৯৩৭-৩৮ |

—:( O ):—

# মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা

( অনিশুবা শরুক )

খৃঃ ১৯৪৭-৪৯

## লংদাই—সরকার

খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্টকী তাং ১৫ দা ভারততা নীংতম্বা ফংজ-বকপদা মণিপুরস্থু মহাক্কী চাকথুং ফংজখি। মৈদিঙু শ্রীবোধচন্দ্র সিংহনা হেড অমা ওইনা মিনিষ্টার কাউন্সিল অম শেমদুনা মণিপুর ষ্টেট কোনষ্টিট্যুশন খৃঃ ১৯৪৭ ইং পাস তৌখি। মৈদিঙুগী স্না যাথং মতুংইন্না অনৌবা কাউন্সিলগী চিফ মিনিষ্টর মতমদুগীদি দরবার মেম্বর মজ্জা ইবুংঙো শ্রীপ্রিয়ব্রত সিংহদা বৃটিশ সরকারনা লৈবাক অসিগী শাসন শীন্নবিখি। শ্রীথাথিং তাংখুল বি, এম. এস কেপ্টেন্না চৌংগী মন্ত্রি ওইবিখি। শ্রীকোঞ্জেংবম গৌরো সিংহ বি, এ (ওনার্স)না মহৈ-মশীং তম্বিবগী মন্ত্রি ওইবিখি। মজ্জা ইবুঙো অসি বৃটিশকী শাসন মথাদা মতম কুইনা শিক্ষা মন্ত্রিগী থবক পায়বিরম্বনি। হিল মিনিষ্টার শ্রীথাথিং অসিস্থু উখ্রুল এম, ই স্কুলদা হেড মাষ্টারগী থবক পুবিরম্বনি। শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীগৌরো সিংহস্থু জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুলগী হেড মাষ্টার ওইরম্বদগী কৌদুনা মন্ত্রি ওইহনখিবনি। মরম অদুনা মরুওইবা মন্ত্রি অহুম্মক শিক্ষাগী থবক্তা থম্নাই য়াম্না য়াও-বিরম্মী। মণিপুরগী প্রজা মথৈম্ন মণিপুরদা থোকখিবা অনিশুবা পৃথিবীগী লান্নাউগী মতমদা শিক্ষাগী কান্নবা লোইনা খঙবিখ্রবনি

মরম অসিদগী শিক্ষাগী থবক পায়খৎলপদা সরকার অমসুং প্রজা অনিমক থোং য়াম্না মান্নবা হায়বদু থোকখি। অদুগী মথক্তা হৌখিবা লাম্লাউগী মহৈ ওইনা শেল থুমগী মবিদসু মণিপুব অসি কাবক কহৌখি। মরম অসিনা প্রজাগী দানসু মরাং য়াম্না কায়না পোকখি। তৌইগুম্বসুং শিক্ষাগী শাসন অসি মতম অদুদা মওং অমা ওইনা চৎলম্মী। কাউন্সিলদা শাসন মখল খুদিংমক থম্নরবসু চৌংগী শিক্ষাগী থবকমথৈদি হিল মিনিষ্টারনা পাংথোক্লম্মী— শিক্ষা মন্ত্রিনা থোইন খুৎ যিংজিল্লমদে।

লংদাই সরকারগী মতমদা স্কুলগী ওজা হাপ্পদা মী মী অদুগী গুনাগুনগী মতুং ইন্না কংহন্নবা থৌবাং তৌরম্মী। মসি থোক্লবগী-দমক ওজাগী পরীক্ষা অমা লৌরগা মথং মনাও নাইনা মতিক চাবা মী খন্দুনা হাপ্লম্মী। থবক হাপ্পবগীদমক বোর্ড অমা শেম্লগা খৃ. ১৯৪৭ তা ওজাশিংগী পরীক্ষা অমা তৌখি। পরীক্ষা অদুগী অকুপ্পা মবোল মখাদা পীজন্নি :—

এপোইন্টমেনট বোর্ড রিজোলুশন ১৪ নং তাং ১৫।৯।৪৭ ইংগী মতুং ইন্না বিষয় খুদিংদা ৩০% অমসুং অপুনবা নম্বরগী ৪০% কংবা পরীক্ষার্থী মখৈ পাশ ওইরে হায়না লৌরে। মখাদা গুণ গুণগী মতুং ইন্না পাশ ওইবশিংগী মমিং পীরি :—

১। জি, শোনিহার শর্ম্মা, থাংমৈবন্দ।
২। পি, অচোবী সিংহ, ইডুকেশন ওফিস।
৩। নিংথৌজম কুমার সিংহ, খুরাই।
৪। এন, গোপিচান্দ সিংহ, এলাংবম লৈকাই।
৫। কাঙ্গোবম গোবর্ধন সিংহ, য়াংখৈ লৈকাই।
৬। ডবলিউ, বিরচন্দ্র সিংহ, বিষ্ণুপুর এল সি।
৭। ডবলিউ কুলবিধু সিংহ, য়াংখৈ লৈকাই।
৮। য়াই, বিরো সিংহ, নাওরেম লৈকাই।

৯। কে, আইচ. নরহরি সিংহ, বিষ্ণুপুর অরাং।
১০। রাংখেম জুগেশ্বর সিংহ, তেরা বাজার।
১১। জি, ধিরেন শর্মা, ইডুকেশন ওফিস।
১২। কাঙ্গোবম তোমচৌ সিংহ, রাংখৈ লৈকাই।
১৩। এল, কুঞ্জবিহরি সিংহ, কা কৈথেল।
১৪। হুরাইবম ইবোতোম্বি সিংহ, নম্বোল
১৫। খুমন্থেম বৈকুন্থ সিংহ, অরাং খুনৌ।
১৬। ইউ, ইবোতোন সিংহ, রাবগাই।
রাহেংবম মঙ্গোলজা সিংহ, নোংমৈবুং।
১৭। টি শামুঙৌ সিংহ, রাবগাই।
আশেম বীর, রাংখৈ কোনশম লৈকাই।
১৮। রাংখৈময়ুম বাবু, রাংখৈ লৈকাই।
১৯। লাইশ্রম টিকেন্দ্রা সিংহ, থোংমন এল, পি,।
২০। কাকযেন পাইবম অঙৌবা সিংহ, ককচিং খুনৌ এল, পি,।
২১। ওইনাম থম্বালঙৌ সিংহ, এলাংবম খাংপোকৃপি।
২২। নানবম চন্দ্রমনি রাংজিং এল, পি;।
২৩। এম, বিস্মনি সিংহ, খুরখুল এডেড এল, পি।
শলাম এজলালা সিংহ খাঙ্গা এল, পি।
২৪। ডবলিউ, মাধব সিংহ, কুম্বি এল, পি।
২৫। শলাম খুঙ্গাউ সিংহ, চাইরেল এল, পি।
২৬। খোমদ্রাম লালবাপু সিংহ খৌবাল এম, ই।
ইরোম কুলচন্দ্র সিংহ, ইরেংবম এডেড।
শেঙ্গম নয়ন সিংহ, অচানবিকৈ।
২৭। কাংজম তোম্বা সিংহ, উরিপোক নাওরেমথোং।
২৮। এন, নিপামচা সিংহ, উরিপোক অহনথেম।
এল, শ্যামকিসোর সিংহ, খুরাই লাইরিক এংবম লৈকাই।
২৯। এন, মধু সিংহ, শিংজমৈ ক্ষা।

৩০। মহম্মদ আবদুল হাটিম শাহ, খেরগাও।

৩১। ও, মনি সিংহ, কৈনৌ এল. পি।

৩২। চোংথাম জয়সুরেন্দ্র, চঙাংগৈ এল, পি।

আই, মঙ্গি সিংহ, কৈশামথোং সনা জন্মস্থান।

৩৪। রাহেংবম গৌরকেশোর সিংহ, কুম্বি।

৩৫। এল, মাঙ্গোলজাও সিংহ, রাইথোং এল, পি।

৩৬। নিংথৌজম চাউবা সিংহ, থাঙ্গা এল, পি।

যুম্নাম ইবোচোবা সিংহ, হাওবৈবা এডেড এল, পি।

৩৭। রাজ কুঃ চিংলেনসনা, এক্সপুম নহাবম।

৩৮। মোংজম চন্দ্রহাস সিংহ, কৈশামথোং সনা জন্মস্থান।

৩৯। যুম্নাম কেশো সিংহ, নাওরেমথোং লাশ্রম লৈবক।

কৈশাম মধু সিংহ,। নোংমৈবুং চকপ্রম লৈকাই।

৪০। মাইমাম মনি সিংহ রাইথো মপাল।

৪১। এন, চাউবা সিংহ, এফ, জি, ওফিস।

চান্দম অঙৌ সিংহ, উৎলো।

৪২। মাইবম ইবোয়াইমা, খাগেম পল্লি।

দামুদর শর্ম্মা, ওইনাম তিন্দু এল. পি।

৪৩। লোইতোংবম য়াইমা সিংহ, কৈনৌ এল, পি।

মহম্মদ যুসুব আলি, লিলোং এল, পি

৪৪। এন, ইবো পশক সিংহ, রাবগাই ইউ, পি।

৪৫। ভাংবম মনিমুহন সিংহ, অঙোম লরাই।

হওবম গোকুলচন্দ্র শর্ম্ম, নিংথৌখোং এল, পি।

টি, এইচ, অমুখোম্বা সিংহ, রানি শঙ্গাই।

৪৬। কে, অইচ, শ্যামকিশোর সিংহ, সেগালম্বী।

৪৭। মাইসনাম নিমাই সিংহ, চবাংপাৎ এল, পি।

৪৮। নোংমাইথেম কালচান্দ সিংহ, কৈশামথোং।

৪৯। ইরোম অপাবী সিংহ, পেট্রিগ্র এল, পি।

৫০। ওক্রম কুলচন্দ্র সিংহ, থৌবাল এল, পি।

৫১। ভাঙোম ইবেমনীশক দেবী, লমলোং বাজার।

নিংথৌজম জুগেশ্বর, খুরাই লাইরিক এংবম লৈকাই।

Sd/Th. Kalachand Singh

Memo No. Edn./ Secy. Appointment Board

Dated

Copy to the State Primary Schools, Manipur State for information.

S/d M. K. Singh

D. I of School Manipur State

করিগুম্বা ওজাগী ফম হাংলকপা মতমদা হায়রা পাশ তৌগ্রবা মীওইশিংদগী লৌখত্নুনা ওজা হাপনরম্মা অমসুং কোনফাম তোহল্লম্মা শিক্ষাদা রাজনীতিগী মমি তারবদে।

ভারতকী মফম অতেদা ইলেক্সন তৌনত্রিঙৈদা ইহান হায়রা খৃঃ ১৯৪৮ দা মণিপুরগী কা চন কোয়া থুংনা জেনেরেল ইলেক্সন তৌখি। ইলেক্সন অসিদা শিক্ষা মাস্ত্র শ্রীকোঞ্জেংবম গৌর সিংহদ ভোট লেপ্পিখিদ্রে—হায়গী জোনষ্টোন হাই স্কুলদা হেড মাষ্টার ওইনা হনখি। কেপ্টেন থাথিংদি ভোট লেপ্পুনা কারকখি অমসুং মাগী হায়গী হিল মিনিষ্টার কায়দনা অহুম ওইখি। হায়রিবা ইলেক্সন অসিদা কারকপা শ্রীনিংথৌজম ডাক্তর লৈরেন সিংহনা শিক্ষা মন্ত্রিগী থবক পায়রিখি। হায়গুম চীংগী শিক্ষাগী শাসন্দি হিল মিনিষ্টারনা অহুম পাংথোকখি।

মতৌ অসুম্না খৃঃ ১৯৪৮ দা লিংখৎখিবা পোপুলার গোবর্ণমেন্ট অসি খৃঃ ১৯৪৯ গী অক্টোবর তাং ১৫ কাওবদি য়ায়া নিংথিনা চখি। মতাং অসিদা মণিপুরগী খাইদগী হেন্না মুংডাইজবা

শাসন ওইনা প্রজা পুমম্নক্না লৌজখি। তৌইগুম্বসুং মণিপুরী-শিংগী মরাইবক্তা মতম কুইনা মুংঙাইযু হায়না তমজিন্নমায়ে। নিথৌন পানবা ষ্টেট পুম্নমক ভারততা পুনশিনবা হায়বা এক্কী মথাদা তাং ১।৯।৪৯ ইংদা গোবর্ণর জেনরেল ওফ ইণ্ডিপেন্দেন্ট, ইন্দিয়গা মৈদিঙু শ্রীবোধচন্দ্র সিংহগা ষ্টেট মাজর এগ্রিমেন্ট তৌনখি। মহুগী মতুংইন্না খৃঃ ১৯৪৯ গী ওক্টোবর থাদা মণিপুর অসি ভারত সরকারদা পুনশিন্দবা য়াবক্তবা মতাং অমা লাকখি অমসুং থা অসিগী তাং ১৫ দা ভারত ইউনিয়ন্দ তিনশিনখি। মহুগী ফলনা নোনা হৌগৎচবকপদা ভাইবিবা লেজিসলেটিভ পুম্নাও মাওখি। হায়নগী শিক্ষা মন্ত্রিদা নতনা থবক তৌবা কয়াগী শিনফমসু হোংদোক হোংজিন তৌখি। ভারত গোবর্ণমেন্তকী মহুৎ শিনব ওইনা মেজর জেনরেল রারাল শ্রীঅমরসিংহনা অহানবা চিফ কমিসনার ওইনা থাবক্তুনা লৈবাক অসিগী শাসন অসি মাগী মখুত্তা লৈখি। মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহগী স্না-খুত্তা মজাতিগী রুহিগী শাসনদমক মরেখি, অতৈ পুম্নমক্তি চিফ কমিসনার অসিনা লৌশিনখি। তাং ১৮।১০।৪৯ ইং দগী শ্রীহিমত সিংহ মহেশ্বরনা অনিশুবা চিফ কমিশনার ওইখি।

—:(O):—

## খৃঃ ১৯৪৯-৫০

খৃঃ ১৯৪৯ গী ওক্টোবর তাং ১৫ দা মণিপুরনা ভারত ইউনিয়ন্দা হেক তিল্লকপসি তাং ২২/২/১৯৫০ দা গেজেটতা ফোংখি অমসুং শ্রীছইরোম বিরহরি সিংহ বি, এ, বু এ, সি, সি, টু, (এসিষ্টেন্ট টু, ডি, চিফ কমিশনার নম্বর টু) ছাপখি অমসুং পোপুলার গোবর্ণমেন্টকী শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীনিংথৌজম ডাক্তর লৈরেন সিংহনা পায়খিবা

শিক্ষাগী শাসন অচু মহাক্পু মতম থর পুহনখি। চৌংগী হিল মিনিষ্টর শ্রীখাথিংনা পুবিগন্বা থবক মখৈনা শ্রীটি, সি টিয়ানখম বি, এ বু এ. সি সি কোর ওইনা হাপ্‌লা মাবু মতম থর পুহনখি।

খৃঃ ১৯৫০ গী জানুওয়ারি তাং ২০ দা মণিপুরগী চীং অমসুং তমগী শিক্ষা রিভাগ ২ মক অমতা ওইনা পুনশিনখি। অপুনবা শিক্ষ বিভাগ অসিগী শাসন অসি শ্রীথাংখোপাউ কিপগেন বি এ ওনারসবু এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি টু ডি গোবর্ণমেন্ট ওফ মণিপুর হাপ্‌লা মাবু পুহনখি। মতম অসিদা স্কুল ইনস্পেক্টরগী ক্ষম লৈরমত্রি। তমগী হান্নদগী হৌনা লৈরক্লবা শ্রীমুতুম কোইরেং সিংহ বি এ না ডিপুটি ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস অমা ওইনা শিক্ষা বিভাগকী থবক পুম্নমক পাংথোকখি।

সর্ব্বশ্রী খিয়াম ইবোহল সিংহ, মংসিদম গৌরমনি সিংহ অমসুং অচোম পশোৎ সিংহ হায়বা এস আই অহুম অসিনা তমগী প্রাইমারি স্কুলমখৈগী শাসন পাংথোকপদা ডি আই শ্রীকোইরেংগী মতেং পীখি। চৌংগী প্রাইমারি শিক্ষাগী থবকতনা সর্ব্বশ্রীলমখোথং কিপগেন এস আই অমসুং থোকচোম মাঙ্গোলজাও সিংহ, লেৎখোসেহ কিপগেন অমসুং মসাংথৈ লুইখম হায়বা আই পি (ইসস্পেকটিং পণ্ডিত) ও অসিনা ডি আইগী মতেং পাংখি। মাদ্রাসা স্কুল মখৈগী উর্দ্দু শিক্ষাগী শাসনদা মহম্মদ সৈয়দ ফজলুর রহমন ইনস্পেকটিং মৌলবিনা ডি আইগী মতেং পাংখি। ডি আইগী পাওতাক মতুং ইন্না শ্রীথুমম্বেন শামু অঙোবা সিংহ ডি ডি কেনা মিডল অমসুং প্রাইমারি স্কুলগী ছাত্রশিংগী মশ্যা ফনবা হকচাং শক্তেল তৌহনবগী থবক পুবিখি,

খৃঃ ১৯৪৯—৫০ অসি চৌংগী শিক্ষাগী ইতিহাসতা নীংশিংবা য়াবা চহি অমনি। ক্রম অসিদা শিক্ষা বিভাগকী ওফিসারনা ইস্থান হান্‌বা চীংদা স্কুল য়েংবা হৌখি। ডি আই শ্রীকোইরেং সিংহনা উখ্রুল, সোমদল, সিরারোখোংনচিংবা খুল কয়া মখোঙনা

চত্তুনা স্কুল কয়া য়েংবিখি। মহাক্না সোমদগী এম ই অমস্নুং সিন্নারোখোং ইউ পি স্কুল গ্রান্ট পীহনখি। কুম অসিদা শিক্ষাগী থবক পায়বিরম্বা শিক্ষা মন্ত্রিনচিংবা থরগী তলবনচিংবা মশাংগী চৈটিষ্টিক্স মখাদা পীজরি।

| ফমগী মিং | মশীং | তলবকী চাং |
|---|---|---|
| ১। শিক্ষা মন্ত্রি | ১ | লুপা ৩০০, |
| ২। চীংগী ,, | ১ | ,, ৬০০, |
| ৩। ডি আই ওফ স্কুলস | ১ | ,, ১৫০—১০—২০০, |
| ৪। এস আই ,, ,, | ৭ | ,, ৬৫ — ৩— ৭৫, |
| ৫। আই পি ওফ স্কুল | ৩ | লুপা ৭০ - ১— ৪৫, |
| ৬। ডি ডি কে | ১ | ,, ৭৫— ৩— ৭৫ |
| ৭। আই এম | ১ | ,, ১৫— ১— ২৫ |

-:( o ): -

## প্রাইমারি ইডুকেসন

ইংশোক ১৯৪৯ ৫০ দা অনৌবা স্কুল ১৬৪ হাপকত্তুনা প্রাইমারি স্কুল ৩৯৮ সুখি। মখোয় অসিগী মনুংদা নিপামচাগী ১৯৮ অমসুং নুপিমচাগী ৮ দি সরকারগী স্কুল ওইরম্মী। গ্রান্ট ইন-এড ফংবা স্কুলনা নিপামচাগী ১১৫ অমসুং নুপীমচাগী ১৬ অমসুং প্রাইভেট স্কুলনা নিপামচাগী ৬১ থক্তং ওইরম্মী। মাদ্রাস অমসুং সংস্কৃত টোল মখৈ মতম অদুদা স্পেসিয়েল ইডুকেশনগী কাংলুপ্তা মশীং চঙলম্মী। মথল অসিগী স্কুল মশীং ৮ হেনগত্তুনা ২৬ সুখি। সংস্কৃত টোল ৩ অমসুং মাদ্রাসা ১০ না সরকারগী স্কুল ওইরম্মী। মাদ্রাসা ১১ না সরকারগী মতেং ফংলম্মী অমসুং ২ না মতেং ফংদবা প্রাইভেট মাদ্রাসা ওইরম্মী।

## ছাত্র

খৃঃ ১৯৪৮—৪৯ দা প্রাইমারি স্কুলদা নিপামচা ১৯৮৮১ অমসুং নুপীমচা ৮৮৫ দা লৈরম্নি। কুম অসিদা থোইদোক্লা নুপীমচাগী মশীং খংহেন হেনগৎলকুনা নিপামচা ২২৩৭৩ অমসুং নুপীমচা ৪৫২৭ সুরকখি। শম্না হায়রবদা মণিপুরদা নুপীগী শিক্ষা অসি অনৌবা ঈহুল অমা খৃঃ ১৯৪৯-৫০ দা হুল্লকখি। নিম্ন প্রাইমারি অমসুং উচ্চপ্রাইমারি স্কুলগী ওজা অসি পুন্না নিপা ৮৪৮ অমসুং নুপী ৩৩ লৈখি। মখোয়গী মরক্তা ওজা নিপা ১দি ত্রেনীং ফংলম্মী। তৌইগুম্বসুং ত্রেনীং ফংবা ওজাগীদমক তলব তোপ্পা পীরমদে। মতম অহুদা চৎলম্ব' তলবকী চাং মখাদা উচ্চরি :—

(ক) ইউ পি স্কুলগী ওজা লুপা ৩০ — ১ — ৩৫ — ২ — ৫৫,

(খ) এল পি ,, ওজাহল ৩ ,, ৩০, ( লেংদবা )

(গ) ,, ,, ,, ওজা অতৈ ,, ১৫—১—২৫,

পোৎ তাংবগী এলাওয়েন্স হাপকত্তুনা ওজা খুদিংমক মথক্কী স্কেল অসি ফংনখি।

খরচকী মতাংদদি কুম অসিদা য়াম্না হেম্বখি। ওনখিবা চহিদা নিপামচাগী স্কুলদা লুপা ৪,৩৪,৫০১ অমসুং নুপীমচাগী স্কুলদনা লুপা ১৪৫০১ চংখিবনি। কুম অসিদা হায়রিবা মখল ২গী স্কুলশিংদা মথংশিংনা লুপা ২,৫৫,৬৭৪ অমসুং লুপা ২০,১২০ খক্তং খরচ তৌখি। মসিগী মরমদি ২বা লাঙ্গাউদা তেকখি কায়খিবা য়ুম-কৈ ফাল-সুং থৌরাং তৌবদা খৃঃ ১৯৪৮—৪৯ ফাওবদি খরচ য়াম্না তৌখিবননি।

কুম অসিদা ইউ পি স্কুলগী অরোইবা পরীক্ষাদা হায়বদি ক্লাস IV দা নিপামচা ৮১৪ অমসুং নুপীমচা ৭৫ পরীক্ষা পীখি। নিপামচা ৪৯৮ অমসুং নুপীমচা ৪৮ পরীক্ষাসিদা পাশ তৌরকখি। নিম্নপ্রাইমারী পরীক্ষদনা হায়বদি ক্লাস II গী পরীক্ষাদা নিপামচা ৩,০৯২ অমসুং নুপীমচা ৪৪০ থাবদা মথংশিংনা ২,১৭৯ অমসুং ৩২০ পাশ তৌখি।

## স্পেসিযেল ইডুকেসন

ওনখিবা চহিদা নিপামচা ভাক্তা ১,৯৭৯ তম্লম্বনি। কুম অসিদদি নিপামচা ১,৮৬৪ অমসুং মুনীমচা ৪৭৫ লৈখি। মণিপুরী মুসলমান নিংথৌনা লাইরিক তম্বা হৌবা চহি ওইনা শিক্ষাগী ইতিহাসতা লৈতৌবগদবা খৃঃ ১৯৫৮-৫০ গী কুমজ্রানি। স্পেসিযেল ইডুকেসনগীদমক কুম অতুদা লৈবম্বা ওজা ৭৮ নি। মখোয় অসিগী মনুংদা ৫৭ তি সার্টিফিকেট পাযবম্মী। মতম অতুদা সংস্কৃত উপাধি অমসুং উর্দুগী মৌলবি সার্টিফিকেট ফংবশিংবু সার্টিফিকেট ফংলবনি অমসুং ত্রেনাং তৌববা ওজানি হায়না লৌনবম্মী। স্পেসিয়েল ইডুকেসনদা নিপামচা ১৭১ পরিক্ষা থাবদা ১২১ পাশ তৌখি।

কুম অসিদা নিম্নপ্রাইমারী স্কুলগী থাক্তনা অভাং পংযাম যাম্লগা মথক্কী থাক্তনা অভাং ইযাম যামদবগী মরম অসি শিক্ষাগী থবক পুবিবশিংনা য়াম্না কুপ্না নৈনখি। লানগী মতমদা অভাং য়াম্না লাইরিক তম্বা ওম্লখিদে। অতুগী মথক্তা প্রজা পুম্নমক মচাশিংবু স্কুলদা থাগদবগী লাক্রুনতা মরৈখ্রে। মরম অতুনা মথাগী থাক্তা অভাং যাম্বনি হায়না লেপনখি। ত্রেনীং ফংদবা ওজা অমগীদমক্তা থুংলিবা অভাং মশীং য়াম্মল্লি হায়না খল্লখি। মরম অসিনা কানৌবা ওজা হাপচিন্নবা অমসুং লৈরিবা ওজাশিংবু ত্রেনীং পীনবা রাখল তৌনখি।

## মিডল স্কুল

ইংশোক ১৯৪৮-৪৯ দা মিডল স্কুল অসি ১১ দা ভাইরম্বনি। কুম অসিদদি অঙকপা ফংনা শরুক ৫ রোম থংহেন হেনগৎখি। মথাদা মখোয়গী অকুপ্পা মরোল উচ্চরি :—

| স্কুল/ওজা— | সরকার | এডেড— | প্রাইভেট— | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|
| | নিপা-নুপী | নিপা-নুপী | নিপা-নুপী | নিপা-নুপী |
| মিডল স্কুল মশীং | —১৮—১ | ২৭—২ | ১৭—X | ৬২—৩ |
| ,, ,, ওজা মশীং | ৭০—১ | ১৪০—৩ | ৪২—X | ১৫২—৪ |

কুম অসিদা সরকাগী ইউ, পি. স্কুল ৪ থক এম, ই, গী থাক্তা থাঙ্গৎখি। ওজা নিপা ৪ গা নুপী ১ গদি গ্রেজুয়েট ওইরম্মী। মখোয়গী মঙ্গুংদা ট্রেনিং ফংবা নিপা ওজা অমনি। নিপা ১০৫ অমসুং নুপী ২ না অত্তার গ্রেজুয়েট মেট্রিক পাস তৌবনি অমসুং অবেস্বা মখেনা মেট্রিক পাশ তৌদবা ওজা ভাক্তনি।

এম, ই. ওক্কাশিংগী তঙ্গবকী চাং অসি লুপা ৩০-১—৩৫-২—৭৭, ওইবম্মী। চৌংগী হেড মাষ্টারশিংদি লুপা ৫৫-২—৬৫ গী চাংদা পীখি অমসুং থাগী লুপা ৪০ দা পীবা ওজা থরস্থ লৈরম্মী ওজা খুদিংমক পোৎ ভাংবগী হৌনবী মতুং ইম্না এলাওয়েন্স পীরম্মী।

কুম অসিদা নিপামচাগী মিডল স্কুলদা লুপা ২,০৮,৪৬৪ অমসুং নুপীমচাগীদনা লুপা ৭ ৬৬৯ খরচ তৌখি। হৌখিবা চহিদা চীংগী লমদনদা লৈগা মিডল স্কুলগী খরচ অসি হিল ওফিসকী জেনেরেল বজেট্টগী চংলপনা স্কুল মথক্ষ অসিগী খবচ তোপনা থমহৌত্রে। মবম অাহুনা মমাংগী চহিগী খরচকা খ্: ১৯৪৯-৫০ গী খরচকা চাংদম্নবা য়াখিত্রে। কুম অসিদা নিপামচা ৪৮৮ অমসুং নুপীমচা ২৪ ক্লাস VI কী পরীক্ষা থাবদা মথংশিংনা ৩৮৫ অমসুং ৯ পাশ তৌখি।

—:(O):—

## হাই স্কুল

কুম অসিদা স্কুল মশীং হেনগৎখিদে। খৃঃ ১৯৪৮-৪৯ লৈরম্বা হাই স্কুল ৮ অহু তেক্ত-কায়দনা চহি অহুদমু চথখি। মথোয়গী অকুপ্পা মরোল মখাদা উচ্চরি :-

| | সরকার নিপা-নুপী | এডেড নিপা-নুপী | প্রাইভেট নিপা-নুপী | অপুনবা নিপা-নুপী |
|---|---|---|---|---|
| স্কুল | ১—১ | ৬—০ | ০—০ | ৭—১ |
| ওজা | ৩২—৭ | ১০৫—১ | ০—০ | ১৩৭—৮ |

সরকারগী স্কুল ২ অসিগী মনুংদা নিপামচাগী জোনষ্টোন হাই স্কুলনি অমসুং অতোপপা নুপীমচাগী তম্ফাসনা হাই স্কুলনি। ওজা ১৪৫ অসিগী শৈনাহৌ মখাদা পীজরি :-

| | গ্রেজুয়েট নিপা—নুপী | অণ্ডার গ্রেজুয়েট/মেট্রিক নিপা—নুপী | অণ্ডার মেট্রিক নিপা—নুপী |
|---|---|---|---|
| ট্রেনীং ফংবা | ৬—০ | ০—১ | ০—০ |
| ট্রেনীং ফংদবা | ৪৬—১ | ৭১—৪ | ১৪—২ |
| মোট | ৫২—১ | ৭১—৫ | ১৪—২ |

## সরকারগী ওজাশিংগী তলবকী চাং

হেডমাষ্টার লুপা ১৫০—১০—২০০,
গ্রেজুয়েট ওজা লুপা ৭৫—৫—১০০+২৭, স্পেসিয়ল পে
অণ্ডার গ্রেজুয়েট লুপা ৪৫—৩—৭৫,

সরকারগী স্কুল নত্তনা অতৈ স্কুলগী ওজাশিংগী তলব অসি অরেপ্পা চাং অমতা লৈরমদে। স্কুল অমগী ওজাশিংনা য়াম্না ফংলম্মী অদুগা অতোপ্পা স্কুল অমগী ওজাশিংনা থরদংদা ফংলম্মী। তৌইগুম্বসুং সরকারগী স্কুলগী ওজা অমনা ফংবা তলবতগী এডেড প্রাইভেট স্কুলগী তলবনা থক হেল্লমদে।

## ছাত্র অমসুং খরচ

| | |
|---|---|
| খৃ: ১৯৪৮—৪৯ | খৃ: ১৯৪৯—৫০ |
| নিপামচা—নুপীমচা | নিপামচা—নুপীমচা |
| ছাত্র—২,২৩৪—২২০ | ৪,৫৩৫—৫২৪ |
| খরচ—লু: ৩২,৪৬০—৫,১৯০ | ২,৮০,১৭৩—১৯,৪২০, |

খরচকী মতাংদা কা হেন্দোক্লা কুম অসিদা চংখিবশি মরমদি স্কুলশং শাখিবদশিনি। ছাম্না জোনষ্টোন হাই স্কুল অসি হৌজিকা সিভিল হোসপিতাল লৈরিবসিগী নোংচুপ্তা হেক তাইননা লৈরম্মী; মমাই মথা ওন্দুনা পাওনা বাজর বোডকা মপা চপ চান্না স্কুলগী কোম্বোং কাংলম্মা। মফম অসিদগী প্রোলোগ্রাউণ্ডগী নোংপোক থংবদা হোংদোকখি। অমুম্না তম্ফান্না গীলস হাই স্কুল অসিমু স্না কোন্নুংগী অরাংথংবা, হৌজিকী ওশন থিয়েটর হোল শাম্নিবা মফমসিদা লৈরম্বনি। মফম অসিদগী নিত্যাইপাং চিংথক্তা ওন্ত লম্বুলেনগী অরাং থংবদা হোংদোক্লকখি।

কুম অসিদা হাই স্কুল অয়াপ্পা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়না মেত্রিক পরিক্ষা পীনরম্মী। তৌইগুম্বগুং সিন্দম-শিনপং হাই স্কুল-নচিংবা খরদি কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা লৈরম্মী। চহি অসিদা নিপামচা ২৬০ অমসুং নুপীমচা ৫ মেত্রিক পরীক্ষা পীবদা নিপামচা ১৩১ গা নুপীমচা ১ গা পাশ তৌখি।

—:(O):—

## কলেজ

ওনখিবা চহিদা সরকারগী ডি, এম, কলেজ অসিদা নিপামচা ৫৫০ অমস্নুং নুপীমচা ২ লাইবিক তম্লম্মি। কুম অসিদা হায়রদি খ: ১৯৫৯—৫০ দা ছাত্র মশীং হেনগৎলকখম থোকপনি। তৌই-ৱম্নুং কুম অসিদা নিপামচা ২১৬ কা নুপীমচা ৫ দা মণ্ডাইখি। কলেজ অসি লিংখৎলকপদগী খ: ১৯৪৮—৭১ ফাওবদি নুমিদাং-রাইবমইদা তম্লকপনি। মসি জুলাই ১৪ ইং ১৯৪৮ দগী গোভর্-মেন্তনা লৌশিনখি। খ: ১৯৪৯-৫০ দগী নু.বিক কলেজ ওম্বোকখি। নুংখিল থবক তৌজরগা নুমিদাংরাইরম কলেজ তমজবা ছাত্র অযাম্বা কলেজ থাদোরখি। মতুংগী ফলনা কুম অসিদা ছাত্র মশীং যাম্না হম্মখি। ইমুং মনুং পুবা লাইবিক তমজনীংবা কাংবুশিং যামনা নীংবা কান্নখি অমসুং গোমর্ণমেন্তপু মপুক্তা রাবৌখি। মখোয়গী মপুক রাবৌনীংঙাই মরম য়ামনা লৈরমই। কলেজ অসি শ্রীমতি ধনমজুরী দেবীনা লুপা ১০,০০০ দান হেক্তা তৌবিবক্লগা ওইখিবা নত্তে। মসি লিংখৎলকপা মতমদা অযুক নুংথিল নোমজ-খোৎচত্নুনা চান-থক্নবা তাঞ্জবা মীওই কয়ানা যাম্না কন্না নোমজখি অমসুং মতম অতুগী শিক্ষা মন্ত্রি শ্রীমাযংবম বাধামুহন সিংহ বি, এ,না ইউনিভরসিটিগী অঙম অথৌ কন্না তাইনবিখি। ইউনিভরসিট্রিনা থাবিরক্লবদা অমুক শেলগী মতাংদা সমস্যা অমা থোকখি। ,কলেজ ফণ্ডমখৈ কোমর্ষিয়ল বেঙ্কতা থম্লম্মী। বেঙ্ক অসি মুত্থরক্লুনা শেল পুম্নমক মাঙবা তাবম্মী। মেম্বর অসিনা মতমতুগী দরবারগী প্রেসিডেন্ত মিঃ লাইদোল সাহেবপু পুত্নুনা বেঙ্ককী অঙম অথৌ-শিংদা সমাজগী ওইবা শেনফম অসি মাঙহন্দনবা কন্না তাইনবীখি। কলেজ অসি ওইনবা লাকনবদা শ্রীসিংহনা দায়ি চাউনা লৌবিখি। অযুক চারগা নুমিদাং চাবা হেনবা লাইরবা কয়াম্নু কলেজ অসি লিংখৎলকপদা মানা মানা ঙমজবা শেল পুথোক্লুনা দান তৌনখি। মরম অত্নুনা অসিগুম্বা মীওইশিং অত্নুনা রারৌখিবনি।

কুম অসিদা কলেজ অসিগী প্রিন্সিপাল শ্রীএস, এন, চট্টর্জ্জী এম, এ, বি. এল, না ওইবিরম্মী। মহাক্কা থানা কলেজ অসিগী ওজা ১০ লৈরম্মী। কুম অসিদা হায়বদি খুঃ ১৯৪৯—৫০ দা ইংলিশতা ওনারস ক্লাস হাংখি। শ্রীহরেনচন্দ্র মুখর্জ্জী এম, এ; ত্রিবল (ইংলিস) না অরাবা কোম্নাই খাংহুনা য়াম্না কন্না হোৎনবিখি। মতম অসিদা লৈরম্বা ওজাশিংগী তলবকী চাং মখাদা উচ্চরি :—

(ক) প্রিন্সিপাল— লুপা ৩০০,

(খ) ভাইস প্রিন্সিপাল লুপা ২০০,

(গ) অতৈ ওজা লুপা ১৫০,

মথক্কী তলব অসিগী মথক্তা হৌনবী ডি, এ, হাপ্তুনা ওজাশিংনা ফংনবম্মী। মপান্দগী লাকপা ওজাশিংদা লেম্না লৈনবা যুম পীবম্মী।

## পরীক্ষা

| পরীক্ষা মখল | অথাবা মশীং | | পাশ তৌবা মশীং | |
|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা |
| বি, এ, | ৪৮ | ৪ | ১৯ | ০ |
| আই, এ, | ৮৪ | ৯ | ৪৮ | ১ |

খৃ, ১৯৪৮-৪৯ দগী হৌনা কলেজ শং শাগৎশুবনি। চহি অসিদা থবক অসি য়াম্না য়াংশিনখি। মতুংগী চহিদদি য়ামত্রবদা কা থরমথৈদি -শীজিন্নবা ফাওবা য়াবগী ফিথম য়ৌরকখি। কলেজ অসিগী থরচ অসি হৌখিবা চহিদা লুপা ৩০,০০০দা ওইরম্বনি। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা চহিসিদা হায়বদি খৃঃ ১৯৪৯-৫০ দা লুপা ৩৭, ১৯৪ য়ৌরকখি।

## অতৈ অতৈ

খৃঃ ১৯৪৯-৫০ অসি মণিপুরগীদা নত্তনা ভারত পুম্নগী ওইনা শিক্ষাগী মরুওইবা চহিনি। ভারতকী ষ্টেটিষ্টিক্স অসি কুম অসিগী মমাংদদি চহি খুদিংগী খোমজিল্লমদে। কুম অসিদগী হৌনা নিয়ম নাইনা চহি খুদিংগী শিক্ষাগী ষ্টেটিষ্টিক্স খোম্বা হৌখি। ভারতকী ষ্টেট টেরিটোরিনচিংবগী ওইনা রিপোর্ট খোমজিল্লি, ডিষ্টিকী ওইনা খোমজিন্দে। লৈরি লৈরিবা ষ্টেট নত্রগা টেরিটোবি অহুনা ডিষ্টিকী ষ্টেটিষ্টীক্স পুন্নমক খোমজিল্লগা ষ্টেট নত্রগা টেরিটোবিগী ওইনা ভারতকী ইড্ কেশস ডিপার্টমেন্ট ( মিনিষ্ট্রি ) দা পীখৎপনি। মফম অহুদা দেশকী ওইনা অপুনবা ষ্টেটিষ্টিক্স শেমগৎতুনা থম্মী।

চহি অসি শাসন নৌনা হোংবদগী থবকশিং ইনৌ নৌনা খোকপনা মমুৎ তানা থবক অমতা পাংথোকপা ঙমথিদে হায়না লৌবা য়াই।

ফংফম - ষ্টেটিষ্টিক্স মেনুয়েল, ফোরম এ অমসুং প্রোগেশ রিপোর্ট।

—:( o ):—

## খৃঃ ১৯৫০-৫১

কুম অসি শিক্ষাগী ইতিহাসতা য়াম্না মরুওইবা চহিনি। ভারতকী মফম পুমনমক্তা চহি ৫ গী থৌরম পায়খৎনবগী যুমফমনি। কুম অসিদা লৈবা স্কুল, ছাত্রনচিংবগী ফিবম য়েংহনা চহি ৫ গী থৌরম পায়খৎনবনি। মরম অসিনা কুম অসিগী ষ্টেটিষ্টিক্স লৌবদা য়াম্নমথৈ চুমনবা থৌরাং তৌনখি।

মণিপুরগী য়েংলুরবসু খৃ: ১৯৫০-৫১ অসি শিক্ষাগী ইতিহাসতা নীংশিংনিঙাই ওইবা চহিনি। চহি অসি ফাওবা মণিপুরগী শিক্ষাগী শাসন অসি আসামগী ডি, পি, আইগী পাউতাক মতুংইন্না চথবকপনি। তৌইংন্নসুং কুম অসিদগীদি চিফ কমিসনারনা মণিপুরগী ডি, পি, আইগী থবক পুবা হৌবিখি। খৃ ১৯৫১ গী জান্নুওয়ারি থাদগী ইপি মুন সাহেবনা চিফ কমিশনার ওইখি।

কুম অসিদা মণিপুরগী অহানবা ওইনা শ্রীহুইদ্রোম বীরহরি সিংহ বি, এ, বু ইনস্পেক্টর ওফ স্কুল ওইনা হাপ্পকখি। মাগী মমাংদা শ্রীযুতুম কোইরেং সিংহ বি, এ, ডি, আই, ওফ স্কুলনা থা মবিবোম ইনস্পেক্টরগী থবক অসি ওফিসিয়েটিং পুবন্নি। অনৌবা ইনস্পেক্টরগী তলব অসি লুপা ২৫০—১০—৩৫০ ওইরম্মী। হান্না ডি, আই, শ্রীকোইরেং সিংহনা পায়রম্বা একজিকিউটিভ ওফিসারগী থবক অদু অনৌবা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস শ্রীবীরহরি সিংহদা শীনখি।

## কুম অসিদা কলেজগী ওজাশিংগী তলব হোংদোক্লম্মী

| | হান্না লৈরম্বা তলব | হোংদোক্লকপা তলব |
|---|---|---|
| প্রিন্সিপাল | লুপা ৩০০, | লুপা ৪০০ — ২০—৬০০, |
| ভাইস প্রি. | ,, ২০০, | ,, ১৭৫— ১৭৫ — ২০ – ২০০ — ১৫—৩৫০ + স্পেসিয়েল পে ৫০, |
| অতৈ ওজা | ,, ১৫০, | লুপা ১৭৫—৩৫০, |

কুম অসিদা নিম্ন প্রাইমারি স্কুলদা পীবা গ্রান্ট-ইন এডকী চাং অসি চপ মান্নহনখি। তমগী প্রাইমারি স্কুলদা থাগী গ্রান্ট-ইন-এড অসি লুপা ১০ দগী ২৫ ফাওবগী মনুংদা তোপ্পা তোপ্পা পীরম্মী। চীংদদি নিম্ন প্রাইমারি স্কুল পুমনমক থাগী লুপা ৩০ গী চাংদা অমসুং উচ্চ প্রাইমারি স্কুলনা লুপা ৪০ গী চাংদা গ্রান্ট-ইন-এড পীরম্মী।

কুম অসিদা শ্রীহিমত সিংহ চিফ-কমিশনারগী বঙ্গলাদা শ্রীহুইদ্রোম বীরহরি সিংহগা ভেলিগী এস, আই অহুমগা চীংগী আই, পি. অমগা লোইননা বজেৎ শেমখি। তম্পক্কীদি এল, পি, স্কুলগী থাগী গ্রান্ট অসি লুপা ১৫ না খ্বাইদগী রাংলম্মী। মবম অহুনা তমগী এল, পি, স্কুল মখৈ থাগী লুপা ২৫ দা তেমখি। চীংগী মতেং খন্নবকপদস্মু চীং-তম মাল্লহনগনি হায়দুনা চীং স্কুল মখৈস্মু থাগী গ্রান্ট অসি লুপা ২৫ দা তেমখ্রে। মতমদুদা ঐনা হায়জখি "চীংদদি মৈথানবা শীং নত্তুনা অতৈ পূমনমক তম্পক্কী পুখত্তুনা শীজিন্নবনা মমল যামনা তাংই অদুগা চীংগী স্কুলদা ওজা ওইবিবশিং অসি তম্পাক অমম্মুং চীংগী হেড কাটরগী মী ঙাক্কনি। মরম অদুনা হৌজিক হৌজিকমক লুপা ২০ পীবদা ওজা ওইবিনবা রাবি। চীংগীদি হান্নগী লুপা ৩০ সি পীনবিযু" "নংগী ওফিশাবনা তুম্মিন লৈবগা নংনা ঙুং ঙুং ঙংবা তুম্মিন লৈযু" হায়দুনা চিফ কমিশনারনা মখোঙ থিনখি। ঐনা ব্যবহাব শাযনা "ঐগী ওফিসাবদি চীংগী ফিবম মুন্না খঙবিবম্মোই" হায়না হাইজখি। খুদক অদু মতুদা ইনস্পেক্টবনা ঐবু কনবিদুনা মহাক তশেংনা খঙদ্রি হায়বিখি। মমৈ থংদা মতম অদুগী মণিপুবগী চিফ কমিশনাব শ্রীহিমত সিংহ মহেশ্ববনা নিম্নপ্রাইমারি স্কুলগী গ্রান্ত মখৈ চপ মাল্লহন্দুনা থাগী লুপা ৩০ গী চাংদা তেমবি অমম্মুং বজেৎ মখুৎমক্কা শেমখি। তৌইগুম্বস্মুং মীথন্দগী কারকপা মেম্বব-শিংনা অমুক লুপা ২৫ দা হন্থহন্দুনা এল, পি, স্কুলশিংদা চাং অসিদা পীখি। তমগী এল, পি, স্কুল অয়াম্বদি থাগী লুপা ১০/১৫ দং ফংলম্বদগী লুপা ২৫ দা হাইগৎলকপনিনা থোইনা অমাঙবা লৈখিদে। তৌইগুম্বস্মুং চীংদদি য়াম্না লুবা মতাং অমা লাকখি। চীংগী স্কুল অয়াম্বগী ওজাশিংদি তম্পাক্কী নত্রগা সব-ডিভিজনগী হেড কাটাবশিংদগী লাকপনি। চীংদা থুম, থাওনচিংবা নিতিগী শীজিন্নবা পোচ্চেগী মমল য়াম্না তাংলম্মী। ভারত

ইউনিয়ন্দো মণিপুরনা তিনৌভদগীদি মীশীং জর জর হেনগৎলক্লম্মী। মণিপুরদা থোকপা পোচ্চেগী মমলস্থু হাইগৎলকখি। মরম অহুনা চাংমীশিংনা চিক কমিশনারদা হন্না হন্না রাকৎলক্লবদা মানা মতুংগী চহিদগী হৌনা মেম্বরশিংগী রাকম থুগায়দুনা লুপা ৩০ গী চাংদা নিম্নপ্রাইমারি এডেড স্কুল খুদিংদা চপ মান্ননা পীগনি হায়খি। পোংকী মমল হাইগৎলক্লবস্থু প্রজা অমস্থুং সরকারদি শিক্ষাগী মবমদা মপুক্লীং চংবিবি হায়বসি মথাগী ষ্টেটিষ্টিক্স অসি উবিরগা খঙবিগনি :—

## তম্ফম-শং

| | খৃ: ১৯৪৯-৫০ | | | খৃ: ১৯৫০-৫১ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | মথল সরকাব | মতেংফংবা | ফংদবা | সবকার | মতেংফংবা | ফংদবা |
| কলেজ নিপা | ১ | × | × | ১ | × | × |
| হাইস্কুল নিপা | ১ | ৬ | × | ১ | ৭ | ২ |
| ,, নুপী | ১ | × | × | ১ | × | × |
| মিডল নিপা | ১৮ | ২৭ | ১৭ | ১৮ | ২৫ | ২৫ |
| ,, নুপী | ১ | ২ | × | ১ | ২ | × |
| প্রাই: নিপা | ১৯৮ | ১১৫ | ৬১ | ২০৫ | ১১৮ | ১০৭ |
| ,, নুপী | ৮ | ১৬ | × | ৮ | ১৪ | ৩ |
| স্পেসিয়েল নিপা | ১৩ | ১১ | ২ | ১২ | ১১ | ১ |

কুম অসিদা ইম্ফাল এরিয়াদা মতম কুইনা গ্রান্ট ফংলক্লবা ফৈজ্রা এম, ই, স্কুল মুংখি। এডেড এম, ই, স্কুল অমনা হাইস্কুলগী ক্লাস হাংলকপদগী হাই স্কুল এডেড ওইনা মশীং চনখ্রে।

## ওজা

গভর্ণমেন্টকী স্কুল নত্তনা অতৈ স্কুলগী ওজাশিংদি স্কুল কমিটিনা তুলব পীবনি। সরকারনা গ্রান্ট পীবস্থু স্কুলগী য়েংহুনা পীবনি ওজা মশীং য়েংহুনা গ্রান্ট পীবা মত্তে। মরম অহুনা এডেড অমস্থুং

প্রাইভেট স্কুলগী ওজা অসি লেংদনা লৈতে। কবিগুম্বা চংহিনা ওজা য়াম্না লৈ, ওজা খবদা ভাইবা চংহিসু মবৈ হায়রবসি মখাগী ষ্টেটিষ্টিক্স অসি উবিবগা ভাব তাবিগনি :—

### ওজা

| | খৃ: ১৯৪৯-৫০ | | | খৃ ১৯৫০-৫১ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | সরকার | মতেংফংবা | ফংদবা | সরকার | মতেংফংবা | ফংদবা |
| কলেজ নিপা | ১০ | × | × | ১৭ | × | × |
| হাইস্কুল নিপা | ৫২ | ১০৫ | × | ৩৩ | ৯৯ | ৫০ |
| নুপী | ৭ | ১ | × | ৯ | × | ১ |
| মিডল স্কুল নিপা | ৭০ | ১৭০ | ৪২ | ৬৭ | ১১৭ | ৭৩ |
| নুপী | ১ | ৩ | × | ২ | ৪ | ১ |
| প্রাইঃ স্কুল নিপা | ৪৭৭ | ২৯৭ | ৭৭ | ৭৮১ | ৩০৯ | ১৩৮ |
| নুপী | ২০ | ৯ | ৪ | ২৩ | ১১ | × |
| স্পেসিঃ স্কুল পুন্না | ৭৮ | | | ৭৭ | | |

- :(O): -

### ছাত্র

| | খৃ: ১৯৪৯-৫০ | | খৃ: ১৯৫০-৫১ | |
|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা |
| কলেজ | ২১৬ | ৫ | ৩৪১ | ৭ |
| হায়স্কুল | ৭,৫৩৫ | ৫২৪ | ৪ ৬১৫ | ৫৯৫ |
| মিডল স্কুল | ৫,৯০৪ | ৪৭৭ | ৫,৭৭৬ | ৬৪৬ |
| প্রোইমারি স্কুল | ২২,৩৭৩ | ৪,৫২৭ | ২৭,২০১ | ৪,৬৯৫ |
| স্পেসিয়েল স্কুল | ১,৮৬৪ | ৪৭৫ | ১,৯৭৬ | ৫৮০ |

প্রাইমারি স্কুলদা তম্নিবা অঙাং মশীং অসি য়াম্না লৈবা উরে। লৈবাক মচা অসিদা প্রি প্রাইমারি স্কুল লৈতে। মখল অসিগী স্কুলদা তমগদবা অঙাং অযাম্বা নিম্ন প্রাইমারি স্কুলগী অহোবা ক্লাসতা তম্লম্মী। শিক্ষাগী লম্বীদা খব শোম্বহৌবা লমদমগী অঙাং-শিংদি যাম্না লিনা হায়বদি কাবক চাউবগা লাইবিক তম্বা হৌই। প্রাইমারি স্কুলদা তমগদবা অঙাংগী চহিগী মতাংদি ৬ তগী ১১ ফাওবনি।

ত্রৈখোযগী মণিপুরদদি প্রাইমারি স্কুলদা তম্লিমা অঙাংশিংগী ৩/৫ শোমদি চহি মঙাং অসিগী ব্রাংমদা লৈরমী। চীংগী লমদমদদি পারেদা নুংঙাইত্রবা ব্রাকম কাংবা যাওবম্মী—প্রাইমারি স্কুলগী অহোইবা ক্লাস হায়বদি ক্লাস টুগী পরীক্ষা থারমদাইদা মযুম পাঙ্থোকখিবমু কোঙ্গাইনি। হৌখিবা পৃথিবীগী ২শুবা লাঞ্জাউদা পুমনক চাউরবা মীওইমখৈদি লাইবিক হৈহৌদবনা মণিপুরনা শোথবিবনি হায়বসি ভাব তাহৌরবনি। মরম অদুনা নহা অহল খায়দনা মীপুম খুদিংমক মমিং মযাদা ওইববমু ইবা পাব ঙম্মবা লাক্লনীংখি। চহি মতম ব্রাংলি নত্রগা অহলবু লাইবিক তম্মগনু হায়না থিংবা ঙমখিদে। অহলনা তম্মবা এডল্ট লিটরেসি সেন্টরগু শিক্ষা বিভাগনা লিংখৎ-খোৎলৎপা ঙম্মমদ্রি। অম্মুম্না শিক্ষাগী থাক্তা খবা কাখৎলক্লবা ইম্ফাল এবিয়াগুম্বদমু প্রি প্রাইমারি স্কুল লিংখৎপা ঙম্মমদ্রি। মরম অসিনা মতম অদুদা লৈরম্বা নিম্ন প্রাইমারি স্কুলদি প্রি প্রাইমারি অমসুং এডল্ট লিটরেসি সেন্টরগী থবকসু য়াওনা পূরম্মী হায়বা য়াই। অসিগুম্বা থৌসিল অসি লাল মতুংদগীদি চৎনবী অমা ওইনা লাকখি।

## খৎচ

খরচকী মতাংদদি ঈশিং ঈচাউগুম চহি খুদিংগী জৎ জৎ হেন-গৎলকখি। ওনখিবা চহিগা চাংদম্মদুনা মখাদা হিসাব অমা উচ্চরি :—

| | খৃঃ ১৯৪৯—৫০ নিপাগীদা নুপীগীদা | খৃঃ ১৯৫০—৫১ নিপাগীদা নুপীদা |
|---|---|---|
| কালেজ | লু ৩৭.১২৪ — × | লুঃ ৫৬১৪৩ — × |
| হাই স্কুল | ,, ২,৮০,১৭৩—১৯৪১০ | ,, ৩৩৪,৯১৮—২০,৫৫৮ |
| মিডল স্কুল | ,, ১,০৮,৭৬৭—৭,৬৬৯ | ,, ১৭০,৬১৯— ৯,৯৭১ |
| প্রাইমারি ,, | ,, ২,৫৫ ৬৭৭—২০,১২০ | ,, ৩,৫০,১৮৭—২৬,০০১ |
| স্পেসিয়েল ,, | ,, ১৯,৫৮২ — × | ,, ৩০,৪৭৫— × |
| ডাইরেক্সন ইনস্পেক্সন | ,, ৫,৯০১— × | ,, ১০,৫০৪— × |
| অচৌই অপাদা | ,, ৩,৫৯,৬০১—২৮,১০৬ | ,, ১,১৬,১৯২— ৫,১৬৯ |

অচৌই অপাগী খরচতা হস্তবকপগী মরমদি কুম অসিদা ফাল-লুং অনম্বুং যুম-ংকদা খরচ য়াম্না তৌখিদরমনি।

## পরীক্ষা

| মথক | অথাবা মশীং নিপামচা—নুপীমচা | | পাশ তৌবা মশীং নিপামচা—নুপীমচা | |
|---|---|---|---|---|
| বি, এ, | ৬১ | ৫ | ২৯ | ১ |
| আই, এ, | ৬৩ | ১ | ২০ | ১ |
| মেট্রিক | ২৫৩ | ৬ | ১৪৫ | ৪ |
| মিডল (VI) | ৫০৩ | ১৩ | ২৪৯ | ৬ |
| ইউ, পি, (IV) | ৩৮৮ | ২৯ | ২৬৮ | ১৮ |
| এল, পি, (II) | ২৯৬২ | ৪৫৫ | ১৯১৮ | ৩৯৮ |
| স্পেসিয়েল | ৮০ | × | ৫২ | × |

কুম অসিদা বিশ্ববিদ্যালয়গী ওইনা আই, এ, পরীক্ষাগী ফল য়াম্না ফজখিদে। মুংঙইবা অমদি নুপীমচাগী স্কুল মশীং হেনগৎ-লকপগী মতিক পরীক্ষাগী ফলসু ফগৎলকখি। কুম অসিদা ভারত

গোবর্ণমেনটনা মণিপুরগী হান্না চৎলম্লিবা থৌওং পুম্নমক য়াম্না কুপ্না যেংশিনখি। মতুংগী চহিদা য়াম্না মরু ওইবা থৌরম খরা পায়খৎনবা থৌরাং তৌখি।

ফংফম - ফোরম এ অমসুং প্রোগ্রেশ রিপোর্ট।

—:( O ):—

## খৃঃ ১৯৫১-৫২

বুম অসি ভারতকী শেমগৎ শাগৎপগী ইতিহাসতা য়াম্না মরু ওইবা চহিনি। চহি অসিদা ভারতকী ইহান হানবা চহি ৫ গী থৌরাং পায়খৎপা হৌখি। তৌইগুম্বসুং মণিপুরদদি থৌরাং অসি পায়খৎপা হৌখি হাযবমক্তি ওইখিদে। ভারত সরকারনা নোংপ্রোক চিদাইদা লৈরবা মণিপুর শকখণ্ড মাইখণ্ডনবগী মতাংগুম মাইয়োক ওইনা শেল খর চোম্নপ পীরকখি হায়না লৌনখি। মণিপুরদদি চহি ৫ গী থৌরাং অসি খৃঃ ১৯৫৩-৫৪ দগী হৌনা ফজনা চম্বা হৌখি হায়বা য়াই। মথক্তা হাযজগ্রিবা চোমলপ ওইনা পীরকপা শেনফম অসিদগী মখাদা ইজরিবা থবক খরা অসি পায়খৎখি :—

খৃঃ ১৯৫১-৫২ দা মণিপুরগী চীংগী ওইনা ডিপুটি ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলসগী ফম অমা শেমখি। শ্রীনিখিনি মোদোলি কৌবা মাও নাগা অমনু ফম অসিদা হাপখি। মহাক অসি গ্রেজুয়েটমক নৎলমত্রবনু মাগী মপুকচেল শেংবা অমসুং মথৌ পাংথোকপদা মথৌনা লৈবগী গুণতনা প্রজা মীচমশিংনা অমসুং মথক থোংবা অঙম অথৌশিংনা মাবু মশক থঙবিখি। অদুগী মথক্তা মরাইবক ফবদগী চহি ৫ গী অচানবা থৌরাংগা মাইয়োকখি। মতম কুইনা লাইরবদগী মতিক চানা খরচ তৌবা ঙমজদনা লাক্রবী ইমা লৈবাকনি।

চহি ৫ গী অহানবা থৌরাংদা শিক্ষাগী চাউববা শকক য়াওবম্মী। থৌরম অসি চাংগী লমদমদা পাংথোকনবা হোৎনবদা চীংগী অযাম্বা প্রজাশিংগা য়াম্না তোইনা তোইনা উনবা তাখি। মরম অত্তুদগী খুাইনা মাবু মশক মুন্না খণ্ডবিখি।

কুম অসিগী অহানবা শকক্তা নিম্নপ্রাইমারি স্কুল গ্রান্ত অসি থাগী লুপা ২৫ গী চাংদা ফংনখ। মমৈ থংদা চিফ কমিসনারনা লুপা ৩০ দা তেমডুনা পীবিখি।

কুম অসিদা হিন্দি শিক্ষাগী মকওইবা চহিনি। ভৈরোদান হিন্দি এম, ই স্কুল হান্না লৈজরম্বা ওজা তরেৎকা চৌকিদার অমগা ব্রাইশিংপা অমগা কোন্ননা সরকারগী স্কুল ওন্থোকখি। মতম অসিদা ভৈরোদান এম, ই, স্কুল নত্তনা অত স্কুলদা হিন্দি তম্নরমদে। কুম অসিদা নম্বোল, বেঙ্গলা, ৎথাম্বীস্না, থৌবাল, মযাং ইম্ফাল অমস্থুং কাক্চিপুর হাই স্কুলদা অমস্থুং সোমদল, সংসক অমস্থুং লিরাচংনিং এম, ই, স্কুলদা হিন্দি ওজা ১/১ হাপ্লবা থাগী লুপা ৫০/৫০ গী চাংদা গ্রান্ত পীখি।

সহরগী লমদমদা ব্রহ্মপুর, জন্মস্থান অমস্থুং খুাই হাইবা সংস্কৃত টোল ৩ অসি মৈদিঙ্গু শ্রীচুড়াচান্দ স্না হাক্তক্তগী লৈরক্লরনি। কুম অসিগা হাইরদি খঃ ১৯৫১ গী জুলাই থাদা স্কুল অহুম অসি ছাত্র য়াম্মক্তরদগী পুনশিনখি।

অপুনবা স্কুল অত্তুগী মমিং ইম্ফাল সংস্কৃতটোল হায়না থোনখি। সংস্কৃত অসি মেদিঙ্গু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহনা থুপখিবদগী মথং মথং শীথরকখি। অয়াম্ব স্কুলদা সংস্কৃত তম্নরকখিদ্রে।

সহর ময়াইদা লৈবা বাবুপাড়াদা খঃ ১৯১৩-১৪ দা মতম অত্তুগী আসামগী চিফ কমিসনার Earle সাহেবকী মুপীগী মমিং লৌদুনা বঙ্গালীশিংনা মুপীমচাগী স্কুল অমা লিংখৎখি। কুম অসিদা

মসি এম, ই, স্কুলগী থাক্তা পুখলক্‌্লনা থাগী গ্রাণ্ট লুপা ৫০ য়ৌহনখি।

কুম অসিগী লোইরমদাইদা হাযবদি খৃ: ১৯৫২ গী মার্চ তাং ৪ দা উখ্রুল হাই স্কুল সরকারগী ওইনা লৌশিনখি। স্কুল অসিগী হেড মাষ্টর শ্রীঘোসবু ইনক্রিমেন্ত ১০ পীহ্না হাপখি। মণিপুরদা ইনক্রিমেন্ত খ্বাইদগী হেন্না পীবসি শ্রীঘোসদা পীবা অসিনা মহাল্লে। চীংগী লমদম ওইবনে অমস্তুং শ্রীঘোসকী থোইদোকপা মগুণ লৈবনে মাঙোন্দা ইনক্রিমেন্ত য়াম্না পীখিবগী পেন্দবা কনা অমতা য়াওখিদে।

কুম অসিদা চীংগী লমদমদা লৈবা অপিকপা স্কুল ১৬ ত ওজা ১/১ পীহ্না সিঙ্গল টিচর স্কুল ১৬ লিংখৎখি। তমদা সিঙ্গল টিচর অমস্তুং এল, পি, স্কুল পুন্না ১২ অমস্তুং চীং তম পুন্না ওজা ২৪ হাপখি। তমগী স্কুল ১২ গী মমিং মখাদা পীজরি :—

| | |
|---|---|
| ১। কৈবী | ৭। লাইরেল কাবী |
| ২। কিয়ামগৈ | ৮। শগোলমাং |
| ৩। খেলাখোং মাদ্রাসা | ৯। শামুবৌ |
| ৪। তিংগ্রি | ১০। ব্রাঙ্ শাবল |
| ৫। থাঙ্গা কারাং | ১১। যাম্বেম মুংবং |
| ৬। মোইদাংপোক | ১২। য়াইঙং পোকপী |

কুম অসিদা তমদা এল, পি, স্কুল ৩১ অমস্তুং চীংদা সিঙ্গল টিচর অমস্তুং এল, পি, স্কুল পুন্না ৬৩ গ্রান্ত পীখি। চীংগী লমদমদা

গ্রাণ্টতা নত্তনা করিগুম্বা খর শীরকপদা সবডিভিজনগী অচৌ পীশক য়েংহ্না য়েনবিরম্মী। এডেড স্কুল ৬৩ অসি মখাগী সব-ডিভিজন ৬ অসিদা য়োম্বোকখিরম্মী :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | সদর হিলস | ৭ |
| ২। | মাও | ৯ |

৩। তেংনৌপল ৭
৪। উখ্রুল ১৩
৫। চুড়াচান্দপুর ১৩
৬ তমেংলোং ১৪

**নের্ম্যাল ট্রেনীং**—কুম অসিদা শ্রীরনজিৎবোসপু স্থপারিন্টেণ্ডেন্ট অমত্থা অতোপ্পা ইনষ্ট্রক্টর অনিগা হাপ্নুনা জোনষ্টোন হাই স্কুল শংদা নোর্ম্যাল ট্রেণীং ক্লাস হাংখি। মসি এম, ই, অমস্থং ইউ, পি, স্কুলগী মেট্রিক পাশ তৌবা ওজাশিংবু ট্রেণীং পীনবনি অমস্থং চহি অনিগী কোর্শনি।

কুম অসিদা চুড়াচান্দ গোবর্ণমেন্ট এডেড হাই স্কুলদা অচৌবা ছাত্রশিংগী আন্দোলন অমা থোক্লকখি। আন্দোলন অসিগী রাথোক্তা ওজাশিংগী মমুংদা মত মাম্নবক্তবা লাকপদগী মসি অমুক্তা হেন্না পাকথোক চাউথোক্লকখি। মত্থগী ফলনা স্কুল অসি অনি থোক্লা চেকখায়রক্লুনা চুড়াচান্দ হাই স্কুলগী মনাক ইনক নকনা পব্লিক হাই স্কুল হায়দুনা স্কুল অমা থোক্লকখি। মবম অত্থুনা অরিবা হাই স্কুল অত্থগী ছাত্র মশীং য়াম্না হন্থখি।

খৃ: ১৯৫১-৫২ দা লৈরম্বা অরাংবা থাক্কী তমফমশং খরগী মমিং-মথা পীজরি .—

সরকারগী কলেজ—১। ধনমঞ্জুরী কলেজ, ইম্ফাল
সরকারগী হাই স্কুল ২। জোনষ্টোন হাই স্কুল, ইম্ফাল
৩। তম্ফাম্না গারলস হাই স্কুল, ইম্ফাল
৪। উখ্রুল ,, ,, উখ্রুল

সরকারগী মতেং ফংবা অমস্থং ফংদবা হাই স্কুল :—

১। চুড়াচান্দ এডেড হাই স্কুল, ইম্ফাল
২। তোম্বীসানা ,, ,, ,, ,,
২। বেঙ্গলী ,, ,, ,, ,,

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৪। | শিন্দম শিঙ্গং এডেড | হাই স্কুল, | | | চিংমৈরোং |
| ৫। | থৌবাল | ,, | ,, | ,, | থৌবাল |
| ৬। | মাও-মারাম | ,, | ,, | ,, | তদবী |
| ৭। | কাঙ্কিপুর প্রাইভেট | ,, | | " | কাঙ্কিপুর |
| ৮। | নম্বোল | ,, | ,, | ,, | নম্বোল |
| ৯। | ময়াং ইম্ফাল | ,, | ,, | ,, | ময়াং ইম্ফাল। |

কুম অসিদা ( VII ) না জোনষ্টোন হাই স্কুলগী অহৌবা ক্লাস ওইহনখি। মথাদা চাং তম্ হনা চাউথৎলকপগী মওং তাক্লবা চহি অনিগী মশীং উচ্চরি :-

## ডাইরেক্সন অমসুং ইনস্পেক্সন

| | | খৃঃ ১৯৫০-৫১ | খৃঃ ১৯৫১-৫২ |
|---|---|---|---|
| ১। | চিফ কমিসানার ( ডি, পি, আই, ) | ১ | ১ |
| ২। | এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি (ঐইচ, ডি, ই,) | ১ | ১ |
| ৩। | ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস | ১ | ১ |
| ৪। | ডি, আই, ,, ,, | ১ | ২ |
| ৫। | এস, আই, ,, ,, | ৪ | ৪ |
| ৬। | আই, পি, ,, ,, | ৩ | ৩ |
| ৭। | ডি, ডি, কে, ,, ,, | ১ | ১ |
| ৮। | আই, এম, ,, মাদ্রাসা | ১ | ১ |

এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি ( ঐইচ, ডি, ই, ) না সি, সি, শ্রী মতং পাংনবনি। ডি, আই, অনিনা আই, এসকী মতং পী। শ্লেম-হৌরিবশিং অসিনা ডি, আইগী মতং পাংই।

## তক্ষম-শং

| | খৃ: ১৯৫০-৫১ | | | খৃ: ১৯৫১-৫২ | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | সরকারগী | মতেং ফংবা | ফংদবা | সরকারগী | মতেং ফংবা | ফংদবা |
| কলেজ নিপা | ১ | × | × | ১ | × | × |
| হাইস্কুল নিপা | ১ | ৭ | ২ | ২ | ৬ | ৩ |
| নুপী | ১ | × | × | ১ | × | × |
| এম, ই, নিপা | ১৮ | ২৫ | ২৫ | ১৮ | ২৮ | ৩৪ |
| নুপী | ১ | ২ | × | ১ | ২ | × |
| প্রাইমারি | | | | | | |
| নিপা | ২০৫ | ১১৮ | ১০৭ | ২৪২ | ১৯০ | ৯৮ |
| নুপী | ৮ | ১৪ | ৩ | ৮ | ১৪ | ৩ |
| স্পেসিয়েল | | | | | | |
| নিপা | ১২ | ১১ | ১ | ১৩ | ১০ | ১ |
| ট্রেনীং ইনষ্টিটিউট নিপা | | | | ১ | × | × |

## ছাত্র

| | খৃ: ১৯৫০-৫১ | | খৃ ১৯৫১-৫২ | |
|---|---|---|---|---|
| | নিপা মচা— | নুপী মচা | নিপা মচা — | নুপী মচা |
| কলেজ | ৩৪১ | ৭ | ৩০১ | ১১ |
| হাই স্কুল | ৪,৬২৫ | ৫৯৫ | ৪,২৭২ | ৭৫৬ |
| মিডল স্কুল | ৫,৭৭৬ | ৬৪৬ | ৭,৫৭১ | ৮০৯ |
| প্রাইমারি স্কুল | ২৪,২০১ | ৪,৬৯৫ | ২৯,৭১০ | ৬.৫০১ |
| স্পেসিয়েল স্কুল | ১,৯৭৬ | ৫৮০ | ১,৯৯৪ | ৭৬১ |

কুম অসিদা মণিপুরদা ওস্তা ১,৬৮১ লৈরম্মী। মখোয়গী অকুপ্পা মরোল মখাদা পীজরি :—

| মখল | সরকাব | | মতেং ফংবা | | মতেং যংদবা | | মোট | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | নিপা | নুপী | নিপা | নুপী | নিপা | নুপী | নিপা | নুপী |
| কলেজ | ১৮ | × | × | × | × | × | ১৮ | × |
| হাই স্কুল | ৩৩ | ১২ | ৮৩ | ১ | ৫৪ | × | ১৭০ | ১৩ |
| এম,ই,স্কুল | ৭৪ | ২ | ১৩৮ | ৪ | ১২৬ | ১ | ৩৩৮ | ৭ |
| প্রাই স্কুল | ৫০৫ | ২৪ | ৬৪৭ | ১৪ | ১৫৫ | ৬ | ১,০০৭ | ৪৪ |

স্পেসিয়েল স্কুলদা ওজা ৮৪ লৈরম্মী। মখোয় অতুগী মসুংদা ৫৮ না মৌলবিন্নী সর্টিফিকেট পায়রম্মী।

## খরচ

কলেজ নত্তনা অতৈ ইনষ্টিটিউসন মখৈগী খরচতি য়াম্না হেনগৎখি। খৃ: ১৯৫০-৫১ দা কলেজগী ওজাশিংগী তলব শেমদোক্লকপদগ কুম অতুদা শেল য়াম্না চংখি। খৃ ১৯৫১-৫২ দদি অসিগুম্না খরচ লৈখিদবনা খরচ তাখি। মখাদা চহি অনিগী খরচ চাংদম্নবিনবা উচ্চরি :—

| | খৃ: ১৯৫০—৫১ | | | খৃ: ১৯৫১—৫২ | |
|---|---|---|---|---|---|
| | | নিপামচাগীদা | নুপীমচাগীদা | | নিপামচাগীদা | নুপীমচাগীদা |
| ডাইরেক্সন ইনস্পেক্সন | রু: | ১০৫৮৪ | × | রু. | ১৩,৪৯৭ | × |
| অতৈ অচোই | | | | | | |
| অপাদা | ,, | ১,১৬,১৯২ | ৫,১৬৯ | ,, | ২,৩৮,৮৭৮ | ৪,১৮৬ |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| কলেজ | লু | ৫৬,১৭৩ | × | লু | ৫০,৫৮৪ | × |
| হাই স্কুল | ,, | ৩,৩৪,৯২৮ | ১৭,৫৫৮ | ,, | ৩,১৫,৯৮৬ | ২৭,৮২৯ |
| মিডল স্কুল | ,, | ২,৭৭,৬১৯ | ৯,৯৭১ | ,, | ৩,৪০,৮৯৮ | ১১,০৮৮ |
| প্রাইমারি | ,, | ৩,৫০,১৮৭ | ২৬,০৭১ | ,, | ৪,৩১,৬৮১ | ৩৬,৭৭৬ |
| স্পেসিয়েল | ,, | ৩০,৪৭৫ | × | ,, | ৩৭,৪২৮ | × |

## পরীক্ষা

| মখল | অথাবা মশীং নিপামচা—মুপীমচা | | | পাশ তৌবকপা মশীং নিপামচা—মুপীমচা | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| বি, এ, | ৫৪ | — | ২ | ২২ | — | ২ |
| আই, এ, | ৭৩ | — | ১ | ২০ | — | ১ |
| মেট্রিক | ৩৭৪ | — | ১২ | ১৮৮ | — | ৮ |
| মিডল | ৫১৩ | — | ১৩ | ২৫৩ | — | ৮ |
| ইউ, পি, | ৪২০ | — | ৩৮ | ২৯৪ | — | ১৭ |
| প্রাইমারি | ২,৮৬৮ | — | ৪৫৩ | ১,৯৪৩ | — | ৩২৭ |
| স্পেসিয়েল | ১০৬ | — | × | ১০৬ | — | × |

ফংফম—ফোরম এ অমসুং প্রোগেস রিপোর্ট।

—:( O ):—

## খ.ং ১৯৫২-৫৭

খ.: ১৯৫২-৫৭ হায়বা চহি মঙা অসিগী মনুংদা মণিপুরগী শিক্ষাগী ম্যাওন অমা ওল্লকখি। খ. ১৯৫২ দা ইলেক্টোরিয়েল কলেজ মেম্বর ৩০ খনখি। অমবর্শ্রীলাইশ্রম জুগেশ্বর সিংহ অমসুং রিশাং কৈশিংবু ইম্মর অমসুং আউটর লোকসভা মেম্বর

ওইনা মথংশিংনা খনখি। মখোয় অনিমক খৃ: ১৯৫৭ ফাওবা মেম্বর ওইখি। রাজ্য সভাগী মেম্বর ওইনা শ্রীঙাঙোম তোম্পোক সিংহবু খন্দুনা মহাক খৃ: ১৯৫৭ ফাওবা মেম্বর ওইখি। তাং ২১।৯।৫২ ইং ই পি মুন সাহেবনা তোকখ্রবদা শ্রীরামেশ্বর প্রসাদ ভর্গবানা মহুৎ শিন্দুনা তাং ২।১।৫৫ ইং ফাওবা থবক পায়খি। মাগী মতুংদা শ্রী পি, সি, মেথিউনা তাং ২১।৪।৫৮ ইং ফাওবা চিফ কমিসনার ওইখি। মসিগী মতুং হেক থংনবা চহি হাযবদি খৃ: ১৯৫৭-৫৮ দা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল লাকুনা শাসন মওং অমা অমুক লাকখি। মথক্কী চহি মঙা অসিগী মনুংদা শিক্ষাগী থবক কয়া হোংখি অমসুং অনৌবা থবক কয়া পায়খৎখি। মখাদা মরুওইবা থবক খরগী শম্নপা মওং উচ্চরিঃ—

খৃ: ১৯৫২-৫৩ দা শ্রীহুইদ্রোম বীরহরি সিংহ ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস ওইবমদগী কোওপরেটিভতা ট্রান্সফার তৌখি অমসুং মাগী মহুত্তা জোনষ্টোন হাইস্কুলগী হেড মাষ্টার শ্রীকোঞ্জেংবম গৌরো সিংহনা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস ওইবিখি। মহাক অসি লংদাই সরকারগী মতমদা এডুকেশন মিনিষ্টারগী থবক পায়বিরম্লবনি। মহাক লাকপা নত্তনা ইনস্পেকটিং ষ্টাফতা হোংদোক হোংজিন অমসুং হাপকৎলকপা অমতা লৈখিদে।

খৃ: ১৯৫৩-৫৪ গী চহিদা হায়বদি খৃ: ১৯৫৩ গী মে তাং ৬ তা মণিপুরদা এডভাইজরি কাউন্সিল অমা শেমখি। শ্রীদ্বিজমনি শর্ম্মানা এডুকেশনগী এডভাইজর ওইবিখি। মহাক অসি এম, এ, অমনি অমসুং বৃটিশকী শাসন মখাদা মতম কুইনা ডিপুটি ইনস্পেক্টরগী থবক পুবিরম্বনি। মরম অদুনা মহাকনা শিক্ষাগী হিরমদা ৰাচিন কোয়া য়ৌনা য়াম্না নিংথিনা উশিনবিরম্মী।

খৃ: ১৯৫৪-৫৫ দা মণিপুরদা অহানব ওইনা ডাইরেক্টর ওফ য়ুথ ওয়েলফেয়ারগী কম অমা শেমখি। শ্রীথাংজম মধু সিংহ

বি, এ, বু হায়রিবা কম অসিদা হাপখি। মহাক অসি ফিজিকেল ইড্‌কেশন ট্রেনীং ফংবা ইহান হানবা মণিপুরী গ্রেজুয়েট অমনি। ওফিসার অসিনা নহারোলগী মশা ফনবগী অমসুং শান্ন খোৎনবগী থবক্তা মিৎয়েং চংবিখি। মহাক মশামক স্পোর্টসমেন অমনি। মহাক্কী নহা ওইবগী খিং খিং লাওবা অমসুং থবক পাম্বা হায়বা গুণ অনি অসিনা মবম ওইদুনা মীখ্বাইনা মাবু শকখণ্ডবিখি।

খৃঃ ১৯৫৩-৫৪ দা থৌবাল কম্যুনিটি ডেভেলোপমেন্ত ব্লোক্তা সোসিয়েল ইড্‌কেশন অসি ইহান হান্না হৌদোকখি।

থৌবাল ব্লোক নোর্মেলাইজ তৌববদা খৃ ১৯৫৬-৫৭ তা ডিষ্ট্রিক সোসিয়েল এড্‌কেশনগী ওর্গেনাইজার অমা এড্‌কেশন্দা হাপচিনখি। শ্রীথৌনাওজম গৌবো সিংহ বি. এ, না কম অসি পায়বিখি। মহাক অসি মণিপুরী গ্রেজুয়েটশিংগী মনুংদা সোসিয়েল এড্‌কেশনদা ট্রেনীং ফংবা ইহান হানবনি। মহাক্না কম্যুনিটি ডেভেলোপমেন্তকী সোসিয়েল অমসুং এডল্ট এড্‌কেশন শন্দোক্লবা লাক্‌খি। মহাক্কী জাৎ খাযদনা মীপুম খুদিংবু পোকমিন্নবা মচিন মনাওদগী মনাওগুম খনবা ওম্বা গুণতনা ব্লোক্কী লমদমদা মাবু খ্বাইনা মীশক খণ্ডবিখি।

খৃঃ ১৯৫৪-৫৫ দা মণিপুরগী হান্নদগী লৈজখ্রবা এস, আই অমসুং আই. পি. ওফ, স্কুল মখৈ এ, আই, ( এসিষ্টেন্ত ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস ) হায়না কম মমিং ওনখি। অনৌবা কম অহুম অমুক হাপচিন্দুনা কুম অসিদা এ. আই, তবা শুখি।

খৃঃ ১৯৫৫-৫৬ অসি মণিপুরগী য়াম্না মাঙজবা অমসু ওইখি। মণিপুরদা বোইজ স্কাউটকী পেট্রোন ওইবিরম্বা মৈদিঙু শ্রীবোধচন্দ্র সিংহ মনুং মতম চাদনা খৃঃ ১৯৫৫ ডিসেম্বর তারিখ ৯ দা মণিপুরগী মমিং চৎলবা তীর্থ মফম বারুণী চীংগী গৌরনগরদা অরোইবা য়াইপ ভাবিখি।

খৃ: ১৯৫৬-৫৭ তা ষ্টেটিষ্টিকেল ওফিসারগী ফম অমা ইনৌ নৌনা শেমখি। শ্রীভৃগুমালা দাস কৌবা আসামী অমবু তাং ৯। ৩। ৫৭ ইংদা হাপখি। মহাক, অসিগী মতুংদা ডেভেলোপ-মেনট ওফিসতা ডি, সিগী মখাদা ট্রান্সফার তৌখি। মহাক্না মতম খর এডুকেশনগী থাক অসি কদায় য়ৌরে হায়বা খিজিন্নবা ষ্টেট্রিষ্টিক্সকী থবক পায়বিখি।

মতুংগী চহিদা ডি, আই, ( হিন্দি ) অমসুং ডি, আই ( এড-মিনিষ্ট্রেশন ) গী ফম অনি শেমখি। অহানবা ডি, আই, অসি শ্রীলাইশ্রম চাউবা সিংহ এম, এ, ( হিন্দি ) না পায়বিখি। অকোনবা ডি, আই, অসিনা শ্রীআর, সি, ভট্টাচার্জ্জী বি, এ, না পায়বিখি। মহাক অসি আসামগী একাউন্টেন্ট জেনেরেল শিলোংদগী ট্রান্সফার তৌরকপনি। কুম অসিদা এ, ভি, ও, ( ওডিও ভিজুয়েল ওফিসার ) গী ফম অমা শেমখি। শ্রীমাইবম কৃষ্ণচরণ সিংহ বি, এ, বু ফম অসিদা হাপখি। ওফিসার অসিনা সিনেমা, চার্ট অসিনচিংবগী মতেংনা অত্তাংশিংবু মহৈ তম্বীবদা মমুৎ তানা খঙহনবিনবা থৌরাং তৌখি। ডাইরেক্টর ওফ য়ুথ ওয়েলফেয়ারগী মতেং পাংনবা ফিল্ড এসিষ্টেন্টগী ফম অমা শেমদুনা শ্রীবীরচান্দ সিংহবু হাপখি। কুম অসিদা এ, আই, গী পোষ্ট অমগা অমুক হাপচিন্দুনা এ, আই, ১১ শুখি। অদুমক্না খৃ: ১৯৫৮ দা ডাই-রেক্টর অমসুং ইনস্পেক্টরদা ওফিসার মশীং য়াম্না হেনগৎখি।

—:( O ):—

## সরকারগী হাই স্কুল

খৃ: ১৯৫২-৫৩ দা সরকারগী হাই স্কুল অসি চাংগী লমদমদা উখ্রুল হাই স্কুল অমসুং তমদা নিপামচাগী জোনষ্টোন হাই স্কুল অমসুং নুপীমচাগী তম্ফাসনা হাই স্কুল অসি মখোদা লৈরম্মী। খৃ ১৯৫৪-৫৫ ফাওবদি হায়রিবা হাই স্কুল অহুম অসিদা লৈখি। খৃ ১৯৫৪-৫৫ দা থৌবালগী চাউয়াইমা হাই স্কুল অমসুং তহুবীগী মাও-মারাম হাই স্কুল সবকাবগী ওইনা লৌশিনখি খৃ: ১৯৫৫-৫৬ তা মোইরাং হাই স্কুল সরকাবগী ওইখি। মরম অহুনা কুম অসিদা সরকারগী হাই স্কুল অসিগী মখাদা ইরিবশিং অসি লৈখি :-

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোন নিপামচাগী | হাই স্কুল তম | ১৯৪৬-৪৭ |
| ২। | তম্ফাসনা নুপীমচাগী | ,, ,, ,, | ,, ,, |
| ৩। | উখ্রুল নিপামচাগী | ,, ,, চাং | ১৯৫২-৫৩ |
| ৪। | চাউয়াইমা ,, | ,, ,, তম | ১৯৫৪-৫৫ |
| ৫। | মাও-মারাম ,, | ,, ,, চাং | ,, ,, |
| ৬। | মোইরাং ,, | ,, ,, তম | ১৯৫৫-৫৬ |

মথক্কী নিপামচাগী হাই স্কুল মঙা অসিগী মনুংদা জোনষ্টোন নত্রনা হাই স্কুল অতোদি কো-ইডুকেশন নী। মমিংদা ওইনা নিপামচাগী হাই স্কুল হায়রুবতনি অমসুং স্কুল অহুনা লৈরুবা মফমগী মতুং ইন্না চাং তম হায়না খায়রুবতনি। চাংগী স্কুলদসু তম মচা তম্মী অমসুং তমগী স্কুলদসু চাং মচা তম্মী। খৃ: ১৯৫৬-৫৭ ফাওবদি সরকারগী স্কুল ৬ অসিদা মরৈখি।

— :(০): —

## মতেং ফংবা হাই স্কুল

কুমসিদা থৌবাল অমসুংময়াং ইম্ফাল হাই স্কুলদা 'থাগী গ্রান্ট লুপা ৫০ পীরম্বহ্ন চিফ কমিশনারগী হুকুম এইচ, ইউ, ৩৭। ৫২। ৮ তাং ১৪। ৭। ৫২ ইংগী মতুং ইন্না লুপা ১০০/১০০ য়ৌহনখি। খ্: ১৯৫২-৫৩ দা নিপামচাগী এডেড এম, ই, স্কুল ৮ থক হাই স্কুলগী থাক্তা পুখৎখি অমসুং গ্রান্টসু হেনগত্তুনা হাই স্কুল অমদা পীবা হৌনবা শেল পীখি। মরম অদুনা কুম অসিদা এডেড হাই স্কুল ১৪ শুখি।

খ্: ১৯৫৪-৫৫ দা মাও-মারাম অমসুং চাউয়াইমা হাই স্কুল অনি এডেড ওইরম্বদগী সরকারগী স্কুল ওন্থোকখি। অমুক প্রাইভেট হাই স্কুল মরি গ্রান্ট পীদুনা মখল অসিগী স্কুল অসি কুম অসিদা ১৬ ( ১৪—২+৪ ) শুখি।

খ্: ১৯৫৬-৫৭ তা ইবোতোন স্না গার্লস এডেড এম, ই, স্কুল অসি হাই স্কুলগী থাক্তা থাঙৎখি অমসুং হাই স্কুলগী গ্রান্ত ফংখি। কুম অসিমক্তদা অতোপ্পা নিপামচাগী মতেং ফংবা এম, ই, স্কুল মঙাসু হাই স্কুলগী থাক্তা পুখৎলকখি। মরম অসিনা খ্: ১৯৫৬-৫৭ কী অরোইবা চহিদদি পুন্না মতেং ফংবা এডেড হাই স্কুল ২২ ( ১৬+১+৫ ) লৈখি।

—:(O):—

## মতেং ফংদবা হাই স্কুল

খ্: ১৯৫২-৫৩ দা প্রাইভেট হাই স্কুল অনি লিংখত্তুনা মখল অসিগী স্কুল মঙাশুখি। মখোয় মঙা অসি চহি অনি সরকারগী মতেং ইফং ফংদনা লৈরবগী তুংদা খ্: ১৯৫৪-৫৫ দা স্কুল মরিদি গ্রান্ট ফংখি। খ্: ১৯৫৬-৫৭ তা নিপামচাগী হাই স্কুল তরেৎ নৌনা লিংখৎলক্তুনা কুম অসিদা নিপামচাগী মতেং ফংদবা হাই স্কুল নিপাল শুখি। নুপীমচাগী হাই স্কুল অমসু শিংজমৈদা হায়রিবা চহিসিদা লিংখৎখি। মথাদা খ্: ১৯৫২-৫৭ ফাওগী মনুংদা ওইখিবা হাই স্কুলগী মওং উচ্চরি :—

| | খৃ: ১৯৫২-৫৩ | ১৯৫৩-৫৪ | ১৯৫৪-৫৫ | ১৯৫৫-৫৬ | ১৯৫৬-৫৭ |
|---|---|---|---|---|---|
| সরকারগী হাই স্কুল নিপামচা | ২ | ২ | ৪ | | ৫ |
| মুপীমচা | ১ | ১ | ১ | ১ | ১ |
| মতেং ফংবা ,, ,, নিপামচা | ১৪ | ১৪ | ১৬ | ১৬ | ২১ |
| মুপীমচা | × | × | × | × | ১ |
| মতেং ফংদবা ,, ,, নিপামচা | ৫ | ৫ | ১ | ১ | ৮ |
| মুপীমচা | × | × | × | × | ১ |
| মোট নিপামচা | ২১ | ২১ | ২১ | ২২ | ৩৪ |
| মুপীমচা | ১ | ১ | ১ | ১ | ৩ |

চহি মঙা অসিগী মনুংদা লৈরম্বা অমসুং ওইখিবা ছাত্র, ওজা, খরচ পরীক্ষাগী ফল অসিনচিংবা মখাদা উচ্চবি —

| চহি | ছাত্র নিপামচা—মুপীমচা | ওজা নিপা—মুপী | খরচ নিপামচাগীদা—মুপীমচাগীদা | মেত্রিকুলেশন অথাবা | পরীক্ষা পাশ তৌবা |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯৫-৫৩ | ৭,৭১১—১,১২৯ | ২৭৮—২৩ | রু ৩,৩৭,১১৮—৩৬,৮৪১ | ৬৪৯ | ৩১৪ |
| ১৯৫৩-৫৪ | ৭,০৯৩—১,২৪৭ | ৩১৪—১৮ | ,, ৩,৬৮,৯৯০—৫৬,৮৯৪ | ৮২০ | ৩৩২ |
| ১৯৫৪-৫৫ | ৭,৮৪৩—১,৪৮৫ | ৩১৪—২১ | ,, ৩,৪৬,৭১৪—৬৭,৪৪৭ | ১,১১৬ | ৫৬৫ |
| ১৯৫৫-৫৬ | ৮,২৫১—১,৫৭২ | ৩২৬—২১ | ,, ৪,২১,৮৮৬—৬৮,৭৬২ | ১ ৪৫৩ | ৫৬০ |
| ১৯৫৬-৫৭ | ১০,৭৪৬—২,০১২ | ৪৪১—৩০ | ,, ৪,৯৭,৬১৪—৭২,৫৭৫ | ১,৭৪৫ | ৫৮৮ |

খৃঃ ১৯৫৩-৫৪ দা হাই স্কুলগী ছাত্র মশীং হেনগৎফম থোকপন্থ ওয়া তৈননা থোকখি। ছাত্র য়াম্না প্লানগী থবক পায়নখি খুদমগী মশক ওইনা প্রাইমারি ওজা, ভিলেজ লেবেল ৱার্কার, প্রোফেসনেল এডুকেশনগী ট্রেনীনচিংবা ওইখিবসি হাই স্কুলগী ছাত্রনা অয়াম্বা ওইরম্মী।

খৃ ১৯৫৩-৫৪ অমসুং ১৯৫৪-৫৫ দা ওজাশিংগী পরীক্ষা তৌখি। মখোয অসিসু হাই স্কুলগী ছাত্রনা অযাম্বনি। পরীক্ষা-মুদা পাশ ওইরকপা অয়াম্বনা স্কুল থাদোরখি। মতম অদুদা তৌখিবা ওজাগী পরীক্ষাগী ফল খর মথাদা পীজরি :—

## খৃঃ ১৯৫৩ গী ওজাশিংগী পরীক্ষাগী ফল

### ফাষ্ট ডিভিজন

১। পেবম তোম্বী সিংহ, উৎলৌ।
২। নিংথৌজম য়াইমা সিংহ, ওক্রম হাওখা।
৩। অথোকপম অচৌ সিংহ, তোপ মখা ইরানফম।
৪। কৈশাম চাউবা সিংহ, উৎলৌ।
৫। মোইরাংথেম শম্ফা সিংহ, ককচিং ৱাইরি।
৬। নাউরেম অমুবা সিংহ, ককচিং খুলেল।
৭। মুম্নাম অচৌ সিংহ, ৱাবগাই গারলস এডেড স্কুল।
৮। ময়েংবম নিলমনি সিংহ, ককচিং গারলস এল. পি।
৯। নোংমাইথেম যাত্রা সিংহ, ককচিং ময়াই লৈকাই।
১০। পাওম্নম নিপামচা সিংহ, খোংনাং ফৈদেকপী।

### সেকেণ্ড ডিভিজন

১। হমোম ভগ্যবান সিংহ, পলেল।
২। টি, আইচ, শামু সিংহ, উৎলৌ।

৩। লৈতানথেম বাম সিংহ, থৌবাল গাবলস।
৪। কুইত্রোম বিজয় সিংহ, য়াবগাই।

## থার্ড ডিভিজন

১। থিংঙোম মুক্তা সিংহ, উৎলৌ।
২। চবুংবম মাইপাক সিংহ, ফুবালা।
৩। লাইশ্রম ইবোহল সিংহ, ফুবালা।
৪। মোইবাংথেম থম্বৌ সিংহ, ফুবালা।
৫। শলাম মঙ্গী সিংহ, ইবম সিফাই।
৬। অথোকপম মুক্তা সিংহ, ইরম সিফাই।
৭। লোইতোংবম গৌরমনি সিংহ, ইবম সিফাই।
৮। নোংথোম্বম শেলুংজাও সিংহ, অয়াং পোৎশংবম।
৯। যুম্নাম কুলো সিংহ, ,, ,, ।
১০। ভাশেপ্পম সহোদেব সিংহ ,, ,, ।
১১। তখেল্লম্বম লক্ষন সিংহ, পাশেল।
১২। মহম্মদ জাহিরউদ্দিন পিং অবদুল রাহেড শখেল মুসলাল।
১৩। অশেম বীরচান্দ সিংহ হাওরৈবী হিন্দু।
১৪। ওবেতুল্লাহ পিং শঙ্গাই লিলোং তুরেল অহন্বী।
১৫। রাইখোম মনি সিংহ, অথোকপম।
১৬। খুল্লাকপম য়াইমা সিংহ, অথোকপম।
১৭। ওক্রম গোবর্ধন সিংহ, ওক্রম হাওখা।
১৮। নিংভোম্বম ইবোবী সিংহ, ওক্রম হাওখ।
১৯। অমোম বোঙ্কু সিংহ, য়াঙ্‌ লাইফম।
২০। শোইবম য়াইমা সিংহ, রাণী শঙ্গাই।
২১। খুন্দোংবম ইবোবী সিংহ, খোইবোম।
২২। রাইরোকপম ইবোপিশক সিংহ, খোইবোম।

২৩। খোঙ্গ্রাম অহনবী সিংহ, খোইরোম।
২৪। কাছিম অলি, সম্বেল।
২৫। থৌনাওজম বোকুলৈ, তোপ মখা ইরানফম।
২৬। কোইজম অচৌ সিংহ, থৌবাল গারলস।
২৭। খোকচোম বীরমঙ্গল সিংহ হৈরোক।
২৮। অবুজম অমুবা সিংহ, হৈরোক।
২৯। ওক্রম বুধি সিংহ, হৈবোক।
৩০। য়েংখোম শকনৌ সিংহ, ককচিং ময়াই লৈকাই।
৩১। পুখ্রম্বম য়াইমা সিংহ, ককচিং ৱাইরি।
৩২। ময়াংলম্বম মংলেম, ককচিং খুনৌ।
৩৩। কোম্থৌজম লুখোই সিংহ, লাঙথেন।
৩৪। নেপ্রম ভুবনেশ্বর সিংহ, লাঙথেন।
৩৫। খাঙেম্বম রনবীর সিংহ, খোংজোম ভুবনেশ্বর বিদ্যালয়।
৩৬। শাপ্পম অঙৌবা সিংহ ,, ,, ,,
৩৭। নিংথৌজম থম্বৌ সিংহ, ৱাংবল।
৩৮। কোইজম সোমোরেন্দ্র সিংহ, সাবন তোংবা।
৩৯। হরাইবম লিলা সিংহ, সাবন তোংবা।
৪০। নোংথোম্বম অমুবী সিংহ, সাবন তোংবা।
৪১। য়ুম্নাম গুনেশ্বর সিংহ, খোংনাংকৈদেকপী।

Sd/M Koireng Singh
22/11/53
Deputy Inspector of Schools
( Valley ) Manipur.

—:( O ):—

খৃ: ১৯৫৫ দা ত্রাইবেল এরিয়াদা লৈবশিংগীদনক্তা তোপ্পা পরীক্ষা অমা তৌখি। মহক্কী ফল :—

## গুনা গুনাগী মতুং ইন্না ফাষ্ট ডিভিজন

১। মহেন্দ্র চন্দ্ররয়, বিদ্যানগব।
২। এল, এন্টোনি, মপাও।
৩। এস, পি, থাংলুন, খোংবু খুলেন এডেড।
৪। হলুংখোলেট, তমেংলোং।
৫। বীরেন্দ্রচন্দ্রদত্ত, বিদ্যানগর।
৬। লালশিংপৌ, কৈশামথোং।
৭। অবুং কবুই ,,
৮। এস, দ্বিজমনি, জিরিঘাট।
৯। এল, সুরেন্দ্রকুমাব, বিদ্যানগর।
১৯। টি, হ্লাংদোং, অপার লংকা।

## গুনা গুনাগী মতুং ইন্না অনিশুবা শ্রেনী।

১। অদাহ, পুনা নামৈ।
২। লোংজম তাম্ব্রো সিংহ, লৈলোন এডেড এল, পি।
৩। কে, লোহো, পুনা নামৈ।
হেপুনী কাইস তুঙ্গাম।
প্রিয়লতা দেবী, তুইতেংফাই।
কৈবৌ, খিলোন।
৭। ভুমটরান, সোংতল।
খামজাহাও, সজিক তম্পাক।
৯। এস, লুংসিম, কচাই।
১০। সি, ঐইচ ক্লংথা, খোংজোম।

১১। খোজি ফুবা।
এস, মিকস, কচাই।
গিখিমাং অজুইরাম।
১৪। রান্থুল, তমেংলোং ভিজেন্দ্র।
হোংপুইবৌ, লাংমৈ।
এল, কে, খালাংখাই, তুইনেম।
১৭। আর, ভমরার, লিরা চংনিং।
জামখোপাও, তেংনৌপল।
অমুখোই, চাউ-যোক।
২০। হেনখোলন, মোংওন ওভেড এল, সি।

## গুনা গুনগী মতুং ইন্না অহুম শুবা শ্রেনী

১। পুনখোথং, য়াইঙং ঈংখোল।
এস, রারৈচুং, কচাই।
দিকম, তমেংলোং।
তালাম সিয়াং কানমৈ।
এল, পূর্ণো সিংহ, হিলঘাট।
৬। সিয়াম জেন, মিয়ালবৌ।
জাংখোহেম, ভালোইমোল।
৮। মি, নাওকাহাও, ছইনিং।
আর, য়েংকাজি, উখ্রুল।
১০। পিয়ানজাথং, টকভোম।
থোইদিম পৌ, ছুইপাংজাং।
এস, রেনথুং, তমপি।
এম, সৈসিং, ভাইমু।
কে, অসিম চোইথার।

১৫। এল, নাওমাজুম, হুইনিং।
থোম্বুং, বোংবা খুনৌ।
থুমবাং, কাঙাৎথে।
ভি, কোলনে, লৱার লমকা।
লুনথোকম, তাইথু।
পি, পায়ু, ফাইকু খুলেন।
রাই, জেৎ, রাওম তুইনেম।

২২। নাজাংমৌ, মকুট।

২৩। ঙাবেৎফুং, ফায়াং।
লাইশ্রম যুগেশ্বর সিংহ, দিবোং।

২৭। পুখ্রাথোং, তিংকাই খুলেন।
এল, জোসন, মপাও।
স্নাতোন সিংহ, বিদ্যানগর।

২৮। শোংপা পণ্ডিত, ত্রিং ফাইসান।
ভমথু, অনান খুলেন।
সোন খোলেৎ, শেম্পাংয়াল।
খুপশোন পণ্ডিত, তাইগব বেম্প তুশাম এডেড।
খুপজানেং সোংদো।

৩৩। আর, হাইথেং, শিৱাকথোং।
শৈখোপাও পণ্ডিত হাইপি এডেড
হেলজ্রালল চোংথোজো।
হেলথোতোং, লমলাই।

## গুনা গুনাগী মতুং ইন্না চুম্না পাস তৌবা

১। গৌরচান্দ সিংহ, চম্পানগর।
টি, রিটিং থোই পণ্ডিত, দোলান ষ্টির।

এস, মারোংথেং, লাংদাং।
ডি রালিং উগ্রুল।

৫। এম, হোনপম, তুশেন।
ঙুরনৈথুপ, কাংচুপ চিংখোং।
নাওকাহাও, শিরাক্লখোং।
জিনবম, পামৈ।

৯। শেখোথং, খারখুপলেন।
পাওজাথং, লিরোক লমজাও।
দারপম, লিরা চংনিং।
তোংখোয়াম, কাংরাই।
রেংট্রিংথং, লমদাংমৈ।
কে, আর, চিরি, সোমদল।
ঐইচ, বেতুন, মুংপাল।
লালখোমাং, পোনলেন।
ঙুলখোশাং, চঙৌবুং।
আর, বেম্নিসোন, ফুজাম।

১৯। লালা ফাইপি, খুলেন।
কাইগো পঞ্জিত, টিংমন এডেড।
এন, জি, রালরেং, লিরা চংনিং।
এস, চোংনৌবি লিরা চংনিং।
এম, সেপুনী, সজোবা।
পৌহামলুং।

২৫। লালখোপাও, থাওচাংবুং।
কিলখোপাও, গমকীয়োর্ল।
ঐইচ, টিপা, সোদে́।
এ, রাওম সিমরে, তুংঙৌ-খুটাঙ।

১৯। অসোলি, তুজাম।

ঐইচ, মোসেস, তোরা।
আর, মখাংথৈ, তোরা।
জেৎরাবৈয়ো, ভাইমু।
ঐইচ, পি, কহাওসান, সোমদল।
এম, এনোচ, সোমদল।
নামুবৌ, মকুই।
পিনা, জেলোং।
খৈখোলল, খানপি।
৩৮। থাংজাদো, সোংপেকপুন।
এস, কে, স্বাংফাইন, থরাইজাও হুন্দুং।
কে, লুংসিম, কচাই।
ঐইচ, এস, রুইচুমহাও, মুংহার।
এম, মরিংথুক, ফদাং।
এস, খাসিম, কচাই।
ঐইচ, য়ারফেং, কচাই।
৪৫। এন, জি, মুংসিচাও, মুংথেং।
এল, অইচ, বেসেল, দার্চিম।
আর, লেংয়ি, জৌশিং।
নিংথানপাও, লমকা।
৪৯। এন, থুইঙলেং, রিঙ্গুই।
এল, শাইলাস, তোল্লোই।
মুলি মাইবা।
টি, সোংখোনভৌ, দোলান চিরু।
ত্রিলখোমলিয়ান, সাতুইনেক।
ঐইচ, কোনো, তৌপোকপী।
কাইখো, কম্পানী পুলানাচৈ।
আর, এস, ফনমথিং, শিরারুখোং।

৫৭। সিংনেং, অপার লমকা।
থাংখুল, খোংতল।
কে, গোংলিয়ান, মোলনোম।
ঙুলখোহেন পণ্ডিত, হেংতম এডেড এল, পি,।
মাংজখুল, লুখম্বি।
এইচ, পি, ভাকাইলুং, সোমদল।
হেসো কাইখ, মাওপুংদোং।
কোওম, অনান খুলেন।
পি, এইচ, বেরেং, চুম্বং।
এন, জি, সিমোন, লিরা চনিং।
থামখোকম শোকেল, লুর্জতোং।
দাসো মাইবা, এডেড এল, পি।
ভমতেউ, মুংথেং।
ভাতাংমি, শিরারুখোং।
কে, এইচ, কাহৈ, রবুনামৈ।

য়েংগদবা :—(১) জিরি সেণ্টরগী নম্বর ২১ শুবা শ্রীছিদম চাওবা সিংহ সাং শোনাপুর অমসুং তমেংলোং সেণ্টরগী নম্বর ১৫শুবা ইরোম ইবোবি সিংহ অমসুং ১৮ শুবা লাইশ্রম হরি সিংহ হায়বা মীশক অহুমগী অকুপ্পা মরোল খর য়াৎপদগী পরীক্ষা হায়দোক্লনা থম্মি।

(২) পরীক্ষা পাশ ওইবশিংদা মখোয়গী লৈকম থবক তৌকমগা লোইননা থবক অহাংবা লাকপা মতমদা চৎনীংবা লমদম শেংনা ইত্থনা মখাগী ওফিস অসিদা রিপোর্ট পীথৎলকদবনি।

Sd/N Modoli
18/5/55
Deputy Inspector of Schools
(Tribal) Manipur

—:(O):—

খ: ১৯৫৪-৫৫ দা জোনষ্টোন স্কুল অসি মেট্রিকুলেশন পরীক্ষাদা য়াম্না ফংখি। কুম অসিদা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী হায়রিবা পরীক্ষা অসিদা শ্রীনাওরেম খোগেন্দ্র সিংহনা মকোক ওইখি। মহাক বিশ্ববিদ্যালয়গী সার্টিফিকেট ওক ওনারস ফংখি। হায়রিবা স্কুল অসিগী ছাত্রনা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী মকোক ওইখিবসি হন্দক্কী অসিনা অনিশুবনি। মসিগী মমাংদা শ্রীব্রজমনি মুখর্জীনা খ: ১৯৫০ দা মেট্রিকুলেশন পরীক্ষাদা অমুকস্তু মকোক ওইখ্রবনি। মুখর্জী হায়বসি মৈতৈ বামোন অমনি।

## সরকারগী মিদল স্কুল

খ: ১৯৫২-৫৩ দা সরকারগী এম. ই. স্কুল্ অমতা হেনগৎপা নত্রগা হন্থবা লৈখিদে, মমাংগী চহিদা লৈরম্বা নিপামচাগী স্কুল ১৮গা নুপীমচাগী অমত্তগা পুম্না স্কুল ১৯ লৈখি। কুম অসিদা উখ্রুল হাই স্কুল সরকারগী হাই স্কুল ওইনা লৌশিনখিবদা মিডল সেক্সন য়াওনা লৌশিনখিবনা নিপমচাগী এম ই স্কুল ১৭কা শিংজমৈ গারলস এম ই স্কুল অমগা পুম্না স্কুল তরানিপালদা লৈফম থোকপনি। অহুবু ভৈরোদান হিন্দি এম ই স্কুল অসি সরকারগী স্কুল ওইনা লৌশিনখি। হায়রিবা স্কুল অনিমক খ: ১৯৫২ মার্চ থাদা লৌশিনখিবা ওাক্কনি। মরম অহুনা স্কুল অনিমক হায়বদি উখ্রুল অমসুং ভৈরোদান খ: ১৯৫১-৫২ গী ষ্টেটিষ্টিক্সতা চনফম থোক্লবনি। তৌইওম্মসুং স্কুল অনিগী রিটর্ন হাম্না লৌখৎখিবনা কুম অসিদা অনিমক হাম্না নংহৌত্রে।

হিন্দি স্কুল মথৈদি মতম অহুদা ষ্টেটিষ্টিক্সতা স্পেসিয়েল ইডুকেশনগী কাংলুপ্তা চল্লম্মী। তৌইওম্মসুং চুম্নগী হিন্দি স্কুলদগী ভৈরোদানগী মওংনা ইতোপ তোপ্পদগী অমসুং চুম্নগী এম ই স্কুল অমগী মওংদা চম্ববদগী মসি এম ই স্কুল ওইনা চঙ্গরে। মরম অহুনা ষ্টেটিষ্টিক্কী মতুংইন্না সরকারগী এম ই স্কুল মশিংদগী অকায়বা মশিং ফংবিগনি।

খৃঃ ১৯৫৩-৫৪ দা সরকারগী এম, ই, স্কুল মরি লিংখত্তুনা কুম অসিদা স্কুল কুনহুমদোই ওথরে। তমদা সরকারগী এম, ই, স্কুল মগুাগা চাংদা অমগা খৃঃ ১৯৫৪-৫৫ দা লিংখৎখি। অমুক খৃঃ ১৯৫৫-৫৬ তা তমদা মরি অমসুং চাংদা অহুম লিংখত্তুনা কুম অসিগী অরোইবদা পুন্না সরকারগী এম, ই, স্কুল ৩৬ ওখি। খৃঃ ১৯৫৬-৫৭ তসু মথক্কী মশাং অসিদা মগাইখি।

## সরকারগী মতেং ফংবা মিডল স্কুল

চিফ কমিশনারগী হুকুম এইচ, ইডি ৩৭/৫২/৮ তাং ১৪।৭।৫২ ইংগী মতুংইন্না তাং ১।৭।৫২ ইংদগী হাইগত্তুনা হান্না থাগী গ্রান্ট লুপা ২৫ পীরম্বা (১) লিলোং, (২) আব্দুল আলি মাদ্রাসা (৩) খুল্লাকপম সহায়ক, (৪) মালোম মেম, (৫) য়াইরপোক, (৬) ব্রাংজিং, (৭) নিংথৌখোং, (৮) ওইনাম, (৯) হিয়াংথাং কুমারী, (১০) ককচীং খুনৌ, (১১) শেকমাই, (১২) খা-ইম্ফাল (১৩) খোংহামপাৎ বসন্তী অমসুং (১৪) মৈতৈ লৈমা এম, ই স্কুল লুপা ৫০ চাংদা হেনগৎখি। অতুগা হান্না থাগী গ্রান্ট ২৫ ফংলম্বা কুম্বী ইউ, বি স্কুলনা লুপা ৪০ ফংহনখি।

খৃঃ ১৯৫১-৫২ দা মতেং ফংবা স্কুল অসি নিপামচাগীনা ২৭ অমসুং নুপীমচাগীনা অনিদং লৈরম্মী। খৃঃ ১৯৫২-৫৩ দা হাই স্কুলগী থাক্তা নিপামচাগী এডেড এম, ই, স্কুল নিপালথক থাঙ্গৎখি। মতুংদা চহি খুদিংগী অনৌবা প্রাইভেট স্কুল খর খর গ্রান্ট পীশিল্লকপদগী খৃঃ ১৯৫৫-৫৬ তা মথল অসিদা নিপামচাগী ২৫ অমসুং নুপীমচাগীনা অহুমগুখি। খৃঃ ১৯৫৬-৫৭ তা নিপামচাগী মগাগা নুপীমচাগী অমা (ইবোতোনম্মা) গা হাই স্কুলগী থাক্তা থাঙ্খিবুদগী নিপামচাগীনা কুন অমসুং নুপীমচাগীনা অনিথুবুং লৈখি।

## মতেং ফংদবা মিডল স্কুল

খৃঃ ১৯৫২-৫৩ দা সরকারগী শ্যালেবস মতুংইন্না চত্তবা স্কুলবু রিকোগ্নাইজ তৌরোই অমসুং মতেং পীরোই হায়রকপদা মিসন্না লিংখৎপা স্কুল য়াম্না সরকারনা রিকোগ্নিসন পীখিদে। মরম অসিনা খৃঃ ১৯৫১-৫২ দা মতেং ফংদবা স্কুল ৩৪ লৈরম্বগী মন্নুংদা অনিদং হাই স্কুলগী থাক্তা থাঙ্গৎখ্রগা খৃঃ ১৯৫২-৫৩ দা রিকোগ্নাইজ তৌবা মতেং ফংদবা এম, ই. স্কুল অহুম অমুক হাপচিনখি। খৃঃ ১৯৫৪-৫৫ দা অমুক নৌনা নিপামচাগী এম, ই, স্কুল অহুমগা নুপীমচাগী মরিগা হেনগৎখি। মথংগী চহিদা নুপী-মচাগী স্কুল অহুম অসি শং মতিক চাদবদগী চহিহ্‌দা থিংজিনখি। মতুংগী চহিদা শং অমুক শাগত্তুনা অমনা নুপীমচাগী অমসুং অনিনা নিপামচাগী স্কুল ওইখি। মরম অসিনা খৃঃ ১৯৫৬-৫৭ তা মতেং ফংদবা এম, ই, স্কুল অসি নিপামচাগী ২৬ অমসুং নুপীমচাগী ২ লৈখি। মখাদ শম্নপ্পা হিসাব অমা পীজবি:—

### এম, ই, স্কুল

| চহি | সরকাব | মতেং ফংবা | মতেং ফংদবা | মোট |
|---|---|---|---|---|
| | নিপা—নুপী | নিপা—নুপী | নিপা—নুপী | নিপা—নুপী |
| | মচা মচা | মচা মচা | মচা মচা | মচা মচা |
| ১৯৫২-৫৩ | ১৮—১ | ১৯—২ | ১৬—× | ৫৩—৩ |
| ১৯৫৩-৫৪ | ২২—১ | ২২—২ | ১৯—× | ৬৩—৩ |
| ১৯৫৪-৫৫ | ২৮—১ | ২৫—৩ | ২২—৪ | ৭৫—৮ |
| ১৯৫৫-৫৬ | ৩৫—১ | ২৫—৩ | ২২—১ | ৮২—৫ |
| ১৯৫৬-৫৭ | ৩৫—১ | ২০—২ | ২৬—২ | ৮১—৫ |

খৃ: ১৯৫৬-৫৭ দা ওবলি ইউ পি স্কুলমখোয় এম, ই, স্কুল ওইনা মর্দাং চল্লমী। খৃ: ১৯৫৬-৫৭ দা মখোয় অসি করম্বা এম, ই, স্কুল মখলদা চনখ্রবগে ছাত্রবহু মখাদা উচসি:—

| | সরকার | | মতেং ফংবা | | মতেং ফংদবা | | মোট | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | নিপা—নুপী | | নিপা—নুপী | | নিপা—নুপী | | নিপা—নুপী | |
| | মচা | মচা | মচা | মচা | মচা | মচা | মচা | মচা |
| এম, ই, স্কুল | ১৯—১ | | ১১—২ | | ২—২ | | ৩২—৫ | |
| ইউ, পি, ,, | ১৬—× | | ৯—× | | ২৪—× | | ৪৯—× | |

খৃ: ১৯৫৬-৫৭ দা ত্রাইবেল ওয়েলফেয়ার স্কিমদগী মুংকাউ ইউ, পি, স্কুল সরকারগী ওইনা লৌখৎখি।

## মিডল স্কুল

| চহি | ছাত্র | | ওজা | | খরচ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা-নুপীমচা | | নিপা-নুপী | | নিপামচা-নুপীমচা | |
| ১৯৫২-৫৩ | ৪,২৪৫ | ৭৪২ | ২৪৫ | ৮ | দু: ১,৪৫,৯৪৬ | ৭,১০৪ |
| ১৯৫৩-৫৪ | ৪,৬৯৩ | ৭৮৮ | ২৭৪ | ১০ ,, | ২,৭৯,৫৫২ | ১০,৭৫২ |
| ১৯৫৪-৫৫ | ৫,৭৪৩ | ১,০১৭ | ৩৪০ | ১৭ ,, | ২,৪০,৯৪৯ | ৮.০৪৯ |
| ১৯৫৫-৫৬ | ৭,৫৯০ | ১,৫৭৯ | ৩৯৩ | ৯ ,, | ৩,০১,০৭৭ | ১২,০১৫ |
| ১৯৫৬-৫৭ | ৮.৬১৫ | ১,৬৫০ | ৩৫৮ | ৫ ,, | ৩,৩০,১২২ | ১০,৫৪৭ |

## বেসিক স্কুল

ভারতকী অয়াবা লমজমদা বেসিক ইডুকেশন অসি য়াম্না মরু ওইবা শক্তোক্ককনা মণিপুরদসু শিক্ষা অসি পীবা লাকখি। খৃ: ১৯৫৫-৫৬ দা ইস্কাল এরিয়াদা লৈবা থাংমৈবন্দগী অমসুং লম্ফেলদা উরবান

জুনিওর বেসিক স্কুল হায়রদুনা মখল অসিগী স্কুল অমা লিংখি। মসিগী ওজাশিং অসি ক্রাফট অমসুং খিওরি অনিমক্তা ট্রেনীং ফংবা ডাক্তনি। মখম অদুনা স্কুল অসিদগী ছাত্র অফবা থোক্লকখি হায়না খ্বাইনা থমখি। উরবান জুনিওর বেসিক স্কুল অসি মমৈথংদদি অচম্বা এম. ই. স্কুল ওন্থোকখি; করিগুম্বা বেসিক ইডুকেশনগী মওং অমতা উবা ফংখিদে।

## প্রাইমারি ইডুকেশন

ভারতকী চহি ৫ গী অহানবা থৌরমদা শিক্ষাগী অচৌবা চাকথুং ওংখি। মতুংগী মনুংদা ফ্রি অমসুং কম্পলসরি প্রাইমারি ইডুকেশন পীবা হায়বসি মরুওইবা থৌরাংনি। মবম অদুনা চহি ৬ তগী ১১ ফাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংমখেবু করিগুম্বা পাম্বে অমা পীজিন্নদুনা লাইরিক তমহনবা তারম্মী। ষ্টেট খবদা আইন ওইনা শেমদুনা অঙাংশিংবু তঙাই ফদনা লাইরিক তমহনবা অমসুং তমহনবা মপা-মমা ওইববু দণ্ডি পীবা য়াওরি। ষ্টেট খরনা আইন ওইনা শেমদনা তপ্পা তপ্পা অঙাং খুদিংমকপু স্কুলদা পুশিন্নবা থৌরাং পায়খৎনখি।

মণিপুরদসু অকোনবগী রাকম অসি লৌদুনা চহি খুদিংগী স্কুল মশীং হেনগৎহন্দুনা অঙাংশিংবু লোইনা লাইরিক তমহনবা থৌরাং পায়খৎখি।

মণিপুরগীদমকসু ভারত সরকারনা প্রাইমারি ইডুকেশনগী-দমক চাকথুং পীরম্মখি। চাকথুং অসিনা টেরিটোরি অসিগী দরকার মতিক চানা কোন্নবে হায়বদি থোকখিদে। তৌইগুম্বসু সেন্ত্রেল স্পোনসর স্কিম ত্রাইবেল অমসুং সিড্যুল কাষ্ট ওয়েলফেয়ার স্কিমদসু এডুকেশনগী মখা ওইনা স্কিম মচেং মচেং য়াওরকখি। অসিদসু নত্তনা নেশনেল এক্সটেনশন সর্ভিস ব্লোকসু ইডুকেশনগী চাকথুং খর খর য়াওরকখি।

নেশনেল এক্সটেন্সন সার্ভিস ব্লোক্‌ এডুকেশন ডিপার্টমেন্তকা থাংজ-পুজহুনা খৃ: ১৯৫৪-৫৫ অমসুং খৃ: ১৯৫৫-৫৬ তা স্কুল খরা লিংখৎখি। ব্লোক্‌ স্কুল-শিং, কান-সুং, ষ্টেশনরি খোরাং তৌখিখি। অমসুং এডুকেশন ডিপার্টমেন্তনা ওজা হাওনা তলব পীখিখি। অসুম্না থাংজ পুজহুনা লিংখিবা স্কুলগী মমিং মথাদা পীজরি:—

| খৃ ১৯৫৪-৫৫ দা লিংখিবা | | খৃ: ১৯৫৫-৫৬ লিংখিবা | |
|---|---|---|---|
| ১। চন্দ্রখোং | এল, পি, | ১। তেরা উরক | এল, পি. |
| ২। ফাঙ্গখোং | ,, | ২। বেঙ্গী | ,, |
| ৩। মাইবম কোক্তিন | ,, | ৩। লমজাউ | ,, |
| ৪। ফৌকাক চাও | ,, | ৪। হৈয়েল লৌবুক | ,, |
| ৫। লাইফম | ,, | ৫। থোকচোম খুনৌ | ,, |
| ৬। রাংখেম | ,, | | |

খুল অপিক অপিকপদা ওজা ১/১ পীহুনা সিজল টিচর স্কুল ৫০ লিংখৎনবা সেন্ট্রেল স্পোন্সর স্কিমদগী শেল পীরক্লুনা খৃ ১৯৫৪-৫৫ দা চহী অমসুং তমদা স্কুল ২৫/২৫ লিংখি। সিন্থ্যল কান্ট অমসুং সিদ্ধাল ট্রাইব ওয়েলফেয়ার স্কিমদগী স্কুল-শং ওজাগী লৈনবা যুম অমসুং হোষ্টেল কয়ামুক শাগৎখি। স্কুল চঙ্গদুনা হাযরিবা স্কিম অসিগী শেন্দগী লৌশিনখি। অসুম তৌনা স্কুল মশীং অমসুং ছাত্র মশীং অসি চহি খুদিংগী অর অর হেনগৎ-লকখি। চহি ৫ অসি মরুংদা ওইখিবা কিবর মথাদা উচ্চরি:—

## প্রাইমারি স্কুল

| চহি | সরকার | মতেং কৌবা | মতেং কৌদবা | মোট |
|---|---|---|---|---|
| | নিপা মচা—নুপী মচা | নিপা মচা—নুপী মচা | নিপা মচা—নুপী মচা | নিপা মচা—নুপী মচা |
| ১৯৫২-৫৩ | ২৮৭—১ | ১৬২—১৭ | ৯৭—৫ | ৫৪২—৩০ |
| ১৯৫৩-৫৪ | ৩৫৩—১২ | ১৭৫—১৫ | ১১৭—৩ | ৬৪৫—৩০ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১৯৫৪-৫৫ | ৪৫৭—.৫ | ১৯৭—১৮ | ১০৭—x | ৭৬১—৩৩ |
| ১৯৫৫-৫৬ | ৪৯২—১৫ | ১৯২—১৯ | ১৪৮—৪ | ৮৩২—৩/ |
| ১৯৫৬-৫৭ | ৫০৮—১৫ | ২০৬—১৯ | ১৮৬—৮ | ৯০০—৪২ |

| চহি | ছাত্র | | ওজা | | খরচ | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | নিপা | নুপী | নিপামচা গীদা | নুপীমচা গীদা |
| ১৯৫২-৫৩ | ২৯,৯৮৭ | ৭,৩৮৩ | ১১৩৫ | ৩৭ নু | ৪,৫৫,৫৭৩ | ২১,২১০ |
| ১৯৫৩-৫৪ | ৩৫,০৫৭ | ৯,৬২৪ | ১৪০২ | ৩১ ,, | ৭,৪৮,৫২৭ | ৪১,০৩৬ |
| ১৯৫৪-৫৫ | ৪৩,১১২ | ১৩,৩১৯ | ১৮১৫ | ৫৪ ,, | ৯,২৮,৩৩৫ | ৩৯,৭০৬ |
| ১৯৫৫-৫৬ | ৪৯,৩৩২ | ১৭,৩৭৭ | ১৯১৭ | ৫০ ,, | ৯,৬২,৬৮৩ | ৪৪,০৫২ |
| ১৯৫৬-৫৭ | ৫৩,৪৪৬ | ১৮,৩৮১ | ১৯৯০ | ৫৩ ,, | ১০,১৪,৪২৫ | ৪৮,০৯৬ |

খ: ১৯৫৫-৫৬ তা চৌংগী ওজাশিংনা তলব লৌনবগীদমক ইন্দাজদা চংথোক চংশিল তৌবদা খুদোং চাদবা, খরচ য়াম্না চংবা অমসুং স্কুলদা অতাংশিংবু মতম শাংনা লাইরিক তম্বিদবা মরম পুম্নমক অসি কোক্নবা গোবর্ণমেন্ত ট্রেজরি রুল ভোলুম অমগী সেন্ত্রেল গোবর্ণমেন্ত কোম্পাইলিসন রুল নম্বর ১৯৮ (১)গী মতুং ইন্না থৌরাং অমা তৌখি। রুল অসিগী মতুং ইন্না এডুকেশন ডিপার্টমেন্তনা ট্রেজরি ওফিসতা ওজাশিংগী তলবমখৈ বুক ট্রান্সফার তৌখি। ওজাশিংনা চীংদা লৈবা পোষ্ট ওফিস অমসুং বি, পি, ও, লৈবা মফমদগী তলব অহু লৌনরমী। তৌইগুম্বসুং ডাকঘর মচাশিংদা শেল য়াম্না থম্বা ঙমশিন্নবক্তবদগী মঈথংদা থৌরাং অসি চথবা য়াখিত্রে।

খ: ১৯৫১-৫২ দা নোর্ম্যাল ট্রেনীং ইনষ্টিটিউট অমা জোনষ্টোন স্কুলদা হিংথংখিবনি। এল. পি, ওজাশিংবু ট্রেনীং পীনবা

## টিচর ট্রেনীং ইনষ্টিটিউট

গুরু ট্রেনীং ক্লাসশু কুম অসিদা তপশিনখি। হায়রিবা ট্রেনীং ইনষ্টীটিউট অসি খৃঃ ১৯৫৪-৫৫ ফাওবা নিংথিনা চখি।

ভারতকী অয়াম্বা মফমদা বেসিকী শিক্ষা অসি য়াম্না পাম্না শন্দোক্লকখি। মণিপুরদশু মসি শন্দোক্লিংবদগী খৃঃ ১৯৫৫-৫৬ তা নোর্ম্যাল অমসুং গুরু ট্রেনীং স্কুল শুম্নমক মুখস্তুনা বেসিক ট্রেনীং অমসু হিন্দি ট্রেনীং ইনষ্টিটিউট অনি হিংখৎখি।

বেসিক ট্রেনীং ইনষ্টীটিউট অসি প্রাইমারি ওজাশিংগীদমক্নি। ইংখোল্ লোইবা, ফিশাবা, উ-শুবা, পাত্র শাবা অমসুং ফুরিৎ তুনা হায়রবা ক্রাফট সবজেক্ট মতা লৈখি, লং নাইবা হায়বসিনা কম্পলসরি ওইরম্মী। মথক্তা ক্রাফট সবজেক্ট মতাগী মসুংদা ট্রেনী খুদিংমক অনিদি লৌদবা য়ারবদে। শিক্ষাগী ইতিহাস মতম্গী, মন বিজ্ঞান ( psychology ) অমসুং স্কুল ওর্গেনাইজেশন অসিনা থিওরি সবজেক্ট ওইখি। চহি অমগী কোর্শনি। চহিগী অরোইবা পরিক্ষাদা তুগা ওগী মতুং ইন্না পাশ ওইবা ট্রেনীশিংদা সার্টি-ফিকেট পীরম্মী। হিন্দি ট্রেনীং ইনষ্টিটিউট অসিনা এম, ই, স্কুলদা অমসুং হাই স্কুলগী এম, ই, সেক্সনদা হিন্দি ওজা ওইবশিংগীদমক্নি। চহি অমগী কোর্শনি। চহিগী অরোইবা পরীক্ষাদা পাশ ওইবা মীওইশিংদি সার্টিফিকেট তুগা ওগী মতুং ইন্না পীরম্মী।

হাই স্কুলগী গ্রেজুয়েট ওজাশিংনি মপান্দা বি, টি, বি, এড অমসুং বি, এড, ( বেসিক ) তা ট্রেনীং কংহনবা থাদোক্লম্মী।

## ফাইন আর্টস্

খৃ: ১৯৫৩-৫৪ দা লাইরেকপগী আর্টস স্কুল অমা ইম্ফালদা লিংখৎখি। স্কুল অসি শ্রীশামো শর্মানা কনাগী মতেং লৌদনা লিংখৎখিবনি। স্কুল অসি য়াম্না চাউখৎলকখি অমসুং টেরিটোরি অসিগী আর্টসকী থবক মখে স্কুল অ.সদগী থোক্লকপা আর্টিষ্টশিংনা পায়খি অমসুং কাচিন কোয়া থুংনা লৈরাকী সেবা তৌরকখি। স্কুল অসি লিংখৎলীবা ব্রক্ষণ অসি মরল্ য়থুম মরাং কায়না লৈজবা মীভুই নত্তে। তৌইদুবসুং শীনফম অসিবু পামজমনবদগী মাগী লৈজবা মখে য়োম্দুনা স্কুল অসি পুথৎলকপনি। মহাক্না ১০ দং গুরয়বদি মণিপুরসু অসুক শোথরম্মোইদ্রা হায়বসি মাগা থবক থডবিবা মী কয়ানা তোইনা তোইনা শোন্নখি। শম্না হায়রবদা মণিপুরদা য়েকখোৎপগী থবক তৌরিবা মী অয়ামবদ স্কুল অসিগী পোৎথোক্নি হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই।

## আর্টস অমসুং ক্রাফটস

খৃ: ১৯৫২-৫৩ দা ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা ট্রাইবেল ওয়েল-ফেয়ার স্কিমদগী চীংমচাগীদমক ফিশাবগী স্কুল অমা লিংখৎখি। তৌইদুবসুং উরবান জুনিওর বেসিক স্কুল লিংখৎলকপদগী স্কুল অসি খৃ: ১৯৫৫-৫৬ তা মুথৎখি।

খৃ: ১৯৫২-৫৩ দা কাকিপুর পোলিটেক্নিক স্কুল [illegible]না গ্রান্ট পীখি। স্কুল অসিদা মিস্ত্রাবা অমসুং লিগী মতম লৈখিনা চথরম্মী। তৌইদুবসুং স্কুল কোমিটীনা জেনেরেল ইডুকেশনগী হাই স্কুল লিংখৎনবগীদা রাখল তৌবিখিবদগী গ্রান্টকী অমাম্বা শরুক হাই স্কুল লোমনা পীবিরমখি। মতুংগী [illegible] [illegible]কট সব-জেক্টশিং অমা হাপথরকখি।

খৃ: ১৯৫৪-৫৫ দা ইণ্ডষ্ট্রি ডিপার্টমেন্টনা অমগুবা চহি মঙাগী থৌরাংদা ত্রেনীংস্ত্র পীরগা অমসুং চাথোকন্ত্র লৈহনবা স্কুল অমা থৌবান্দা লিংখৎখি। উ-শুবা, ফি শাবা, থাং-শাবা অমসুং অহৈবা হায়বা বিষয় মরি মসি থমখি। সুপারিন্টেণ্ডেণ্ট অমগা ইনষ্ট্রক্টর মঙাগা মজা ওইনা লৈরম্মী। ত্রেনী য়াথৈ লৈরম্মী মখোয়না তম্বা বিষয় মখাদা পীরুরি।

| বিষয় | ত্রেনী মশীং |
|---|---|
| ১। ফি শাবদা | ত্রেনী ২২ |
| ২। উ-শুবদা | ,, ১২ |
| ৩। য়োং শুবা ( থাংজুবা ) দা | ,, ৮ |
| ৪। অহৈরদা | ,, ৮ |
| | মোট ৫০ |

মাইল অনিদগী হেন্না থাপ্পা লমযুমদগী লাকপা ত্রেনী শুদ্রিংদা থাগী ষ্টাইপেণ্ড লুপা ৮/৮ পীরম্মী। স্কুল অসি লৈবাক্কী য়ামদা কান্নরকখি। স্কুল অসিদগী থোক্লকপা ত্রেনীংশিংনা মানা মানা লৌরকপা ক্রাফকী মতুং ইন্না মণিপুরগী কাচিন কোন্না শুদিংদা ইনষ্ট্রক্টর ওইরম্মি।

খৃ: ১৯৫৬-৫৭ তা আদিম জাতি আশ্রয়না ত্রাইবেল ওয়েলফেয়ার স্কিমদগী অদিম জাতি টেক্নিকেল ইনষ্টিটিউট সিঙ্গ্যাল কাই অমসুং ত্রাইবকী মশাংশিংনা মুম্বা লিংখৎখি। ফি-শাবা অমসুং সিভিল ইঞ্জিনিয়ারিং বিষয় অনি থমমী। হোষ্টেলদা লৈবা চীংমচা অমসুং লোইমচাশিংবু লাউরা লৌরম্লে অমসুং মখোয়দগী [illegible] পুথোক্লুনা মখোয়বু পীজ পীথক তৌনবা থৌরাং তৌরিব্বি।

## মেডিকেল স্কুল

খ্ঃ ১৯৫৬-৫৭ তা মেডিকেল ডিপার্টমেন্তনা কম্পাউণ্ডর ক্লাস অমা সিভিল হোসপিতালদা হাংখি। ডিপার্টমেন্তকী ডাক্তরশিংনা ওজ্বা ওইরম্মী। স্কুল অসিগীদমক তোপ্পা খরচ তৌরমদে। সিভিল হোসপিতালগী খরচনা স্কুলগী অরাং-অপা পুন্নমক মেন্নখি। চহি অনিগী কোর্শনি। পরীক্ষাদি ডিব্রুগড মেডিকেল স্কুলদা থারম্মী।

## ওরিয়েন্টেল ইডুকেশন

সংস্কৃত, মাদ্রাসা অমসুং হিন্দী স্কুল মখৈ মখল অসিগী শিক্ষাগী কাংলুপ্তা খ্ঃ ১৯৫৩-৫৪ ফাওবা মশীং চল্লম্মী। মতু অতুদগীদি মাদ্রাসা মখৈ প্রাইমারি স্কুল ওইনা মশীং চনখি অমসুং হিন্দি স্কুল মখৈনা স্পেসিয়েল ইডুকেশনগী কাংলুপ্তা হাপচিনখ্রে। সংস্কৃত টোল মখৈদা ওরিয়েন্তেল ইডুকেশনগী কাংলুপ্তা লৈহৌখি। খ্ঃ ১৯৫৫-৫৬ তা থাঙবোক সংস্কৃত টোল সরকারনা গ্রান্ট-ইন-এড পীখি। মরম অসিনা সরকারগী ইম্ফাল সংস্কৃত টোল অমগা এডেড টোল অমগা পুন্না টোল অনি খ্ঃ ১৯৫৬-৫৭ তা লৈখি।

## হিন্দী স্কুল

হিন্দী অসি মণিপুরদা অনৌবা ওইনা লাকখি। খ্ঃ ১৯৫৪-৫৫ দা রাষ্ট্র হিন্দি সংস্থান স্কুলগী কুনমাথোই-শুখি। মতুংগী চহিদা হিন্দী স্কুল মরিফুতবেং য়ৌরকখি তৌইগুম্বসুং খ্ঃ ১৯৫৬-৫৯ তদি মতেং ফংবা হিন্দি স্কুল কুনমাথোই অমসুং ফংদবা হুমফুতারা লৈখি। মমাংগী চহিদা মরিফুতরেং লৈরম্মী হায়বনিনা খ্ঃ ১৯৫৬-৫৭ তা য়ামদ্রবদা মতেং ফংবা হিন্দী স্কুল কুনমাথোই অমসুং ফংদবা হুমফুতরুক তি লৈফম থোক্লবনি। তৌইগুম্বসুং হুমফুথক্তং লৈখি হায়বনিনা মতম অসিদা লৈরম্বা হিন্দী স্কুল অসি জেনেরেল ইডুকেশনগী স্কুলশুমদি মরা চেংলমজি অকা অকুম নাইরম্মী হায়না লৌবা য়াই।

## এডল্ট লিটরেসি সেণ্টর

অহানবা চহি ৫গী থৌরাংদা রুরেল ডেভেলোপমেন্ত স্কিমদা অহল লাইরিক হৈত্তবশিংবু হৈবা, পাবা অমসুং অক্ক হায়বা "আর অহুম" হৈহন্দুনা খরচ পাবা, চিঠি হৈবা, পাবা, হিসাব মচা মচা হোংপা ওমহন্নবা থৌশিল য়াওখি। খৃঃ ১৯৫৪-৫৫ দা ডেভেলোপমেন্ত এক্সটেনসন ব্লোক্না এডল্ট লিটরেসি সেণ্টর ১৬০ অমসুং য়ুঠ ক্লব ৬১ লিংখি। মতুংগী চহিদা সেণ্টর ১০ অমুক হাপচিনখি। থা ৫ না কোর্শ অমমমম ওইরম্মী। চহি ১দা কোর্শ ২ পাংথোক্লম্মী। খুল ১দা লেংদনা লিটরেসি সেণ্টর খক থমদে। খুল খরা চাউবদনা চহি ১/২ লৈবস্ য়াওবম্মী। থা ৫ খুদিংগী মফম হোংবনা য়াম্লম্মী। অমুম তৌনা খুঙ্গাগী অহলশিংদা "আর অহুম" অসি খর খর খঙহন্নবা লাক্লখি।

## কলেজ

খৃঃ ১৯৪৮-৪৯দা মণিপুরগী অমতা ওাইজরবা ডি.এম. কলেজনা মুংথিল কলেজ হেক ওন্থোকখিবদগী লাইরবা, অমুক, মুংথিল নোমজ খোংচরগা মুংমিদাংবাইরম কলেজ তমজবা কাংবুশিংগী য়াম্না নীংব কায়নখি। অসিগুম্বা মীওই কয়ানা হায়জ-চংচবদগী খৃঃ ১৯৫৩-৫৪ দা ইম্ফাল কলেজ লিংখংখি। শ্রীলাইশ্রম অচৌ সিংহ এম.এ.না প্রিন্সিপাল ওইবিহুনা ইনটরমেডিয়েট ক্লাস হাংখি। মরম অসিনা খৃঃ ১৯৫৩-৫৪ দা মণিপুরগী কলেজ ২ লৈখি।

মণিপুরদা কলেজ লৈ হায়বসি ভারতকী ষ্টেট অতৈনা খঙবিদনা লাকপসি খৃঃ ১৯৫৪-৫৫ কাওবনি। চহি অসিদা গোবর্ণমেন্তকী ডি.এম. কলেজনা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী মহৎ শিন্দুনা ভারত জাতিগী ওইবা দিল্লিগী এম্বুয়েল য়ুঠ ফেষ্টিভেলদা য়াওরুই। ফেষ্টিভেল অসিদা ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয় ২৬ তিনখি। পুম্না জগোই

শাবদা (Group Dance তা) ডি, এম, কলেজনা মহুৎ শিল্ল্বা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়না মকোক ওইখি অমস্মুং নাইতোম শাবা জগোই ( Individual Dance ) দনা মথং ওইখি। থৌদোক অসিদা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়বু মশক খন্ডবিবদা নত্তনা ডি, এম, কলেজ হায়বা কলেজ অমা মণিপুরদা লৈ হাযবসি খ্ৱাইনা খন্ডনখি। মৈতৈগী জগোইদা য়াম্না কন্নবা মতৌ উবিবদগী দিল্লিগী সঙ্গীত নাট্য মন্দিরনা মণিপুরদা ডান্স কলেজ অমা লিংখৎনবা পুক্লিং য়াম্না থৌগৎপীরকখি। ছাত্রশিং অসিনা মণিপুরদা হল্লক্লগা অহল লমনশিংদা মথকী নাট্য মন্দিরনা পুক্লিং থৌগৎপীরকপগী রাক্ষম অহু তমজখি। মসিগী নমাংদগী হৌনা মৈতৈ অহল লমনশিংনা মণিপুরদা ডান্স কলেজ অমা লিংখৎনবগী রাফম অসি হন্না হন্না নৈনখ্ৰবনি। কুম অসিদা জোনষ্টোন হাই স্কুলদা মনিপুর ডান্স কলেজ লিংখৎখি।

## শান্ন-থোৎনবা

খ, ১৯৭২-৫৭ ফাওবদি ওক্সাশিংন মাগী মাগী স্কুলগী শান্ন-থোৎনবগী থবক শীজ্জবন্মী। খ, ১৯৫৫-৫৬ তা ডাইরেক্টর ওফ যুথ ওয়েলফেয়ারনা মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা মফম ৯ দা সেন্টর হাংদুনা মনাক মনাক্তা লৈবা স্কুল মখৈ পুম্না শান্নহন্দুনা তান্নবগী থিবম তাহনখি। অসিগুম্বা থৌরাং অসি চহি খুদিংগী চাংয়েং ওইনা চৎনহনখি। শান্ন-থোৎনবদা নত্তনা ফোক ডান্স, ফোক-শোংনচিংবদসু স্কুল মশেল তান্নহনখি। অসিগুম্বা চহিগী থৌরাং অসিনা ছাত্র মশেল মশক খঙনজরকখি, মুংশিনরকখি অমসুং মথোয়গী মিথয়েং পাক-চাউথোকচরকখি। খ: ১৯৫৫-৫৬ তা সোসিয়েল কেম্প ও পাংথোক্তুনা ছাত্র মশেন পুম্না লৈমিন্নহন্দুনা অমগা অমগা মতেং পাংনহনখি অমসুং মথোয় মশেল মুংশিনবগী রাখল পোক-হনখি।

## এন, সি, সি; অমসুং এ, সি, সি,

মণিপুরদা ইহান হায়া খৃঃ ১৯৫৪-৫৫ দা নেশনেল কেডেট কোর ( N.C C. ) লিংখৎখি। খৃঃ ১৯৫৬-৫৭ তা ঔক্সিলিয়ারী কেডেট কোর (A.C.C.) হাংখি। কেডেটশিং অহুনা অউবমখৈ হেক্তা হৈবা উবদা ওফিসারশিংদা য়াম্না ৱক্না থোকখি।

## নুপীগী শিক্ষাগী থৌরাং

নুপীমচাশিংবু লাইরিক তমহন্নবগীদমক এটেণ্ডেন্স স্কোলারসিপ অমসুং ওজা ওইনীংবগী স্কোলারসিপ পীবা হৌখি। নুপী মচাগী টীউসন ফি নিপামচানা পীবা চাংদগী হন্থনা হুলহনখি। কলেজ নত্রগা করিগুম্বা ভন্ফমশুং অমদা মিং চনবদসু নুপীমচাশিংবু ৎান্না চন্নবা থৌরাং তৌখি। বৃত্তি পরীক্ষাদা নুপীমচাগীদমক তোপ্পা বৃত্তি খর থম্মী। নিপামচাশিংগীদমক থম্লিবা মশীং অহুম্গী মনুংদা নুপীমচা ১ না পরীক্ষাদা মফম অমা লেপচবা ওয়বদি মহাকপু নিপামচাগী বৃত্তি অহু ফংহল্লি। অসিদা নত্তনা বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাদসু এলাও পরীক্ষা য়াওদনা য়াওহল্লম্মী।

## চাংমী অমসুং লোই

মনিপুরী জাতিগী মনুংদা শোক্ল-পন্নবা য়াদবা হায়বা ৱাকম অসি লৈতে। মরম অহুনা চীংমী নত্রগা লোইগীদমক্তা তোপ্পা স্কুল নত্রগা কলেজ লিংদে হায়না লৌবা য়াই। অদুক স্কুল নত্রগা কলেজ অহুনা লৈরুবা মফম অহুগী মতুং ইন্না চীংমী, লোই অমদি তম-মীগী স্কুল নত্রগা কলেজ হাঁয়রুবতনি। চীংদা লৈবা স্কুল কয়াদা ভদগী অঙাং কয়া মমুমদৌনা লাইরিক তমজবা ওম্মী, তমগী স্কুল অয়াম্বদা চীংগী ছাত্রশিংনা মখুলগী

স্কুলদৌনা তমজৰা ওম্মী। অসিগুম্বা মুংশিনবগী অমসুং ইমুং অমতগী মচাগুম খম্নরকপগী ঈচেল অসি লানগী মতুংদগীদি য়াম্না কন্না চেম্লকখি।

চীং অমসুং লোই লমগী ইচিন ইনাওশিং অসি মহৈগী লম্বীদা শোম্বহৌবা মরম খর লৈবদগী মখোয়না তম্নু তম্নুবা স্কুলদা ফি য়াওদনা তমহনখি। চহি ৫ হায়বদি খ্ৰ' ১৯৫২-৫৭ ফাওবগী মমুংদা জাতি ২সিগীদমক্তা স্কুলশং হোষ্টেল, ওজাগী লৈফম অসিনচিংবা মবাং কায়না শানবা থৌরাং তৌখি। খ্ৰ' ১৯৫৫-৫৬ কী চহি অসিদদনা মখাদা ইরিবা শওশিং অসি শাখি।—

(১) এম, ই, স্কুল ২ শাখি।
(২) এল, পি, স্কুল ১০ শাখি।
(৩) হোষ্টেল ১৫ শাখি।
(৪) ওজাগী লৈফম ১২ শাখি।

অসিদা নত্তনা চীংগী দমক্তা টুবিং ওফিশার হাপ্লিৰশিংনা চহি অমগী মমুংদা মুমিৎ ১৪৪ চীংদা টুব চৎকদবনি অমসুং মুমিৎ ৩৬ তি যারেক্কদবনি হায়না গোবর্ণমেণ্টনা হুকুম তৌরম্মী। টুরিং ওফিসাব খুদিংমক হায়রিবা হুকুম অসি ইম্নবম্মী। তমেংলোং সব-ডিভিজনগী মমুং চনবা খংশিংলুং ইউ, পি, স্কুলদগী ছাত্রা ১৮ না হৌনবী ট্রান্সফাব সার্টিফিকেটনচিংবা য়াওদনা মিসন স্কুলদা তমগ্রে। স্কুলশিংগী মমুংদা ডিসিপ্লিন কায়রকনি। মরম অদুনা টেরিতোরি মমুংদা লৈবা রিকোগ্নাইজ তৌববা স্কুল অমতদা অঙাং-শিং অদুবু মিং চল্লোইদবনি হায়না ছাত্রশিংদুগী মমিং মথা, গার্জিয়ানশিংগী মমিং লৈফম. ছাত্রশিংনা তম্লম্বা ক্লাস, স্কুল থাদোকখিবা তারিখ উত্তুনা মতমদুগী হেড ওফ ডিপার্টমেন্টকী সর্কুলার নম্বর আই,এস, /১৬/৫২ তাং ৩১/৫/৫৪ ইং স্কুল পুম্নমক্তা থাদুনা প্যাকন্না শন্না থঙনখি।

## খৃঃ ১৯৫৭-৫৮

খৃ: ১৯৫৭-৫৮ মনিপুরগী ইতিহাসতা ময়েক শানা লৈংহৌরগদবা চহিনি। চহি অসিদা মনিপুর টেরিটোরিয়েল কউন্সিল লিংখৎলি। প্রজাগী মীখলগী কাবকপা মেম্বর ৩০ পা মনিপুর এডমিনিষ্ট্রেশননা খনবা মুগী মেম্বর ২ পা পুন্না মেম্বর ৩২ না শাবা কাউন্সিলনি। কাউন্সিল অসুগী মেম্বরশিংগী মমিং অমসুং মখোয়না শরুবা কোনষ্টিটুয়েন্সিদগী কারকপনো হায়বসু মখাদা উচ্চরি :—

### ইলেক্টেড মেম্বর

| | মেম্বরগী মমিং | পার্টিগী মমিং | | কোনষ্টিটুয়েন্সি | চং/লোই |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীএস, লারহো | কোংগ্রেস | — | মাও ওয়েষ্ট | চীংমী |
| ২। | শ্রীএস, বিজয় সিংহ | ,, | — | জিরিবাম | × |
| ৩। | শ্রীপাউলেন হাউকিপ | ,, | — | চুড়াচান্দপুর | চীংমী |
| ৪। | শ্রীএন, জি, থাইবা | ,, | — | মাও ইষ্ট | ,, |
| ৫। | শ্রী ,, ,, বগুই | ,, | — | উখ্রুল | ,, |
| ৬। | শ্রীপাউখোহাং হাউকিপ | ,, | — | ভেংনোপল | ,, |
| ৭। | মহম্মদ আলিম উদ্দিন | ,, | — | লিলোং | × |
| ৮। | শ্রীএস, চৌরজিৎ সিংহ | ,, | — | চবাংপাৎ খোংজোম | × |
| ৯। | শ্রীই, নোদি সিংহ | ,, | — | হিয়াংলম গুপ্ত | × |
| ১০। | শ্রীএম, কোইরেং সিংহ | ,, | — | কুম্বি-থাঙ্গা | × |
| ১১। | শ্রীএইচ, নিলমনি সিংহ | ,, | — | বিষ্ণুপুর মোইরাং | × |
| ১২। | শ্রীএন, তোমচৌ সিংহ | ,, | — | য়াঙ্গোই ময়াং ইম্ফাল | × |
| ১৩। | শ্রীএন, ইবোমচা সিংহ | ,, | — | শগোলবন্দ | × |
| ১৪। | শ্রীকে, এইচ, চাউবা | ,, | — | শেকমাই লমশাং | লোই |
| ১৫। | মহম্মদ আমজাদ আলি | ,, | — | ইরিলবুং-য়াইরিপোক | × |
| ১৬। | শ্রীয়াই, য়াইমা সিংহ | ,, | — | নম্বোল কৈনৌ | × |

| | মেম্বরগী মমিং | পার্টিগী মমিং | কোনষ্টিটুয়েন্সি | চীং/লোই |
|---|---|---|---|---|
| ১৭। | শ্রীডবলিউ নিমাইচান্দ | কোঙ্গ্রেস | — থৌবাল চন্দ্রখোং | × |
| ১৮। | শ্রী ভুখম | ইণ্ডিপেণ্ডেন্ট | — থানলোন | চীংমী |
| ১৯। | শ্রী ডি. এম, শর্ম্মা | ,, | — ললাম্বুং থাংমৈবন্দ | × |
| ২০। | শ্রী কাবিপু কবুই | ,, | — তমেংলোং | চীংমী |
| ২১। | শ্রী রিশাং কৈশীং | সোসিয়েলিষ্ট | — ফাইশাং | চীংমী |
| ২২। | শ্রী ডি, অথুইবো | ,, | — তাইমোল | চীংমী |
| ২৩। | শ্রীটি এইচ চন্দ্রশেখর সিংহ | ,, | — শিংজমৈ | × |
| ২৪। | শ্রীটি এইচ অঙো সিংহ | ,, | — য়াংখৈ লোংবা | × |
| ২৫। | শ্রীএল, কুঞ্জচন্দ্র সিংহ | ,, | — কৈশামথোং | × |
| ২৬। | শ্রীকে বড়ঠাকুর শর্মা | ,, | — শুগ্নাই | × |
| ২৭। | শ্রীকে এইচ ইবোচা | কম্যুনিষ্ট | — ককচীং য়াংজিং | × |
| ২৮। | শ্রীএ, থবা সিংহ | ,, | — শগোলবাং | × |
| ২৯। | শ্রীটি, কুন্দো সিংহ | ,, | — লম্লাই কৈবাও | × |
| ৩০। | শ্রীকে, এইচ, হৈতোম্বী | ,, | — শলাম পুম্বোং | × |

## নোমিনেটেড মেম্বর

১। শ্রীমতী মুখরাম্না দেবী কোঙ্গ্রেস
২। শ্রীমতী তাকিম অংনাল ,,

কুম অসিগী অহানবা শরুক্তা শ্রীডি, এম, শর্ম্মানা কাউন্সিলগী চেয়ারমেন ওইখি ; মমৈথংদা শ্রীএস, লাবহোনা অমুক শিনখি ।

## লোক সভা

১। শ্রীএল, অচৌ সিংহ সোসিয়েলিষ্ট ।
২। শ্রীআর, সুইসা কোঙ্গ্রেস ।

## রাজ্য সভা

১। শ্রীঙাঙোম তোম্পোক সিংহনা মতম খর ওইরম্বদগী শ্রীললিতামাধব শর্ম্মনা কুম অসিদা শিনখি।

কুম অসিদা শিক্ষা, মেডিকেল অমসুং পি, ডবলিউ ডিপার্টমেন্টকী ব্রাঞ্চ ১/১ টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলদা হাংখি। খৃ: ১৯৫৮গী জানুওয়ারি থাগী তাং ৪ হুমিৎ যুংবা মতুংদা গোবর্ণমেন্টকী প্রাইমারী স্কুলদগী হাই স্কুল ফাওবগী থাক্তা লৈরিবা স্কুল পুম্নমক কাউন্সিলগী মখুত্তা ট্রান্সফার তৌখি। জোনষ্টোন, তম্ফাম্না অমসুং ভৈরোদান স্কুল অহুম অসিদি য়াওখিদে। তৌইগুম্বসুং কাউন্সিলনা য়াম্না কন্না ভানশিল্লকপদগী মখোয় অসিসু অহুম লাম্হোক্লকখি।

কুম অসিদা তমেংলোং অমসুং জিরিবাম এম ই স্কুল অসি হাই স্কুলগী থাক্তা পুখৎখি। তৌইগুম্বসুং হাই স্কুলগী হেড মাষ্টরগী ফমদি শেমখিদে। কুম অসি তম্ফাম্না হাই স্কুলদা মোন্তেসোরি ক্লাস হাংখি। নৌনা ওফিস লিংখৎলকপদগী কাউন্সিলনা স্কুল লৌশিনবনচিংবা অচৌবা থবক পায়খৎপা ঙমখিদে।

নৌনা হৌগৎলকইবা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলদা এডমিনিষ্ট্রেশন্দগী ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস শ্রীলাইরিকয়েংবম মনিহার সিংহ প্রিন্সিপল ওফিসার (ইডুকেশন) ওইনা ট্রান্সফার তৌখি। মহাক্কী মতেং পাংনবা সর্ব্ব শ্রী লাইশ্রম লালা সিংহ বি এ বি টী, ডি আই ওফ স্কুলস, মংসিদম গৌরমণি সিংহ এ আই, চিংথাম বিশম্ভর সিংহ এ আই ফজলুর রহমন ইনস্পেক্টীং মৌলবি অমসুং মিনিষ্টেরিল ষ্টাফ খরগা কোন্না কাউন্সিলদা ট্রান্সফার তৌখি।

সরকারগী স্কুল ময়াম অসি ট্রান্সফার তৌরকপা মতমদা স্কুল মমিং ওজাগী মমিং মথা তলবকী চাং অমসুং ট্রান্সফার তৌবা মতমদা শেল কয়া ফংই হায়বা হাকম নত্তনা চে-মুং অমতা

পীরকপা নত্তে। ওজাশিংগী সার্ভিস বুকমু মতম অহুদা পীখিবা নত্তে, কোম্না পীরকখিবনি। প্রিন্সিপল ওফিসার অসিনা হৌনবী ফাইল, ওডর বুক অসিনচিংবা নৌনা শেমগৎতুনা গোভর্ণমেন্টকী হৌনবী রুল করিমতা কায়হন্দনা অত্নক য়াম্না চাউবা শিক্ষাগী শাসন অহু মচু তানা চথখি। কাউন্সিলগী চিফ ইক্সিক্যুটিভ ওফিসার শ্রীপি, আর, চন্দ্রনা ওইখি। শ্রীমনিহার সিংহ প্রিন্সিপল ওফিসারনা মতিক চাবদগী উক্ত শ্রীচন্দ্রনা কাউন্সিলগী থবক অতৈ নিংথিনা পাংথোকপা ঙমখি। প্রজা পুম্নমক্না প্রিন্সিপল ওফিসারবু য়াম্না থাগৎনখি।

হৌখিবা চহিদা বেসিক ট্রেনীং য়াওখিবা ওজাশিং তাং ৪/১০/৫৭ তা পাশ তৌহুনা থোক্লকখি। মখোযনা হেক থোক্লক-পগা স্কুল খর বেসিক স্কুল ওন্থোকখি অমসুং খর অমনা নৌনা বেসিক স্কুল ওইনা লিংখৎখি। মখোয়গী মমিং মথা মখাদা পীজরি।

## বেসিক স্কুলদা ওন্থোবখিবা

| | | |
|---|---|---|
| ১। কমেং এল পি | ৫। উচিবা এল পি | ৯। লুরাংশংবম এল পি |
| ২। হাওখা ,, | ৬। লাংথাবাল ,, | ১০। ফদাং ,, |
| ৩। রাংখেম ,, | ৭। কৈনৌ ,, | ১১। যতীন্দ্র মোহন ,, |
| ৪। ভুবনেশ্বরী ,, | ৮। মাক্লং ,, | ১২। কৈথেল মানবী ,, |

## বেসিক স্কুল ওইনা লিংখিবা

| নিপামচাগী | নুপীমচাগী |
|---|---|
| ১। পুরুম খুলেন জে বি। | ১। লাইরিকয়েংবম লৈকাই জে বি |
| ২। পুহ্নামৈ ,, ,, | ২। নিংথৌমখোং জে বি |
| ৩। বিজাং লৌবুক জে বি | |
| ৪। লৈসি ফনিৎ ,, ,, | |

ময়ম অসিনা হায়রা লৈখ্রবা উরবান জুনিওর বেসিক থারগা নিপামচাগী জে বি স্কুল ১৭ অমসুং সুপীমচাগীনা ২ অসি কুম অসিদ লৈখি। কুম অসিদা লৈখিবা স্কুলগী মওং—

| মখল | টি সি/এডমিনিষ্ট্রেশন নিপামচাগী-সুপীমচাগী | | মতেং ফংবা নিপা মচা | মতেং ফংবা সুপী মচা | মতেং ফংদবা নিপা মচা | মতেং ফংদবা সুপী মচা | মোট নিপা মচা | মোট সুপী মচা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| হাই স্কুল | ৭ | ১ | ২৬ | ২ | ৬ | × | ৩৯ | ৩ |
| এম ই ,, | ৩৪ | ৬ | ৩০ | ২ | ৬৪ | ২ | ১২৮ | ১০ |
| জে বি ,, | ১৭ | ২ | × | × | × | × | ১৭ | ২ |
| প্রাইমারি সিঙ্গল | | | | | | | | |
| টিচর স্কুল | ১৯৫ | × | ২৭ | × | ১৩০ | × | ৩৫২ | × |
| ,, × ,, | ৫০০ | ১৫ | ২০৪ | ১৯ | ১৮৭ | ৮ | ৬৮৮ | ৪২ |
| মোণ্টেসোরি ,, | ১ | × | × | × | × | × | ১ | × |
| মোট | ৫৫৪ | ২৭ | ২৮৭ | ২৩ | ৩৮৪ | ১০ | ১,২২৫ | ৫৭ |

কলেজ ( জেনরেল ইডুকেশন ) সরকারগী ১
,, ,, ,, প্রাইভেট ১
,, ( প্রোফেসনেল ) প্রাইভেট ১
স্কুল ,, সরকার ৪ } ৬
,, ,, প্রাইভেট ২ }
,, ( স্পেসিয়েল ) ২২৭

জেনরেল ইডুকেশনগী মতাংদা উৎলিবা কলেজ ২ অসি ১ না সরকারগী ডি এম কলেজনি অমসুং অতোপ্পদুনা ইম্ফাল কলেজনি।

প্রোফেসনেল প্রাইভেট কলেজ অসিনা ভান্স কলেজনি। স্কুল অসিদা মসি সরকারগী মতেং অমত্তা কংলমদ্রি।

প্রোফেসনেল স্কুল অসিগী মখুংদা ১না হিন্দি ট্রেনীং ইনষ্টিটিউট, ১না জুনিওর বেসিক ট্রেনীং ইনষ্টিটিউটনি, ৩শুবনা থৌবালদা লৈবা আর্টস এণ্ড ক্রাফটস স্কুলনি, ৪শুবনা ফাইন আর্টসকী লাইয়েকপা স্কুলনি, ৫শুবনা আদিম জাতি টেক্নিকেল স্কুলনি অমসুং ৬শুবনা কোম্পাউণ্ডারগী স্কুলনি।

## ছাত্র অমসুং ওজা

| মখল | ছাত্র | | ওজা | |
|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | নিপা | নুপী |
| কলেজ | ১,৪১৮ | ১১২ | ৪২ | ২ |
| ডান্স কলেজ | ৮৯ | ৪০ | ৯ | ২ |
| হাই স্কুল | ১২,৭৩৩ | ১,৮৬৯ | ৪৯৭ | ২৯ |
| এম ই স্কুল | ১০,৫৯৭ | ১,৪৬২ | ৪৮৪ | ২৫ |
| প্রাইমারি জে বি স্কুল | ৫৮,৪৬১ | ২৩,৪৬০ | ২.৪০৫ | ৮৬ |
| মোণ্টেসোরি ,, ,, | ১২ | ৮ | × | ২ |
| প্রোফেসনেল ,, ,, | ২১৯ | ৯ | ৩০ | ১ |
| স্পেসিয়েল ,, ,, | ৭,৫১৭ | ১,৩০৩ | ২৭০ | ৩ |

## খরচ

| মখল | নিপামচাগীদা | নুপীমচাগীদা |
|---|---|---|
| কলেজ | রু: ১,৯২,৯১৩ | × |
| প্রোফেসনেল কলেজ | ,, ১৫,২২৩ | × |
| হাই স্কুল | ,, ৫,৮৫,৩৮০ | রু: ৭৯,৪২৩ |
| মিডল ,, | ,, ২,৮৬,৮৫৮ | ,, ১৭,৩৫৪ |
| প্রাইমারি জে বি স্কুল | ,, ১১,৭৭,৬২৪ | ,, ৫০,৪২৫ |
| মোণ্টেসোরি ,, ,, | ,, [illegible] | ,, [illegible] |

| মখল | নিপামচাগীদা | মুপীমচাগীদা |
|---|---|---|
| প্রোফেসনেল | | |
| স্পেসিয়েল ,, | ,, ২,৫৫,৬০৬ | ,, × |
| অপুনবা রিকরিং খরচ | লু. ২৫,১৭,৩৭৪ | লু: ১,৪৭,৬০২ |
| ,, নন ,, ,, | ,, ৭,৪৯,১০১ | ;, ২৩,৮৬২ |
| পুন্না শিক্ষাদা চংখিবা | লু: ৩২,৬৬,৪৭৫ | লু: ১,৭১,৪৬৪ |

কুম অসিদা হায়বদি খৃ: ১৯৫৭-৫৮ দা পুন্না শিক্ষাদা চংখিবা লুপা ৩৪,৩৭,৯৩৯ ( নিপাগীদা লুপা ৩২,৬৬,৪৭৫ + মুপীগীদা লুপা ১,৭১,৪৬৪ ) অসি সরকারদগী অমসুং প্রজাদগী ফি ওইনা অমদি অতৈ অতৈদগী শেল কয়া কয়া পুথোকখিবগে হায়বসু মখাদা উচ্চরি :—

## শেনফম

| চহি | সরকারগী | মিউনিসিপাল | ফি |
|---|---|---|---|
| ১৯৫৭-৫৮ | লু: ২৪,৫৩,৭৯৪ | ১,৬৫০ | ৬,৯৪,৪৫২ |
| | | অতৈ অতৈ | অপুনবা |
| | | ২,৮৮,০৪৩ | ৩৪,৩৭,৯৩৯ |

## বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাগী ফল

| মখল | অথাবা মশীং | পাশ ওইবা মশীং |
|---|---|---|
| মেট্রিক | ১৯১৭ | ৭৪০ |
| আই এ ( আর্টস ) | ৫৪০ | ১৫৭ |
| ,, ,, ( সাইন্স ) | ৮৫ | ৫৪ |
| ডিগ্রী বি এ | ১৯৭ | ৮৩ |
| ,, বি এস সি | ২৯ | ২১ |
| ,, বি কোম | ১১ | ৯ |

হাই স্কুলগী গ্রেজুয়েট ওজাশিংবু মপান্দা থাদোক্নুনা বি টি, বি এড অমসুং বি এড ( বেসিক ) ত্রেনিং লৌহনবসি খৃ: ১৯৫২-৫৩ দগী হৌখি। খৃ: ১৯৫৭-৫৮ ফাওবদা ওজা কয়া য়ায়া ত্রেনীং থাখিবগে অমসুং পাশ ওইরকপনা কযানো হায়বদু মখাদা উচ্চরি :-

| চহি | থাদোকখিবা মশীং | | | পাশ তৌরকপা মশীং | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | বি টি | বি এড | বি এড ( বেসিক ) | বি টি | বি এড | বি এড (বেসিক) |
| ১৯৫২-৫৩ | ৬ | ২ | × | ১ | ১ | × |
| ১৯৫৩-৫৪ | ১০ | ২ | × | ৬ | ২ | × |
| ১৯৫৪-৫৫ | ১৬ | ৬ | ১ | ৮ | ৫ | ১ |
| ১৯৫৫-৫৬ | ৭ | ৬ | ২ | ৫ | ৫ | ২ |
| ১৯৫৬-৫৭ | ৪ | ৪ | × | ৩ | ৪ | × |
| ১৯৫৭-৫৮ | ৪ | ২ | ২ | ৩ | ২ | ২ |
| মোট | ৪৭ | ২২ | ৫ | ২৬ | ১৯ | ৫ |

চীং অমসুং লোই ইচিন ইনাওশিং কয়া য়ায়া লাইরিক তম্লিবগে হায়বসু মখাদা উচ্চরি :—

| চহি | | কলেজ | হাই স্কুল | এম ই স্কুল | প্রাইমারি |
|---|---|---|---|---|---|
| খৃ: ১৯৫৭-৫৮ | চীংমী | ৯৫ | ২,৭৪৭ | ৩,৪৮৪ | ২৭,৬৬৮ |
| | লোই | ৫ | ১৯৫ | ৬৮ | ১,১০১ |
| মোট | | ১০০ | ২,৯৪১ | ৩,৫৫২ | ২৮,৭৬৯ |

—:( o ):—

# খৃঃ ১৯৫৮-৫৯

খৃঃ ১৯৫৮-৫৯ মখানা মশাগী শাসন পায়রুবা হৌবা কুম্রি ছায়না লৌবা য়াই। ওনখিবা চহিদা মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেশন্দগী সরকারগী এল পি গী থাক্তগী সেকেণ্ডরিগী থাক কাওবগী স্কুল পুম্নমক ত্রান্সফার তৌরকখিবগী রাকম পঞ্জখরে। ত্রান্সফার তৌরকখিবা স্কুলশিং অত্নগী শাসন তৌনবা লাক্নবদা শীংথানবা য়াবা অচৌবা থবক অমতা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলনা পায়খৎপা ওমখিদে। কুম অসিদদি প্রজাগী মীহুৎ শীন্দুনা কারক্লিবা কাউন্সিল মেম্বরশিংনা মকম চাবা যেংঙুনা স্কুল কয়া লিংখি। এডমিনিষ্ট্রেসন্দস্থ হায়া থবক চিনমনবদগী পাংথোকপা ওমদনা লৈরক্লবা থৌরম কয়া মমুৎ তানা পায়খৎচবা ওমখি। কুম অসিদা পাংথোকখিবা শিক্ষাগী থবক খরদং মখাদা উচ্চরি :—

১। কুম অসিদা হায়বদি খৃঃ ১৯৫৮-৫৯ দা চুড়াচান্দপুর হাই স্কুল গ্রেডেড ওইরক্লবদগী টি সি গী ওইনা লৌশিনখি।

২। চহি অসিগী ১৪শুবা টি সি কাউন্সিল রেসন্দা এম ই স্কুল ৪৫ তাং ১।৩।৫৮ দগী হাইগতুনা কাউন্সিলনা লৌশিনখি। মখোয়গী মমিং মখাদা পীজরি :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | অঙোম লরাই | ইম্ফাল ইষ্ট |
| ২। | বুদ্ধি মজুরি | ,, ওয়েষ্ট |
| ৩। | আয়া পুরেল | তেংনৌপল |
| ৪। | স্রেলান চিরু | তমেংলোং |
| ৫। | হিয়াংথাং কুমারী | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৬। | হাওক্রেবল | ,, ,, |
| ৭। | জয় হিন্দ | ,, ,, |
| ৮। | হাউচোং | তমেংলোং |

| | | |
|---|---|---|
| ৯। | কুম্বি | বিষ্ণুপুর |
| ১০। | ককচিং খুনৌ | থৌবাল |
| ১১। | কংলা তোংবী | সদর হিলস |
| ১২। | খোংজাং | চুড়াচান্দপুর |
| ১৩। | কৈথেল মানবী | সদর হিলস |
| ১৪। | খোইরেন্তাক | চুড়াচান্দপুর |
| ১৫। | খমসোম | মাও |
| ১৬। | খুন্দ্রাকপম | ইম্ফাল ইষ্ট |
| ১৭। | খোংজোম | থৌবাল |
| ১৮। | লমশাং | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ১৯। | লাইক্লাকপম | ,, ,, |
| ২০। | লাংমৈ | তমেংলোং |
| ২১। | লিয়াই | মাও |
| ২২। | মোইবাং কম্প্ | ইম্ফাল ইষ্ট |
| ২৩। | মাক্লং | ,, ওয়েষ্ট |
| ২৪। | নেতাজি | জিরিবাম |
| ২৫। | মিংতোমথোং | ইম্ফাল ইষ্ট |
| ২৬। | পুকল | মাও |
| ২৭। | পুনানামৈ | ,, |
| ২৮। | ফুবা | ,, |
| ২৯। | ফদাং | ফুবালা |
| ৩০। | ফুবালা | বিষ্ণুপুর |
| ৩১। | রাকৈ | উখ্রুল |
| ৩২। | সরদার পেটেল | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৩৩। | শাইতোন | বিষ্ণুপুর |
| ৩৪। | সোমদল | উখ্রুল |
| ৩৫। | শোদে | ,, |

| | | |
|---|---|---|
| ৩৬। | থাঙ্গা | বিষ্ণুপুর |
| ৩৭। | তাবুংখোক | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৩৮। | লৈশাংথেম | থৌবাল |
| ৩৯। | তৌপোকপী | তেংনৌপাল |
| ৪০। | তুইতেংফাই | চুড়াচান্দপুর |
| ৪১। | তাংখুল হুন্দুং | উখ্রুল |
| ৪২। | উরিপোক | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৪৩। | উখা তম্পাক | চুড়াচান্দপুর |
| ৪৪। | রাঙু | বিষ্ণুপুর |
| ৪৫। | য়াংলেন থিংকাংফাই | তেংনৌপল |

৩। কুম অসিদা জুনিওর বেসিক ৫৫ স্কুল কাউন্সিলগী স্কুল ওইনা লৌশিনখি। মখোযগী মমিং অমসুং মখোয়না লৈবা সব-ডিভিজন মখাদা পীজরি :—

| মমিং | মহকুমা | মমিং | মহকুমা |
|---|---|---|---|
| ১। হুংশোং | উখ্রুল | ১২। চতোন | উখ্রুল |
| ২। রিঙ্গুই ভালুংতাং | ,, | ১৩। মোলশাং | তেংনৌপল |
| ৩। তুসোম | ,, | ১৪। চকপী মোলবেম | ,, |
| ৪। কুংপি নাউশেম | চুডাচান্দপুর | ১৫। শামুকোম | ,, |
| ৫। কালিনামৈ | মাও | ১৬। বিষ্ণুপুর চীংনিং | বিষ্ণুপুর |
| ৬। তবুমৈ | ,, | ১৭। নিংথৌখোং খা লৈকাই | ,, |
| ৭। মকুই | সদরহিলস | ১৮। ওকশোংবুং | ,, |
| ৮। বৈতুম খুলেন | ,, | ১৯। ভাইখোং | ,, |
| ৯। দোংস্নুম | ,, | ২০। চবুং কোম্পেণী | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ১০। পুরুল অকুংপা | ,, | ২১। নাউরেম চপ্রৌ | ,, |
| ১১। ভারি খুনৌ | ,, | ২২। সরদার পেটেল ভাকয়েল | ,, |

| মমিং | মহকুমা | মমিং | মহকুমা |
|---|---|---|---|
| ২৩। কোদোমপোকপী | ইম্ফাল ওয়েষ্ট | ৪০। ঈরোং মখা লৈকাই | থৌবাল |
| ২৪। চজিং কাংজৈবুং | ,, | ৪১। ককচিং খুল্লেন | ,, |
| ২৫। লাংজিং | ,, | ৪২। ৱাবগাই লৈরক অচৌবা | ,, |
| ২৬। অৱাং জিরি | ,, | ৪৩। হিয়াংলম মখা লৈকাই | ,, |
| ২৭। ময়াই কোইবী | ,, | ৪৪। ককচিং খুল্লেন চেকপাপাং | ,, |
| ২৮। তেংন্দোংয়ান | ,, | ৪৫। হাউরৈবি ময়াই লৈকাই | ,, |
| ২৯। নীলপদ্ম গারলস | ,, | ৪৬। ৱাঙ্শাবল তেরাখোং | ,, |
| ৩০। লাইরেন কাবি | ইম্ফাল ওয়েষ্ট | ৪৭। নাউরেম লৈকাই | ইম্ফাল ইষ্ট |
| ৩১। খুরাই | ,, ,, | ৪৮। কোঞ্চাক মনিং লৈকাই | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৩২। থৌবাল অথোকপম | থৌবাল | | |
| ৩৩। য়াম্বেম | ইম্ফাল ইষ্ট | ৪৯। শামুকোন | তেংনৌপাল |
| ৩৪। খাবৈশোই | ,, ,, | ৫০। থৌবালখোং | ইম্ফাল ইষ্ট |
| ৩৫। কংলা সিফাই | ইম্ফাল ইষ্ট | ৫১। উরূপ হিন্দু | ,, ,, |
| ৩৬। ক্ষেত্রী | ,, ,, | ৫২। শোইবম লৈকাই | ,, ,, |
| ৩৭। শমরাম | থৌবাল | ৫৩। দেলখাই | চুড়াচান্দপুর |
| ৩৮। ৱাংজিং গারলস | ,, | ৫৪। পাৎপুইমুন | জিরিবাম |
| ৩৯। হাউরৈবি মখা লৈকাই | ,, | ৫৫। শিবপুরীখাল | ,, |

৪। তমেংলোং অমসুং জিরিবাম হাই স্কুল অসিমক মপুং ফানা হাই স্কুল ওইহনখি অমসুং হেড মাষ্টারগী পোষ্ট লৈরমদবস্থ কুম অসিদা হায়বদি খৃঃ ১৯৫৮-৫৯ দা শেমখি।

৫। কুম অসিদা ১৪শুবা সেসন্দা এল পি স্কুল ৯০ থক ক্লাউন্সিলনা লৌশিনখি। মখোয়গী মমিং মখাদা পীজরি :—

১। শাদার	২। ঐরোন থান্না

৩। ৱাঙ্খেম লৈকাই	৪। নম্বুল মপাল গারলস

৫। ভৌবুল	৬। পোইরৌ খোংজিল

৭। বুদ্ধি মঞ্জুরী
৮। পিশুম থোং
৯। ইরোম মৈজ্রাও
১০। মৈতৈ ময়েক
১১। তুলিহল
১২। শেকমাইজিন
১৩। খোইজুমান
১৪। কুম্বি গারলস
১৫। নাচৌ
১৬। ময়াং লাংজিং
১৭। কৈবুল
১৮। পোৎশংবম
১৯। লিলোং চাউবোক
২০। কাইরং
২১। খোংহামপাৎ গারলস
২২। ত্রোংলাউবী
২৩। থাঙ্গা রাংমা
২৪। হরাইরৌ
২৫। ঈথাই
২৬। অরাং লৈবংখ্বী
২৭। নাউরেম থোং মখ.
২৮। ময়াং ইম্ফাল
২৯। শেঙ্গম চিবাং
৩০। সৈত্রন
৩১। নোংব্রং
৩২। কোকচাই
৩৩। উচিরা
৩৪। লফুপাৎ
৩৫। থাঙ্গা মৈরাব
৩৬। কিয়ামগৈ
৩৭। খা শঙ্গেনবম
৩৮। উকপ মাদ্রাসা
৩৯। যুরেম্বম
৪০। রমনী
৪১। ঘডী
৪২। কোম্বৌক্তম
৪৩। পাৎশোই তুলিহল
৪৪। তোপ চিংথা মাদ্রাসা
৪৫। ইরিলবুং
৪৬। কিয়াম য়াংবা তাবা
৪৭। ক্ষেত্রী লৈকাই
৪৮। নেপ্রা কোম্পেণা
৪৯। শম্বুখোং
৫০। তুরেল অহনবা মাদ্রাসা
৫১। বৃন্দপুর
৫২। পাওবিতেক
৫৩। খাঙবোক চেবাপুব
৫৪। মহাত্মা গান্ধী বিদ্যাপিৎ
৫৫। কাংথোকচাও
৫৬। কারাম
৫৭। কৌকাকচাউ মাদ্রাসা
৫৮। চম্পনগর
৫৯। শিহাও
৬০। লৈমন ( উখ্রুল )

৬১। হেংতম ৬২। থিব্রা
৬৩। ধোলাখাল ৬৪। তুসাম
৬৫। সিংতম ( তেংনৌপ্যাল ) ৬৬। তিংকাই খুলেন
৬৭। কাইবুং খুনৌ ৬৮। তিংমুন
৬৯। মাইবা ৭০। পাবম
৭১। মাও পুংদোং ৭২। কোদোম
৭৩। লখমৈ ৭৪। কোৎলেন
৭৫। ছোট বেক্রা ৭৬। খোমুনোম
৭৭। অহম্মাদাবাদ ৭৮। শোকপাউ
৭৯। পাউয়ি ৮০। তাওবোম
৮১। কাংকাপ ৮২। গমহুই
৮৩। রজমৈ ৮৪। খবুং খুলেন
৮৫। খার খুপলেন ৮৬। শাইতু
৮৭। লাইমনাই ( সি সি ) ৮৮। মৌনুখোং কবুই
৮৯। ফোইচিং চিংমাং ৯০। শাপম

৬। ভারত পুম্বদা ৺বাপুজীগী বুনিয়াদি শিক্ষাবু য়াম্না পাম্না শন্দোক্লকপগী ঈচেল অসি নোংপোক চিদাইদা য়োৌশিল্লকখি ময়ম অসিনা অনৌবা বেসিক স্কুল লিংখৎপদা নত্তনা অরিবা এল পি স্কুল কয়াবুসু বেসিক স্কুল ওইনা ওন্থোকখি। কুম অসিনা ওন্থোকখিবা স্কুল খরগী মমিং মখাদা পীজরি :—

১। পোবোমপাৎ এল পি ২। খোমিদোক এল পি
৩। রাবগাই গারলস এল পি ৪। লালাম্বুং ,, ,,
৫। খোংহামপাৎ ,, ,, ৬। চিংমৈরোং ,, ,,
৭। নাউবেম লৈকাই ,, ,, ৮। খোঙাম ,, ,,
৯। পাৎশোই খুনৌ ,, ,, ১০। ময়াং ইম্ফাল ,, ,,

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১১। কোম্বা | এল | পি | ১২। মোদন মোহন | এল | পি |
| ১৩। রাংজিং | ,, | ,, | ১৪। ককচিং রাইরি | ,, | ,, |
| ১৫। ফুবালা | ,, | ,, | ১৬। চণ্ডাংগৈ | ,, | ,, |
| ১৭। থাঙ্গা | ,, | ,, | ১৮। শেকমাই | ,, | ,, |
| ১৯। তুঙ্গাম | ,, | ,, | ২০। তদবী | ,, | ,, |
| ২১। তমেংলোং হেড কার্টর | ,, | ,, | ২২। চান্দেল | ,, | ,, |
| ২৩। সাইকোট | ,, | ,, | ২৪। ওক্রাল | ,, | ,, |
| ২৫। *য়োংফূ | ,, | ,, | ২৬। নম্বসি | ,, | ,, |
| ২৭। ডিবোং | ,, | ,, | | | |

* সভ্য জগত্তা মিংদা অসি পনবা মুংভাইতে হায়দুনা "ল্যোংফূ" হায়না মমৈথংদা রিপোর্ট পীনখি।

৭। কুম অসিদা হায়বদি খৃ: ১৯৫৮-৫৯ দা থাদা লুপা তদং পীরগা থনম্বা স্কুল চৌকিদার ৮২ লৌথোকখি। মী ১গী থা ১গী অনোম্মল মতিক চাদনা পীরগা থমগদবগী শরুকপুদি মথোয় অসি লৌথোক্লগা কাউন্সিলগী গ্রেড ফোর (Grade IV) গী পোষ্ট হাংলকপদা হাপকদবনি হায়বা রারেপ তাখি।

৮। উরবান জুনিওর বেসিক স্কুল অসি খৃ: ১৯৫৫-৫৬ তা মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেশন্না লিংখৎখিবনি। কাউন্সিলনা খৃ: ১৯৫৮-৫৯ দা এম ই স্কুলগী ওজাশিংগী থাক্তা মসিগী ওজাশিংবু থম্বিখি।

খৃ: ১৯৫৮-৫৯ অসি এড়ুকেশন ডিপার্টমেন্টকী ইতিহাসতা মতম কুইনা লৈহৌরগদবা চহিনি। কুম অসিদা ইনস্পেক্টোরেটকী থাক্তগী ডাইরেক্টোরেকী থাক্তা ইড়ুকেশন অফিস অসি থাঙ্গৎখি। খৃ: ১৯৫৮ গী এপ্রিল থাগী তাং ১২ দা শ্রীএস ডি বহুগুণবু ডাই-রেক্টর ওফ ইড়ুকেশন ওইনা হাপ্পীরকখি। মহাক্না সেক্রেটরি অমসুং ডাইরেক্টরগী ফম অনিমক শুপ্না পায়বিরম্মী। মরম অদুনা শিক্ষাগী থবক্তা অপনবা অমতা লৈতনা য়াম্না থুনা পাংথোকপা ঙমখি।

মণিপুরদা ইডুকেশন ওফিস খৃঃ ১৯১০ দা লিংখৎখিবনি। হেক লিংখৎপদগী লৈরকপা ইকজিক্যুটিভ ওফিসাংগী ফমগী মমিং মখাদা পীজরি :—

১। এডুকেশন ওফিস লিংখৎপা খৃঃ ১৯১০—ডি আই ওফ স্কুলস
২। ইনস্পেক্টোরেটকী থাক্তা পুখৎপা ,, ১৯৫০—ইনস্পেক্টর ,, ,,
৩। ডাইরেক্টোরেটকী ,, ,, ,, ১৯৫৮—ডাইরেক্টর ওফ ইডুকেশন

ডাইরেক্টোরেট হেক ওল্লকপদগী চহি অমদা হায়বদি খৃ ১৯৫৮-৫৯ দা ইডুকেশন ডিপার্টমেন্ট (এডমিনিষ্ট্রেশন) না পাংথোকখিব :-

১। চীং অমসুং তমগী খুল মচা মচাদা ওজা ১/১ পীদুনা খুল ২৯ অমসুং লোইশিংগী খুল ৫ দা পুন্না সিঙ্গল টিচর স্কুল ৩৪ লিংখৎখি। মসিগী শেনফম অসি সেন্ট্রেল স্পোন্সর স্কিমদগীনি।

২। এডেড হাই অমসুং এম ই স্কুলশিংগী ওজাগী তলব সরকার ট্রি সিগী ওজাশিংগা মান্নহনখি অমসুং স্কুলগী অচংবা খরচকী ১০০ গী মনুংদা ৯০ গী হিংদা গ্রান্ট পীখি।

৩। ক্লাস থ্রিদগী সিক্স ফাওবা ফ্রি ইডুকেশন পীখি। মফম অসিদা ফ্রি হায়বদি হান্না টিউসন ফি লৌরম্লদু লৌখিদে হায়বদনি, ফ্রি ইডুকেশনমক্তি নৎলমদে।

৪। মণিপুরদা ইহান হানবা ওইনা ওজা ২না ভারত পুম্নমগী ওইবা নেশনেল টিচর এরার্ড ফংখি। তমগী হাইস্কুলগী ওজা শ্রীহৈগ্রুজম নবকান্ত সিংহ মণিপুরগী ইহান হানবা বি এস সি অমসুং চীংগী ফনাং এল পি স্কুলগী হেড মাষ্টার শ্রীসাংহৈ তাংখুল অনিসিনা হায়রিবা মনাসি ফংখি। ওজা অমগী চপচাবা গুণ চেন্নবা মীশক্তদা পীনবা য়ামনা ইকাই খুমনবা মনানি। কুম অসিদা ভারত পুম্নমগী ওইনা মনা ৩২ পীরম্মী। মণিপুরগুম্বা পিক্লবা টেরিটোরি অমনা মনা ২ ফংখিবা এখোয়গী চাউথোক্লচনিংঙাইনি।

৫। অফবা অঙাংশিংবু শেমগৎ-শাগৎনবগী থৌরাং অমা ভারত সরকারনা চহি খরগী মরাংদগী হোনা পাযখৎখি। অসিগুম্বা অঙাংশিংদু খল্লবগীদমক পরীক্ষা ইন্টরভিউ য়াম্না কুপ্প। লৌরম্মী। ডাইরেক্টর ওফ এড্যুকেসননা পাউ অসি হেক লাকপগা মারকুলায় তৌথোক্লুনা অমসুং অফবা অঙাং খরা খনগত্তুনা মখোয়বু পরীক্ষা অতুদা য়াওহনখি। অঙাং অমি খল্লকুনা মেরিট স্কোলারসিপ ফংখি অমসুং পব্লিক স্কুলদা তম্বা ফংজখি। অসিগুম্বা পব্লিক স্কুলশিংদা মচা-মত্ত লাইরিক ওমহনবা হায়বসি নিংথৌ, জমিদার-নচিংবা য়াম্না ইনাক কৈবাক খুনবা মী নত্তনা অতৈনা ওমবা নত্তে। খল্লকখিবা অঙাং ২গী মনুংদা ১দি চংমচা ওইরম্মী।

৬। ডাইরেক্টর ওফ য়ুঠ ওয়েলফেয়ার শ্রীথাংজম মধু সিংহনা ভারত জাতিগী ওইবা স্কুলস গেমস মিটতা লৈবাক মচা অসিগী অঙাংশিংবু অমুক্কং য়াওহল্লিংবসি ফনা কুইরক্লবনি। মকম অহুনা সেন্টর ৯ খায়দোক্লুনা শাম্ন-শোৎনবদা অমগা অমগা তাম্নহন্দুনা মনিপুরগী অঙাং অযাম্বা চহি খরগী মমাংদগী হৌনা শেমগৎ শাগৎখ্রবনি। কুম অসিনা হায়বদি খ: ১৯৫৮-৫৯ দা নিউ দিল্লিদা ৭ শুবা ওল ইণ্ডিয়া ইন্তর স্কুলস স্পোর্টস মিট থোক্লকখি। মিট অসিদা হায়বিবা ডাইরেক্টর শ্রীমধু সিংহ মশামক্তা লুচিংদুনা লৈবাক মচা অসিগী ছাত্রশিংবু য়াওহনখি। মার্চ পাশতা মধু সিংহ মশামক্তা লুচিংদুনা ডিসিপ্লিন ফজনা চৎখি অমসুং মণিপুরগী টিমবু হিরম অসিদা খ্বাইগী মকোক ওইনা খল্লকুনা স্নাগী টকমাল পীখি।

মুং-হুনবা, হমারথে্া অমসুং পোল ভোলতিতসু মণিপুরগী অঙাংশিংনা মকোক ওইখি। মকোক ওইরিবা খুদিংমক স্নাগী টকমাল অমমম মনা ওইনা ফংজখি। মুং-হুনবদা মকোক ওইখিবা শ্রীমাইপাক সিংহ মিট অসিদা মকোক ওইখিবতা নত্তনা ভারতকী রেকোর্ড থুগায়বা ওমজখি অমসুং মামা মণিপুরবু ভারতকী

কাচিন কোয়া য়োনা শোপহনখি। হায়রিবা মিট অসিগী হিরম খুদিংমক পুনশিল্লক্লগা গুনা গুনেগী মতুং ইন্না ৩ শুবা থাক্কা লেপচখি। মীশীং লাখ ৬ লোনদং লৈজবা ভারতকী চিদাইদা খ্বাইনা লৈ হায়বা য়োনা খওবিখিত্রবা মণিপুরনা মী কোটি কোটি লৈশ্রবা অচৌবা ষ্টেট কয়াগা মায়য়োক্লবদা ৩ শুবা থাক্কা লেপ্পা ওমজখিবা উক্ত ডাইরেক্টর শ্রীমধু সিংহগী থবক্কা হৈশিংবদগীনি হায়বাস প্রজা পুম্নমক্কা শোন্নাখ।

হায়রিবা মিট অসিদা প্রধান মন্ত্রি ৺শ্রীনেহরুজীনস্থু মণিপুরগী টিম অসিবু পুক্লিং যাম্না থৌগৎশীবকখি।

৭। ছাত্রশিংগী মন্নুংদা মশাগী ওইজবা থীদনা মীগীদমক মথরাই খুবাক্কা হাপ্পুনা মতেং পাংনবা হোৎনবদা থৌনা ফবগী মনা পীখি। খ্: ১৯৫৮-৫৯ দা ভারত পুম্বগী মনা ১১ খক পীখি। মক্সুগী মন্নুংদা লৈবাক মচা অসিগী নিপামচা ১ গা মুগী ১ গা মনা অমমম ফংখি।

৮। কুম অসিদা এল পি ওজা ৮০ খক জুনিওর বেসিক ত্রেনীং পীখি।

৯। হাইস্কুল লাইব্রেরী চাউখৎহন্নবগী লুপা ৩১,৫২৩ হাই-স্কুল ২৩ দা গ্রান্ত পীখি।

১০। লুপা ৩১,৭১৮ খক হাইস্কুল ২৩ দা সাইন্সকী মচাক মথুম লৈশিন্নবগীদমক গ্রান্ত পীখি।

১১। হাইস্কুল ১০ দা ফার্নিচার গ্রান্ত লুপা ১০,০০০ পীখি।

১২। গ্রেজুয়েট ওজা ১০ বু বি-টি/বি-এড অমসুং বি এড (বেসিক) ত্রেনীং মপান্দা থাদোক্কুনা লৌহনখি।

১৩। ডি এম কলেজদা সাইন্স ব্লোক অমা হাংদুনা সাইন্স ওজা ৬ হাপচিনখি।

১৪। ডি এম কলেজদা সেক্রেটারিয়েল প্রেক্টীস ডিপ্লোমা কোর্স কাওবা হাংখি।

১৫। ডিষ্ট্রিক লাইব্রেরী অমগা অশাংশিংগী লাইব্রেরী ১মুং মিউজিয়মগা পুনবা অমগা রুম অমিদা হাংখি। অদুদা অমসুং অশাংশিংনা মানা মানা পানিবা লাইব্রিক কয়া পাবা ফংজখি।

১৬। আউডিও ভিজুয়েল অফিসারনা রেডিও ২৫ গা গ্রামফোন ২৭ কা লৈত্তুনা হাই অমসুং মিডল স্কুলশিংদা য়েঙ্গোত্তুনা অশাংশিংগী জেনেরেল নোলেজ চাউখৎনবা থৌরাং তৌখি।

১৭। অশাং অমসুং অহল্লা পাবদা কান্নগনবা য়েংত্তুনা বুক কোম্পিটিশন মথল অনি তৌহনখি। অকবা লাইব্রিক থল্লগা ফোংনবা গ্রান্ট অমসুং মনা পীখি। অমুম্‌না থল্লবা লাইব্রিকশিং অত্থু সরকারনা লৈবগা স্কুল, ক্লব অমসুং লাইব্রেরীশিংদা য়েঙ্গোকখি।

১৮। হাই স্কুলগী ওজা ৭ মপান্দা থাদোক্তুনা ফিজিকেল ত্রেনীং হৌহনখি।

১৯। হাইয়ার সেকেণ্ডারি স্কুল লিংখৎপা মানবা গ্রেজুয়েট ওজা ৭ থাদোক্তুনা পোষ্ট গ্রেজুয়েট তমহনখি।

২০। ত্রাইবেল ওয়েলফেয়ার স্কিমদগী চীংগী লমদমদা হিন্দি ওজা ১গা চুমগী ওজা ১গা স্কুল থুদিংগীদমক্তা হাপ্তুনা হিন্দি প্রাইমারি স্কুল ৪০ লিংখৎখি। হিন্দি ওজা অত্থুগী তলবকী চাংনা লুপা ৪০-১-৫০ ইবি ২ ১/২-৬৫ ওইরম্মী অমসুং চুমগী ওজা অদুগীনা লু ৩০-১-৩২ ইবি ১-৪০ ওইখি। মখোয়গী মমিং মথাদা ইজরি :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। থিংহাৎ | ২। কাইলেন | ৩। লমদন |
| ৪। থুমগোংলোক | ৫। তৈশেং | ৬। তাইথু |
| ৭। হানসিপ | ৮। লুংথুল লাংগিল | ৯। চতোং |
| ১০। তোলেন | ১১। লমলোং খুলেন | ১২। লমলোং খুনৌ |
| ১৩। ফিরান খুলেন | ১৪। শন্দং শৈনবা | ১৫। লেম্ব খুল |
| ১৬। থৈয়োং | ১৭। মাইকোংপাট্টি | ১৮। পরেংবাজুংজাং |

১৯। ভাতোল ২০। থ্রুয়েং ২১। চিঙাই
২২। তুসেন ২৩। খাংথুই ২৪। খম্নাং
২৫। পুশিং ২৬। পাউরৈ ২৭। শাইচাং
১৮। মুংশাং ২৯। কম্বিবোল ৩০। লেংলোং (খা)
৩১। লাংখোং খুনৌ ৩২। ওকতান ৩৩। ইমপা
৩৪। মুংগাদাং ৩৫। কক্লোং খুলেন ৩৬। লুবাংলোং খুনৌ
৩৭। থাংবোই পুখ্রি ৩৮। ভম্পাবুং ৩৯। মকেং চে ইনবা
৪০। মাখেল শাজৌবা

২১। হিন্দি সংস্থানশিংগী হিন্দি স্কুল ৪১ দা গ্রান্ট-ইন-এড পীখি। নেশনেল এক্সটেন্সন ব্লোক্সমু হিন্দি স্কুল ৮ দা গ্রান্ট ইন-এড পীখি। হাই স্কুল ২৩ দা লুপা ১০০—২৫০ গী থেন্দা হৌনবা ডি এ গা কোম্বনা ফংবা হিন্দি ওজা ১/১ গী হিসাবতা থম্নবা গ্রান্ত ইন-এড পীখি।

২২। A.C.C. ট্রুপ ৬খক N C C. গী থাক্তা থাঙৎখি।

২৩। স্পোর্টস এসোসিয়েশন ১দা গ্রান্ত পীখি অমসুং হাই স্কুল খরদা কাংজৈবুং শেমনবা গ্রান্ত পীখি।

২৪। সেন্ত্রেল্লি স্পোন্সর স্কিমদগী স্কুল মাতর ১০০ হাপ্পুনা ছাত্রশিংগী লু-হেন্নবা থৌরাং তৌখি। মুপীমচাবু নিতিগী স্কুল কাহন্নবগী দমক মুমিৎ মশীং য়াম্না কাবা ছাত্রী ২৩৬ তা ইটেণ্ডেন্স স্কোলারসিপ পীখি।

## ডাইরেক্টোরেট অফিস

ইনস্পেক্টোরেট ওফিস ওইরম্বদগী ডাইরেক্টোরেট ওফিস হায়না মমিং ওনখিবসি খৃ: ১৯৫৮ গী এপ্রিল তাং ১২ দা শ্রীএস ডি বহুগুণনা ওফিস হেক কাবা মুমিৎ অহৃদগীনি। মহাকনা সেক্রেটরি অমসুং ডাইরেক্তরগী ফম অনিমক শুপ্না পায়বা মরম্না মহাক্কী শক্তি য়াম্না লৈখি। অহৃবু তৌবা ওম্মী হায়হুনা মখাদা

লৈরিবা ওফিসারশিংগী মরা লৌদনা থবক হেক্তা পায়খৎলমদে। থা খুদিংগী ষ্টাফ মিটিং অমমম তৌরম্মী। মিটিং অতুদা মানা পায়খৎনিংবা হিরম অতু এজণ্ডা ওইহল্লম্মী। মাগী ওহোকপা মতুং অমা লৈরম্মী। হিরম অমা পায়খৎপদা য়াম্বদৌরিবা মীশক অতুবু ফজ হেক চোংথোকহনবা ওম্মী। মখনা মতম খরা থবকী অহোবা কয়া মুয়া য়েংশিল্লবগী মতুংদা তাং ১৪। ৬। ৫৮ ইংগী পুং ২ তাবা মতমদা ইহান হানবা ষ্টাফ মিটিং অমা তৌখি। অদিগুম্বা মিটিং অসিদা তাখিবা রাবেপ পুমমক মরী লৈনবা ওফিসারশিংদা থাদোকলম্মী। অমসুং মহাক্না রাবেপ পুমমক পাংথোক্লবা য়াম্না কয়া য়েংশিল্লম্মী। অহানবা মিটিং অতুদা তাখিবা রাবেপ খরা খুদমগী ওইনা মখাদা পীজরি :

১। এ, আইশিংনা মানা মানা পুরিবা লমগী মতুংদা লৈবা থ্রোকী ভি, আইশিংনা মাগী এ আইশিংনা থ্রোকী মিটিংদা তৌরুবা থবক খুদিংমক ভি, ই দা থওহনগদবনি। ভি, ইনা ডিপার্টমেন্টকী হেড অমা ওইনা এডমিনিষ্ট্রেটিবগী থৌনগনি অমসুং ভি আই, শিংনা ভি, ইদা পীনবা মচাক শাংশিল্লুনা লথিগদবনি।

২। ডিপার্টমেন্টকী মেগাজিন অমা থমগনি। মতুগী মমিং কবি থোনসি হায়বতু কোয়া লেপকনি। শিক্ষাগী মরমদা কজবা আর্টিকল, জেনেরেল নোলেজ, তম্বিবগী মওং, হকচাং য়োকখৎনবগী চিজাক, লু-হেয়া স্কুল অমসুং ছাত্র থম্নবা লাক্লবদা ওজাশিংনা পায়খৎলকপা থৌরাং অদিনচিংবা মেগাজিন অসিদা কোংগনি। অদিগুম্বা মচাক অসি ইনস্পেক্টিং ষ্টাফনা থোমজিল্লকনি। ইন্স্পেক্টর বি টি আইগী সুপোরিন্তেণ্ডেনটনা ইডিটরগী থবক পুবিগনি। মমক মীরক্তা মেগাজিন অসি কোংগনি।

৩। (ক) টেরিটোরি অসিগী ছাত্র অয়াম্বদি লাইরবা মচা ওাক্তুনি অমসুং ওজা অয়াম্বনা ট্রেনীং ফংনত্রি। মবম অহুনা ওজা ১ গী ছাত্র অসি ৬০ দা লেপখিসি।

(খ) কৈবাক মচা অসিগী লাইব্রিক ইবা পাবা ওল্বা মীগী চাং অসি সেন্সসকী মতুং ইল্লা চানদা ৭৩ ওইনা কংলে। য়াম্না চাউখৎলবা স্টেট দমগীদমক্তদি হায়রিবা চাং অসি য়াম্না কজরবনি; অসিগী মথক্তা শেলক্ত মরাং কায়না টেক্সিটেন্দরি অসিনা কংগ্রি। মরম অদু। নমতুনা শিক্ষা পীবা হায়বসি চৌজিকমক পায়খৎপা ওনখিরোই।

(গ) উৎকমশং লৈতবনা অযুক, মুংথিল অমসুং নুমিদাংয়াইদা কোভান কোভাংবা থাক্কী নত্রগা মওংগী শিক্ষা স্কুলশং অমতদ, মতম খেন্ন খেন্না পীবা হৌনবে। স্কুলশং শানীংঙাই শেং সত্রিভ্রদা মথং দসি থবা পাকথোক্লা চৎহনবা থৌনাং তৌগনি।

৪। ছাত্রশিংগী পোকপগী তারিখ চুংথোকপদা স্কুল সার্টিফিকেটকা মথং ইল্লা চৎকনি, অতৈ কনিংস্বা অমতদগী চেংথোকপা য়ারে ই।

৫। স্কুলগী ইংখোল খুদিংদা য়াংত্রলস্থ উকম লাংগদবা ট্রেইন্ড পাম্বা, কনাচিংবা থাহুনা স্কুল খুদি নক লৈনবা যুম ১ গী মওংদা তাইনবা শাকনি। মহুনা থাবা বাবা পাম্বী মথৈ ফাবেজ্ঞ ওক্সিসাবদগী লৌবা য়াগনি। অসিগুম্বা থবক অসি পাং-থোকপদা ওজা অমসুং ছাত্রগী মথোন। পুম্নমক মথক্তা ফোংসি হায়না লেপখিবা মেগাজিন অসিদা ফোংগনি। থবক অসি পাংথোকপদা শম্বল খাবা হায়বা রাকম অমা লাকই। হৌজিক হৌজিকীদমক্তি ভায়দিবা পাম্বী অহুগী আকোয়দা শম্বল খানবা পৌবাং তৌখিসি। শম্বল খরদং খানবা মচাক অসিদি ছাত্রশিংগী গার্জিয়না অমসুং ওক্তাশিংদগী দান খর খনদং নীখিসি অসিগুম্বা দান তৌবিদকপা মীওই খুদিংগী মনিং মথা ফজনা ইথোকুনা স্কুলগী ফক্লাংদা চাট অমমম থেৎকনি। ইনস্পেক্টিংটাফ খুদিংমক্তা স্কুল কোম্পাউণ্ড লুনা নাম্না থম্নবা মুম্না য়েংশিনবিগদি। মথংগী লাগই থাদা থবক অসি কয়া য়াম্না পাংথোকপা, ওত্রে হায়বদু রিপোর্ট তমনম পীথৎলক্তদবনি।

৬। হৌজিক লৈরিবা স্কুলগী ফাল মুং অসি থাইনগী নমুনা ওইনা তৌই। মসিনা অঙাংশিংদা মশা ফগৎনবগী মচাক ভমা ওইদ্রে। ভারতকী অচৌ - অচৌবা সহরশিংদা চৎনরিবা ডুয়েল ডেস্ক - বেঞ্চকী নমুনাদা ফাল খরা ইম্ফাল বেসিক ট্রেনীং ইনষ্টিটিউটনা শাহ্না লৈরে। ইনস্পেক্টিং ষ্টাফনা বি টি আইদা চৎলগা ফালশিং অহ্ন য়েংবিরুগনি অমসুং মওং অসি স্কুলশিংদা শীজিন্নবা লাকুবিগনি। অতেকপা ফাল লৈরিমখৈ অমুক হন্না শেম্বগী মহুত্তা ডুয়েল ডেস্ক বেঞ্চ ওহোকপা য়াগনি।

৭। ওজা খুদিংনা ছাত্রশিংগী মপা মমাগা উনহ্নুনা স্কুলদা অঙাংশিংবু যামদ্রবহ্ন খরদং চরা রালহন্নবা থৌরাং তৌগদবনি। চানা, করোক অখিংবা, চেম্পাক, চুগচাক অমসুং ঋতু ঋতুগী চথোকপা উহৈ রাহৈ অসিনচিংবসি চরা রান্নবা চিঞ্জাক ওইনা শীজিন্নবা যাগনি। থবক অসি ভারতকী ষ্টেট অতৈদা ছাত্রশিংগী মপা মমাগা তানহ্ননা য়াম্না নিংথিনা চথরি। ঐখোয়গী ওজাশিংনা থরাই থদং য়াওবিরবদি থবক অসি শোইদনা মঙ্গল ওইগনি হায়বসি ঐখোয়না লৌদবা ঙমদে।

৮। স্যাঙ্ক্‌সনদস শেম্বগী থবক অসি বেসিক ট্রেনীং ইনষ্টিটি-উটকী সুপারিন্টেণ্ডেন্টতা লাহোক্রে। ইনস্পেক্টীং ষ্টাফনা মসিগী মরমদা পীনিংবা মত পুম্নমক সুপারিন্টেণ্ডেন্ট অসিদা পীবিবা য়ানি।

৯। য়ারিমখৈ প্রাইমারি স্কুলগী ওজা হায়দা লম লমচুগী মীশক য়েংহ্ননা হায়্রা কৈ। তমদদি লোকেলমেন কংগ্রবম্ লম্বী থোং থোইনা ফত্তবা নত্তবনিনা থোইনা কাইবা লৈতে। চীংগী খুন্দদি ওজা অয়াম্বা মপান্দগী লাকপনা নম্মি। চীংগী লমদমদা চথোক চৎশিন তৌবদা খুদোং য়াম্না চাদে। মরম অসিনা ম্রাইবেল ওয়েলফেয়ার ফণ্ডদগী চহি খুদিংগী ওজাগী য়ুম ১০/১০ শারিবসি মশাং খয়া হেনগৎনা শানবা মরী লৈনবা ওফিসারদা হায়জগনি।

১০। বেসিক ট্রেনীং ইনষ্টীট্রিউটকী মনাক্তা স্কুল লৈতবনা ট্রেনীশিংগী প্রেক্টীক্স টিচিংদা খুদোং য়াম্না চাদে। প্রেক্টীক্সিং স্কুলগী দরকার লৈবে হায়বসি মেন্থর খুদিংমক্তা উবে। তৌইগুম্বস্থুং মসিগী মরমদা খরদং খন্থবা দরকার ওইরি।

১১। হৌজিক স্কুলশং শাবদা থম্লিবা খরচ অসি হনথবা য়ারোই। অদুগী মথক্তা যুমশা অসি হৌজিকী মতমগা য়াম্না চুনদ্রে। কা অয়াম্বনা মবাক মযুং ইমান মান্নবগুম তৌই। মযুংনা মরাক্তগী শাংবা খরদা ওইববস্থু হেনগদবনি। সেকেণ্ডরি স্কুল মখৈগী শং শাবদা কা খুদিংগী এরিয়া অসি ১৬´×২৪´ নত্রগা ২০´×২৬´কী চাংদা ওইহনবা চুম্মী। চাং ( Ratio ) অসিগী মতুং ইন্না স্কুল অতৈগী কাম্থু তাহন্নবা যেংশিনগদবনি। মরক্কী ফক্লাংমখৈ থ্ুংনা খাদুনা শিলিং থেংহনগনি। অস্থুম তৌববদি কা অমদা অঙাংশিংসা য়াম্না লাংলবস্থু থংনবা কাদা থবক তৌবদা থোইনা কাইহন্দবা য়াগনি।

১২। নিতিগী থবক পায়বা হৌজিকৈদা জাতিগী ঈশৈ শক-হনগদবনি। ইনস্পেক্তিং ষ্টাফনা চথোকপা খুদিংদা মসি তৌহন্নবা অমস্থুং চুম্না শকহন্নবা য়েংশিনবা তাই। পডিও ভিজুয়েল ওফিসারনা ফক্লাংদা থেৎনবা লাই অমস্থুং মেপ্নচিংবা ছাপা তৌ-থোক্লগা স্কুল খুদিংদা রেস্তোক্নবা থৌরাং তৌগনি। জাতিগী ঈশৈ শকপদা চুম্না অমস্থুং মওং তানা শক্নবগী থবক অসিস্থু মহাক্না য়েংশিনবিবা তাই।

১৩। ফোকশোং অসি লোল ৭ তা নত্তনা লোল পুন্নমক্তা লৈম্লিবমখৈ থোমজিন্দুনা পুকৈ চাউহন্নবা থৌরাং তৌবা তাই।

১৪। লিজিন খোৎচিনবা রাৎপদগী অমস্থুং নৈনদবদগী টেরিটোরি অসিগী ওজা অমস্থুং ছাত্রশিংসী জেনেরেল নোলেজ মপুং ফানা লৈবা উদে। মরম অসিনা ওজাশিংনা লাইব্রিক

লাইগু পাশিন্দুনা নিত্তিগী জেনেরেল নোলেজগী মরমদা ৱাহৈ পরেং অমমম ব্লেক বোর্ডতা ইহনবিরগা অঙাংশিংবু মাগী মাগী নোটবুক্তা শিলহনবিহ্না খঙহন্নবা লাক্লগনি। এ র্ডি ওনম্নু জেনেরেল নোলেজগী মরমদা চার্ট কয়া পুথোক্কুনা অঙাংশিংবু লায়না খঙহন্নবা থৌরাং পায়থংকনি। ইনস্পেকটিং ষ্টাফনা স্কুল অমুগী ওজাশিংনা ছায়রিবা জেনেবেল নোলেজগী ৱাহৈ পবেং ১/১ নিত্তিগী পীরিবরা ছায়বত্নু য়েংশিনগদবনি।

১৫। মতিক চাদনা থাগী লুপা ৩ দং পীবা চৌকিদার থমগদবগী শরুকপুদি এল পি স্কুলগী হেড পন্ডিততা পীথোক্লগা অঙাংশিংবু পালি নাইনা চৌকিদারগী থবক পুহল্লবদি মথোয় মশা মশাগী দায়িত্ব মশক খঙজরকনি। শেল অতুনা স্কুলগী শম্বল থাবা অমস্তুং শাম্নপোৎ থৌরাং তৌবিবদা শীজিন্নবনা ছাত্রশিংগী গুইজবা থেনগনি।

১৬। ডিপার্টমেন্টকী অল্-অকাই লাকপদা শীজিন্নবা ক্লিপ ২ দংদি থম্মিদবা য়াত্রে। মসিগী মরমদা এডমিনিষ্টে্রসন্দা ডিপার্টমেন্টনা তাইনক্সম থোকই।

১৭। ওজাশিংবু ট্রেনিং পীবসি মফম হেং হোংহুনা চথরবদি স্কুলগী থবক ক'য়হন্দনা চথব য়াগনি। ডি ৱাই ডবলিউনা মায়কৈ অমোমদা থবক চথনবা য়েংশিনবিগনি।

Sd/ S. D. Bahuguna
Director of Education,
Manipur Administration

—:(O):—

## প্রাইমারী এডুকেশন

প্রাইমারি এডুকেসন অসি ডি আই অমসুং এ আই শিংগী মখাদা লৈরম্মী। ডাইরেক্টর ওফ এডুকেসনদা স্কুল রিকোগ্নাইজ তৌবা, ওজাশিংবু ট্রেনিং পীবা অমসুং টেরিটোরি অসিগী মসুংদা এডুকেসনগী ষ্টেণ্ডর থমন্নবা য়েংশিনবিরম্মী। কাউন্সিলগী স্কুল পুম্নমক্কী শাসন্না প্রিন্সিপাল ওফিসারনা পুখিরম্মী।

### ক্লাস স্কিম

প্রাইমারি স্কুলদা ক্লাস A, B; I, অমসুং II লৈরম্মী। মিডল স্কুলদনা ক্লাস III দগী VI ফাওবা লৈরম্মী। ক্লাস III নত্রগা VI ফাওবদা লৈবগদি প্রাইমারি স্কুল ওইনা চিংলম্মী। তৌইগুম্বসুং ক্লাস V ফাওবত্তবু লৈবা স্কুল অদুদি মিডল স্কুল ওইনা চল্লম্মী।

হাই স্কুল ওবগনা ক্লাস III দগী X ফাওবা লৈরম্মী। থর অমনা ক্লাস V ওগী নত্রগা VII দগী X ফাওবা লৈখি। তৌই-গুম্বসুং ক্লাস X যৌদ্রবসু VII দবু লৈববদি স্কুল অদু হাই স্কুল ওইনা মশীং চনখি।

### প্রাইমারি স্কুল

চহী ১৯৫৮-৫৯ দা গোবর্ণমেনট স্কুল ৭৩, টিসি স্কুল ৫৭৩, এডেড ২৯৪, প্রাইভেট ২৮৭ লৈখি। কুম অসিদা টী, সি-না স্কুল য়াম্না লৌশিনখিবনা প্রাইভেট স্কুল মশীং য়াম্না হন্থখি।

### ছাত্র

কুম অসিদা নিপামচা ৬৫,৯৮৯ অমসুং নুপীমচা ৩২,৯৭৪ শুখি। ওনখিবা চহিদা নিপামচা ৫৮,৪৬১ অমসুং নুপীমচা ২৩, ৪৬০ লৈরম্বনি। অত্তাংশিং অসিগী অয়াম্বা শরুক্তি ক্লাস A

অমসুং B দা লৈরি। ইণ্ডিয়া গোবর্ণমেনটকী ফিরেপ্তা প্রাইমারি স্কুলদা তমগদবা অঙাংশিংগী চহিদি ৬ তগী ১১ ফাওবগী মসুংদনি। অদুগা তমগদবা ক্লাসনা I দগী V ফাওবনি। ক্লাস V ফাওবগী ছাত্র পুম্নমকপু চহি মতাং অদুদা লৈবা ছাত্রনি হায়না লৌবিখি। মরম অদুনা, মণিপুরগীদমক চহি ৫ গী থৌরাংদা প্রাইমারি স্কুলগী চাকথুং য়াম্না পীবকখিদে।

ডাইরেক্টর ওফ ইড্‌কেশনগী মণিপুরগী তমগী মসুংদা থোই-ৎ তকপদি সহর অমসুং সহরগী মনাক্তা লৈবা লমদমদা চহি ৬ কী মথাদা লৈবা অঙাং য়াম্না লাইরিক তম্মী অমসুং চীংনচিংবা লমদম অয়াম্বদং চহি ১১ দগী হেনবা অঙাং য়াম্না তম্মী হায়বসি শুগায়না ইদুনা খঙহনখি। অদুগা মণিপুরগী মীশীং অসি খৃ: ১৯৫১ গী সেন্সসকী মতুং ইন্না লেপ্পসি চুমদবগুম উরম্মী, লানগী মতুং অসিদা চৈশিং চৈচাউগুম মীশীং অসি হেনগৎপা মাল্লি অসিনচিংবা ভারত সরকারদা নিংথিনা ইগ্রবা মতুংদা মণিপুরগী চাকথুং মতিক চানা পীরকখি। থাক্লেশেংবমকসু ক্লাস A অমসুং B গী অঙাং অয়াম্বদি প্রি প্রাইমারি ক্লাসতা তমগদবনি। তৌ-ইগুম্বসুং টেরিটোরি অসিদদি প্রি-প্রাইমারি স্কুল অসি মোন্টে-সোরি স্কুল অমা নত্তনা অতৈ লৈরমদে। চহি ৫ গী থৌরাংদা প্রি-প্রাইমারিগীদমক প্লান তৌবদা য়াওদে হায়দুনা প্রাইমারি স্কুলদা তম্লিবা চহি ৬ কী মথা অমসুং ১১ দগী হেনবা অঙাং-মখৈ ভাম্বোকপা ভাম্নবদি শোয়দনা আন্দোলন অচৌবা অমা থোক্লকপগী য়াফম তরং তরংনা উনখি। মরম অদুনা হাল্লগী প্রথা অসি করিমতা কায়দনা চথখি।

তমদদি ওজা অমগীদমক থুংলিবা অঙাং মশীং অসি হেল্লম্মী তৌইগুম্বসুং চীংদদি য়াংলম্মী। অঙাং য়ামদে হায়দুনা ওজা ইগী পীত্রবদি লাইরিক তম্বগী য়াফম অসি থোক্তবনা চীংদা অঙাং মতিক চানা তমত্রবসু ওজা পীরম্মী। চীং-তম অনিমকী ছাত্র

পুনশিন্নকপা মতমদা ওজা অমগী থ্ংক্ষম থোকপা অঙাং মশীং অহু ষ্টেট অতৈগীদা ওইবা মশীংদগী থোইনা হন্থখিদে। ভারতকী ষ্টেট অতৈদা প্রাইমারি ইড্‌কেসন অসি কম্পলসরি ওইনরম্মী। মণিপুরদদি য়াকম অসি পায়থৎলমদ্রি। চহি খুদিংগী স্কুল মশীং হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না অঙাংশিংম্ন মথং মথং তমজরক্কনি হায়বসি থবক পুরিবশিংগী য়াখল ওইখিবম্মী। য়াখল অসিগী মতুং ইন্না চহি খুদিংগী স্কুল লিংথৎপদা স্কুল লৈতবা মফম য়ান্না য়ুন্না য়েংশিনখি।

## ওজা

কুম অসিদা প্রাইমাবি স্কুল ওজা নিপা ৩১৮৭ অমস্থং মুপী ১১২ লৈরম্মী। মথোয অসি করম করম্না মথলগী স্কুলশিংদা লৈখিবগে হায়বহু মখাদা উচ্চরি.

| | খৃঃ ১৯৫৭-৫৮ | খৃঃ ১৯৫৮-৫৯ |
|---|---|---|
| গোবর্ণমেণ্ট স্কুলদা ওজা | × | ১১৪ |
| টি, সি, ,, ,, | ১৩৮৬ | ১৯১৪ |
| এডেড ,, ,, | ৫৯১ | ৭১০ |
| প্রাইভেট ,, ,, | ৫১৩ | ৫৬১ |
| মোট | ২৪৯১ | ৩২৯৯ |

## প্রাইমারি ওজাগী তলব

ত্রেনীং ফংবা মেত্রিক নত্তবা ওজাশিংনা পুপা ৩৫-১-৪০-ই-বি ১-৪৫ অমস্থং ত্রেনীং ফংদবনা লুপা ৩০-১-৩৫ ই-বি ১-৪০ গী চাংদা ফংনরম্মী। স্কেল অসিগী মথক্তা লুপা ৩০ কাওবগী মহুংদা তলব ফংবা মীনা চামদা লুপা ৪০ গী চাংদা লুপা ৬ অমগা হাপচিন্নগা এলায়েন্স ওইনা পীরম্মী। চীংদা ওজা ওইবশিংদি

তলবকী মথক্তা লুপা ১০০ গী মথুংদা লুপা ২০ গী বিসাবতা এলাও-য়েন্স পীরম্মী। অতুগী মথক্তা থাগী লুপা ১০/১০ গী চাংদা থা মতাংথক নিংথম থাগী এলাওয়েন্স পীরম্মী। এডেড অমসুং প্রাই-ভেট স্কুলগী ওজাশীংগীদমক অকক্কবা তলবকী চাং লৈরমদে। এডেড স্কুল ওজা অমনা চাংচত্তা থাগী লুপা ১৩ অমসুং প্রাইভেট স্কুলগী ওজা অমনা লুপা ১১ ফংনরম্মী।

## খরচ

কুম অসিদা টি সি না স্কুল য়াম্না লৌশংখিবনে অমসুং এডমিনিষ্ট্রেশন্না সিঙ্গল টিচর স্কুল খরা লিংখৎখিবনে লুপা ১৬, ৮৫,৪৯৯ খরচ তৌখি। ওনখিবা চহিদা প্রাইমারি স্কুলদা লুপা ১২,২৮,০৭৯ দা খরচ তৌরম্বনি।

## স্কুল চৌকিদার

প্রাইমারি স্কুল খরদা চৌকিদার হাপ্লম্মী। ইন্ডিয়ান ইউ-নিওন্না তিত্রিতৈদা চৌকিদারশিংনা এলাওয়েন্স য়াওনা থাগী লুপা ২৫ ফংনরম্মী। তৌইদুনসুং মণিপুরনা ইন্ডিয়া ইউনিওন্দা তিল্লবদা চিফ কমিসনারনা চৌকিদার অসি স্কুল খুদিংমক্তা থম্না নত্তে অমসুং খরা লৈরিবশিংদা লুপা ২৫ পীবসু য়ামল্লি হায়দুনা মখোয়গী তলব অসি লুপা ৩ দা হস্থনখি। চৌকিদার অয়াম্বনা থাগী লুপা ৩ দা থবক পায়রু হায়বা য়াখিদে। চৌকিদার ১৫ খক্তদি লৈবাক্তী সৈবানি হায়না খল্লুনা লুপা ৩ দা ওইরবসু থবক মথু অথুম পায়রখি। খুলগী লুপা ৮ ফংবা চৌকিদারশিংদা লুপা ৩ অথু পীদুনা স্কুল চৌকিদারগী থবক অথু শীন্নখি। তৌই-দুনসুং খুনগী চৌকিদারশিংনা থবক অথু পায়রু হায়বা য়াখিদে। মথৈথংদা এল পি স্কুলগী হেড মাষ্টরশিংদা লুপা ৩ অথু পীখোক্তুনা মাখোয়গীদু স্কুল খোঙ হাংবা অমসুং থিংবগী থবক পায়হনখি।

তৌইগদবনুং মতম অসিদা স্কুলশং অয়াম্বা হিন্দি তম্বগীদমক শী জন্নখি। এস পি স্কুলগী হেড মাষ্টর থুদিংমক স্কুল মনাক্তা লৈবা ভাক্তা নৎলমদে। মরম অদুনা হেড মাষ্টরশিংগা হিন্দি ওজাশিংগা থাংজ পুজদুনা চৌকিদারগী থবক অসি চঞখি। মমৈথংদা খৃ ১৯৫৮-৫৯ দদি মশানা থবক পুক্লগনি হায়না থবক তৌরিবা চৌকিদার ১৫ অদুস্ লৌথোকখি।

## সিঙ্গল টিচর স্কুল

খুনমচাশিংদা লৈবা অভাংশিংবু লাইরিক তম্বিনবগী দমক সিঙ্গল টিচব স্কুল লিংথৎপা হায়বসি চহি ৫ গী থৌরাংদা য়াওরম্মী। সেন্ত্রেল স্পোন্সর স্কিমদা হাযবিবা থৌরাং অসি য়াওরম্মী। খৃ ১৯৫৮-৫৯ দা স্কিম অসিদগী সিঙ্গল টিচব ২৯ লিংখি অমসুং লোইগী য়াইফা থৌধাংদগী ল্যোই লমদা সিঙ্গল টিচর স্কুল ৫ সু লিংখি। হায়রিবা স্কুল ৩৪ অসি মণিপুব এডমিনিষ্ট্রেশনদা হায়বদি ডাইবেক্টোরেট ইড়ুকেশনদা লৈখি। টি সিগী মথাদা মখল অসিগী স্কুল অসি ১২৪ লৈখি। এডেড স্কুল ৯৭ অমসুং প্রাইভেট স্কুল ১৩৪ সু ডাইরেক্টোবেটতা লৈখি। মথক্তা উচ্চরিবা স্কুল ৪৫৯ অসিগী মনুংদা ৩২২ না চীংগী লমদমদা লৈখি। ওনখিবা চহিদা ছাত্র ৯,২৮৪ অমসুং ছাত্রী ৩,৩০৮ লৈরম্বদুনা ইংশোক ১৯৫৮-৫৯দা মথংশিৎনা ১২,৫৫১ অমসুং ৫,২০৮ ওখি।

## স্কুলশং অমসুং অতৈ অতৈ

চীংগী অমসুং তমগী ব্লোক এরিয়াদা লৈবা স্কুলশং অসি প্রজা অমসুং সরকারনা তংখাই পুথোকমিন্নদুনা শাখি। ত্রাই-ভেল ডেভেলোপমেন্ট ওয়েলফেয়ার স্কিমদগী ওজাগী য়ুম অমসুং ছাত্রগী হোষ্টেলসু সরকারগা প্রজাগা তংখাই পুথোকমিন্নদুনা শাখি। মসিগী থবক অসিগী চহি ৫ গী প্লান হেক পায়থৎলকপদগী

## অতৈ খরা

খৃ: ১৯৫৯-৬০ দা নেশনেল ওইবা ভারত পুম্বগী রেড ক্রোশ কোম্পিটিশন অমা যোধপুরদা পাংথোকখি। ডাইরেক্টর ওক য়ুথ ওয়েল্‌ফেয়ারনা লুচিংহনা টেরিটোরি অসিগী টিম অমা ইহান হায়া য়াওখি। টিম অসিগী লৈশাবী অমনা ইণ্ডিভিজুয়েল চেম্পিওনসিপ ফংলকখি। আইটেম ময়াম পুন্সিল্লগা ৩শুবা থাক্তা টিম অসি লেপখি। রেড ক্রোশ কোম্পিটীশন হায়বহ্‌ মশক ইথত্ত খওদনা ময়াম্না তৌনবহ্‌ য়েংলগা য়াওরুবদা পিক্লিবা মণিপুরনা অহুমশুবা থাক্না লেপ্না ওমজরকপা অওকপা অমা ওইনা থোকখি।

কুম অসিদা আসাম অমসুং ত্রিপুরাগী এন সি সি ইউনিট খরা মণিপুরদা লাকখি। মণিপুরগী ফার্ষ্ট বেটালিওনগী এন সি সি ইউনিটনা সেবারি (Host) ওইনা কাঞ্চিপুরদা অচৌবা কেম্পিং অমা পাংথোকখি। কেম্পর কেডেটশিংনা ফুট ১৬ পাকপা ফুট ৪ রাংবা লম্বী অমা ফজনা শেম্লম্মী। কেম্পিং অসিদা য়াওখিবা কেডেটশিংগী মমুংদগী মতিক চাবা মীশক খল্লগা নেশনেল ডিফেন্স একাডেমিদা ত্রেনীং পীনবা থারম্মী। টেরিটোরি অসিগী কেডেট ২ খনবহ্‌দা য়াওখি। মণিপুরগী ফার্ষ্ট বেটালিওনগী এন সি সি ইউনিটনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ হায়না লুচিংবশিংনা লৌবিখি। মণি-পুরগী এন সি সি ওফিসার ২বু কামটি (Kamtee) দা প্রি কমিশন ত্রেনীং পীনবা থাখি। মখোয় ২মক এন সি সিগী সিনিওর ডিভিজন আর্মী ঈইংদা কমিশন ফংখি। খৃ: ১৯৬০ গী জান্নুওয়ারি তাং ২৬ তা দিল্লিদা তৌখিবা রিপব্লিক ডে সেলেব্রেসন্দা কেডেট ৬ খক পেরেড য়াওনবা থাখি। মখোয় খুদিংমকপু গ্রূপ কমাণ্ডর ১/১ ওইহন্দুনা পেরেড য়াওখি।

কুম অসিদা স্কুল মিলস ইহান হয়া মণিপুরদা হৌদোকখি। অত্তাংগী মপা মমাগা সরকারগা খরচ তংখাই তংখাই পুমিন্নরগা

স্কুলদা অঙাংশিংবু চরা খর খর রাম্নবা থোরাং তৌখি। চেংপাক, চিনি অঙাংবা, চুং হরাই, চানা অমম্তং শঙ্গোম মপং স্কুলশিংদা য়েনখি। কুম অসিদা স্কুল ৯০ দা স্কিম অসি পায়খৎখি। রুরেল ডেভেলোপমেন্ট ডিপার্টমেন্তনস্থ স্কুল ১৭ তা হায়রিবা স্কিম অসি পায়খৎখি। স্কিম অসিনা অঙাংশিংবু কাবগী চাং য়াম্না ফজহনখি। স্কুল মাডর অমম্তং ওজাশিংনা অঙাংশিংবু চান থক্নবা শেম্বা, য়েনবা অসিনচিংবা থবক্তা শীজিন্নহুনা মীগী সেবা তৌবা তম্বি অমসুং মাগী মাদী ক্লাতিগী চৎনবী মতুং ইন্না ধর্ম্মগী লাই শুক্নহন্দুনা পীজ পীথক তৌরম্মী অমসুং ইস্থেটিক ইডুকেশন পীনবা লাকখম্মী।

কুম অসিদা মেডিকেল ডিপার্টমেন্টনা চাত্র ৯,৯৩৭ পু মশা অক্ক-ফক্ত য়েংবিখি অমসুং মশা ফত্তবশিংবু পীজনবা হিদাক য়েনবিখি। শন্দোকনবা লাইনা কয়াবু থিংনবা হিদাক কাপ্পা, টিকা খাবনচিংবা থোরাং কয়া পায়খৎখি। হাই অমসুং মিডল স্কুলশিংদা ফার্ষ্ট এডকী মচাক মথুম য়েল্লম্মী অমসুং মথোয় অদুবু শাক্তিন্নবা হেনবা নিংথিনা তম্বিবম্মী। অসিনা নত্তনা কোকচিকপা, শাগৎপা অসিনচিংবা অরায় অরায়বা লাইনা থরগী হিদাক খর খরস্থ পাউতাক্কা কোম্নবা স্কুলদা থনম্মী।

স্কুল খুদিংদা ফত্ত হৌদি থাদবম, মসুং অচৌবা অমসুং মচা চঙবম থম্নবা ডাইরেক্টর অফ ইডুকেশননা য়াম্না চোকশিন্না য়েংশিনবিরম্মী। মহাক্না শেল থরদা চঙবা মসুং অচৌবা মথল থমা হৌদোকখি। ঐখোয়গীদমক্তা লাইরবা লমদমগীদমক্তদি মসি য়াম্না খুদোংচাদ্না থোকখি। স্কুলদদা নত্তনা প্রজা অয়াম্বনা মালা হেংদোকখিবা মওং অসি লৌত্থনা মসুং অচৌবা কয়া শানখি। মদুবু মাগী মমিং লৌত্থনা বহুগুণ লেটরিণ হায়না খাইনা থঙনখি।

—:(O):—

## খৃঃ ১৯৬০-৬১

খৃ: ১৯৬০-৬১ ভারত অপুনবগী ২শুবা চহি ৪গী থৌরাং অরোইবা চহিনি। মমাংগী চহি ৪দা পাংথোকহৌদবা থবক কয়া কুম অসিদা পাংথোকখি। ত্রাইবেল ওয়েলফেয়ার স্কিমদা মুম-কৈ, হোষ্টেলনচিংবা শাবনা থিং য়ামখি। শিক্ষাগী শাসনদা মপু অমা নৌনা চোংথোক্লকখি। জেনেরেল ইড্যুকেশন অসি মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেশন অমসুং মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী মখাদা লৈরকপনি। খৃ: ১৯৬০-৬১ দা সহর ময়োন্দা লৈবা জোনষ্টোন স্কুলগী শঙদা মুমিদাংবাইরমগী ওইনা ইম্ফাল নাইট হাই স্কুল লিংখৎলম্মী। ইম্ফাল মিউনিসিপাল্ বোর্ডনা গ্রান্ত ইন এড পীখি। মরম অদুনা হায়রিবা হাই স্কুল অসিগী শাসন বোর্ড অসিগী মথুক্তা লৈখি।

ইম্ফাল মিউনিসিপাল বোর্ড হায়বসি মিউনিসিপাল এরিয়াগী মীখন্দা কারকপা মেম্বর ১২ না শাবনি। খৃ: ১৯৫৬ তা বোর্ড অসিগী ইহান হানবা ইলেক্সন তৌখি। মসিদা কারকপা মীখনশিংগী মপুন্সি খৃ: ১৯৬২ গী মার্চ ৩১ দা লোইখি। ২শুবা মীখন্দদি ইম্ফাল মিউনিসিপাল এরিয়ানা পাকথোক চাংথোক্লকপগী মতুং ইন্না ৱার্ড ২০ গী ইলেক্সন খৃ: ১৯৬২ গী মার্চ ৫০দা তৌখি। মতুং হেক থংনবা মুমিত্তা মতুগী ফল হায়দোকখি। এডমিনিষ্ট্রেশনদা মী ২ অপান্বা খন্দুনা হাপখি। মখোয় ২২ অসি করম করম্বা পার্টিদগীনো হায়বদু মখাদা উচ্চরি :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | কোঙ্গ্রেশ | — ১১ |
| ২। | সোসিয়েলিষ্ট | — ৩ |
| ৩। | প্রজা ,, | — ১ |
| ৪। | ইণ্ডিপেণ্ডেন্ত | — ৫ |
| ৫। | নোমিনেটেড | — ২ |
| | অপুনবা | ২২ |

খৃ: ১৯৬০-৬১দা শ্রীশলাম রাজধন সিংহ বি এনা বোর্ড অসিগী ইক্সিকিউটিভ ওফিসাব অমা ওইনা ইম্ফাল নাইট হাই স্কুলগী শাসন পায়খৎখি।

কুম অসিদা ডাইরেক্টর অমসুং ইনস্পেক্টরদা হোংদোক হোং-জিন অমসুং হাপ্তোক হাপচিন খরা থোকখি। এডমিনিষ্ট্রেশনদা ডি আই (এডমিনিষ্ট্রেশন) গী ফম মুৎথৎখি অমসুং ফম অসি পায়রম্বা শ্রীআর সি ভট্ট চার্জীবু অণ্ডার সেক্রেটরিদা প্রোমশন পীখি। ডাইরেক্টর ওফ য়ূথ ওয়েলফেয়ারগী ফম অসি ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস (ফিজিকেল) হায়না মমিং কোংখি। ইনস্পেক্টর অসিগী মতেং পাংনবা ফিল্ড এসিষ্টেন্ট অমা হাপচিন্দুনা কুম অসিদা এফ এ ২ সুখি।

এম ডি সিদা প্রিন্সিপাল ওফিসারগী মতেং পাংনবা শ্রীমতি সরোজিনী দেবী অমসুং শ্রীদাওজী সিংহবু ডি আই ওফ স্কুলস ওইনা হাপখি।

ইংশোক ১৯৬০-৬১ দা পাংথোকখিবা থবক্কী ময়ুংদা শীংথা-নবা য়াবা থবক খরা মথাদা উচ্চরি :—

১। নিপা মচাগী হাই স্কুল ৮ গ্রান্ট ইন এড পীখি।

২। গ্রান্ট ইন এড ফংবা হুপী মচাগী এম ই স্কুল ১গা নিপা মচাগী প্রাইভেট হাই স্কুল ১গা রিকোগ্নাইজ তৌখি। রিকোগ্নিসন পীবসি (ক) পামে নেত্ত অমসুং (খ) প্রোভিন্সনেল হায়নবা মখল ২ লৈরম্মী। মথাদা খৃ: ১৯৬০-৬১ দা লৈরম্বা স্কুলশিংগী রিকো-গ্নিসন মশক তাক্তুনা উচ্চরি :—

(ক) বিশ্ববিদ্যালয়না পামে নেত্ত রিকোগ্নিসন পীবা।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোন | হাই স্কুল | ইম্ফাল | ওয়েষ্ট |
| ২। | চুড়াচান্দ | ,, ,, | ,, | ইষ্ট |
| ৩। | তোম্বিসনা | ,, ,, | ,, | ওয়েষ্ট |
| ৪। | তম্ফাসনা | ,, ,, | ,, | ,, |
| ৫। | উখ্রুল | ,, ,, | উখ্রুল | |

(খ) বিশ্ববিদ্যালয়গী প্রোভিজনেল রিকোগ্নিসন ফংবা।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | মোইরাং | হাই | স্কুল | বিষ্ণুপুর |
| ২ | চাউয়াইমা | ,, | ,, | থৌবাল |
| ৩। | মাও মারাম | ,, | ,, | মাও |
| ৪। | চুড়াচান্দপুর | ,, | ,, | চুড়াচান্দপুর |
| ৫। | ইবোতোনম্মা গারলস | ,, | ,; | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৬। | শিংজমৈ ,, | ,, | ,, | ,, ,, |
| ৭। | কাঙ্কিপুর | ,, | ,' | ,, ,, |
| ৮। | রেসিডেন্সিয়েল | ,, | ,, | ,, ইষ্ট |
| ৯। | নম্বোল | ,, | ,, | ,, বিষ্ণুপুর |
| ১০। | ৱাবগাই | ,, | ,, | থৌবাল |
| ১১। | ময়াং ইম্ফাল | ,, | ,, | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ১২। | রাজা ডম্বর সিংহ | ,, | ,, | ,, ইষ্ট |
| ১৩। | খা ইম্ফাল | হাই | স্কুল | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ১৪। | আনন্দসিংহ একাদেমি | | | ,, ইষ্ট |
| ১৫। | বিষেনপুর | হাই | স্কুল | বিষ্ণুপুর |
| ১৬। | ককচিং | ,, | ,, | থৌবাল |
| ১৭। | ফেরজোল | ,, | ,, | চুড়াচান্দপুর |
| ১৮। | হেজেলি | ,, | ,, | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ১৯। | নিউ গারলস অমসুং এডল্ট নাইট | ,, | ,, | ,, ,, |
| ২০। | * নীল পদ্ম | ,, | ,, | ,, ,, |
| ২১। | লম্লোং | ,, | ,, | ইম্ফাল ইষ্ট |
| ২২। | শিংজমৈ ঘোইজ | ,, | ,, | ,, ,, |
| ২৩। | চীংঙা মখা | ,, | ,, | ,, ওয়েষ্ট |
| ২৪। | রামলাল পাল | ,, | ,, | ,, ,, |
| ২৫। | সোমদল নিংথলেম | ,, | ,, | ,, উখ্রুল |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৬। | তোল্লোই | হাই স্কুল | উখ্রুল |
| ২৭। | তমেংলোং | ,, ,, | তমেংলোং |
| ২৮। | জিরিবাম | ,, ,, | জিরিবাম |
| ২৯। | মোটবুং | ,, ,, | সদর হিলস |
| ৩০। | কাংপোকপী | ,, ,, | ,, |
| ৩১। | লিলোং | ,, ,, | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৩২। | + সেইলমৎ | ,, ,, | চুড়াচান্দপুর |
| ৩৩। | মোডেল | ,, ,, | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৩৪। | ইম্ফাল নাইট | ,, ,, | ,, ,, |

(১) মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেশন্না ক্লাস VIII কাওবা প্রোভিন্‌জনেল রিকোগ্নিশন পীরগা IX/X হাংহন্নবগীদমক বিশ্ববিদ্যালয়দা ইবিখ্রবা ( Recommend তৌবিখ্রবা ) হাই স্কুল খর লৈরম্মী। মখোয় অসি য়ামদ্রবদা ক্লাস IX দি লৈপ্রবা তাক্কনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | লিরা চংনি | হাই স্কুল | তেংনৌপল |
| ২। | মালোম মেঘ | ,, ,, | ইম্ফাল ওযেষ্ট |
| ৩। | সংসক | ,, ,, | উখ্রুল |
| ৪। | পাউমতা | ,, ,, | মাও |
| ৫। | ফুংয়ার | ,, ,, | উখ্রুল |
| ৬। | নম্বোল গারলস | ,, ,, | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৭। | ওইনাম | ,, ,, | বিষ্ণুপুর |
| ৮। | মৈতৈ ময়েক | ,, ,, | ইম্ফাল ইষ্ট |
| ৯। | লম্লেল | ,, ,, | ,, ,, |
| ১০। | নিংথৌখোং | ,, ,, | বিষ্ণুপুর |
| ১১। | ডোনবোস্কো | ,, ,, | উখ্রুল |

(২) মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেশন্না ক্লাস VIII কাওবা প্রোভিন্‌জনেল রিকোগ্নিশন পীবা হাই স্কুল :

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ককচিং খুনৌ | হাই স্কুল | থৌবাল |
| ২। | কোকিলবন্দ | ,, | বিষ্ণুপুর |
| ৩। | পোপুলার | ,, | থৌবাল |
| ৪। | থাঙ্গা | ,, | বিষ্ণুপুর |
| ৫। | ভেরা গারলস | ,, | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ৬। | শিরারোখোং | ,, | উখ্রুল |
| ৭। | ভোনবোঙ্কো | ,, | চুড়াচান্দপুর |

মথক্তা উংখিব্রা হাই স্কুল ৫৭ অসি মেনেজমেন্তকী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা মওংদা য়েন্থোক্লি :—

## হাইস্কুল মশীং

| মথল | চীং | | তম | | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা — | নিপামচা— | নুপীমচা | নিপামচা— | নুপীমচা |
| কাউন্সিল হাই স্কুল | ৫ | ৩ | ৩ | ৮ | ৩ |
| এডেড ,, | ৬ | ২৩ | ১ | ২৯ | ১ |
| এডেড ক্লাস VIII ,, | ২ | ৫ | ১ | ৭ | ১ |
| মিউনিসিপাল এডেড হাই স্কুল | × | ১ | × | ১ | × |
| প্রাইভেট ,, | +১ | × | × | ১ | × |
| ,, ক্লাস VIII ,, | ৪ | ২ | × | ৬ | × |
| অপুনবা | ১৮ | ৩৪ | ৫ | ৫২ | ৫ |

* নীল পদ্ম হাই স্কুল শেকমাইদা লৈবা সিদ্ধ্যাল কাষ্টশিংগী ৯০% ডিফিসিট গ্রান্ট ফংখনি। + ক্লাস টেন ফাওবা লৈরবা সেইলমৎ হাই স্কুল বিশ্ববিদ্যালয়না প্রোভিজনেল রিকোগ্নিসন পীখ্রবস্থ লোকেল গোবর্ণমেন্টনসী গ্রান্ট ফংলমদে। মসি মিসনরী শেন্না ভশেংনা চলাইবা স্কুলনি।

এম ই স্কুলগী মতাংদসু এডমিনিষ্ট্রেশন কাউন্সিলগী স্কুল মথৌদি পার্মেনেন্ট রিকোগ্নিসন ফংলগী অমসুং অতৈনা প্রোভিজনেল ওইনা এডমিনিষ্ট্রেশনগী রিকোগ্নিসন ফংবা হায়না লৌরগী।

পার্মেনেন্ট রিকোগ্নিসন ফংবা এম ই স্কুল :—

## ইম্ফাল ইষ্ট।

১। খুরাই ২। ৱাংখৈ ৩। লুৱাংশংবম ৪। খুরাই গারলস ৫। শগুসুং ৬। ৱাংখৈ গাবলস ৭। মোইরাং কম্পু ৮। অভোম লরাই ৯। কোংপাল ১০। অৱাং কোংপাল ১১। খোংমল ১২। ইরিলবুং ১৩। খোংমল মংজিল ১৪। পোপুলাব ১৫। লম্লাই ১৬। হৈঙাং কোম্থা ১৭। অজাদ ১৮। খেরগাও ১৯। খুম্রাকপম।

## ইম্ফাল ওয়েষ্ট।

১। তেৰা ২। কৈশামথোং ৩। মোইবাংখোম ৪। ভরোদান ৫। অলাং খুনৌ ৬। শগোলবন্দ গারলস ৭। থাংমৈবন্দ ৮। কাকৈথেল ৯। হৈরাংগোইথোং ১০। থাংমৈবন্দ গারলস ১১। খোংহামপাৎ ১২। রাজোই ১৩। শিংজমৈ গারলস ১৪। হিযাংথাং কুমারী ১৫। লাইফ্রাকপম ১৬। কেশামথোং গারলস ১৭। লমশাং ১৮। জয়হিন্দ ১৯। কাকৈথেল গারলস ২০। তাবুংখোক ২১। বুদ্ধিমজুরী ২২। হাইস্কুল গারলস ২৩। উরিপোক ২৪। সরদার পেটেল ২৫। মাক্লং ২৬। কংজাক্রোংবী ২৭। সরবান জুনিওর বেসিক ২৮। কয়েং ২৯। ইরোম মৈজ্রাও ৩০। সেগারোড ৩১। খাম্নাম মিক্লাই ৩২। থাঙ্গরোইজম ৩৩। হৈগ্রুজম ৩৪। লাংথাব্রাক ৩৫। লুকমাইজিন ৩৬। মস্নাং লাংজিং ৩৭। মুরেজুম ৩৮। খমবুং ৩৯। কালাপাহাড়।

## থৌবাল

১। লাংমৈদোং ২। রাংজিং ৩। শুগ্নু ৪। য়াইরিপোক ৫। আবছ্লালি ৬। ককচিং খুনৌ ৭। থৌদাম লৈশাংথেম ৮। খোংজোম ৯। হৈরোক ১০। খাঙবোক ১১। হাউরৈবী মখা ১২। কৈরক ১৩। রাঙু লাইকম ১৪। ককচিং গারলস।

## বিষ্ণুপুর।

১। ওইনাম ২। থাঙা ৩। কুম্বি ৪। হাউক্রমবন্দ ৫। যুবালা ৬। রাঙু-অহলুপ ৭। শাইতোন ৮। কোকিলবন্দ ৯। লৈমপোকপম ১০। মোইরাং গারলস ১১। নিংথৌখোং।

## প্রোভিজনেল রিকোগ্নিসন ফংবা এডেড এম ই স্কুল।

## ইম্ফাল ইষ্ট

১। পুখাউ ২। অরাং পোৎশংবম পোপুলার ৩। যুম্নাম পাৎলৌ ৪। লংছুম ৫। মৈতৈ ময়েক, খাংজম লৈকাই ৬। তাথেল শগোলবম ৭। নোজেন ৮। বাঁশীখোং ৯। লৈরোংথেল ১০। মোদন মূহন গারলস।

## থৌবাল

১। ককচিং ২। পোপুলার থৌবাল ৩। সোংলোক সেকমাই ৪। এজাং খাংপোকপী।

## ইম্ফাল ওয়েষ্ট

১। ৪গুবা আসাম রাইফল্স ২। মহাত্মা গান্ধী বিদ্যালিপ ৩। হৈরাংগোইথোং গারলস ৪। লেডি আরলম (এরলম) ৫। খোকচোম মধু কৈশামপাৎ।

## বিষ্ণুপুর।

১। ভাইখোং ২। থিম্বুঙ্গ।

## প্রোভিজনেল রিকোগ্নিসন কংবা প্রাইভেট এম ই স্কুল।

## ইম্ফাল ইষ্ট।

১। তরেৎখুন ২। ক্ষেমাবতী শৈজাং ৩। নোথর্ণ কস্মো-পোলিটান ৪। যোইরাং প্রেম ৫। অন্দ্রো।

## ইম্ফাল ওয়েষ্ট।

১। কাংমোং ২। রাহেংবম লৈকাই ৩। থাংমৈবন্দ লিলা সিং খোংনাংখোঙ ৪। হাওবৈবী হিন্দু ৫। কোম্বৌজম ৫। কোঞ্জেং অমু হুইদ্রোম লৈকাই ৭। মতুম ফিবৌ ৮। পল্লিক উংশৌ ৯। উচিরা ১০। লম্বোই খোংনাংখোঙ।

## বিষ্ণুপুর।

১। শাইতোন লমথাবুং ২। কাসিফাই ৩। লৈমরাম

## থৌবাল।

১। ইম্ভরেকা শাপম ২। অবোং ৩। সোরাং ইরেংবন্দ ৪। রাইখোং ৫। মাইবম পল্লি।

## স্থপীগী প্রাইভেট এম ই স্কুল।

| | | |
|---|---|---|
| ১। | শেকমাই তুলসিংহ | ইম্ফাল ওয়েষ্ট |
| ২। | লোইতাং | ,, ,, |
| ৩। | বিষ্ণুপুর | বিষ্ণুপুর |
| ৪। | নিংথৌখোং | ,, |
| ৫। | ব্রহ্মপুর | ইম্ফাল ইষ্ট |
| ৬। | নোংমৈবুং | ,, |

পার্মেনেন্ট রিকোগ্নিসন ফংবা এম ই স্কুল।

## মাও-এম ই স্কুল

১। মাও ২। তুংজোই ৩। পুরুল ৪। পুনানামৈ ৫। ফুবা ৬। থমলোম ৭। লিয়াই ৮। খোংদৈ ৯। পাউমতা ১০। খিংবা ১১। শোলিতোখো।

## মাও-ইউ পি স্কুল

১। উইলোং ২। লাইয়ি ৩। মারাম।

## জিরিবাম

১। নেতাজি এম ই ২। কাইবোক মুনলেন এম ই ৩। বোংমুন এম ই ৪। বোডো বেক্রা এম ই ৫। থিংক্রা ইউ পি।

## চুড়াচান্দপুর

১। থানলোন এম ই ২। পোংতল এম ই ৩। থোংজাং ৩। তুইতেংফাই এম ই ৫। খোইরেন্থাক এম ই ৬। উখা তম্পাক এম ই ৭। হানসিপ এম ই ৮। শগাং এম ই ৯। লাইমনাই কুকি এম ই ১০। শাইকোট এম ই ১১। সুমখোহেন এম ই ১২। ভোলকৈ এম ই ১৩। কাংরাই ইউ পি ১৪। লিংসিফাই ইউ পি ১৫। কাইডোং ইউ পি ১৬। সেনভোম ইউ পি ১৭। থিংকেউ ইউ পি।

## সদর হিলস

১। মোটবুং এম ই ২। কৈথেল মান্বী এম ই ২। কাংথুলোং এম ই ৪। কাংপোকপী এম ই ৫। কাম্‌ চী

এম ই ৬। সাইকুল এম ই ৭। কাংচুপ চীংখোঙ ইউ পি ৮। তুয়াংরাইচোং ইউ পি ৯। মরিং ফুনাল ইউ পি।

## উখ্রুল

১। উখ্রুল এম ই ২। তোলোই এম ই ৩। বোংবা এম ই ৪। শংসক এম ই ৫। শিবারুখোং এম ই ৬। সোমদল এম ই ৭। রাফৈ এম ই ৮। সোদে এম ই ৯। ফুদা এম ই ১০। তাংখুল হুন্দুং এম ই ১১। চীংজরোই এম ই ১২। কচাই এম ই ১৩। নম্বর্সি এম ই ১৪। প্রহাং এম ই ১৫। তুইনেম এম ই ১৬। মকু ইউ পি ১৭। লমলাং ইউ পি ১৮। হুন্দুং ইউ পি ১৯। হুইনিং ইউ পি ২০। আলাং ইউ পি ২১। নিংথি ইউ পি ২২। স্নাকৈথেল ইউ পি ২৩। শিরোই ইউ পি।

## তেংনৌপল

১। লিম্চংনিং এম ই ২। অয়াপুরেল এম ই ৩। বোংলি এম ই ৪। তৌপোকপী এম ই ৫। ম্নাংলেন থিংকাংফাই এম ই ৬। লারোং এম ই ৭। পুরুমতম্পাক এম ই ৮। চকপীকারো এম ই ৯। খোইবু ইউ পি ১০। শিতা ইউ পি ১১। চান্দেল ইউ পি।

## তমেংলোং

১। খংসিলুং এম ই ২। লাংমৈ এম ই ৩। হাওচোং এম ই ৪। দোলাংচিরু এম ই ৫। নমতিরাম এম ই

৬। মঙ্গলোং এম ই ৭। লমদাংমৈ এম ই ৮। থায়োন এম ই ৯। ওইনামলোং ইউ পি ১০। পোনলেন ইউ পি ১১। ওলড তমেংলোং ইউ পি ১২। মুংকাউ ইউ পি।

চীংগী লমদমদা গ্রান্ট ইন এড ফংবা এম ই স্কুল ১৫ গা ইউ পি স্কুল ৯ গা পুন্না ২৪ লৈরম্মী। প্রাইভেট এম ই স্কুল ৩৯ অমসুং ইউ পি স্কুল ২৬ সু কুম অসিদা লৈখি। হায়রিবা স্কুল পুন্নমক লোকেল এডমিনিষ্ট্রেশন্না প্রোভিজনেল রিকোগ্নিসন পীবা ভাক্রনি। মখাদা মখোয়গী ষ্টেটিষ্টিকস অমা পীজরি।

## এম ই অমসুং ইউ পি স্কুল

| | কাউন্সিল—এডেড—প্রাইভেট | অপুনবা |
|---|---|---|
| | তম—চীং তম—চীং তম—চীং | |
| এম ই নিপা | ৭৩—৬৪—১৭—১৫—২৩—৩৯ = | ২৩১ |
| মুপী | ১০— x — ৪— x — ৬— x = | ২০ |
| ইউ পি নিপা | x —১৭— x — ৯— x —২৬ = | ৬২ |
| অপুনবা | ৮৩—৯১—২১—২৪—২৯—৬৫ = | ৩১৩ |

৩। কুম অসিদা নিপামচাগী প্রাইমারি স্কুল ১৯ গা মুপী-মচাগী অমগা জুনিওর বেসিক স্কুল ওহোকখি।

৪। এডমিনিষ্ট্রেশন্না সিঙ্গল টিচর স্কুল ১৪৫ লিংখৎনবা অমসুং ওজা হাপ্পবা থৌরাং লোইরগা কাউন্সিলদা লাহোকখি। কাউন্সিলনা য়াম্না থুনা স্কুল ১৪৫ চু লিংখৎখি।

৫। ট্রাইবেল ওয়েলফেয়ার ফণ্ডগী হিন্দি প্রাইমারি স্কুল ৪০ থক চীংগী লমদমদা লিংখৎখি। মসিগী মমাংদা মথক অসিগী স্কুল ৪৯সু চীংগী লমদমদা খ: ১৯৫৮-৫৯ দা লিংখৎত্রবনি।

৬। এডমিনিষ্ট্রেশন্না নিপামচাগী প্রাইমারি স্কুল ২৬ অমসুং মুপীমচাগী ১৬ রিকোগ্নিসন পীখি।

৭। ওজাশিংগী জুনিওর বেসিক ট্রেনীং ইনষ্টিটউট ১/১ উখ্রুল অমস্তুং ককচিংদা লিংখৎখি।

৮। আদিম জাতি টেক্নিকেল ইনষ্টিটিউট অসি খৃ. ১৯৫৬-৫৭ তা সিঙ্যুল কাষ্ট অমস্তুং ত্রাইব মচাশিংগীদমক্তা লিংখৎখিবনি, জাত্রি অতৈগী অঙাং অমতা লৌরমদবনি। কুম অসিদগী হৌনা হিন্দুমচা নিপামচা ১৬ লৌবা হৌখি। মতুংদদ্ হিন্দু মচা লৌবা য়ানবা থৌবাং তৌখি। সিড্যুল কাষ্ট অমস্তুং ত্রাইবকা অঙাংশিংবু হোষ্টেলদা লেম্না লৈহল্লম্মী। শেল খবদং থাগী ওইনা লোবগা আদিম জাতি আশ্রম্না অরাংপা খরচ হাপচিন্দুনা পীজ-পীথক তৌনবা থৌবাং তৌবম্মী। টেক্নিকেল ইনষ্টীটিউট অসিদা নত্রনা শাশ্রম অসিনা হাইস্কুল কয়াগী হোষ্টেল্দা লৈবা ছাত্র অমস্তুং ছাত্রী-শিংবু থাগী লুপা ৫ দং পীহল্লগা পীজ-পীথক তৌবম্ম। থৌবাং অসি হৌখিবা চহিদগী হায়বদি খৃঃ ১৯৫৯-৬০ দগী হৌনা তম্বুবং, লিরাচংনিং অমস্তুং চুড়াচান্দপুরদা লৈবা হাই স্কুলগী হোষ্টেলশিংদা পায়খৎখ্রবনি। কুম অসিদা মোটবুং হাই স্কুলগী হস্টেলদা হায়রিবা থৌরম অসি শন্দোক্লকখি।

৯। ইণ্ডষ্ট্রী ডিপার্টমেন্টনা ত্রাইবেল ওয়েলফেয়ার স্কিমকপ্লগী অমস্তুং জেনেরেল বজেটকী ফণ্ডদগী ইণ্ডষ্ট্রী স্কুল য়াম্না লিংখৎখি। কুম অসিদা হায়রিবা মখলগী স্কুল অসি ১৭ সুখি। মখোয়গী অকুপ্পা মরোল মখাদা পীজরি :

(ক) ত্রাইবেল ওয়েলফেয়ার স্কিমগী ফণ্ডদগী :

১। চান্দেল ফিশাশঙ ২। চান্দেল উশুশঙ। ৩। তম্বুবি উশুশঙ ৪। তমেংলোং উশুশঙ। ৫। উখ্রুল ফিশা-শঙ ৬। চুড়াচান্দপুর ফিশা-শঙ।

(খ) ইণ্ডষ্ট্রিগী জেনেরেল থক্কেটকী ফগুদগী :

১। আই টি আই ২। ফিতু শঙ থৌবাল ৩। ফিতু-শঙ মাও-মরাম ৪। ফিতু-শঙ উখ্রুল ৫। উগু-শঙ ইম্ফাল ইষ্ট ৬। উগু-শঙ জিরিবাম ৭। য়োংগু-শঙ—ইম্ফাল ইষ্ট ৮। য়োংগু-শঙ চুড়াচান্দপুর ৯। পয়া অমসুং লিগু-শঙ চুডাচান্দপুর ১০। পয়া অমসুং লিগু-শঙ থৌবাল ১১। আর্টস, ক্রাফটস অমসুং কোটেজ ইন্দষ্ট্রী থৌবাল।

মথক্কী ইণ্ডষ্ট্রি স্কুল ১৭ অসিগী মনুংদা এ টি আই স্কুল অসিনা ট্রেড খিৎ য়াম্না তম্বি অমসুং ছাত্রস্ন খিৎ হেন্না তম্বা। মনুংদা তম্বা ট্রেড, ছাত্রনচিংবগী হিসাব অমা উচ্চরি।

| ট্রেড মমিং | —ছাত্র | —পরীক্ষা থাবা | —পাশ তৌবা |
|---|---|---|---|
| ১। য়োং-শুবা | ৩৩ | ৬ | ৪ |
| ১। উ-শুবা | ৪৬ | ৮ | ৭ |
| ৩। লম ওনবা | ৩৫ | ৪ | ৩ |
| ৪। ড্রাফটসমেন | ৫০ | ৭ | ৬ |
| ৫। ফিটিং | ১৫ | × | × |
| ৬। ইলেক্ট্রিক্সিয়ান | ৫ | × | × |
| অপুনবা | ১৮৪ | ২৫ | ২০ |

হায়রিবা আই টী আই অসি ভারত গোবর্ণমেন্টকী রিসেটলমেন্ট অমসুং এমপ্লোইমেন্টগী ডাইরেক্টরগী পাওতাক মতুং ইন্না থবক থৃদিংমক চৎখি। ডাইরেক্টর অসিগী পাউতাক মতুং ইন্না পাস তৌরিবা ছাত্র অসি শিল-শঙ (কারখানা) শিংদা প্রেক্টীকেল ট্রেনীং য়াওহনবা য়ানবা প্রোভিজনেল সার্টিফিকেট ১/১ পীখি। তশেংবা নেশনেল ট্রেড সার্টিফিকেট (N. T. C.) দি কারখানাগী ট্রেনীং লোইরগা পীখি। কুম অসিদা ফিটীং অমসুং

ইলেক্ট্রিক্রিয়ান হায়বা বিষয় অনি অসি হাপচিনখিবনি অমসুং মতুংগী চহিদা ডাইরেক্টর অসিনা ষ্টেনোগ্রাফর অমসুং ওয়েলডিংগী বিষয় হাংনবা থৌরাং তৌবিখি।

১০। কুম অসিদা এগ্রিকলচর ডিপার্টমেন্তনা লম্ফেল পাৎতা লৌউবগী স্কুল অমা লিংখৎখি। মেট্রিকুলেশন পরীক্ষা পাশ তৌবা মীওইশিংবু তমহন্নবনি। সিদ্ধ্যল কাষ্ট অমসুং ত্রাইবশিংদি অশুাবমেত্রিকসু তম্বা য়াবম্মী। ছাত্র খুদিংমকপু লৌকম মচেৎ ১/১ পীদুনা প্রেক্টীকেল বিষয় নিংথিনা পাংথোক্লবা থৌরাং তৌই। চহি অমগী কোর্শনি। পাশ তৌবশিংবু সার্টিফিকেট পীরম্মী।

১১। মেডিকেল ডিপার্টমেন্টনা কুম অসিদা ঔজিলিয়ারি/নর্শ/মিড ৱাইফ ট্রেনীং স্কুল অমা ডিপার্টমেনটকী থবক পুরিবশিংবু শুজা ওইহন্দুনা লিংথৎখি :

১২। কুম অসিদা মখাদা ইরিবা বিষয় খরসি তম্মুনবা মপান্দা ছাত্রশিংবু থাখি -

## ওভর্সিয়ার ডিপ্লোমা কোর্শ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | মেকানিকেল | — | ২ ছাত্র |
| ২) | সিভিল | — | ১২ ,, |
| ৩) | ইলেক্ট্রিকেল | — | ৪ ,, |
| | অপুনবা | | ১৮ |

## মেডিকেল

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | এম বি বি এস | — | ১০ |
| ২) | হেলঠ ভিজিটর | — | ২ |
| | অপুনবা | | ১২ |

## এগ্রিকলচর।

১) বি এস সি ( এগ্রিকলচর) —২০
২) পোষ্ট গ্রেজুয়েট — ২
৩) সোইল কোঞ্জরভেসন — ৩
৪) ইন্টিগ্রেটেড এক্সটেন্সন ট্রেনীং — ২

অপুনবা ট্রেনী —২৭

## জেনেরেল ইডুকেশন

পোষ্ট গ্রেজুয়েট ৩৯

## ইঞ্জিনিয়ারিং

১) বি ই সিভিল ১৫
২) ,, ,, ইলেক্ট্রিকেল ১০
৩) ,, ,, মেকানিকেল ৫
৪) ,, ,, মেটালরজি ১
৫) ,, ,, মাইনিং ১

অপুনবা ৩২

১৩। কুম অসিদা প্রাইমারি ওজাশিংগী তলব হোংদোকপীখি। গ্রাণ্ট ফংবা এডেড প্রাইমারি ওজাশিংদগী শেমদোক্লকপা তলবকী চাং অছুদা পীখি।

| | ছাক্লগী তলব | শেমদোক্লকপা তলব |
|---|---|---|
| ক) ট্রেনীং ফংদবা মেট্রিক মথা | লু: ৩০-১-৪০ | লু: ৪০-১-৬০ |
| খ) ট্রেনীং ফংবা ,, ,, | ,, ৩৫-১-৪৫ | ,, ৫০-১-৬৫ |
| গ) ট্রেনীং ফংবা মেট্রিক | ,, ৩৫-১-৪৫ | ,, ৫৫-১-৭০-২ ১/২—৭৫ |
| ঙ) ট্রেনীং ফংদবা মেট্রিক | ,, ৩৫-১-৪৫ | ,, ৫০-১-৬৫ |

১৪। ত্রিবান্দ্রম অমসুং ইন্দোরদা পাংথোকখিবা ৬শুবা নেশনেল স্কুলস গেমসতা মণিপুরগী হাই স্কুল ছাত্রশিংসু য়াওখি। মখোয়না লুপাগী মেডল ১৯ গা ব্রোঞ্জগী মেডল ১১গা ফংলকখি। অমসুং ভারত পুম্বগী মনুংদা মঙাশুবা থাক্তা লেপখি। মতম অসিদা ভারত অসি ইষ্টর্ণ, ওয়েষ্টর্ণ, সাউথর্ন, সেন্ট্রেল অমসুং নোর্থন হায়দুনা জোন মঙা থোক্না খায়দোকলম্মী। ইষ্টর্ণ জোন্দা বিহার, উবিষ্যা নোংচুপ বাঙ্গালা, আসাম, ত্রিপুরা অমসুং মণিপুর য়াওখি। অসুম্না জোন খুদিংগী মনুংদা তারিবা ষ্টেট নত্রগা টেবিটোবি মখে পুন্না শান্নবা মথল খুদিংদা চাং যেংনহনখি। মণিপুবনা ইষ্টর্ণ জোনগী মনুংদা টীম চেম্পিওনসিপ ফংজখি।

১৫। কুম অসিদা যোধপুবদা ওল ইণ্ডিযা রেড ক্রোশ ষ্টডি সেন্তর পাংথোকখি। টেবিটোবি অসিগীসু হায স্কুলগী টীম অমা য়াওকবদা ভারত পুম্বগী মনুংদা অনিশুবা থাক্তা লেপচরকখি।

১৬। হাই স্কুল চর্গী অঙাংশিংবু শিক্ষাগী এক্সকরসন চৎহনখি। কুম অসিগী মনুংদা সোসিয়েল কেম্প ৪ হাংদুনা ছাত্রমশেল মশক খঙনহনবা, সুংশিনহন্নবা অমসুং ইউনিটী পুরক্কবা থৌরাং তৌখি। হুমিদাং ময়াম পুল্লগা মানা মানা হৈজবা রিক্রেসনেল ডান্স, ক্লোকসোং অসিনচিংবা ইন্তরকলচরেল এক্টীভিটীজ কয়া পাংথোকহনখি

১৭। অথন্নবা ফুটবোল শান্নবা হৈবা ছাত্র ৪০ অমসুং বাস্কেটবোল শান্নবা তম্লিংবা ছাত্র ৭৫বু ট্রেনীং পীনবগীদমক মপান্দগী ওজা কৌখি অমসুং মতম শাংনা হিরম অসিদা মখোয়বু নিংথিনা তম্বিখি।

১৮। হাই স্কুল মরিগী ফিজিকেল ওজা ১/১ মপান্দা থাদোকতুনা ফিজিকেল ট্রেনীং লৌহনখি। স্পোর্টস এসোসিয়েসন অমসুং ক্লবশিংদা গ্রান্ত পীথোক্লুনা মপোৎ মচৈ থৌরাং তৌহনজখি।

১৯। মী ১০৩৯ থক ফিজিকেল ইফিসিয়েন্সি টেষ্ট য়াৎখি। মখোয়গী কল মখাদা উচ্চরি:

ক) ষ্টার অমা ক্ষংবা মী ১৪০

খ) ,, অনি ,, ,, ২০০

গ) ,, অহুম ,, ,, ২১০

২০। অঙাং ১ মেরিট স্কোলারসিপ ফংদুনা ভারতকী পব্লিক স্কুলদা তমজখি।

২১। ওরিয়েন্টেশন প্রোগ্রামদা পায়খৎখিবা স্কুল কোম্পাউণ্ডদা খাবা লৈস্নু, হৈপাল উপাল অমসুং অকোয়বদা থাবা শম্বল্লে য়েংবদা মুংঙাইরকখি। স্কুলগী কোম্পাউণ্ডদা থারিবা লৈ-স্নুনা নিংথিনা শাৎলকপদা অঙাংশিংগী মথল্লাই মুংঙাইজখি। অঙাং খুদিংগী ডায়রি থম্বা, বুলেটিন বোর্ড থেৎপা, চুমা নেশনেল ফ্লেগ শাজিন্নবা অমসুং মরম চুম্না অমসুং মরিক চুম্না নেশনেল সোং শকপা স্কুল অয়াম্বদা এডমিনিষ্ট্রেশন্না পায়খৎখি। থবকশিং অসি ফজনা চথবা স্কুলশিংদা মনা মথল ৩ পীদুনা ভাগ্নবগী মওংদা পুন্নরুবা ডি ইনা কল্লা য়েংশিনখিখি।

২২। কুম অসিদা ওজা ৩৬৫ জুনিওর বেসিক ট্রেনীং পীখি। ট্রেনী খুদিংমকপু রিওরিয়েণ্টেশন প্রোগ্রাম নিংথিনা চথহন্দুনা ট্রেনীং ইনষ্টীটিউট খুদিংমকী কোম্পাউণ্ড মথৈ লৈ-স্নু, মনামশীং নিংথিনা থাহন্দুনা মী খাইগী মিৎয়েংফম ওইবদা মতিক চাহনখি।

২৩। হিন্দি ওজা ২৯ বু ট্রেনীং পীখি।

২৪। গ্রেজুয়েট ওজা অমবু বেসিক ট্রেনীং মপান্দা লৌহনখি অমসুং ডি এম কলেজদা ওজা ২৫ বুসু বি টী ট্রেনীং পীখি।

২৫। ডি এম কলেজদা জিওগ্রাফি বি এ ক্লাস কাওবা থমখি অমসুং বোটনিদা ওনার্স ক্লাস হাংখি। ষ্টেটিষ্টীক্স অমসুং হিন্দি ডিগ্রি ক্লাস য়োনা হাংখি।

ইম্ফাল কলেজদা হিষ্টোরি অমসুং ফিলোসোফি ওনারস ক্লাস হাংখি।

২৬। ডিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরি কুম অসিদা সেন্ট্রেল লাইব্রেরিগী থাক্তা থাঙ্গৎখি।

২৭। পোষ্ট গে্রজুয়েট স্কোলারসিপ কুম অসিদা ৫৮ শুনা পীখি

২৮। অনৌবা হিন্দি স্কুল ১৯ গা অমুক গ্রান্ট পীশিন্দুনা কুম অসিদা গ্রান্ট কংলবা হিন্দি স্কুল ৮১ শুখি।

২৯। লুপা ১০০-২৫০ গী ক্লেলদা তিন্দি ওজা অমগী গ্রান্ট পিখি।

৩০। স্কুল মাডর ২০০ অমুক হাপচিন্দুনা কুম অসিদা মাডর ৩৫০ শুখি।

৩১। মণিপুর ইণ্ডিপেণ্ডেন্ট কোম্পেনীগী এন সি সি কেডেট ৪৬৭ পু মপান্দা পরীক্ষা থাহল্লুই। মখোয়গী মনুংদা কেডেট ৪০৪ পাস তৌরকখি। হৌখিবা চহিত্তুদদি কেডেট ৩৩৬ কা মনুংদা ২৬০ দা পাশ তৌখিবনি।

৩২। চীং অমসুং লোইগী য়াইফ-থৌরাংদা মখাগী থবক খরসি পাংথোকখি।

## চাংগী য়াইফ থৌরাংদা

ক) স্কুল ১২০ দা নেশনেল ডে পালন তৌখি।

খ) কম্যুনিটী সেন্তর ১ হাংখি।

গ) ফর্নিচর ফগৎনবা গ্রান্ত স্কুল ৪০ দা পীখি।

ঘ) সোসিয়েল কেম্প অনি পাংথোকখি।

ঙ) চীংগী সমারোলা অফবা লাইরিক ৩০ কোংনবা গ্রান্ট পীখি।

চ) স্কুল য়ুম ৩১ শাখি।
ছ) হোষ্টেল ৯ ,,
জ) ওজাগী য়ুম ১৬ ,,
ঝ) স্কুল য়ুম ৯ প্যাকথোক চাউথোকহনখি।

## লোইগী য়াইফ থৌরমদা

ক) এল পি স্কুল য়ুম অমা শাখি।
খ) এম ই ,, ,, অনি ,,
গ) হোষ্টেল অমা ,,
ঘ) ওজাগী ,, মরি ,,
ঙ) খুল ৭ তা নেশনেল ডে পালন তৌহনখি।
চ) এডল্ট লিটরেসি সেনটর ৭ হাংখি।

চহি খুদিংগী লোই অমসুং চীংমীশিংগী স্কুল অসি তোপ্পা উৎচগদববু লমাই য়াম্না চংখিবা তারে হায়দুনা থাদোকচখরে। অনিশুবা চহি মগাগী অরোইবা চহি খৃঃ ১৯৬০-৬১দা মখোয়গীদমক টেরিটোরি অসিদা লৈখিবা স্কুলগী হিসাব মখাদা উৎচরি। মতাং অসিদা মণিপুরদা হুপীগী স্কুল কয়া লৈরে হায়বসু খঙনবা হাপচিল্লরে।

### তঙ্কমশঙ

| মথল — মণিপুরগী অপুনবা | | | অপুনবগী মনুংদা য়াওখিবা হুপীগী | লোইগী | চীংগী |
|---|---|---|---|---|---|
| এল পি | স্কুল | ১,১৬৭ | ১৫২ | ৬ | ৫৪৩ |
| সিজ্জল টিচর | ,, | ৩০২ | ৩ | ২১ | ২২৭ |
| জে বি | ,, | ১৬১ | ১২ | ২ | ৫৭ |
| মোণ্টেসোরি | ,, | ১ | × | × | × |

| মখল— | মণিপুরগী অপুনবা | | অপুনবগী মচুংদা য়াওখিবা | | |
|---|---|---|---|---|---|
| | | | মুণীগী — | লোইগী — | চীংগী |
| এম ই | ,, | ৩১৩ | ২০ | ৪ | ১৮০ |
| হাই | ,, | ৫৭ | ৫ | ১ | ১৮ |
| কলেজ | | ৩ | X | X | X |
| ডান্স কলেজ | | ১ | X | X | X |
| লো কলেজ | | ১ | X | X | X |
| ইঞ্জিনিয়ারিং | স্কুল | ১ | X | X | ১ |
| ইণ্ডষ্ট্রি | ,, | ১৭ | X | X | ৬ |
| মেডিসিন | ,, | ৩ | ২ | X | X |
| বেসিক ট্রেনীং | ,, | ৪ | X | X | ১ |
| হিন্দি ,, | ,, | ১ | X | X | X |
| ফাইন আর্টস | ,, | ১ | X | X | X |
| সংস্কৃত টোল | | ২ | X | X | X |
| হিন্দি ( সংস্থান ) স্কুল | | ১৯২ | X | ৪ | ২৪ |
| এগ্রিকলচর | ,, | ১ | X | X | X |
| ভেটনরি | ,, | ১ | X | X | X |
| কোওপরেটীভ | ,, | ১ | X | X | X |
| এডল্ট লিটরেসি সেনটর | | ৮৮ | ১৩ | ৭ | ৫৩ |

চীংমী অমদি লোইগী স্কুল হায়না মমিংদা ওইনা পাঞ্জুবগী রাকমতনি। মখোয়গীদমক তোপ্পা লিংখৎপা স্কুল মখল লৈত্রবসু মখোয়না তম্নবগী মকম মশীং লেপথোক্লম্না থম্নবনি। হোষ্টেলসু মখোয়গী লৈকম হাঁয়া পীরগা লৈম্নক্লবা মতমদা অতৈ জাতি থাজিক্তি। তমগী মচিন-মনাওশিংনা মখোয়দি অথাক্সা মকমদগী লাকপনি

হায়বদি মতম পুম্নমক্তা খল্লি থেংনা লাক্লুনা করিগুম্বা হোষ্টেলদা জাতি অতৈনা লৈরম্লবা থোক্লবস্নু মখোয় হেক চঙঙকপদা মখোয়গী-দমক হোষ্টেল থাদোক্কে। শম্না হায়রবদা হোষ্টেল হায়বসি মখোয়গী-দনক্তি হায়না তনশী মচিন-মনাওশিংনা লৌনৈ। ভারতকী মন্থংদা রাজ্য অসিমদি মণিপুরনা অতৈ ষ্টেট অমম্তুং টেরিটোরি পুম্নমক্কী থাক য়াম্না রাংখ্রে।

চান থক্লবগী মতমদা আদিম জাতি আক্রমন' শেল খবদা লৌরগা অরাংপা খরচ মখৈ পুথিবগী রাজ্যশিং মথক্তা পল্লখ্রে। চীংমী অমম্তুং লোইশী য়াইফ থৌরমদা অনিগুবা চহি ৫ গী থৌরাংগী নম্নুংদা মখাদা ইরিবা থবকশিং অসি পাংথোকখি :

| থবক্কী মথোল | | চীংমচাগী | লোইমচাগী |
|---|---|---|---|
| ১। | ওজাগী য়ুম | ৫০ | ১২ |
| ২। | সোশিয়েল সার্ভিস কেম্প | ১০ | ২০ |
| ৩। | কম্যুনিটি সেনটর | ২৫ | ৭ |
| ৪। | স্কুল য়ুম | ৫০ | ৬ |
| ৫। | হোষ্টেল | ৫০ | ১ |
| ৬। | ফর্নিচর শেমগৎলিবা স্কুল | ২৬০ | x |
| ৭। | প্লেগ্রাউণ্ড | ৫ | X |

চীংগী অমস্তুং লৌইগী ছাত্র মশীং অসিবু মণিপুর অপুনবগী লৈরিবা ছাত্রগী ৬০% দি খৃ: ১৯৬০-৬১ দা লৈখি। মখাদা ষ্টেটিষ্টিক্স অমা উৎচন্থি।

| তক্কম শঙ্ | মণিপুরগী অগুনবা ছাত্র |  | অপুনবা ছাত্রগী চাংমী |  | মচুংদা য়াওথিবা লোই |  |
|---|---|---|---|---|---|---|
|  | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা |
| প্রাইমারি/সিঙ্গল টিচর স্কুল | ৫৯,২৭৯ | ৩২,৯৬২ | ২০,১৬২ | ৯,৬৮৪ | ৪৬৬ | ৩০২ |
| জে বি ,, | ৯,৭৯০ | ৪ ২৯১ | ১,৮০৪ | ১,০৪৭ | ৭৯ | ৬৫ |
| মিডল ,, | ১৯,০১৬ | ৬.৫৮৯ | ৫,৩৪৭ | ১,৭১৩ | ২১০ | ৪৯ |
| হাই ,, | ১৮,০৮৪ | ৪,৪৪৩ | ৩,৩৮৫ | ৬১৯ | ১৬৭ | ১০৬ |
| মোন্টেসোরি ,, | ৭ | ৪ | × | × | × | × |
| ডি এম অমস্তং ইম্ফাল কলেজ | ১৭৭১ | ২৪৩ | ১৩৬ | ৫ | ৭ | × |
| মণিপুর কলেজ | ২১৫ | ৪ | × | × | × | × |
| লো কলেজ | ৪৭ | × | × | × | × | × |
| বেসিক ট্রেনীং স্কুল | ৩১২ | ২৩ | ৬৪ | ৬ | ১ | × |
| হিন্দি ,, ,, | ৩২ | ৭ | ৩ | ১ | × | × |
| ইঞ্জিনিয়ারিং ,, | ২১৭ | ৩ | ১২০ | ১ | ১ | × |

| তম্ফম শঙ |  | মণিপুরগী অপুনবা ছাত্র |  | অপুনবা ছাত্রগী মশুংদা য়াওখিবা চীংমী |  | লোই |  |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
|  |  | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা |
| ইণ্ডষ্ট্রি | ,, | ১৪০ | ১২২ | ৯০ | ৯২ | X | X |
| মেডিসিন | ,, | ৪৫ | ৬৯ | ১৭ | ৪২ | X | X |
| ভেটনরি | ,, | ৫৭ | X | ১৫ | X | X | X |
| ফাইন আর্টস | ,, | ৪৯ | ১ | X | X | X | X |
| সংস্কৃত টোল | ,, | ৮১ | X | X | X | X | X |
| এডল্ট লিটরেসি | ,, | ১৭৬১ | ৩৭২ | ১১৮২ | ২৫৮ | ৭০ | ২ |
| হিন্দি | ,, | ৭০৫ | ১৫২ | ১০৫ | ১৭ | ১১ | ৪ |
|  |  | (৯,২৯১) | (১,৪১৭) | (১,৫৭৫) | (১২৭) | (১৯৩) | (৩৭) |
| এগ্রিকলচর |  | ১৩ | X | ৫ | X | X | X |
| কোওপরেটিভ |  | ৫৩ | ৪ | ৪ | X | X | X |

## ক্লাস স্কিম

লোৱার প্রাইমারি অমসুং জুনিওর বেসিক স্কুলদা হায়রিবা A. B. 1 অমসুং II লৈরম্মী। মিডল স্কুলদনা ক্লাস III দগী VI ফাওবা লৈরম্মী। ক্লাস VII দগী X ফাওবা হাই স্কুলগী ক্লাস হায়না কৌরম্মী। তৌইগুম্বসুং মিডল স্কুলদা এল পি ক্লাস তম্বা অমসুং হাই স্কুলদা এল পি অমসুং মিডল ক্লাস তম্বা অঙাং য়াম্না য়াওরম্মী। মরম অসিনা ক্লাস স্কিমগী মতুং ইন্না ক্লাসতা লৈরিবা অঙাং মশীং য়েংলগা খঙবা ঙম্মী। খুদমগী মশক ওইনা মণিপুরদা খৃ: ১৯৬০-৬১ দা এল পি অমসুং জে বি স্কুলদা তম্বা ছাত্র মশীং অসি মথক্তা ১,০৫,৩২২ নি হায়না উৎচল্লে। তৌইগুম্বসুং ক্লাস A দগী II ফাওবদা লৈখিবা ছাত্রদি ১,০৬,৩২২ নি। মরম অসিনা অঙাং ১০০০ ( ১,০৬,৩২২— ১,০৫,৩২২ ) খেন্না লৈবা ফংলে। মখোয় অসি মিডল নত্রগা হাই স্কুলদা তমখিবা প্রাইমারি/জে বিগী থাক্তা লৈবা অঙাংনি।

ভারত গোবর্ণমেনটকী ফিরেপ্তি চহি অমসুং ক্লাসকী মওং মতুং ইন্না চহি ইঙাগী থোরাং পায়খৎখি। মথাদা মতুগী মওং মতৌ অস্থ উচ্চরি :

| চহি | | স্কুল মথল | ক্লাস স্কিম |
|---|---|---|---|
| ৬ | ১১ | প্রাইমারি/জে বি | ,, I দগী V |
| ১১ | ১৪ | মিডল/জু: হাই | ,, VI দগী VIII |
| ১৪ | ১৭ | হাই/হাইয়ার সেকেণ্ডরি | ,, IX দগী XI |

মরম অসিনা ক্লাস স্কিমদা মণিপুরগা ভারতকী ওইবা মওংগা য়াম্না খেন্নরে। চহিগী মতাংদসু খেন্নবা কয়া লৈরে। মণিপুরগী খর চাউখৎলবা সহরগুম্বা মফমদদি য়াম্না নৌনা চহি ৬ কী মথাদা অঙাং কোজাই অমা লাইরিক তম্বা হৌনরি ১সুং চীংখা তময়ানচিংবা

খর শোথহৌবা মক্কমদনা য়াম্না লিবা অডাং য়াম্না লাইরিক তম্মরি। অসুম থাদোকপা য়াদনা লৈখ্রবা চহিগী রাকম অসি ভারত গোবর্ণমেন্তকী প্লানিং কোমিশনগা হোদোক্লরবা ফুংদা টেরিটোরি অসিগী প্লান পায়খৎখি।

## ওজা অমসুং খরচ

কলেজগী ওজাশিংগী মতাংদা ত্রেনীং ফংবা ফংদবগী মরমদা থোইনা য়েংশিল্লমদে। অপুনবা খরচকী অয়াম্বা শকক্তি ওজাগী তলবতা চৎলি হায়বসি মথাগী হিসাব অসি মিৎয়েং তাবিরগনু থম্ভবিগনি:—

### কলেজ

| | মমিং | ওজা | | | ডাইরেক্ট এক্সপেন্ডিচর | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | নিপ্প—ফুপী | | অপুনবা—খরচ— | ওজাগী তলবকী খরচ | |
| ক) | ডি এম কলেজ | ৫৩ | ৪ | রু: | ৩,৫৯,৭১০ | ১,৮৪,৯৫৫ |
| খ) | ইম্ফাল ,, | ১৪ | × | ,, | ৭৭,০৮৭ | ৫৫,৩১৩ |
| গ) | ডান্স ,, | ১০ | ২ | ,, | ১৫,১৩০ | ১১,২০০ |
| ঘ) | মণিপুর ,, | ১৯ | × | | × | × |
| ঙ) | লো ,, | ৪ | × | | × | × |

স্কুল এডুকেশনগী মতাংদা ত্রেনীং ফংবা ওজাগী রাকম অসি য়াম্না থয়ে। মতম অসিদা ত্রেনীং ফংদবা ওজাগী মশীং য়াম্নম্মী। মখোয় পুম্নমকপু ত্রেনীং পীনব। অসি মরিগুবা চহি মত্তাগী থৌরমদগী লোইগনি হায়বসি থাজবা য়াদনা লৈখি। মথাদা চাউরাকপা মওং অমা উঙ্করি।

## স্কুল

| মথল | | অপুনবা ওজ্বা নিপা | অপুনবা ওজ্বা নুপী | ত্রেনীং ফংবা ওজ্বা নিপা | ত্রেনীং ফংবা ওজ্বা নুপী | | অপুনব খরচ লুপা | ওজাগী তলবজ্বা লুপা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| হাই | স্কুল | ৭৫৭ | ৫৯ | ১০২ | ২৪ | নিপামচাগী | ১১,৬৯,৫৩২ | ৯,৬২,৭০৭ |
| | | | | | | নুপীমচাগী | ১,৫৭ ৬৮৩ | ১,২১.১৫৪ |
| মিডল | ,, | ১,২২৪ | ৬৩ | ৭৭ | ১৮ | নিপামচাগী | ১২,৯২,২২৭ | ১০,২৯,৮৪১ |
| | | | | | | নুপীমচাগী | ১,৫৪,৬৮৩ | ১,৩২.২৬৩ |
| এল পি | ,, | ৩,৫৮৬ | ১৭৫ | ২৬৮ | ৫৫ | নিপামচাগী | ২৭,৮৪ ৯৪২ | ২৬,৯১,২৩৭ |
| | | | | | | নুপীমচাগী | ৩,০২,৫৪৬ | ১,৮৭,৭৫০ |
| জে বি | ,, | ৫২৪ | ২০ | ১৩৫ | ৮ | নিপামচাগী | ৫,২৭,৬৫৬ | ৫,০১,০৭০ |
| | | | | | | নুপীমচাগী | ৪৮,০৫৪ | ৫৬,৭৪৬ |
| মোন্তেসোরি স্কুল | | [illegible] | ২ | × | ২ | নিপামচাগী | ৪,০৮০ | [illegible] |

প্রোফেসনেল স্কুল মখোগী ওজাশিংগীদমক্তা তলবতা শেল পংচং চংলমদে, কোনটিনজেন্সিদা চংবা শেলখক্তা হেল্লম্মী। মথাদা প্রোফেসনেল অমসুং স্পেসিয়েল ইডুকেশনদা লৈরম্বা ওজা অমসুং খরচকী মরমদা চাউরাকপা হিসাব অমা উচ্চরি:

| মখল | ওজা | | | খরচ | |
|---|---|---|---|---|---|
| | নিপা | নুপী | | অপুনবা | ওজাগী তলব |
| এগ্রিকলচর | ২ | ০ | লুপা | ২৪,১১৪ | ৭,০৪৪ |
| ইঞ্জিনিয়ারিং | ২৭ | ১ | ,, | ১,৪৮,৫৭৫ | ৭৪,৩৮৩ |
| মেডিসিন | ২ | ২ | ,, | × | × |
| বেসিক ট্রেনীং | ৪১ | ১ | ,, | ৮৩,৬৯৯ | ৬২,৭৫৬ |
| হিন্দি ,, | ২ | × | ,, | ৮,৬৭০ | ৩,১৪৯ |
| ভেটনরি | ২ | × | ,, | × | × |
| কোওপরেটিভ | ৪ | × | ,, | ১০,৩৩৯ | ৬,৮১০ |
| ফাইন আর্টস | ৪ | × | ,, | ৩,৪২৬ | তলব লৌদে |
| সংস্কৃত টোল | ১০ | × | ,, | ৯,৪০৬ | ৯,২৫৬ |
| এডল্ট লিটরেসি সেন্টর | ৭৫ | ১১ | ,, | ১৫,৩৪৫ | ১৩,৪১০ |
| হিন্দি | ৪৬৮ | ১০ | ,, | ৭৯,৭৬০ | ৭৩,৫৬৮ |

## বৃত্তি অমসুং স্কলরশিপ

টেরিটোরি মথুংদদা মিপামচা ১৬৮০ অমসুং নুপীমচা ৩৫১ বৃত্তি পীরিদা মখাং শিংবা মূলা ২,৭২,৭১৮ অমসুং মূলা [illegible] চংখি। মখোয়গী অমুলা মাহুং মথাদা [illegible] :—

| মখল | অকংবা মী | | | কংখিবা শেল | |
|---|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | | নিপামচা | নুপীমচা |
| কলেজ (জে: ইডু | ১৭৬ | ১৮ | লু: | ৬১,৮৯৩ | ৪,৯৮৭ |
| বি টি, সি টি | ৩৬ | × | ,, | ১২,৯৬০ | × |
| ডান্স কলেজ | ১ | ১২ | ,, | ১২০ | ১,৬৮৩ |
| হাই স্কুল | ৪০৮ | ৮৭ | ,, | ২৫,৪০৫ | ৬,৪৫২ |
| মিডল ,, | ৩৬১ | ১১৪ | ,, | ১৯,৮৬০ | ৬,৮৪০ |
| প্রোফেসনেল ,, | ৭২৫ | ২২০ | ,, | ১,৫১,৬৩২ | ৩৭,৪৯৬ |
| স্পেসিয়েল ,, | ৩ | × | ,, | ২২৮ | × |
| অপুনবা | ১৬৮০ | ৪৫১ | ,, | ২,৭২,০৯৮ | ৪৯,৩৫৮ |

নিপামচা ৯১ অমসুং নুপীমচা ১৬ তগী মথং শিংনা লু: ২৬০০১ অমসুং ২২৭ টিউসন ফি লৌফম থোকপবু লৌদহনা ফ্রিসিপ পীথোকখি। টেরিটোরি অসিগী মপান্দা লাইবিক তম্বা ছাত্র ১৭১ অমসুং ছাত্রী ১৯ দা ষ্টাইপেণ্ড পীবদা লুপা ১,০১,৯৭৪ অমসুং লুপা ১৫,৩৪৫ মথং শিংনা খরচ তৌখি।

## য়ুম শাবদা চংখিবা খরচ

কুম অসিদা শিক্ষাগী য়ুমকৈ শাবদা পুম্না লুপা ১৯,৫২,৬৮২ খরচ তৌখি। মসিগী মনুংদা ইঞ্জিনিয়ারিং ডিপার্টমেন্টনা লুপা ১১,৫৫০৪১ খরচ তৌখি। মণিপুরদা টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী ইঞ্জিনিয়ারিং ডিপার্টমেন্টনা লু: ৫,৪৩,৯১০ অমসুং এডমিনিষ্ট্রেশনগী ইঞ্জিনিয়ারিংনা লুপা ৬,১১,১৩১ তিংখি। মসিদগী লেমহৌবা শেল মখোদি লোই অমসুং লোইগী য়াইফ-থৌরাং, ব্রোকী-য়াইফ খুজিল অমসুং প্রজাগী দাননা পুথোকখিবনি।

নিপামচাগী হোষ্টেলদা লুপা ৬,২৬৭ অমসুং মুপীমচাগীদনা লুপা ৩০০ কুম অসিদা খরচ তৌখি। লুপা ৬,৭৫,১০৮ (নিপামচা লুপা ৬,৪১,৯৬০ অমসুং মুপীমচাগী লুপা ৩৩,১৪৮) চংনা, পংনা লৈবা চমদবা পোচৈ (মিসেলেনস) লেপশিনখি। ডাইরেক্সন অমসুং ইনস্পেক্সনদা লুপা ৫,৪১,৭৪৩ খরচ তৌখি। কুম অসিদা শিক্ষাগী দমক্তা চংখিবা শেল অসি লুপা ১,০০,৩৫,৪৫৮ সুখি। মণিপুরদা শিক্ষাগী খরচ য়াম্না মরিক চুম্না থম্বা হৌখিবা খৃঃ ১৮৯৩-৯৪দা লুপা ১,৬৭৭ তং লৈরম্বচনা খৃঃ ১৯৬০-৬১দা লুপা ১,০০,৩৫,৪৫৮সুখি।

## তলবকী চাং

মথক্কী প্রাইমারি/জে বি স্কুল ওজাশিংগী তলবকী চাং উচ্চশ্রে। কুম অহুদা লৈরম্বা ওজা অতৈগী তলবকী চাং মথাদা উৎচরি -—

### মিডল স্কুল

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | হেড মাষ্টরগী তলব | লুপা | ৭৫—১২৫ |
| ২। | আই এ/মেট্রিক নোর্মালট্রেণ্ড | লুপা | ৭৫—১২৫ |
| ৩। | মেট্রিক অনট্রেণ্ড | লুপা | ৬০—১২৫ |
| ৪। | অণ্ডার মেট্রিক অনট্রেণ্ড | লুপা | ৪০— ৬৫ |

### হাই স্কুল

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | হেড মাষ্টর | লুপা | ২০০—৫০০ |
| ২। | ট্রেণ্ড গ্রেজুয়েট | লুপা | ১২৫—২৭৫ |
| ৩। | অন ট্রেণ্ড গ্রেজুয়েট | লুপা | ১০০—২৫০ |
| ৪। | আণ্ডর গ্রেজুয়েট/ট্রেণ্ড মেট্রিক | ,, | ৭৫—১২৫ |
| ৫। | মেট্রিক অনট্রেণ্ড | ,, | ৬০ – ১১৫ |

এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টরবু লুপা ১২৫—২৭৫ কী মথক্তা স্পেশিএল পে লুপা ৫০ হাপ্তুনা পীখি।

## কলেজ

১। প্রিন্সিপাল লুপা ৬০০—১০০০,
২। লেকচরর লুপা ২২৫— ৫০০,
৩। ডেমোনষ্ট্রেটর লুপা ১২৫— ২৭৫,

কুম অসিদা সেনিয়ার লেকচরর ৯ খক্তা লুপা ৩৫০-২৫-৪১০-৩০-৪৮০-ইবি ৬৬০ ইবি ৩৫-৮০০ গী স্কেল শেমদুনা পীনবা যাম্না কন্না ডাইরেক্টর ওফ এডুকেশননা লাক্লখি।

মথক্কী পে স্কেল অসিগী ৯০% এডেড স্কুলগী ওজাশিংদসু পীরম্মী।

## পরীক্ষা

কুম অসিদা পরীক্ষা অয়াম্বদা ফল য়াম্না ফজখি। তি এম কলেজকী ছাত্র অনিনা আই এস সি পরীক্ষাদা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী অনিশুবা অমম্লুং মাপলশুবা মফম লেপ্পা ভমজখি। রামলাল পাল অডেড হাই স্কুলগী শ্রীলুক্রাম অমরজিৎ সিংহনা কুম অসুগী মেট্রিক পরীক্ষাদা গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী অনিশুবা মফম লেপখি। মতম অসুগী আসামগী ডি পি আই মিঃ টেলরনা সার্টিফিকেট ওফ ওনারস পীদুনা ছাত্রশিংবু পুক্নিং থৌগৎপীখি। মথাদা পরীক্ষা থংগী ফল পীজরি।

| মথক | থাখিবা ছাত্র | | পাশ তৌখিবা | |
|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা |
| বি এ ওনারস | ১৮ | ৪ | ২ | × |
| ,, | ১৯৫ | ১৩ | ৭৪ | ৬ |

| মথক্‌ | থাখিবা ছাত্র | | পাশ তৌখিবা | |
|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা |
| বি এস্‌ সি ওনার্স | ১৫ | × | ৪ | × |
| ,, | ৩৯ | ৩ | ২০ | ৩ |
| বি কোম | ১৭ | ১ | ১১ | ৯ |
| আই এ | ৪৭৭ | ৫১ | ২৫২ | ১৭ |
| আই এস সি | ৭৬ | ৯ | ৪৫ | ৪ |
| আই কোম | ৯২ | ৩ | ৬৬ | ২ |
| বি টি | ২১ | ৪ | ১৫ | ৪ |
| সি টি | ২২ | ৫ | ১৬ | ৩ |
| সেক্রেটরিয়েল প্রেক্তিস | ৩ | × | ১ | × |
| মেট্রিক | ২,৩৫৭ | ৬১২ | ৮৯৪ | ১৩৯ |

ড্রাম্প কলেজ

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ক) স্কুলগী থাক | ১১ | ২১ | ৯ | ১২ |
| খ) কলেজগী থাক | ২ | ৭ | × | ৪ |

বেসিক ট্রেনীং চৎপা ওজা ২৬৩ অমসুং জুনিয়র ট্রেনীং চৎপা ওজা ২৯ পাশ তৌখি।

## কলেজ ছাত্রশিংগী মথৌনা

কুম অসিদা ডি এম কলেজগী ছাত্রশিংনা মণিপুর স্টেট গেমস অমসুং আসাম ইন্টর কলেজ স্পোর্টস ক্রিয়াবেলদা টিম চেম্পিওনসিপ ফংখি। চহি অসিদা গৌহাটিদা ওল আসাম মিউজিক কোনফরেন্স অমা পাংথোকখি। ডি এম কলেজনা মকোক থংবা মমা অমি ফংখি। বাংলী য়োংবদা অমসুং মণিপুরী সঙ্গীত শকপদা মরুপ্রবা মমা ফংখি।

কুম অসিদা হায়বদি খ্: ১৯৬০-৬১ দা আসামদা ওল আসাম ইন্টর কলেজ ডিবেটিং কোম্পিটিসন অনিরক পাংথোকখি। ডি এম কলেজনা কোন্টিঞ্জেন্ট থাহনা কোম্পিটিসন থুদিংমক য়াওখি। অহানবা, অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা মরিশুবা থাক্তা ডি এম কলেজবু থমখি। কুম অসিদা ভারত পুম্বগী ওইনা ইন্টর কলেজ ডিবেটিং কোম্পিটিসন অমা মধ্য-প্রদেশকী ডেব্রাসতা পাংথোকখি। আসামদা থারুবা কোন্টিঞ্জেন্ত অহুমক থাহনা মহদা য়াওহনখি। কলেজ অসিনা মকোক ওইবতা নত্তনা টিম চেম্পিওনসিপ ফংজরকখি।

## বেসিক ত্রেনীংগী মথৌনা

(ক) ককচিং বেসিক ত্রেনীং ইনষ্টিটিউট—ককচিংগী পুকচেল চাউবা প্রজাশিংনা ইনষ্টিটিউট অসি লিংথৎলকপদা যুম শানবা মচাক মথুম য়াম্না দান তৌবিরকখি। ত্রেনীশিংনা মচাক অহনা মথাদা ইজরিবা য়ুমশিং অসি শাখি :

১। ক্লাস লৌনবা ফুট ৬৪ × ১৮ গী য়ুম অমা
২। হোষ্টেল ফুট ৪০ × ২০ গী য়ুম অমা
৩। কারখানা ফুট ৪০ × ২০ গী য়ুম অমা

(খ) কাক্চিপুর বেসিক ত্রেনীং ইনষ্টিটিউট —

১। ফুট ২১০´ × ১০০´ গী পুখ্রী ১ শেংদোকখি।
২। „ ১৫০´ × ১০০´ „ „ ১ „
৩। „ ১০০০´ × ৬´ × ৪´ গী লৈপল অমা থোনখি।

(গ) ইম্ফাল বেসিক ত্রেনীং ইনষ্টিট্রিউট —

মনাক্তা লৈবা প্রাইমারি স্কুল মখৈদা ত্রেনীশিংনা ওজাগা লোইননা চত্তুনা সোসিয়েল সার্ভিস য়াম্না পাংথোকখি।

(ক) স্কুলগী কোম্পাউন্দ তেমথোক্তুনা হৈ-গ্রা লৈ সু অমস্তুং উরুম লাংগদবা পাম্বী কয়া মকম চানা চানা থাবিখি।

(খ) স্কুলগী কল্লাং শেমজিন খোংচিন্দুনা রাই নিংথিনা হৈতগ্লিনবিখি।

(গ) উত্তুবা তস্বা ট্রেনীশিংনা বিষয়চুম্বী ওজাচুনা লুচিংচুনা স্কুলগী অতেক অরাক য়াওরবা ফাল-মুং, থোংজাউ, মিহুৎথোং শেমজিনবিখি।

(ঘ) উখ্রুল বেসিক ট্রেনীং ইনষ্টীটিউট —

মনাক নক্বা লৈবা উখ্রুল খুঙ্গাউ, ফুংয়োং হুন্দুংনচিংবা খুন্দা লৈবা স্কুলশিংদা চত্তুনা সোসিয়েল সার্ভিস তৌচুনা বেসিক শিক্ষাগী অচুম্বা মওং উৎনবা লাক্লখি।

১। স্কুল যুম শেমজিন খোংচিনবিদুনা রাই তৌথোকখি।

২। ফাল-মুং অতেক অরাক য়াওবচু শেমজিনবিখি।

৩। রিক্যুজ পিট, মপান থোকক্মনচিংবা মফম চানা চানা থম্বিখি।

৪। ওয়েডর কোক থেস্তুনা মুংশিং মায়গৈ থগুচনখি।

৫। রেইন গেজ শেমচুনা নোং কয়া য়ায়া তাখি হায়বা থগুচনখি।

## প্রোফেশনেল ইডুকেশনগী চাঙথোক।

কুম অসিদা মথাদা ইরিবা ছাত্রশিং অসি প্রোফেশনেল ইডু-কেশনগী পরীক্ষাদা পাশ তৌখি:—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ইঞ্জিনিয়ারিংদা | মী | ৩৪ |
| ২। | ইংগ্লিড্ডা | ,, | ১৪ |
| ৩। | মেডিসিন্দা | ,, | ৫৬ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪। | স্তেটনরিদা | " | ৫৭ |
| ৫। | ফাইন আর্টসতা | " | ৮ |
| ৬। | সংস্কৃত তা | " | ৪ |
| ৭। | এডল্ট লিটরেসিদা | " | ১৭৩২ |
| ৮। | হিন্দিদা | " | ৪৭৬ |
| ৯। | কোওপরেটীভতা | " | ৩২ |

## লাইব্রেরি।

লাইরিক য়াইবা অমসুং পাবা লাকপা মীদনা খৃঃ ১৯৬০ গী এপ্রিল ১দগী তাং ৩১। ৩। ৬১ ইং ফাওবদা ৪৬-১৫৭ গুজিল্লকখি। লাইব্রেরিয়ান শ্রীআনন্দমোহন সিংহগী মীথোনবা হৈবা অমসুং লাক্লিবা মী অহুনা খঙনীংলিবা হীবম অহু চপ চানা য়াওবা লাইরিক খুদক খুদক্তা পীবা ঙম্বা হায়বিবা গুণ অনি অসিদনা মী খুাইবু লাইরিক পাহন্নাংবগী ঈচেল অমা হুলহনখিবনি। মাগী মতেং পাংনবা লাইব্রেরিয়ান অমা হাপ্পকখি অমসুং মহাক মপাবুনা সেনিওর লাইব্রেরিয়ানগী ফম অমা শেমহুনা প্রোমোসন পীবিখি। মতম অহুগী ডাইরেক্টর শ্রীএস ডি বাহুগুণনা মথরাই য়াওনা থবক পুক্সরিবা শ্রীশাপম শিবদাস সিংহ হায়বা লাইব্রেরিয়ান ক্লার্ক অহুবু হায়রিবা লাইব্রেরিয়ানগী পোষ্ট অহুদা প্রোমোসন পীবিখি অমসুং থবক তৌবা মী খুদিংমকপু মপুক্লাং থোগৎপীখি। লাইব্রেরি অসিগী থবক তৌবশিংগী তলব য়াওদনা কুম অহুদা লুপা ২৩,৪৭০ খরচ তৌখি।

## স্কুল মিলস।

খৃঃ ১৯৬০-৬১ দা স্কুলদা অতাংশিংনা চরা য়ানবগী থৌরাং অসি মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেসনগী টি সিদা লাম্বোকপীরকখি। ক্সিম

অসিগী অপুনবা খরচ লুপা লাখ অমনি। অঙাংশিংগী মপা-মমাগী সরকারগা তংখায় ২ পুথোক্লবগী মওংদা পাখিবা খরচনি। পি ও ইডুকেশনগী পাউতাক মতুং ইন্না ডি আই অমসুং এ আইশিংনা প্রোগ্রাম অসি নিংখিনা চঙখি।

## এন সি সি অমসুং এ সি সি

পৃথিবীগী চাউখৎলবা দেশ খুদিংনা করম্বা দেশতা ডিফেন্সকী দমক শেল কয়া য়াম্না কায়রি হায়বসি য়াম্না কুপা য়েংশিন্নরিবনি। ভারত মীশীংদা য়েংলুবদা পৃথিবীগী অনিস্সুবা লৈবাক্নি। মীশীংদা নত্তনা পাক চাউবগী মরমদসু চাউরিবা লৈবাক অমনি। তৌই-গুম্বসুং ডিফেন্সকীদমক কায়রিবা ভারতকী শেল অসিদি য়াম্না য়ামখিদ্রে। মীশীং অমসুং পাক-চাউবগী মতুং ইন্না য়েংহনা চপ চাবা খরচ কায়বা তারবদি বজেট্টা কায়রিবা শেনফম অসিগী শরুক তরানসু কোন্নবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং ভারতনা এন সি সি অমসুং এ সি সি গীদমক ইডুকেশনগী বজেট্টা শেল খরদং হাপ-চিন্দুনা ডিফেন্সকী থবক্তা ছাত্রশিংনা মতেং পীবদগী শোর হোন্দুনা লৈবা ঙম্লিবনি। শম্না হায়রবদা এন সি সি অমসুং এ সি সি গী প্রোগ্রামদা লাপ্পী অমনা তৌফম থোকপা থৌরম খুদিংমক খুরে খর য়াওরি অমসুং জরানশিংগী মতুং ইন্নকপদা চপ চানা-ঙমবা মথোক্লবু নিংখিনা তম্বিরবা ঙাক্তনি।

কুম অসিদা হৃগীমচাগী জুনিওর উইং কোম্পেনি অমা অমুক হাপচিনখিহ্রুনা হুগীমচাগী কোম্পেনি ২ সুখি। ধনমঞ্জুরি কলেজ, ইম্ফাল কলেজ; মণিপুর কলেজ, আদিম জাতি টেক্নিকেল ইনষ্টি-টিউট, আই টি আই অমসুং হাই স্কুল ২২ গী ছাত্রশিংনা এন সি সি অমসুং এ সি সি য়াওখি। কুম অসিদা নিপামচা অমসুং হুগীমচা অনিমক্কী আর্মী এন সি সি উইং ২/২ লৈখি। নিপামচা অমসুং হুগীমচাশিংগী এ সি সি উইং ১/৮ লৈখি। কুম খিদা এন সি এসি

রাইফল অমসু হাংখি। অসুম তৌনা চহি খুদিংগী কেডেট মশীং খর খর হেনগৎলকপদগী কুম অসিদা কেডেট ২,১১৩ অমসুং ওফি-সার ৩১ খ্বি।

খ: ১৯৬১ গী জানুওয়ারি তাং ২৬ তা নন্সী দিল্লিদা পাংথোক-খিবা রিপব্লিক ডে পেৰেডতা টেরিটোরি অসিগী কেডেট নিপামচা ৫ অমসুং নুপীনচা ৬ য়াওখি। সেনিওর কেডেট ৩ এলাহাবাদতা ইন্টরভিউ য়াওরুবদা মথোয় পুম্নমক ওফিসার ট্রেনীং য়াওহনখি। শিলোংদ। এডভান্স লিডরসিপ ট্রেনীং কেম্পতা টেরিটোরি অসিগী সেনিওর কেডেট ৩ য়াওরুবদা মমাই লোইনা পাকচরকখি। এন সি সি অমসুং এ সি সিগী দমক লুপা ১,৪১,১৫৩ খরচ তৌখি।

## অতৈ-অতৈ

গুরু ট্রেনীং—কুম তসিদা ডান্স কলেজদা গুরু ট্রেনীং ক্লাস হাংখি। কলেজ অসিগী মঙাগুবা ক্লাস পাশ তৌরবা মীওই-শিংবু ট্রেনীং পীনবগীদমকনি চহি অমগী কোর্শনি

আর্টস কলেজ—কুম অসিদা আর্টস স্কুল কলেজগী থাক্তা পুখৎখি। কলেজ অসিনা মণিপুরগী ঐতিহাসিক ৎইবা মফম কয়াদা চৎতুনা মহুদা লৈরম্বা পোটচে, দৃশ্যনচিংবা য়েকথোক্তুনা শিক্ষাগী চাউরবা মচাক অমা লাংশিনখি। প্রিন্সিপাল শ্রীশামো শর্মানা লুচিংদুনা কলেজগী ছাত্র খর পুদুনা মোইরাংগী থাইনগী ফোক ডান্স অমসুং ক্রাফটসকী মরমদা সর্ভে অমা পাংথোকখি।

লো কলেজ—কুম অসিদা ফোর্মেল এফিলিয়েসন পীরবসু প্রাইভেট ওইনা পরীক্ষা থাবা য়াহনখি।

| ক্লাস | ছাত্র | চাথোক পরীক্ষা থাবা | মরোল লোনকম —প্লাশ ওইবা |
|---|---|---|---|
| ১। প্রিলিমিনেরি | ২০ | ১১ | ৫ ১দি ৬বা বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাদা লৈপখি। |
| ২। ইন্তরমেডিয়েট | ১১ | ৩ | ২ |
| ৩। ফাইনেল | ১৬ | ফোর্শ মখুং ক্লাসখিদ্রি। | |

# কুম অসিদা ফংবা অহোবা

চহি ৫গী থৌরাং অসি খৃঃ ১৯৫১ গী সেন্সসকী মীশীং মতুং ইন্না মীশীং লেপথোক্লগা চহি ৫/৫ গী তাংকক ওইনা চথরকপনি। মসিগী মমাংদা তৌখিবা খৃঃ ১৯৪১গী সেন্সসকী মীশীংদগী খৃঃ ১৯৫১ দা মীশীং কয়া হেনগংখি অমসুং মতুগী মমাংদগী লৌরগনা কয়া হেনগংকম থোকই অসিনচিংবা হোত্তোক্লগা মণিপুরগী মীশীং লেপ-খিবনি। তৌইগুমসুং ২শুবা পৃথিবীগী লান্নাউগী তুংদগীদি মপান্দগী হাইজিল্লকপা মীশীং অমসুং পোকশিল্লকপা অঙাংগী মীশীং অসিনা থাম্মনখিবদগী হান্না হেনগংকম থোকই হায়না লৌরম্বা চাং অহু পুমকায় কায়না থোকখি। হান্না ২শুবা চহি ৫গী থৌরাংদা চহি ৬তগী ১১ কাওবগী মমুংদা লৈবা অঙাং ৬০০০ স্কুলদা পুশিল্লকপা হায়না লেপখিবনি। তৌইগুমসুং খৃঃ ১৯৬১ গী সেন্সসকী মীশীং মতুং ইন্না য়েংলকপদদি হায়বিবা অঙাং ৬০০০কী মহুত্তা য়ামত্রবদা ১৩,০০০ দি পুরকক্ষম তাখি। মরম অসিনা ৩শুবা চহি ৫গী থৌরাং-দা য়ারিমখৈ রাংথিবা অঙাং মশীং অহু মেনখৎনবা খল্লখি।

মতাং অসিদা মণিপুরগী চহি ১০/১০ গী মমুংদা সেন্সস অমুক অমুক চথরক্লিবা অসিদা মীশীং কয়া কয়া হেনগৎলকখি হায়বতু খঙদোকক্ষম থোকপরা খল্লতুনা মথাদা মীশীং খর উচ্চরি :—

| কুম | মীশীং |
|---|---|
| ১৯০১ | ২,৮৪,৪৬৫ |
| ১৯১১ | ৩,৪৬,২২২ |
| ১৯২১ | ৩,৮৪,০১৬ |
| ১৯৩১ | ৪,৪৫,৬০৬ |
| ১৯৪১ | ৫,১২,০৬৯ |
| ১৯৫১ | ৫,৭৭,৬৩৫ |
| ১৯৬১ | ৭,৮০,০৩৭ |

মথক্কী হিসাব অসি য়েংবরা চহি ৫০ হান্নবদি খৃ: ১৯০১-৫১ কাওবদা হেনগৎলকইবা মীশীং অসি ২,৩৯,১৭০ (৫,৭৭.৫৩১—২,৮৪ ৪৬৫) তনি। চহি ১০দা হান্নবদি খৃ: ১৯৫১-৬১ দা হেনগৎলকপা মীশীংনা ২,২২,৬৮২ (৭৮০,০৩৭--৫,৭৭,৬৩৫) নি। মবম অসিনা চহি ৬০গী মমুংদা অহানবা চহি ৫০ গী মমুংদা হেনগৎলকপা মীশীংগা অকোনবা চহি ১০ গী মমুংদা হেনগৎলকপা মীশীংগা অম্মা ওইনা থোকখি হায়বসি পুম্নমক্না উনখি। মসি সেন্সসকী ইতিহাসতা পংনা কংলবোইদবা ৱাফমনি। অসুম্বা অভকপা থোংদোক অসিনা চহি ৫গী ১বা অমসুং ২শুবা থৌরাংদা থাদখিবা শেনকমত্থ লোক্তাক ময়াইদা থুম্পাক থাদবগুম থোকখি।

টেরিটোরি মমুং অসিদা থাদোকপদি চৌংগী মহকুমাশিংগী মমুংদা মীশীং অসি খংতা তাবা অমসুং খংহেন হেনবা খরা থোকখি। নাগাগী ইবাং থোক্লকপদা কুকি য়াম্না নাগা লমদগী চেন্থোক্লকখি অমসুং কুকি য়াম্না তাবা লমদম নত্রগা এডমিনিষ্ট্রেসনগী মিৎয়েং লেন্না চংবা ঙম্বা লমদমদা তোংজিল্লখি। অহানবদদি উখ্রুল মহকুমা অসি মীশীং য়াম্না লৈরম্বনি, সদর হিলস অসিনা য়াম্লমদবনি। মথক্কী ইরাং অসিদগী অসুম্না মীশিং অসি তাথোক তাশিন খরা তৌখি।

| খৃ: ১৯৫১গী মমাংদা মথং মনাও | খৃ: ১৯৬১গী মতুংদা মথং মনাও |
| --- | --- |
| ১। উখ্রুল | ১। চুড়াচান্দপুর |
| ২। চুডাচান্দপুর | ২। উখ্রুল |
| ৩। তমেংলোং | ৩। সদর হিলস |
| ৪। মাও | ৪। তমেংলোং |
| ৫। তেংনৌপাল | ৫। মাও |
| ৬। সদর হিলস | ৬। তেংনৌপাল |
| ৭। জিরিবাম | ৭। জিরিবাম |

চীংগী লমদমদা মীশীং হেনগৎখিবা অসি নাগাগী ইরাং ঙাক্তনি হায়বম্ন য়াদে। চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না চথোক চৎসিন্দা খুদোং খরা চাবা লমদমদা হোংনবা হায়বসি ময়েক্না তারবনি। সদর হিল্স অমসুং চুড়াচান্দপুরগী অয়াম্বা শরুক্তি চথোক চৎসিনদা য়াম্না খুদোং চাই। মবম অসিমক্তনা হায়রিবা লমদম অনিসিগী মীশীং হেনগৎনবম অমসু ওইখি :

—:(o):—

## খ্ঃ ১৯৬১-৬২

খ্' ১৯৬১-৬১ অসি চহুবা চহি ৫গী থৌরাংগী অহানবা চহিনি। চহি ৫গী পুম্না থৌরাং অসিদা শিক্ষাগীদমক লুপা ১,০৯,৮৩,০০০ চাকথুং পীরকখি। শেনফম অসিনা পাংথোকদবা থবক খরা মথাদা উচ্চরি :—

(১) চহি ৬–১১ কাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাং ৩০,০০০ স্কুলদা পুরকনি।

২) চহি ১১-১৪ কাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাং ১১,০০০ (অঙাং ২০০০ না অনৌবা স্কুল লিংখত্তুনা অঙাং ৯০০০ না অবৈবা স্কুলশিংদা ওজা হাপচিন্দুনা) স্কুল তমহনগনি।

৩) হাই স্কুল ১৫ বু হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুল ওহোকনি।

৪) মাল্টি পরপজ স্কুল অমা লিংখৎকনি।

৫) হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুল ৯ দা ইলেক্তিভ সাইন্স তমহনগনি।

অহমশুবা চহি মঙাগী থৌরাংগী অহানবা চহি হায়রবদি খ্: ১৯৬১-৬২, পীদমক টি সি অমসুং এডমিনিষ্ট্রেসনদা মথং লিঙ্গনা লুপা ২১ ৪৯,০০০ অমসুং লুপা ৪,১৭,০০০ থুংখি। কুম অসিদা

চহি মগাগী পাংথোকদবা থবক্কী ৬৫% দি পাংথোক্লবা খুঙ্গিল্লি। প্লান অমসুং ননপ্লানগী শেনফম্না কুম অদুদা পাংথোকখিবা থবক থর মথাদা উচ্চরি —

১। হাম্নদৌনা ইডুকেশনগী শাসন অসি মপু অহুমগী মথাদা অহুম চথখি। অহুবু ওফিসার থরদি হোংদোক হোংজিন অমসুং হাপ্তোক হাপচিন থর থোকখি।

২। কাউন্সিলগী সি ই ও শ্রী পি আর চন্দ্র, এম এ, ও, এ, এস মহাক্কী হৌরকফম উরিষা গোবর্ণমেণ্টতা হঙ্গিনখি অমসুং মাগী মহুত্তা শ্রীহরাইবম রনবীর সিংহ এম এ অণ্ডার সেক্রেটরি মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেশনবু তাং তাং ৫।৮।৬১ ইংগী মুমিং যুংবা মতুংদা ত্রান্সফার তৌশিল্লকখি।

৩। প্রিন্সিপাল ওফিসার ইডুকেশন শ্রীলাইরিকয়েংবম মনিহার সিংহগী মতেং পাংনবা ডি আই ওফ স্কুলসকী ফম অহুম শেমহনা ইনস্পেক্তিং ষ্টাফ মশীং হেনগৎহনখি।

৪। এডমিনিষ্ট্রেশন লোমদা ইডুকেশন ডাইরেক্টর অমসুং এক্স ওফিসিও সেক্রেটরি ওইরিবা শ্রী এস ডি বহুগুণা এম এ এল, এস বি ডিপ ইডুকেশন (লীডস), এম আর সি টি (লণ্ডণ) বু মথৌ ফজনা পাংথোকপগীদমক ভারত গোবর্ণমেন্টকী মহুৎ শিন্দুনা মণিপুর চিফ কমিসনার শ্রী জে. এম রায়নানা সার্টিফিকেট ওফ মেরিটস পীরিখি। মহাক খৃঃ ১৯৬১ গী ডিসেম্বর থাগী তাং ২৫ দা ইডুকেশন থবক্তগী পোথাখি। মাগী মহুত্তা শ্রীশনসম গৌরহরি সিংহ সেক্রেটরি (আর এণ্ড এম) এডমিনিষ্ট্রেশন থবক পুহনখি।

৫। ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস (ফিজিকেল) গী ফম অসি ডিপুটি ডাইরেক্টর ওফ ইডুকেশন (ফিজিকেল) হায়না ওন্থোকখি। শ্রীথাংজম মধু সিংহনা ফম অসি পাররিখি। ওফিসার অসিগী মীশক্তি-ইহোং হোংদনা মমিং অহুম্নক হোংখি।

৬। ইম্ফাল সহর ময়োল্দা লৈবা ভৈরোদান হিন্দি এম ই স্কুল জুনিওর হাই স্কুলগী থাক্তা পুখৎখি।

৭। কুম অসি মণিপুরগী শিক্ষাগী ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈহৌরগদবা চহিনি। চীংগী গুপীমচাশিংগী হাই স্কুল অমা চুড়াচান্দপুর সহর ময়োল্দা মতম অহুম্বী মণিপুরগী চিফ কমিসনারগী গুপী বিমলা রায়নাগী মমিং থোন্দুনা লিংখৎখি। গ্রেজুয়েট অনিগা অণ্ডার গ্রেজুয়েট অনিগগী মতমছুন্না চৎলব্বা তলবকী চাংদা ৯০% ডেফিসিট গ্রান্ট পীখি। মসিনা চীংমচাগী অৱাংবা থাকী গুপীমচাগী ইহান হানবা এডেড হাই স্কুলনি।

৮। কুম অসিগী তাং ১।৮।৬১ ইংদগী হৌনা জুনিওর হাই অমসুং হাই স্কুল ২০ দা ৯০% ডিফিসিট গ্রান্ত পীখি। স্কুল খুদিংমক গ্রেজুয়েট ২ অমসুং অণ্ডর গ্রেজুয়েট ২গী হিসাবতা পীখিবনি। স্কুল থরনা হাই স্কুলগী থাক হায়বদি ক্লাস IX/X লৈরবসু গ্রান্ট পীখিবদি ক্লাস VIII ফাওবতনি। মখোয়গী মমিং মথং মথাদা পীজরি:—

## ক্লাস VIII ফাওবা গ্রান্ট পীখিবা স্কুল।

| মমিং | লৈরিবা থাক — | | সবডিভিজন | |
|---|---|---|---|---|
| ১। লম্ফেল | হাই | স্কুল | ইম্ফাল | ইষ্ট |
| ২। লম্লাই | ,, | ,, | ,, | ,, |
| ৩। শুওংমুং | ,, | ,, | ,, | ,, |
| ৪। খুম্রাকপম চীংখু | ,, | ,, | ,, | ,, |
| ৫। পোপুলার অৱাংপোৎশংবম | ,, | ,, | ,, | ,, |
| ৬। মৈতৈ ময়েক | ,, | ,, | ,, | ,, |
| ৭। লিলোং হিন্দু | ,, | ,, | ইম্ফাল | ওয়েষ্ট |
| ৮। লিলাসিং খোংনাংখোং | ,, | ,, | ,, | ,, |

মিডল স্কুলদা তম্বা নিপামচা ৫৬৭ অমসুং নুপীমচাশী ০৪১ নুম্ব বৃত্তি পীখি। মখোয়গীদমক মথং শিংনা লুপা ৩৪০১৬০ অমসুং ১৭,৮০০ খরচ তৌখি।

ক্লাস VIII ফাওবা ফ্রি এডুকেশন পীরম্মী। চীংমচা অমসুং লোইমচাশিংদি শিক্ষাগী থাক খুদিংদা ফ্রি এডুকেশন পীরম্মী। মখোয়দা পীরিবা মওং অসি ফ্রি ইডুকেশনমক্তি নত্তে; টিউসন ফি লৌদে হায়বগী মতাংদনি। ভোইগুম্বনুং সিজুল কাষ্ট অমসুং ত্রাইবকী অঙাংশিংদদি বোর্ড অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষা থাবদা পীখিবা ফি অদু ফাওবা সবকারনা হনখি।

লোল—VI ফাওবা মৈতৈলোন্দা তম্বিবগা অমাংবা থাক্কী ক্লাস মথৈদনা ইংবাঙীদা তম্বি। স্কুল খবনি বাঙলা অমসুং হিন্দি লোন্দা তম্বি।

## হিন্দি শিক্ষা

হিন্দি অসি VIII ফাওবা কম্পল্সরি বিষয় অমা ওইরম্মী। মথক্কী ক্লাস IX অমসুং X দা হিন্দি লোনীংবা ছাত্রশিংগী-দমক্তগীসু ওপ্সোনেল সবজেক্ট অমা ওইনা থম্বিখি।

## পরীক্ষা

কুম অসিদা নিপামচা ৩,৭৮০ অমসুং নুপীমচা ২৪৩ হাই স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরীক্ষা থাবদা মথংশিংনা ১,৫৯৮ অমসুং ৩০৫ পাশ তৌখি। চাযদা ৪২.১৪ কী চাংচত্তা পাশ ওইখি।

## মুম-কৈ অমসুং মচাক-মখুম

সাইন্স ব্লোক শানবা অমসুং হাই স্কুল-শং অনি শমদোক্লবা কুম অসিদা লুপা ৪,০৮২,৪৩ খরচ তৌখি অমসুং লুপা ১,৩৪,১৭৫ গী ট্রিচিং এড থৌরাং তৌখি।

## হাই স্কুল ফগৎনবগী পায়থংখিবা মরূওইবা থৌরম

ক) হাই স্কুলবু হাইয়ার সেকেণ্ডরি নত্রগা মলটিপরপজ হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুল ওহোক্নবা থৌরম।

খ) হাইয়ার সেকেণ্ডরি অমসুং মলটিপরপজ হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুল ওহোক্নবা লৈরিবা গ্রেজুয়েটশিংবু অমসুং অনৌবা ছাত্রশিংবু পোষ্ট গ্রেজুয়েট তমথহনবা।

গ) গ্রেজুয়েট ওজাশিংবু টেরিটোরি মসুংদা অমসুং মপাক্তা বি টি. বি এড অমসুং বেসিক ট্রেনীং থাদোকপা।

ঘ) হাই স্কুল ওজা ১৭ বু মত্রাক্তগী য়াই এম সি এদা ফিজিকেল ট্রেনীং লৌহনবা।

ঙ) ইডুকেশনেল অমসুং ভোকেশনেল গাইডেন্স ইউনিট হাংবা।

চ) ইন্টর স্কুল কলচরেল মিট পাংথোকপা।

ছ) ওজাশিংগী মচা লাইরিক তমজবা ওয়বা অমসুং পোলি-টিকেল সফররশিংগী মচা মশু লাইরিক তমজনবা স্কোলারসিপ পীবা।

জ) মুপীমচাশিংগী এটেণ্ডেন্স স্কোলারসিপ, ওজা ওইনীংবী-শিংগী বৃত্তি অমসুং মুপীমচাশিংগী লোপ্পা বৃত্তি মশীং থাকপদা নত্তনা নিপাগীদমক্তা থাক্তনা খল্লিবা বৃত্তি মশীংদসু কংহন্নবা থৌরাং পারথংপা।

## ইউনিভরসিটি/কল্লেজ ইডুকেশন

গোবর্ণমেন্ট কলেজ—সরকারগী ডি এম কলেজ, আর্টস, সাইন্স অমসুং কোমার্স ডিগ্রি ক্লাস য়োনা লৈখি অমসুং বিষয় অহাম্দা অনারস ক্লাস হাংখি। এন্থোপোলোজি নত্তনা বিষয় অতৈদি ওনারস ক্লাস হাংখে হান্নবা, য়াই।

কলেজ অসিদা B. T. অমসুং সেক্রেটারিয়েল ক্লাস লৈরম্মী। মেঠৈমেদ্রিরতা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাস অসিদাং য়াইরমদা হাংখি।

প্রাইভেট কলেজ—ইম্ফাল অমসুং মণিপুর কলেজ অনিমক আর্টস কলেজ ওাক্তনি। মণিপুর কলেজ কুম অসিদা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী রিকোগ্নিসন কংখি। ইম্ফাল কলেজদা হিষ্টোরি অমসুং ইকোনোমিক্সতা ওনারস ক্লাস লৈখি।

সরকারগী প্রোফেসনেল কলেজ — বেসিক ট্রেনীং কলেজ সরকারগী ওইবা মখল অসিগী অমত্তা ওাইরবা কলেজনি। মসি চহি অনিগী কোর্সনি। কুম অসিদা কলেজ অসি মপুং ফাখি।

এডেড কলেজ—ডাল অমসুং মিউজিক কলেজ মণিপুর সরকার অমসুং দিল্লীগী সঙ্গীত নাটা অনিমক্তগী গ্রান্ট কংবা প্রোফেসনেল কলেজনি।

স্পেসিয়েল ইডুকেশন—সরকারগী ইম্ফাল সংস্কৃত টোল ওারগুম্না উপাধি ফাওবা তম্বিবদগী কলেজ ওইনা অহুম চখবি। কোবির অমসুং বিশারদ ক্লাস লৈবা হিন্দি কলেজ ১১ লৈখি।

চহি অনিগী ওইখিবা মওং চাংদম্নহুনা উচ্চরি—

ছাত্র

| মখল | খ.: ১৯৬১-৬২ নিপা | খ.: ১৯৬১-৬২ নুপী | খ.: ১৯৬২-৬৩ নিপা | খ.: ১৯৬২-৬৩ নুপী |
|---|---|---|---|---|
| (ক) জেনরেল ইডুকেশন | | | | |
| (১) ডি এম কলেজ | ১,১২৪ | ২৬৮ | ১,২৮০ | ৩২০ |
| (২) ইম্ফাল ,, | ৮৫৭ | ১৪ | ৯৬৫ | ৬০ |
| (৩) মণিপুর ,, | ৩০৩ | ৬ | ৫১৮ | ৮ |
| (খ) প্রোফেসনেল ইডুকেশন | | | | |
| (১) বেসিক ট্রেনীং কলেজ | ৩০ | ৫ | ৬২ | ১২ |
| (২) লো কলেজ | ৩৭ | ১ | ২৫ | ০ |
| (গ) স্পেসিয়েল ইডুকেশন | | | | |

| মথল | খৃঃ ১৯৬১-৬২ | | খৃঃ ১৯৬২-৬৩ | |
|---|---|---|---|---|
| | নিপা | নুপী | নিপা | নুপী |
| (১) ডান্স কলেজ | | | | |
| কলেজ থাক | ৫ | ৭ | ১ | ." |
| স্কুল ,, | ২৫ | ৫৩ | ৩৭ | ৪৩ |
| (২) সংস্কৃত কলেজ | | | | |
| কলেজ থাক | ৭ | | ৯ | |
| স্কুল থাক | ৯ | | ১২ | |
| (৩) হিন্দি কলেজ | | | | |
| কলেজ থাক | ৫৪ (১২১) | ৭ (২১) | ৭১ (২২৭) | ১৫ (৭৫) |
| স্কুল ,, | ১৬০ (৬৫৭) | ৩৭ (২৩৯) | ১৩৯ (৭৪৫) | ৩১ (২৯৭) |

## ওজা অমসুং তলব

ওজা—সরকারগী ডি এম কলেজ ওনখিবা চহিদা ওজা নিপা ৬০ অমসুং নুপী ৫ দা লৈরম্বহনা কুম অসিদা নিপা ৮১ অমসুং নুপী ৭ লুখি। ইস্কাল কলেজস্থু অনুম্ন্া নিপা ওজা ১৮ দগী ২০ লুরকখি।

তলব—সরকারগী ডি এম কলেজ নত্তনা কলেজ অতৈগী ওজাশিংদি খোইদোঙবা অকক্কবা তলবকী চাং অসি লৈরমদে হায়না লৌবা য়াই। ওজা অয়াম্বনা দানগী মশক ওইনা থরদা মরোনরম্বী। মথাগী চাং অসি সরকারগী কলেজদা পীবা তলবনি :

১। প্রিন্সিপাল রূপা ৬০০-৪০-১০০০

২। সেনিওর লেকচরর ,, ৩৫০-২৫-৪৫০-৩০-৪৮০
ইবি ৩০-৬৬০ ইবি-৩৫-৮০০

৩। ভাইস প্রিন্সিপাল মথকী চাং + ২০% (য়াম্বদা ৭৫ )

৪। লেকচরর রূপা ২২৫-১৫-৩৬০ ইবি ২০-৫০০

৫। ডেমোনষ্ট্রেটর রূপা ১২৫-৭ ১/২-১৫৫-৯ ২৪৭ ইবি-১০
—২৭৫

## কলেজগী ডাইরেক্ট এক্সপেণ্ডিচর

| মখল | | খৃ: ১৯৬১-৬২ | ১৯৬২-৬৩ |
|---|---|---|---|
| (ক) জেনরেল ইডুকেসন | রু. | ৪,৬৭,৪৭৩ | ৫,৯৯,০১৯ |
| (খ) প্রোফেসনেল ,, | রু: | ১৬,৬৮৩ | ৪২,৪২৫ |
| (গ) স্পেসিয়েল ,, | রু. | ৪৮,৯২৭ | ৭৫,১৫২ |

## বৃত্তি

| মখল | খৃ: ১৯৬১-৬২ | | ১৯৬২-৬৩ | |
|---|---|---|---|---|
| | ছাত্র | শেল | ছাত্র | শেল |
| (ক) জে: ইডুকেশন | ৩১৮ | ৯৩,৬৭৭ | ৪২৩ | ১,৬২,৭০৬ |
| (খ) প্রো: ,, | ৪০ | ৯,৬০৩ | ৮০ | ২৬,০০৬ |
| (গ) স্পে: ,, | ১৫ | ৩,১৩৬ | ১৪ | ৩,৪১৫ |

## মতম্বি

চিন্না ওাংহুনা তম্বিবনা মরু ওইরম্মী। ছুটি অশাংবদা ছাত্রশিংবু এক্সকরসন পাংথোকহন্দুনা মরী লৈনবা ওজাশিংনা সাইন্স, সোসিও-লোজিনচিংবগী মরমদা তম্বিনবা থৌরাং তৌই; টিউটোরিয়েল ক্লাস, থাগী পরীক্ষা অমস্যুং চয়োলগী হাউসতা ভিন্নবা অসিনা তম্বিবগী মরু ওইবা থৌরাংনি। রেডিও, মেগাফোন, ফিল্ম সো-নচিংবা তোইনা তোইনা পাংথোক্লুনা ছাত্রশিংবু খঙহন্নবা থৌরাং পায়খৎখি।

লো কলেজ নত্তনা প্রোফেসনেল অমস্যুং স্পেসিয়েল ইডু-কেশনগী কলেজ পুন্নমক্তা মণিপুরীদা লৈকচর পী। লো কলেজদদি ইংরাজীদা তম্বি।

## পরীক্ষা

| মথল | থাবা মশীং | | পাস ওইবা মশীং | |
|---|---|---|---|---|
| | নিপা | নুপী | নিপা | নুপী |
| বি এ ওনারস | ৪৮ | ৬ | ১৫ | ৬ |
| বি এস সি ,, | ১৬ | | ৭ | |
| বি কোম ,, | ৩ | | ৩ | |
| বি এ | ৪০১ | ৫৬ | ১৬৬ | ১৭ |
| বি এস সি | ৩৩ | ৮ | ৩০ | ৭ |
| বি কোম | ২৯ | ২ | ১২ | |
| বি টি | ৩১ | ২ | ২৬ | ২ |
| আই এ | ২০৭ | ৩৫ | ৪০ | ৫ |
| আই এস সি | ২০ | ১ | ৪ | ০ |
| আই কোম | ২১ | ১ | ১২ | ১ |
| পি ইউ সি আর্টস | ৭৫৭ | ১৫১ | ২৯৩ | ৪৯ |
| ,, ,, ,, সাইন্স | ১৮৪ | ২৪ | ১১৮ | ২১ |
| বেসিক ট্রেনীং | ২৮ | ৪ | ২৮ | ৪ |
| ডান্স অমসুং মিউজিক | ` | ৪ | × | ৯ |

ডি এম কলেজগী বোটনি অমসুং জুলোজিগী য়ুম শাবা লোইশিনখি। বোটনিকেল গার্ডেন অমা শেমগৎনবা থৌরাং তৌখি। কলেজগী ডিসপেন্সরি শঙ শাবা লোইখি। ইম্ফাল কলেজ ইম্ফাল মিউনিসিপাল এরিয়াদা লৈরম্বনি। কুম অসিদা মিউনিসিপাল এরিয়াগী বাংমদা লৈবা গৌর সিংহ খোংনাংখোঙদা য়ুম ৪ থক শাদুনা কলেজ অসি হোংদোকখি। চহি অসিদা কলেজ আনৌবা য়ুম শাবদা লুপা ১,৫৪,২৪৮ খরচ তৌখি।

## কলেজ ছাত্রশিংগী মথৌনা

কুম অসিদা টেরিটোরি অসিগী ছাত্র থরা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাদা মকোক ওইরখি।

১। বি কোম ওনারসকী এডভান্স একাউন্টেন্টসিদা ছাত্র অমনা মকোক ওইখি।

২। বি এস সি জুলোজি ওনারস পরীক্ষাদস্থু টেরিটোরি অসিগী ছাত্র অমনা মকোক ওইখি।

৩। বিশ্ববিদ্যালয়গী বি এস সি পরীক্ষাগী ডিষ্টিংসন ফংনখি-বগী মতুংদা মকোক ওইখিবস্থু টেরিটোরি অসিগী ছাত্রনি।

৪। পি ইউ সি আর্টসকী পরীক্ষাদস্থু টেরিটোরি অসিগী অঙাং অমনা অহুমশুবা থাক লেপচখি।

আসামগী কলেজ অপুনবগী ডিবেটতা টেরিটোরি অসিগী ছাত্রশিংনা ২শুবা মনা ফংজবকখি। তেজপুরগী ঘোড়ামাখিদা পাংথোকখিবা সোসিয়েল সার্ভিস কেম্প অস্থুদস্থু টেরিটোরি অসিগী এন সি সি অমস্থুং এন সি সি আবনা টীম চেম্পিওনসিপ ফংজবকখি।

## স্কুল থাক্কী প্রোফেসনেল অমসুং স্পেসিয়েল ইডুকেশন

আদিমজাতিগী ইঞ্জিনিয়ারিং স্কুলদা এ, এম, আই, ই পরীক্ষা য়াওনীংবশিংগী খুদোং চানবা মুমিদাংস্থাইরম ফি কোচিং পীখি। এগ্রিকল্‌চর স্কুলদা হয়িংখোই য়োকপগী বিষয় হাপচিনখি। কুম অসিদা মতিক চাদবা ওজা লৌথোক্লগা অকবা ওজা হাপ্তোক হাপচিন খরা তৌখি।

কুম অসিদা ভেটনরি স্কুল অসি মপোথমচে য়াৎপনচিংবা খুদোং চাদবা খর লৈবদগী মতম খরগীদমক থিংজিনখি।

এডল্‌ট লিটরেসি সেণ্টর পুন্নমক ডেভেলোপমেন্ত ডিপার্ট-মেন্ততগী এডুকেশন ডিপার্টমেন্টতা আনকার তৌরকখি।

| | স্কুল মখল | স্কুল | ছাত্র | চাথোক | ডাইরেক্ট এক্সপেণ্ডিচর |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | ইঞ্জিনিয়ারিং | ২ | ২৩৭ | ১৬ | রু: ১,৬২,৯৮৩ |
| ২। | ইন্দষ্ট্রি | ২১ | ২৭৮ | ১১২ | ,, ১,০৩,০৩২ |
| ৩। | মেডিসিন | ২ | ৬১ | ২৮ | ,, ২১,৫৩৭ |
| ৪। | বেসিক ট্রেনীং | ৪ | ৩৫৩ | ২৮২ | ,, ১,০৪,৭৬৯ |
| ৫। | হিন্দি ট্রেনীং | ১ | ৪৬ | ৩৮ | ,, ১০,৯৮০ |
| ৬। | সংস্কৃত টোল | ১ | ২৩ | ২ | ,, ১,০৩০ |
| ৭। | এডল্ট লিটরেসি | ১৯৬ | ৩৮৪৭ | ৩,৭০০ | ,, ১৫;৬২৬ |
| ৮। | হিন্দি | ১৬২ | ৭৭১ | ৫৫৬ | ,, ৭২,৭৪৩ |
| | | | (৯.৮০২) | | |
| ৯। | ফাইন আর্টস | ১ | ৫০ | ১ | ,, ৫,৯৫০ |
| ১০। | কোওপরেটিভ | ১ | ৪০ | ৩২ | ,, ১০,৯৮০ |
| ১১। | এগ্রিকলচর | ১ | ২৫ | ১৪ | ৪০,২১৯ |

## অনৌবা থৌবাং খর

ভাবক্তা চীনানা হেক লান্দারকপদগী মণিপুরদা নত্তনা ভারতকী মক্কম পুম্নমক্তা ইমাবজেন্সি ট্রেনীং পীনখি। টেরিটোরি অসিদস্থ নেশনেল ডিসিপ্লিন, মাসড্রিল, রাইফল ট্রেনীং, ফাষ্ট এড সার্ভিস ট্রেনীং অসিনচিংবা অসি স্কুল, কলেজনচিংবদা য়াম্না কন্না পায়খৎ-নখি। চুম্নগী জেনবেল ইড্কেসনগী কলেজ অমস্তুং স্কুলদদা নত্তনা প্রোফেসনেল অমস্তুং স্পেসিয়েল ইড্কেশনগী তম্ফমশঙ পুম্নমক্তস্থ ট্রেনীং অসি য়াম্না পায়খৎপীখি। ছাত্রশিংদদা ট্রেনীং পীবা নত্তনা ওজা অমস্তুং ওফিসার য়াওনা পীনখি।

মহৌশাগুম লাইব্রিক য়াম্না হৈখিবা মীগী নত্তনা ময়েক চৎলবা অচল অমস্তুং অস্তাংগী পাঁবদা মতিক চাবা অক্বা লাইব্রিক থোক-ঢক্লনগীদমক বুক কোম্পিটিসন ১ তৌখি। মগৎ মনাও নাইনা লুপা ২৫০ দগী ৫০ ফাওবগী মস্থংদা মনা ৫/৫ ইরিবা মীশীংদুগী

গুণাগুণগী মতুং ইন্না' পীখি। মনা ফংলবা লাইব্রিকশিং অদু ফোংনবা গ্রান্টশু পীখি। অদুগুম্না লাইব্রিকশিং অদু লৈবগা ইডুকেশন ডিপার্টমেন্তনা কম্যুনিটি সেনটরশিংদা অমসুং যুথ ক্লবশিংদা লেল্লা য়েনবিহ্না মেম্বরশিং অদুবু পাহন্নবা থৌরাং তৌবিখি।

## নুপীগী খুদোং চাবা

১। ওজা লৌশিনবদা য়ারিমখ নুপীবু লৌশিন্নবা থৌরাং তৌখি।

২। লাইরবী ছাত্রীশিংদা শেলগী মতেং ( মোনেটারি এড ) পীখি।

৩। এটেন্দেন্স অমসুং মেরিট স্কোলারসিপ পীখি।

৪। ওজা ওইগে হায়না লাইবিক তম্বীশিংবু বৃত্তি পীখি।

৫। নুপীমচাশিংবু এলাও পরীক্ষা য়াৎহন্দনা বোর্ড অমসুং বিশ্ববিদ্যালয় পরীক্ষাদা প্রাইভেট ওইনা থাহনখি।

৬। নুপীমচাশিংগীদমক সেনিটরি ব্লোক শাবিখি।

৭। নুপী ওজাশিংবু য়ারিমখ হান্না ত্রেনীং পীখি।

নুপীমচাগীদমক্তা তোপ্পা বৃত্তি মশীং খরা থম্বদা নত্তনা মখায়না নিপামচাগী মরক্তা থেৎপা ওমজরবদি মখোয়দা নিপামচাগী বৃত্তি মশীংদগী কায়থোক্লগা পীখি।

## লোই, চীংমচা অমসুং বেকরার্ড ক্লাসকী থৌরম

টেরিটোরি অসিদা বেকরার্ড ক্লাস লৈতে। লোই অমসুং চীংমচাগী শিক্ষা য়াম্না থাক রাংলকখি। মথাদা চহি ২ গী চাংদমনবা স্কুল মখল খরা উচ্চরি :—

| স্কুল মখল | লোইমচাগী | | চীংমচাগী | |
|---|---|---|---|---|
| | খ: ১৯৬১-৬২ | ৬২-৬৩ | ১৯৬১-৬২ | ৬২-৬৩ |
| হাই স্কুল | ১ | ১ | ২৬ | ৩৪ |
| মিডল ,, | ৪ | ৪ | ১৭০ | ১৭৮ |

| স্কুল | লোইমচাগী | | চীংমচাগী | |
|---|---|---|---|---|
| জে বি ,, | ৪ | ৪ | ৮৬ | ১০০ |
| প্রাইমারি স্কুল | ২৪ | ৩০ | ৮৪১ | ৯৪৩ |
| হিন্দি ,, | ৬ | ৬ | ২৪ | ৩৭ |
| বেসিক ট্রেনীং স্কুল | | | ১ | ১ |
| ইণ্ডষ্ট্রিয়েল ,, | | | ১৪ | ১৫ |
| ইঞ্জিনিয়ারিং ,, | | | ১ | ১ |
| এডল্ট লিটরেসি সেন্টর | ৭ | ৭ | ৯২ | ১২০ |

ছাত্র—মথক্কী স্কুলশিং অসিদা লোইমচা ২,৭০৪(২৫৮) অমসুং চীংমচা ৫৬,৩০১ ( ২,৬৩২ ) লৈবম্মী। মখোয়গী স্কুল নত্তনা অতৈ স্কুলদনা লোইমচা ৪৯৫ অমসুং চীংমচা ১,৯৫৩ ( ১১৭ ) লৈবম্মী। চীংমচা অমসুং লোইমচাগী স্কুলশিংদা কুম অত্থুদা চংখিবা ডাইরেক্ট এক্সপেণ্ডিচর মথংশিংনা লুপা ৩৬,৮১,২৩৭ অমসুং ৯৫,৫৭৫ য়ৌখি।

য়ুম শাবা—কুম অসিদা চীংমচাশিংগী দমক্তা চীংগী য়াইক থৌরমদা য়ুম য়ামা শাবিখি। য়ুমশিং অসি শাবদা চংগদবা শেলগী তঙ্খায়না সরকারদগী অমসুং তঙ্খায় অমনা খুঞ্জানা পুথোক-পগী হিসাবতা ( থাংজা পুজবগী মওংদা ) পাংথোকখিবনি। মচাক মথুম অমসুং পাঙ্গলনা শেল পুথোকপা ডমত্রবস্থু চীংগী ইচিন ইনাওশিংনা থৌরাং তৌত্রুনা য়ুমশিংসু শাখি।

১। ওজাগী য়ুম ১১ শাখি। ২। কম্যুনিট্টি সেন্তর ৫ শাখি। ৩। স্কুল ৩৮ শাখি। ৪। হোষ্টেল ৯ শাখি।

চীংগী য়াইফা থৌরমদা য়ারিমথৈ য়ুম শাবদা স্কুল খুদিংমক্তা প্রাস্ত পীথোক্লবা থৌরাংনি। মরম অত্থুনা করম করম্বা স্কুলদা প্রাস্ত পীব্রে হায়বা খঙনবা স্কুল মমিং অমসুং খুল মমিং নিংখিনা ইশিন্দুনো থমৈ। য়ুমশিং অত্থু শাঁরক্পদস্থু এরিয়া খুদিংমক শোক্লবা থৌরাংনি। কুম অসিদা পায়রথংখিবা স্কুলগী মমিং মথা মখাদা ইজরি ঃ—

## লুপা ২০০০/২০০০ পীজুনা শাখিবা ওজাগী স্কুল

| স্কুল মমিং | এরিয়া | স্কুল মমিং | এরিয়া |
|---|---|---|---|
| ১। বোংমুন | জিরিবাম | ৬। খিরা | মাও |
| ২। ফাইবেক মুনলেন | ,, | ৭। কাংরাই | চুড়াচান্দপুর |
| ৩। মুংবা | তমেংলোং | ৮। তরাও | তেংনৌপল |
| ৪। মগুলোং | ,, | ৯। ফুংয়ার | ফাইসাং |
| ৫। ফেরজোন | থানলোন | ১০। গ্রহাং | ,, |
| | | ১১। মোতেল | উখ্রুল। |

## লুপা ৩০০০ গী চাংদা পীজুনা শাখিবা কম্যুনিটি সেণ্টর

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। কাদাং | উখ্রুল | ৪। কাম্‌-চীং | সদর হিলস |
| ২। ভুইভেংফাই | চুড়াচান্দপুর | ৫। মুল্লালনোম | থানলোন। |
| ৩। লাংপৈ | তমেংলোং | | |

## স্কুল স্কুম

### লুপা ৪০০০ গী চাংদা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। থাঙ্গাল সুরুং এমই সদর হিলস | | ৭। থংখাই মেমোরিয়েল | |
| ২। লিয়োক নমজাও | ,, ,, | ৮। মচি | ,, তেংনৌপল |
| ৩। অথুই | ,, তমেংলোং | ৯। ফাইবুং খুলেন | ,, মাও |
| ৪। মুংনাং | ,, ,, | ১০। লোর্সে | ,, ফাইসাং |
| ৫। খোনলিয়ান শান্তিং | ,, থানলোন | ১১। থাংখুই | ,, উখ্রুল |
| ৬। লুংতিন | ,, চুড়াচান্দপুর | ১২। পুসিং | ,, ,, |

## লুপা ২০০০ গী চাংদা

| স্কুল মমিং | এরিয়া | স্কুল মমিং | এরিয়া |
|---|---|---|---|
| ১। মোলতাক এল পি স্কুল | ,, থানলোন | ১৫। দোলাখান-গামখান এল পি | জিরিবাম |
| ২। চুংশাই ,, | ,, | ১৬। পাৎপিমুন জে বি | ,, |
| ৩। পাঙেন ,, | ,, | ১৭। চন্ডৌবুং এল পি | সদর হিলস |
| ৪। শেম্পাং ,, | তমেংলোং | ১৮। খোংজাং অকুৎপা | ,, |
| ৫। শারম্বা ,, | ,, | ১৯। থাঙ্গাল থাংলুংপা | ,, |
| ৬। খৌকাং ,, | ,, | ২০। লুংথার এল পি | সদর হিলস |
| ৭। চোংমুন ,, | ,, | ২১। ফুবা থাকম ,, | মাও |
| ৮। শল্লুক ,, | তেংনৌপাল | ২২। মখেল খুলেন | ,, |
| ৯। য়েংখুল ,, | ,, | ২৩। চিংজরোই ,, | ,, |
| ১০। খোংনাং ফাইশাবী ,, | ,, | ২৪। সেন্ডিও ,, | উখ্রুল |
| ১১। থোংহেম ,, | চুড়াচান্দপুর | ২৫। হংকৌ ,, | কাইসাং |
| ১২। ভালজাং ,, | ,, | ২৬। মরাই ,, | ,, |
| ১৩। শেংঘাংয়ান ,, | চুড়াচান্দপুর | | |
| ১৪। কোম কৈরাক হাওতক এল পি | চুড়াচান্দপুর | | |

## লুপা ৪০০০ গী চাংদা পীজনা শাখিবা হোষ্টেল

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। চালবা এম ই | সদর হিলস | ৬। চুইনীং ,, | চুড়াচান্দপুর |
| ২। ওইনম ,, | মাও | ৭। তোনশেন ,, | তেংনৌপাল |
| ৩। চন্ডোন ,, | তমেংলোং | ৮। লুংকা ,, | কাইসাং |
| ৪। চিংমুন ,, | জিরিবাম | ৯। সংসক হাই স্কুল | উখ্রুল |
| ৫। সোংখোলন ( লাইলোং ) ,, | থানলোন | | |

## অতৈ অতৈ

১। হায়দগী লৈরক্লবা মীচেনগী এম ই স্কুল অমগা এল পি স্কুল মঙাগা কুম অসিদম্লু নিংথিনা চথখি।

২। ভারতকী রাংমদা টেরিটোরি অসিগী মীশক ২ ইউ কেদা তম্লম্মী। অমনা এম, আর, সি, ও, জি অমস্লুং অতোপপ্লদুনা এম, আর, সি, পি তম্লম্মী।

৩। ইম্ফাল জেল মনুংদা অরাফম তারিবশিংগী দমক এম ই স্কুল অমগা হিন্দি স্কুল অমগা হংলম্মী। কুম অসিদা খঃ ১৯৬২ গী এপ্রিল থাদা ফাদোক তরাতরুক অমস্লুং খঃ ১৯৬২ গী সেপ্টেম্বর থাদা ২২ হিন্দি পরীক্ষাদা পাশ তৌরকখি। ফাদোক ১১০ খক তোঙান তোঙানবা ক্রাফতা ট্রেনীং পীখি। স্কুল ও অসিগী সেলেবস অসি ইতোপ তোপ্পনা মখোয়বু রিফোমে টৌরি স্কুল ওইনা লৌবা য়াদনা লৈখি।

৪। এগ্রিকলচর ডিপার্টমেন্টনা ছাত্র ৭ বি এস সি (এগ্রিকলচর) ট্রেনীং থাখি। পোষ্ট গ্রেজুয়েট তমহন্নবা ওফিসার অমগা ছাত্র অমস্লু ডিপার্টমেন্ট অসিনা থাখি।

৫। ফিসরি ওফিসার অমবু বোম্বেদা থাদোক্লুনা ট্রেনীং লৌহনখি। ফিসরি ইনস্পেক্টর অমবু কটক্কা লৈবা সেন্ট্রেল ইনলেণ্ড রিসর্চ সব ষ্টেশনদা হোমেওপেথি ইঞ্জেক্সন তমহনখি।

৬। ফোরেষ্ট ডিপার্টমেনটনা ওফিসার অনিথক ডিপ্লোমা কোর্শ (Superior Service) অমস্লুং অনিনা রেঞ্জর ট্রেনীং লৌহন্নবা দেরাদুনদা থাখি।

৭। এম বি বি এস ছাত্র ৩৪, হেলথ ভিজিটর অনি অমস্লুং রেডিও গ্রাফর অনি ট্রেনীং থাখি।

৮। ইলেক্ট্রিকেল এসিষ্টেনট অনিথক ট্রেনীং লৌরুনবা থা ৬/৬ কীদমক মপান্দা থাদোকখি।

—:( O ):—

## খৃ: ১৯৬৩-৬৪

খৃ: ১৯৬৩-৬৭ মণিপুরগী ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈহৌরগদবা চহিনি। খৃ: ১৯৬৩ গী ইউনিওন টেরিটোরিজ এক্টকী শাসন ( The Government of the Union Territories Act. 1963 ) মণিপুরদা ১৯৬৭ গী জুলাই ১দগী হৌনা পায়খৎখি অমসুং হান্নগী খৃ: ১৯৫৬ কী মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিল এক্ট হায়রিবা তারিখ অসিদগী হৌনা লোৎখোকখি।

অনৌবা শাসনগী মতুং ইন্না মীখল্লগী কারকপা মেম্বর ৩০ গা নোমিনেটেড মেম্বর অনিগা পুন্না মেম্বর ৩২ না লেজিসলেটিভ এসেমব্লি শেমখি। মিনিষ্টর ৩ না শাবা কেবিনেট অমা লৈখি। শ্রীএম, কোইরেং সিংহনা চিফ মিনিষ্টর ওইখি।

শ্রী এ, দাইহোনা ফাইনান্স মিনিষ্টর অমসুং শ্রীএস. অঙৌ সিংহনা ডেভেলোপমেন্ট মিনিষ্টর ওইবিখি। চিফ মিনিষ্টরনা ইড্‌কেশনগী থবকসু পায়বিখি।

খৃ: ১৯৬৩ গী জুলাই তাং ১ দগী হৌনা ইড্‌কেশন গোবর্ণমেন্ত অমতগী মখাদা লৈখি। হান্না ডাইরেক্টর ওফ ইড্‌কেশননা এক্স ওফিসিও সেক্রেটরি ওইবিরম্বনি। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা মুমিং অসিদগী সেক্রেটরিগী থবক তোপনা থায়দোক্নুনা শ্রীহরাইবম রণবীর সিংহ মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী এক্সিকিউটিভ ওফিসার ওইবিরম্বত্বু সেক্রেটরি ওইহল্লুনা ইড্‌কেশন পুহনখি। চহি লোইরমদাইদা শ্রীবালেশ্বর প্রসাদনা চিফ কমিসনার ওইরম্মী।

কুম অসিদা ইড্‌কেশন অসি ডাইরেক্টর অমগী মখাদা পুনশিল্লকপদা ওফিসার থরগী কম মমিং ওল্লোক ওনশিল্ল তৌখি। শ্রী এল মনিহার সিংহ হান্নগী কাউন্সিলগী পি ও ( ইড্‌কেশন )বু ডিপুটি ডাইরেক্টর ওইহনখি। কুম অঙুদা ডাইরেক্টর অমসুং ইনস্পেকসন্দা লৈখিবা ওফিসারশিংগী মমিং মখাদা পীজরি —

১। শ্রীশিবনাথ ঝা ডাইরেক্টর ওফ ইডুকেশন
২। শ্রীনন্দবাবু সিংহ ডিপুটি ,, ,, ,,
৩। শ্রীমধু সিংহ ,, ,, ,, ,,
৪। শ্রীমনিহার সিংহ ,, ,, ,, ,,
৫। শ্রীইবুঙোতোম্বী সিংহ ইনস্পেক্টর ,, স্কুলস
৬। শ্রীইবোতোম্বী সিংহ ,, ,, ,,
৭। শ্রীচন্দ্রহাস সিংহ ,, ,, ,,
৮। শ্রীগৌরো সিংহ ,, ,, ,,
(সোসিয়েল ইডুকেশন)
৯। শ্রীলালা সিংহ ডিপুটি ,, ,, ,,
১০। শ্রীহুংরে ,, ,, ,, ,,
১১। শ্রীচাউবা সিংহ ,, ,, ,, ,,(হিন্দি)
১২। শ্রীবোকুল সিংহ ,, ,, ,, ,,
১৩। শ্রীবুধচন্দ্র রয় ,, ,, ,, ,,
১৪। শ্রীমতী সোরোজিনী দেবী ,, ,, ,, ,,
১৫। শ্রীইবোচাউবা সিংহ ,, ,, ,, ,,
১৬। শ্রীদাউজি সিংহ ,, ,, ,, ,,
১৭। শ্রীসাইলস ,, ,, ,, ,,
১৮। শ্রীমঙ্গী সিংহ ,, ,, ,, ,,
১৯। শ্রীপানমৈ ,, ,, ,, ,,
২০। শ্রীগোপাল সিংহ হেডমাষ্টর/ ,, ,, ,,
২১। শ্রীয়াইমা সিংহ স্পেসিয়েল ওফিসার প্লানিং অমসুং ষ্টেটিষ্টিক্স
২২। শ্রীকৃষ্ণচরণ সিংহ আউডিও ভিজুয়েল ওফিসার
২৩। শ্রীকেশো সিংহ গাইডেন্স ওফিসার
২৪। এ আই ৪০
২৫। ডি ডি কে ১
২৬। এফ এ ৪
২৭। এ আই এ. ডি ১

## লাইবক থীবা থরা

শ্রী এস এন খান। মণিপুরদা লাকপা হুমিং অসি মঙোন্দা কয়া পাংদবা ওইরমাল্লে। মহাক্না মফম অসিদা লাকঙৈদগী মশা ইন্নুং হুংঙাইতবা ওইনা উখি। ঈশিং পুকচৎকী লাঙ্গনা অমা লৈববা হায়বসি মানা চা অমদি ববিগুম্বা অচাপোৎ অমদা চিনিবু য়াওরবদি চাখিদবদগী ঐথোয়না চিংনদবা গুমদে। তাং ১ | ৭ | ৬৩ ইংদগী সেক্রেটরিগী থবকন্থ মানা পুরম্বদগী লৌথোকখি।

মশা ফত্তবনা মরম ওইহ্না অকনবা থবক থোইনা পায়খৎ-ঙীবমদে। মহাক লাকপদগী জগোই অমগুং ঈশৈদদি চাউখৎপা শরুক খবা উবা ফংখি। মহাক্না তৌগদবা থবক পুম্নমক শ্রীনন্দবাবু ডি, ডি, ইনা অযাম্বা পাংথোকপা তারম্মী; মাগী মশা অহ্ চোকশিন চোকশিন্না নারক্তুনা খ: ১৯৬৩ গী ডিসেম্বর ৪ দগী ছুটি লৌহ্না কলিকাতা তান্না পাইখি। তৌইগুম্বন্নুং মফম অহ্না ফিভম চাশিল্লক্তহ্না মযুম তান্না চৎখিদ্রে, কলিকাতাদা অহুম লাক্রবদগী তাং ৬। ১২। ৬৩ ইংদা মহাক অরোইবা য়াহিপ তাগ্রে। অসিগুম্বা থরাই শোকপা পাউ অসি হেক ফংবদা মাগী ষ্টাফ মখৈনা অরাবা কোংদোক্তুনা মাগী আম্মা শান্তিগী দমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌখি। শ্রীনন্দবাবুনা তাং ২০। ৮। ৬৪ ইং ফাওবা ডি ই গী ওফিসিয়েটিং তৌবিখি। হায়রিবা তারিখ অসিগী হুমিং হুংবা মতুংদা ডি এম কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইনা শ্রীনন্দবাবু ডাইরেক্টো-রেট থাদোকখি।

কাউন্সিল অমসুং এডমিনিষ্ট্রেশন ২না পুনশিনকপদা কেরাণী থরগী মরাইবক কখিবন্থ য়াওখি অমসুং থরা অমগীনা ফত্তবন্থ নয়াওখি। এডমিনিষ্ট্রেশন্দা থবক তৌবশিংগী পোষ্ট কোনফার্মেশন অসি পাক হেক তৌদে; মরম য়ায়া থিজিনম্মী। কাউন্সিলদদি অহুক হৎচিনবা য়াফম লৈরমদে। মরম অহ্না কাউন্সিলদা থবক তৌবশিংদি য়ায়া থুনা মখোয়না পাম্নরিবা পোষ্টশিং অহ্না কোনফার্ম

তৌবিখি। হৌজিক কেরাণীমখৈ পুনশিল্লকুবদা কেদার মান্নবা য়েংঙ্গুনা মখোয়বুসু পুনশিনবিখি। কোনফার্মেশনগী হীরমদা মুল্লা য়েংলগা সিনিওরিট্টি শেম্নকপদদি কাউন্সিলদা মতম থরদং থবক তৌজরুবগী ফলনা কেরাণী থরদি সিনিওর য়াম্না ওইখি।

## কাউন্সিলগী-থবক য়াংবা

মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলগী থবক্তি হুমিৎ থানা লৈরিমখৈ ঙান্দুনা লৈরগদবনি। মতম থরদং কাউন্সিলগী মথুত্তা লৈরুবদা শিক্ষাগী থবক অসি অঙকপা ফংনা থাংগৎখি।

কাউন্সিলদা মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেশনগী মখোয়না পায়খৎকনবা থবক অত্থুগী দমক গ্রান্ট ওইনা শেল লাম্থোকপনি। স্কুল অমা লৌশিনবা তারবদি মহুদা চংগদবা য়ুম. ফাল মুংনচিংবদা চংগদবা শেল ফাওবা নিংথিনা প্লান তৌরগা চংগদবা শেল অত্থু কাউন্সিলদা গ্রান্ট ওইনা পীবনি। তৌইগুম্বসুং কাউন্সিলগী থবক পুথিবিবশিংনা প্রজাগী মতেং লৌহুনা য়ুম কৈ, ফাল-মুং থৌরাং তৌহল্লগা ওজাশিং য়াম্না হাপ্তুনা স্কুল য়াম্না লৌশিনখি।

মতম থক্তিক্তংগী মহুংদা করম্বা মফমদা স্কুল লিংগনি, করম্বা লমদমনা স্কুলগী দরকারনো, প্রজানা পাম্লিবনা করিনো অসিনচিংবসি মীহুত্তগী কারক্লিবা মেম্বরশিংনা হেক্তা লেপ্পা ওম্বনা স্কুল য়াম্না লিংখৎপা ওমখি।

করিগুম্বা ক্রিম অসি এডমিনিষ্ট্রেশনদা অত্থুম লৈরম্লবদি স্কুল লৌখৎপগী থবক অসি য়াম্না ভল্লমগদবনি। চহি ৬ তগী ১১ ফাওবগী মহুংদা লৈরিবা অঙাংমখৈ লাইরিক তমহনবা হায়বা ভারত সরকারগী থৌরম অসি কাউন্সিলনা পায়খৎপীবদগী অমুক য়াম্না চাউখৎখ্রিবনি। শম্না হায়রবদা কায়থোক্লকপা শেনফমদগী হেন্দোক্লা কাউন্সিলনা থবক পায়খোকপীখি।

# কুমথুদা পাংথোকখিবা থবক খরা

১। চহি ৯ দগী ১১ ফাওবগী মমুংদা লৈবা চীং মচা অমগা তম মচা অনিগা পুন্না মেরিট স্কোলারসিপ ফংহনা পব্লিক স্কুলদা তম্বা চংখি।

২। সৈনিক স্কুলদা অঙাং ৪ থাখি।

৩। সেকেণ্ডরি স্কুলগী ওজা ১২ গা ডাইরেক্টোরেট ওফিসর অনিগা পুন্না পোষ্ট গ্রেজুয়েট তম্নবা থাকবদু কুম অসিদা ১৩ থক পাশ তৌরকখি। অফিসার অনিমক বিশ্ববিদ্যালয়গী মকোক ওইখি। শ্রী ই য়াইমা সিংহ এস ও, পি, এসনা বোটনিদা অমসুং শ্রী এল বুধচন্দ্র রয় ডি আইনা ইডুকেশনদা মকোক ওইখি।

৪। ডি এম কলেজদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাস হাংখিবদু কুম অসিদা প্রেভিয়স পরীক্ষা থাখি।

৫। অনৌবা প্রাইভেট কলেজ ৫ হাংখি। গৌহাটি ইউনিভরসিটিনা এফিলিয়েসন পীহনা পি ইউ সি পরীক্ষা লোইনা থাহনখি।

৬। ল্যো পরীক্ষাগী সেণ্টর মণিপুরদা ইহান হান্না হাংখি। এল. এম, এস, ল্যো কলেজগী ছাত্র অমনা ইন্তরমেডিয়েট পরীক্ষাদা মকোক অইখি।

৭। ডি এম কলেজগী ছাত্রী অমনা ষ্টেটাষ্টিক্সতা গৌহাটী বিশ্ববিদ্যালয়গী ডিগ্রি পরীক্ষাদা মকোক ওইজখি।

৮। হান্না ক্লাস II অমসুং VI কী চহিগী এল পি অমসুং এম ই স্কোলারসিপ পরীক্ষা ওইরম্বদু কুম অসিদগী হৌনা ক্লাস V অমসুং VIII তা মথংশিংনা ওম্বোকখি। অকোনবগী পরীক্ষা অসিদি কম্পলসরি ওইহনখি। পরীক্ষা অনিমক ডাইরেক্টোরেটনা লেপ্পা বোর্ড ১/২ না পাংথোকহনখি।

৯। কুম অসিদগী সরকারগী হাই স্কুল অহুমদা হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুলগী সেল্লেবস মতুং ইন্না ক্লাস IX দগী তম্বিবা হোৌখি।

## প্রাইমারী ইডুকেশন

কুম অসিদা প্রাইভেট এল পি স্কুল ২৮ থক রিকোগ্নাইজ তৌহনা প্রাইমারি স্কুল ২২০৬ সুখি। মখোয় অসিগী মনুংদা চংদা স্কুল ১১৪০ অমসুং তনদা ১০৬৬ লৈখি। হায়রিবা স্কুল ২২০৬ কী মনুংদা জে বি স্কুল ২৭৬, হিন্দি প্রাইমারি ৭৯ অমসুং হিন্দি সেন্টর ৪১ য়াওখি। সরকারগী স্কুল ১৬০২ নি; ৩০৮ না এড়েড স্কুলনি অমসুং ২৯৬ না প্রাইভেটনি

ছাত্র—প্রাইমারি স্কুলদা লৈরিবা ছাত্রশিংদবু প্রাইমারি থাক্কা অঙাংনি হায়না লৌবা য়াদে। হাই অমসুং মিডল স্কুলদা প্রাইমারি থাকী অঙাং য়াম্না তম্মি। মরম অসিনা টেরিটোরি অসিগী মনুংদা প্রাইমারি ক্লাসকী মনুংদা তম্নবা অঙাংমখেবু প্রাইমারি ক্লাসকী অঙাংনি হায়কম থোক্লবনি। মখম অহুনা ক্লাস খুদিংদা নিপামচা অমসুং নুপামচা কয়া কয়া কুম অহুদা তমখিবগে হায়বদু থগুনবা উচ্চরি।

| ক্লাস | নিপামচা | নুপীমচা | অপুনবা |
|---|---|---|---|
| ক্লাস A | ৩৬,৭১৮ | ২৮,১৭৪ | ৬৪,৮৯২ |
| ,, B | ১৭,১৬০ | ১১,৪৫৮ | ২৮,৬১৮ |
| ,, I | ১৩,২২৫ | ৮,১৪৮ | ২১,৩৭৩ |
| ,, II | ১০,৩৬৩ | ৬,৫৫৯ | ১৬,৯২২ |
| অপুনবা | ৭৭,৪৬৬ | ৫৪,৩৩৯ | ১,৩১,৮০৫ |

অপুনবা ছাত্র ১,৩১,৮০৫ গী মনুংদা ৬১,০০০ রোমদি চহি ৬ কী মথাদা লৈবা অঙাং ওাক্তনি। মখোয় অসি ইনাক কৈরাক

য়াম্না থুনবা লৈবাকী অঙাং ওইরমবদি প্রি প্রাইমারি স্কুলদা তম্মগদবনি। তৌইগুম্বসুং লাইরবা লৈবাকী ওইবনা প্রি প্রাইমারি স্কুল মতিক চানা লিংবা ওমদবদগী প্রাইমারি স্কুলদা নৌরিবা অঙাংশিং অসি ময়াম্বা অমসুং মচেমশিংগী মতুং ইন্দুনা লাইরিক তম্মরি। প্রি-প্রাইমারিগী ক্লাসতা তমগদবহুনা প্রাইমারি স্কুলদা তম্মবনিনা ষ্টেগেপন থোক্লকপা হায়বসি ময়েক্লা তারবনি। মথোয় অসিনা প্রাইমারি স্কুলগী ক্লাসতা তম্মবনিনা মথল অসিগী ছাত্রনি হায়না কৌদবা য়াত্রবনি।

অমুক ছাত্র ১,৬১,৮০৫ গী মনুংদা শিক্ষাগী খোংচত্তা থর শোখহৌবা চীংগুম্বা লমদমদদি চহি ১১ গী মথক্তা লৈবা অঙাং য়াম্না য়াওরি। মথোয় অহুবু চাউমল্লে তমগনু হায়না থিঙ্গদবসু ভারত সরকারগী ফিরেপ্তি নহা অহল খাক্তনা শিক্ষা পীবা হায়বসিনা মথোয়বু তমহল্লে অমসুং মথোয় অসিমু প্রাইমারি স্কুলগী অঙাংনি হায়না লৌবা তাথি।

মথক্তা উচচত্রিবা অঙাং মওং অনি অসি য়াওখিবনা প্রাইমারি স্কুলদা অঙাং মশীং য়ামখি। ভারত সরকারগী ফিরেপ্তদি চহি ৬ তগী ১১ কাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংদনা প্রাইমারি স্কুলদা তমগ-দবনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী টেরিটোরি অসিদা থোক্লিবা ফিবম অসিনা চহি ৬ তগী ১১ কাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাং মশীংদগী প্রাইমারি স্কুলদা তম্লিবা অঙাং মশীংনা হেনবা হায়বসি ময়েক্লা তারবনি। মথকী ফিবম অসি খঙদবা ঐগুম্বা কনানা প্রাইমারি স্কুলদা লৈরিবা অঙাং মশীংনা মণিপুরগী অঙাং মশীংদগী হেনখে হায়না করেমষনু কোলাইনি।

ওজা—প্রাইমারি স্কুল হায়বদি এল পি অমসুং জে বি স্কুলগী অপুনবা ওজা ৬০৫৬ ( নিপা ৫,৬৮৯ + নুপী৩৬৭ ) লৈরমী। মখোয়গী মনুংদা ওজা ১১৯২ ( নিপা ১১১৭+নুপী ৭৫ ) বা গ্রেজীং

কংলম্মী। ওনথিবা চহিদা পুম্না ওজা ৫,৯৮১ লৈরম্বনি। ইম্ফাল মিউনিসিপাল এরিয়াগী মনুংদা লৈরিবা ওজা অয়াম্বদি মেট্রিক পাশ তৌরম্মী। অনৌবা ওজা হাপচিল্লকপদা হায়রিবা এরিয়া অসিগী-মমক্তি মেট্রিক পাশ তৌদবদি লৌখিব্রে।

## মিডল স্কুল

কুম অসিদা সরকারগী এম ই স্কুল ১৫৩, এডেড ৩৭ অমস্বুং প্রাইভেট ১২৪ পুম্না ৩১৪ লৈখি। মথোয় অসিগী মনুংদ ১২৮ না তমদা অমস্বুং ১৮৬ ( এম ই স্কুল ১৪২+ইউ পি স্কুল ৪৪ ) না চৌংদা লৈখি।

### ছাত্র

| ক্লাস | নিপামচা | নুপীমচা | অপুনবা |
|---|---|---|---|
| III | ৮৯৬৩ | ৪,৭০৬ | ১৩,৬৬৯ |
| IV | ৭৮৮৪ | ৪,১৯০ | ১২,০৭৪ |
| V | ৭০৮৮ | ৩,১৩৪ | ১০,২২২ |
| VI | ৫৮৭৩ | ২,৩৫৪ | ৮২২৭ |
| অপুনবা | ২৯,৮০৮ | ১৪,৩৮৪ | ৪৪,১৯২ |

ওজা—পুম্না ওজা ১,৩৬৬ (নিপা ১৩০২+নুপী ৬৪) লৈখি। নিপা ১৩০ অমস্বুং ৩৯ দি ট্রেনীং পীরবা ওজা ওইরম্মী। স্কুল খুদিংদা হিন্দি ওজা ১/১ দি য়ামত্রবদা থনম্মী।

## হাই স্কুল

স্কুল—চহি অসিদা স্কুল ১২২ (মপুং ফাবা হাই স্কুল ৮৫+জুনিওর হাই স্কুল ৩৭) লৈখি। তমদা ৮৩ লৈখি অমস্বুং ৩৯ না চৌংদনি। সরকারগী স্কুল ৩৪ ( নিপামচাগী ২৬+নুপীমচাগী ৮ )

এডেড ৬৫ ( নিপামচা ৫৮+নুপীমচা ৭ ) অমসুং প্রাইভেট ২০ লৈখি। সরকারগী জোনষ্টোন, তম্ফাম্না অমসুং উখ্রুল হাই স্কুল ও অসি কুম অসিদগী হৌনা ক্লাস IX দগী হৌনা হাইয়ার সেকেণ্ডরিগী বিষয় তম্বা হৌখি। মোইরাং হাই স্কুলসু মল্টিপরপজ হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুলগী বিষয় তম্বা হৌখি।

| ছাত্র—ক্লাস | নিপামচা | নুপীমচা | অপুনবা |
|---|---|---|---|
| VII | ৫১৪৮ | ১৮৮৩ | ৭০৩১ |
| VIII | ৪৩৬১ | ১৬৩১ | ৫৯৯২ |
| IX | ৩৮২০ | ১২১৭ | ৫০৩৭ |
| X | ৪২৬৫ | ১১৪৫ | ৫৪১০ |
| অপুনবা | ১৭,৫৯৪ | ৫৮৭৬ | ২৩,৪৭০ |

ক্লাস IX দা লৈবা ছাত্র মশীংদগী ক্লাস X দা লৈবা ছাত্র মশীংনা হেনকম থোক্তবদি। তৌইগুম্বসুং হাই স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরীক্ষাদা লাস্লোকপা ওমদবা ছাত্র য়াম্না হায়রিবা ক্লাস অসিদা মথী মকুম তুংহনা লৈবসি (Stagnation) থোকখি। মসিদসু নত্তনা প্রাইভেট ওইনা হায়রিবা পরীক্ষা অসিদা ছাত্র কয়ামুকসু য়াওশিল্লকই। মরম অহুনা মণিপুরগী ওইনা য়েংলুরবদি হাই স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরীক্ষাগী ফল ইক ফজবা লৈখিদে।

ওজা—নিপা ১,১৬৯ অমসুং নুপী ৭৮ ওজা ওইরম্মী। মথোয়গী মনুংদা নিপা ২১১ অমসুং ২৬ তি ট্রেনীং ফংলবা ওজা ওইরম্মী। কুম অসিদা এডেড হাই স্কুলগীদমক ওজা ১২৪ থক নৌনা হাপচিনখি।

## হাইয়ার ইডুকেশন

কলেজ - কুম অসিদা মথাদা ইরিবা কলেজ মত্তা অসি প্রজানা প্রাইভেট ওইনা লিংখৎখি অমসুং গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়না মথোয় শুরুবকপু এফিলিয়েসন পীদুনা পি, ইউ, সি পরীক্ষা থাদুবা য়ৌরাং তোখিখি।

| কলেজ মমিং | | লৈফম |
|---|---|---|
| ১। | ওরিয়েন্টল কলেজ | খয়াম বাজার ইম্ফাল |
| ২। | মোডর্ন ,, | চেরোল ,, ইম্ফাল |
| ৩। | থৌবাল ,, | থৌবল ,, থৌবাল |
| ৪। | মোইরাং ,, | মোইরাং ,, মোইরাং |
| ৫। | সৈলমৎ খৃষ্টান ,, | সৈলমৎ ,, চুড়াচান্দপুর |

হায়রগী ইম্ফাল কলেজ অমসুং মণিপুর কলেজ অনি অসিদি আর্টসতা ডিগ্রি ক্লাস কাওবা লৈরম্বনি। ইম্ফাল কলেজদদি হিষ্টরি অমসুং ইকোনোমিক্সতা ওনারস ক্লাস লৈখিরম্বী

ছাত্র—হায়রিবা প্রাইভেট কলেজ ৭ অমসুং সরকারগী কলেজ ১দা নিপামচা ৩৭৭৭ অমসুং নুপীমচা ৫১৮ লৈখি। হৌখিবা চহিদা নিপামচা ২২৪৫ অমসুং নুপীমচা ৩৫০ দা লৈরম্বনি।

ওজা—মথক্কী কলেজ ৮ ( সরকারগী ১+ প্রাইভেট ৭ ) তা পুম্না ওজা নিপা ১৭৯ অমসুং ৭ কুম অসিদা লৈখি। হৌখিবা চহিদা ওজা ১০৮ খক্তং লৈরম্বনি।

## ডি এম কলেজ

ডি এম কলেজ সরকারগী অমতা ওইবা কলেজনি। মসিদা আর্টস, সাইন্স অমসুং কোমার্সকী সবজেক্ট অয়াম্বদা ওনারস ক্লাস লৈরম্বী। কুম অসিদা ডিপার্টমেন্ট ১৭ লৈখি। ছাত্র ১,৫৬৫ অমসুং ছাত্রী ৪০৫ লৈরম্বী। প্রিন্সিপাল অমসুং ভাইস প্রিন্সিপাল থাদনা লেকচরর ৮০, ডেমোনস্ট্রেটর ১৪, ফিজিকেল ইনষ্ট্রক্টর ২ অমসুং মিউজিক ওজা ২ লৈখি। কলেজ অসিগী ছাত্রী অমনা বিশ্ববিদ্যালয়গী ডিগ্রি পরীক্ষাদা মকোক ওইখি।

## ইম্ফাল কলেজ

কলেজ অসি মতুং ক্রাবা আর্টস ডিগ্রি কলেজ অমনি। মতুংগী চহিদা প্রি ইউনিভার্সিটি সাইন্স ক্লাস হাংলবা কুম অসিগী হৌনা থৌরাং তৌশিনখি।

| ꯆ: ১৯৬২-৬৩ | | ১৯৬৩-৬৪ |
| --- | --- | --- |
| ছাত্র—নিপামচা | ৯৬৫ | ১০৩৪ |
| নুপীমচা | ৬০ | ৪৫ |
| ওজা— | ২০ | ২৬ |

## মণিপুর কলেজ

কলেজ অসিসু মপুং ফাবা আর্টসকী ডিগ্রি কলেজ অমনি। হৌথিবা চহিদা ছাত্র ৫০৭ অমসুং ছাত্রী ৭ লৈরম্মুনা কুম অসিদা মথংশিংনা ৭৩০ অমসুং ২১ লৈখি। মসিদা ওজা ১৬ লৈরম্মী।

## লো কলেজ

শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহ রিটায়ার্ড ডিষ্ট্রিক্ট জজনা মমা ইবেমাগী নিংশিংনবা ওইনা ꯆ: ১৯৫৮-৫৯ দা লিংখিৎখিবা কলেজনি। মমা ইবেমাগী মিং লৌহুনা মসিবু লাইরেনময়ুম শৈবসচি লো কলেজ (L M. S. S Law College) হায়না মমিং থোনখি। কুম অসিদা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়না লো পরীক্ষা সেণ্টর ইম্ফালদা হাংবিদুনা ছাত্রশিংগী প্রিলিমিনেরি, ইন্তরমেডিয়েট অমসুং ফাইনেল পরীক্ষা লৌবিখি। ইন্টরমেডিয়েট পরীক্ষাদা কলেজ অসিগী ছাত্র অমনা মকোক ওইজখি।

## ওজাগী ত্রেনীং
## প্রাইমারী স্কুলগী ওজা

কুম অসিদা ওজা ৩১৩ থক ইম্ফাল, কাকচিং, ককচিং অমসুং উখ্রুল বি টি আই ৪ দা ত্রেনীং পীবদা ২৮১ পাশ তৌখি। কুম অসিগী লোইরমদাইদা অতোপ্পা ওজা ৩৮০-অমসু অমুক ত্রেনী পীখি। অকোনবগী কাংলুপ অসিগী হাজকদি "হুয়িংখোই রোকপা" হায়বা বিষয় অমা উখ্রুল বি টি আই নত্তনা বি টি আই

৬ অদুদা হাপচিনখি। ওজা কংদবদগী উপ্রুলদা বিষয় অসি হাংখিদবনি। খ: ১৯৬৭ গী জানুওয়ারি তাং ২০ দগী তাং ২৬ ফাওবসি "বুনিয়াদি শিক্ষা চয়োল" হায়রবা উৎসব অসি বি টি আই মরিমক্তা কৎচখি।

## মিডল স্কুলগী ওজা

বেসিক ট্রেনীং কলেজদা মিডল স্কুলগী থাক্তা লৈবা পোষ্ট মেট্রিক ওজা ৮৫ ট্রেনীং পীখি। মখোয় অসিগী মনুংদা ওজা ৫০ খক কলেজ অসিগী অনিশুবা চহিগী ক্লাসতা লৈখি। মখোয়গী মনুংদা ওজা ৩১ কুম অসিগী অন্বাইবা পরীক্ষাদা পাস তৌখি।

মিডল অমসুং জুনিওর হাই স্কুলগী থাক্তা হিন্দি তম্বিবা ওজা ৪৬ খক হিন্দি ট্রেনীং পীখি। মখোয়গী মনুংদা ওজা ৪৮ পাশ তৌখি। মখোয়গী কাংলুপ অসিনা হেক চৎখিবদা অনৌবা ওজা ৩৯ গী কাংলুপ অমা ট্রেনীং পীনবা থাজিল্লকখি।

## হাই স্কুলগী ওজা

সরকারগী ডি এম কলেজদা B. T. ডিপার্টমেন্টনা গ্রেজুয়েট ওজা ৩০ খক ট্রেনীং পীরদা ২২ না পাস তৌখি অমসুং ৬ না সপ্লিমেন্টরি পরীক্ষাদা পাশ ওইখি।

## চহি ৫ গী থৌরাংদা পাংথোকখিবা

১। হৌখিবা চহিদা বেসিক ট্রেনীং কলেজদা ট্রেনীং চৎলিবশিংগী খুদোং চানবগী দমক সেনিওর বেসিক স্কুল লিংথৎ-খিবহ্নু কুম অসিদা ক্লাস VII হাপচিনখি অমসুং ওজাসু হাপ-চিনখি। বেসিক ট্রেনীং কলেজগী ক্রাফকী খুৎসু খুৎলাই অমসুং মচাক মথুম য়াম্না লৈশিনখি।

২। বেসিক ট্রেনীং ইনষ্টিটিউট ৪ গী য়ুম-কৈ কুম অসিদা কাজা ওইরবদগী শকাদা থরা ওহোকখি। ক্রাফকী ওজা অমসুং ডিমোনষ্ট্রেটর হাপচিনখি।

৩। কুম অসিদা পাংথোক্লদবা চহি ৫ গী থৌরম পুম্নমক অহানবা চহি অনিদা হায়বদি খৃ: ১৯৬১-৬২ অমসুং ১৯৬২-৬৩ দা কাউন্সিলগী খুমাং য়ানশিনখ্রে। মরম অসিনা অনৌবা স্কুল লৌশিনখিত্রে।

৪। প্রাইমারি স্কুলদা তম্বী মুপীমচাশিংগীদমক মথাদা টরিবা থবক থরসি কুম অছুদা মুপীগী থৌরম ওইনা পাংথোকখি—

(ক) মুপীমচা খুদিংদা লুপা ৫ গী হিংদা মুপীমচা ৪০০ বু শেলগী মতেং পীখি।

(খ) থাগী লুপা ২/৩ গী চাংদা লাইরিক কাবক ফবা মুপীমচা খনগত্লুনা ছাত্রী ২৫০ দা মেরিট স্কোলারসিপ পীখি।

(গ) কাবা ফবগী মুপীমচা খুদিংদা থাগী লুপা ১/১ গী হিংদা ছাত্রী ৪০০ বু এটেণ্ডেন্স স্কোলারসিপ পীখি।

৫। মিডল স্কুলদা তম্বী মুপীমচাশিংগীদমক পাংথোকখিবা :

(ক) লুপা ১০০/১০০ গী হিংদা সেনেটরি ব্লোক ৭ শাখি।

(খ) কাবা ফবা ছাত্র ২৫০ বু অত্তাং খুদিংদা থাগী লুপা ১৫০ গী চাংদা এটেণ্ডেন্স স্কোলারসিপ পীখি।

(গ) লাইরিক কাবক ফবী মুপীমচা ১৩০ দা অত্তাং খুদিংদা থংগী লুপা ৫ হিংদা মেরিট স্কোলারসিপ পীখি।

৬। শায়বা থৌগৎনবা প্লে-গ্রাউণ্ড শেম্নবা প্রাইমারি স্কুল ২৩ দা পীখি অমসুং শায়বগী মচাক মথুং য়ায়া লৈছনা স্কুলশিংদা য়েনখি।

৭। কুম অসিদা গ্রেজুয়েট ওজা ১৬ পু মপান্দা থাদোক্লুনা পোষ্ট গ্রেজুয়েট তমহনখি। খৃ: ১৯৬১-৬২ দা গ্রেজুয়েট ওজা ১৩ গা ওফিসার ৩ গা মপান্দা থাদোক্লুনা পোষ্ট গ্রেজুয়েট তমহনখিবহু কুম অসিদা পাস তৌরকখি। মখোয়গী মনুংদা ওফিসার ২ দি গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাদা বিষয় ২ দা মকোক ওইখি।

৮। দিল্লীগী সেন্ট্রেল সেকেণ্ডরি বোর্ডকী সেল্লেবস মতুং ইন্না তম্ফান্না গারলস, জোনষ্টোন অমসুং উখ্রুল হাই স্কুল ৩ অসি হাইয়ার সেকেণ্ডরি ওল্হোকখি অমসুং স্কুলশিং অসিগী ক্লাস IX দগী হৌনা কুম অহুদা সেকেণ্ডরি স্কুলগী বিষয়শিং অহু তম্বিবা হৌখি।

৯। মোইরাং হাইস্কুলদসু মলটিপরপজ হাইয়ার সেকেণ্ডরি বিষয়শিং অহু ক্লাস IX দগী তম্বিবা হৌখি।

১০। মুপীমচাগী শিক্ষাগী য়াইফ খুজিন্দা মপাদা ইরিবা থবকশিং অসি হাই স্কুলশিংদা পায়খৎখি—

(ক) মুপীমচা ১০০ বু থাগী লুপা ২ গী চাংদা এটেণ্ডেন্স স্কোলারসিপ পীখি।

(খ) থাগী লুপা ৭ কী চাংদা মেরিট স্কোলারসিপ মুপীমচা ২০ থক পীখি।

(গ) লাইব্রিক তম্না লোইরগা ওজা ওইগে হায়বী মুপীমচাশিংদা থাগী লুপা ১০/১০ পীখি। থৌশিল অসিদা মুপীমচা ৪৫ দা লুপা ৫৪০০ পীখি।

(ঘ) সেনিটরি ব্লোক অমা মুপীমচাগীদমক শাখি।

১১। হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা অচুম্বা শিনকম চৎহনখিনবা থৌরাং (Career Masters) গাইডেন্স ওফিসারনা থবক পায়খৎখি অমসুং হাই স্কুল থরদা Career Conference পাংথোকখি।

১২। ইলেক্ট্রিক সাইকলগু হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুলশিংদা অবিনবীদমক লুপা ১,৭৫০০০গী সাইকলকী মচাক মথুম লাংশিনখি।

১৩। চহি অসিদা ডি এম কলেজদা লেকচরর ১০ থকুং হাপ্পবা চহি ৫ গী থৌরমদা য়াওয়রসু দরকারনা হেনজিল্লকপনা লেকচরর ২১ হাপখি। অমাম্বা বিষয়দা ওনারস ক্লাস থমখি।

১৫। হাইয়ার সেকেণ্ডরি লিংখৎলকপগী মতুং ইন্না গ্রেজুয়েট য়ান্না দরকার লাকখি। মরম অদুনা তঙাই ফগ্রদুনা ডি এম কলেজদা মেথমেটিক্সতা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ক্লাস হাংখি।

১৬। কুম অসিদা মখাদা ইরিবা কলেজশিং অসিদা এডহোক গ্রান্ট খর খর পীখি।

ক) ইম্ফাল কলেজ

খ) মণিপুর ,,

গ) মোডর্ন ,,

ঘ) ওরিয়েনটেল কলেজ

ঙ) থৌবাল ,,

চ) মোইরাং ,,

১৭। সেন্ট্রেল লাইব্রেরি অমসুং চিলড্রেন্স লাইব্রেরি কম মিউজিয়ম কুম অসিদা অনৌবা লাইরিক যান্না লৈশিনখী।

১৮। লাইবিক য়াম্না হৈহৌদবা ময়েক চৎলবা মীওইশিংদা অমসুং অত্তাংশিংনা পাবদা কান্নগদবা লাইরীক মখল ২ কৌরম্মী। মখোয়গী মসুংদগী অফবা লাইরিক মঙা মঙা থন্নগা স্কুল অমসুং লিটরেসি সেণ্টর (অহল লমনগী ময়েক চৎনবা তমফমশং) অয়াম্বদা য়েন্থোকখি।

১৯। আউডিও ভিজুয়েল ওফিসারগী মতেং পাংনবা এ আই অমা হাপচিনখি। কুম অসিদা আউডিও ভিজুয়েল ইডুকেশনগী মেপ, চার্ট অমসুং মাইর ভিউ য়ান্না লৈশিন্দুনা স্কুলশিংদা য়েন্থোকখি।

২০। হিন্দি মহাবিদ্যালয় অনিদা থাক্সী লুপা ৬০/৬০ অমসুং হিন্দি স্কুল ৯৪ দনা লুপা ৩০/৩০ গী চাংদা কুম অসিদা গ্রান্ত পীখি।

২১। মরু ওইবা মকম ১৯ থন্নগা ওরিয়েন্তেসন প্রোগ্রাম পায়খত্নুনা বেসিক পেটরনদা পুন্নবা সেমিনার তৌখি। ওহা ১০০০ বু সেমিনার অসিদা য়াওহনখি।

২২। সি ডি অমসুং টি ডি ব্লোক ১৪ দা সোসিয়েল ইডুকেশনগী থবক য়াম্না মতেং পীখি।

এডল্ট লিটরেসি সেন্তর, কমিউনিটি কম ইনফোর্মেশন সেনটর ভিলেজ ল্যাইব্রেরি, রুরেল য়ুঠ ক্লব, মহিলা মন্দল, গ্রাম সেবক সহায়িক ট্রেনীং সেন্তর, ভিলেজ লিডরসিপ সিটীজনসিপ, উমেন ৱার্কস এসোসিয়েশন, ব্লোক লেভেল স্পোর্টস মিট, ডোকুমেনটরি ফিলম সো অসিনচিংবা পাংথোক্নুনা লরাই ইম্ফাল থায়দনা চাউথং-লবা জাতি অমা পুরক্নবা ইডুকেশন অমসুং ডেভেলোপমেনট ডিপার্টমেনট অনি তারহনা য়াম্না কন্না লাক্নখি।

## পরীক্ষা

থায়নৌভেদগী ক্লাস II অমসুং VI তা প্রাইমারি অমসুং মিডল হায়বা থাক অমিগী পব্লিক পরীক্ষা ওইনা তৌরকপনি। কুম অসিদা ক্লাস II গী মহুত্তা ক্লাস V অমসুং ক্লাস VI কী মহুত্তা ক্লাস VIII ওইহনখি। হায়রিবা প্রাইমারি অমসুং মিডল স্কুল পরীক্ষা অনিসিগী মল মতুং ইন্না প্রাইমারি অমসুং মিডল স্কোলার সিপ পীখি। ক্লাস V কী পরীক্ষাদা বৃত্তি থাদা লুপা ৫ অমসুং ক্লাস VIII কীনা লুপা ৭ কী চাংদা অস্তাং খুদিংদা পীখি। অহানবগী পরীক্ষাদা বৃত্তি ফংলকপা মী অহুনা ক্লাস VIII ফাবা অমসুং অকোনবগীদা বৃত্তি ফংবা মীনা হাই স্কুলদনা ক্লাস X ফাওবা অমসুং হাইয়ার সেকেণ্ডরিদনা ক্লাস XI ফাওবা মরক্তী পরীক্ষাদা পন্থরবদি বৃত্তি অহু কায়দনা ফংনখি।

মেট্রিকুলেশন পরীক্ষা—মসি হাই স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরীক্ষা হায়না হোংখ্রে। নিপামচা ৩০৫৫ অমসুং নুপীমচা ৪৮৪ পরীক্ষা থাবদা নিপামচা ১৩৩০ অমসুং মুপীমচা ২৩১ পাশ তৌখি।

প্রি ইউনিভরসিটি পরীক্ষা আর্টস। ছাত্র ৬৩০ অমসুং ছাত্রী ১৭২ পরীক্ষা পীবদা মথংশিংনা ২৬১ অমসুং ৪৯ পাশ তৌখি।

সাইন্স ছাত্র ১৮৪ অমসুং ছাত্রী ২৪ পরীক্ষা থাবদা মথংশিংনা ১১০ অমসুং ২১ পাশ ওইখি।

ইন্টরমেডিয়েট পরীক্ষা ইন্টরমেডিয়েট ক্লাস অসি কুম অসিদা খময়থিরে। প্রাইভেট ওইনা আর্টস ছাত্র ২১ গা ছাত্রী ১ গা পরীক্ষা থাবদা মথংশিংনা ১২ অমসুং ১ পাশ তৌখি।

ইন্টরমেডিয়েট লো পরীক্ষা – ছাত্র ১০ পরীক্ষা পীবদা ৫ পাশ তৌখি।

বি এ পরীক্ষা – নিপা ৪৪৯ অমসুং নুপী ৬২ পরীক্ষা থাবদা মথংশিংনা ১৮১ অমসুং ২০ পাশ তৌখি।

বি এস সি পরীক্ষা—নিপা ৪৯ অমসুং নুপী ৮ পরীক্ষা থাবদা মথংশিংনা ৪০ অমসুং ৭ পাশ তৌখি। মরম অসিনা বি এস সি পরীক্ষাদদি ৮৩% পাশ তৌখি।

## ফিজিকেল ইডুকেশন

কোচিং কেম্প – ভোলি বোল, ঈরোইবা অমসুং জিম্নাষ্টিক তম্বিনবা খৃ: ১৯৬৩ গী জুন অমসুং জুলাই থাদা চয়োল ৩ চুপ্পা কোচিং কেম্প অমা চৎখি। অরবান অমসুং করেল এরিয়াগী কলেজ অমসুং হাই স্কুলগী ছাত্র ৭৫ খক তোঙান তোঙানবা ট্রেনীং পীনখি। মপান্দগী লাকপা ওজাশিংনা মমদম অসিগী ওজাশিংগী মতেং লৌদুনা ছাত্রশিংবু তম্বিখি।

## লেবর অমসুং সোসিয়েল সার্ভিস কেম্প

মরূ ওইবা মকম ৭ থক্লগা মথল অসিগী কেম্প পাংথোকখি। কেম্প খুদিংমক নুমিৎ ১০ নি চুপ্পা চৎখি। কেম্পরশিংনা মনাক মনাক্তা লৈবা স্কুল য়ুম কয়া শেমজিন-থোমজিনবা, শদল হুংবদা থাজিন থোংচিনবা, লালা শেংবা, কৈথেল শেমজিনবা, পুখ্রী শেংবা অসিনচিংবা খুঙাইগী কাম্নগদবা থবক কয়া পাংথোকখি।

## ইন্টর স্কুল টোর্নামেন্ট

মণিপুরগী ভোগুন ভোগ্গানবা মফমদা লৈবা স্কুল খুদিংমক য়াওহন্নবগীদমক মফম চাবা য়েংহুনা সেন্টর ৫ থল্লগা ইনটর স্কুল টোর্নামেনট অমমম তৌহনখি। সেনটর খুদিংগী খ্বাইদগী অফবা অহাংমখৈ থল্লগা ইম্ফালদা অবোইরা ওইনা মখোয়শিংহু অমুক খেংনহল্লি। মসিদা মকোক থইরকপা স্কুল অহুগী টিম অহু দিল্লিদা শান্নবিবা জুনিওর ডুবান্দ ফুটবোল টোর্নামেনট (সুবর্টে মুখর্জী কপ) য়াওহনখি। কুন অসিগী টিম চেম্পিওন্সিপ ফংখিবা জোনষ্টোন হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুলবু কপ অসিগী শান্নবদা য়াওহনখি।

ইন্টব স্কুল টোর্নামেন্ট অসিদা ঈয়োইবা, ভোলিবোল, খোখো, কবাদি, বেডমিংটন, টেবল টেনিস, হোকিনচিংবা শান্ন-হন্দুনা স্কুলশিংগী মনুংদা চাং য়েংহনখি। হাই অমসুং হাইয়ার সেকেণ্ডরি স্কুলগী ছাত্র ৪৭১ অমসুং ছাত্রী ১৭৯ য়াওখি।

## মপান্দা ট্রেনীং থাবা

হাই স্কুলগী ওজা ৫ বু মাদ্রাজদা অমসুং ওজা অমবুনা অমরাবতিদা ফিজিকেল ট্রেনীং লৌহনখি। অতোপ্পা ওজা ৩৩ বু মিরুট, পঞ্চকুল্লা অমসুং অমরাবতিদা নেশনেল ডিসিপ্লিন ট্রেনীং লৌহনখি। মখোয় ৩৯ মক নিংখিনা মমাই পাকচরকখি।

## নেশনেল টোর্নামেন্ট

কটক্তা খ: ১৯৬৩ গী ওক্টোবর থাদা অল ইণ্ডিয়া আউটর স্কুল গেমস মিটস তৌখি। টেরিটোরি অসিগী ছাত্র ৩২ গা ছাত্রী ১৬ পনা শাবা টিম অমা থাহনা মিটস অসি য়াওহল্লে।

অমুক খোক অসিগী ডিসেম্বর থাদা অহম্মদাবাদতা উইন্টর স্কুল গেমস মিটস পাংথোকখি। ছাত্র ৩২ না শাব টেরিটোরি

অসিগী টিম অমা মসিদা য়াওহল্লবদা স্নাগী টকমা ৯ কংলক্তুনা জিম্নাষ্টিক্স টিম চেম্পিওন্সিপ ফংলকখি অমসুং অভাং অমনা ইন্দিবিজুয়েল চেম্পিওন্সিপসু ফংখি।

## গ্রাণ্ট পীবা

ক) লুপা ৭০,০০০ খক স্কুল প্লেগ্রাউন্দ ফগৎহল্লবগীদমক স্কুল ৫১ দা গ্রান্ত ওইনা য়েহ্নোকখি।

খ) স্পোর্টস ক্লব ১৬ কী মপোৎ মচৈ শৌরাং তৌশিন্নবা লুপা ১০,২০০ খক গ্রান্ট ওইনা পীখি।

## নেশনেল ফিজিকেল ইফিসিয়েন্সি টেষ্ট

মণিপুরগী মফম অয়াম্বা য়াওবা ভমহল্লবগীদমক সেনটর ১৮ হাংদুনা নেশনেল ফিজিকেল ইফিসিয়েন্স টেষ্ট পাংথোকখি। নিপা ৩৫০০ অমসুং নুপী ১৫০০ মহুদা য়াওখি।

## এন সি সি অমসুং এ সি সি

নুপামচা অমসুং নিপামচা অসিমকী মশাং য়াম্না হাইগৎলকখি। টাক মশাং হেনগৎহনখি অমসুং ওজা য়াম্না প্রি কোমিসন জেনাং য়াওহনখি। কুম অহুদা মথাদা ইন্নিবা ওফিসার অমসুং কেডেটশিং অসি লৈখি।

| এন সি সি | | | | ওফিসার | কেডেট |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। সিনিওর | ডিভিজন | (আর্মি উইং) | নিপামচা | ১০ | ৬০০ |
| ২। ,, | সিগ্নেল | | ,, | ১ | ২০০ |
| ৩। ,, | ডিভিজন | | নুপীমচা | ১ | ৫০ |
| ৪। জুনিওর | ,, | (আর্মি উইং) | নিপামচা | ১০ | ১০০০ |
| ৫। ,, | ,, | ,, | নুপীমচা | ৭ | ৩৫০ |
| ৬। ,, | ,, | (এয়ার উইং) | নিপামচা | ১ | ৫০ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৭। | ,, | ,, (নেভেল ,,) নিপামচা | ১ | ৫০ |
| ৮। রাইফল | | | ২ | ৪০০ |
| ৯। এ সি সি | | নিপামচা | ১৬ | ১০২০ |
| ১০। | ,, | নুপীমচা | ৪ | ২৫০ |

মথোর অসিগী মমুংদা মথাদা উৎলিবা ওফিসার অমসুং কেডেটশিং অসি কুম অসিদা হায়বদি খ্ঃ ১৯৬৩-৬৪ দা দা হাপ-চিনখিবনি :—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| এন সি সি | | | | ওফিসার | কেডেট |
| জুনিওর | ডিভিজন | (আর্মি উই) | নিপামচা | ৫ | ২৫০ |
| ,, | ,, | ,, | নুপীমচা | ৩ | ১৫০ |
| | এ সি সি নিপামচা | | | | ৬০ |

ইডুকেশন নত্তবা অতৈ ডিপার্টমেনটশু কুম অসিদা শিক্ষাগী থবক কয়ামুক পাংথোকখি :—

১। মেডিকেল ডিপার্টমেনটনা ইউ কেদা ডাক্তর ৩ পোষ্ট গ্রেজুয়েট তমহনখি।

ছাত্র ২৪ বু-মণিপুরগী রাংমদা লৈবা মেডিকেল কলেজশিংদা এম বি বি এস তমহনখি। মথোয় খুদিংমক থাগী লুপা ৮০ পী চাংদা। ষ্টাইপেন্দ পীখি অমসুং লাইরিক লৈজনবা লুপা ৩০০ বুক গ্রান্ট পীখি। লৈশাবী ২ গা পাথং ২ গা মথংশিংনা হেল্থ ভিজিটর অমসুং এক্সরে টেক্নিসিয়ান ট্রেনীং লৌরুনবা দিল্লিদা থাখি।

ডাই ৬০ গা মী ৮১ গা কুম অসিদা কার্ট এডতা ট্রেনীং পীখি। ঔজলিয়ারি নর্স/মিডরাইকরি ট্রেনীং কুল কজনা চখখি।

২। ইন্দষ্ট্রি ডিপার্টমেন্টনা বি এস সি অমবু মহিগুরদা সেরিকলচর'হাইয়ার কোর্শতা-ট্রেনীং লৌহনখি। হায়া ডিপার্ট-মেনটতা থবক তৌরবা ওফিসার ১ গা অনৌবা কেন্দিডেট ৫ গা আসামদা সেরিকলচর লোয়ার কোর্শতা ট্রেনীং লৌনবা থাখি।

ফি য়াংপা অমসুং কক্পুষ্ক্রী ইনষ্ট্রক্টর ১০ ট্রু অরগী ৭, ফি প্রারকী ১ অমসুং স্কিল আর্টিসিয়ান ১ মপান্দা ত্রেনীং থাখি।

৩। ফিসরি ডিপার্টমেন্তনা ডিষ্ট্রিক্ট ফিসরিজ ডেভেলোপ্‌মেন্ট ওফিসারগী কোর্শতা ত্রেনীং লৌনবা বোখেদা লৈবা ফিসরি ইডুকেসনগী সেন্ট্রেল ইনষ্টিটিউটতা মী ১ ওনখিবা চহিদা থাখিবত্থু কুম অসিদনু নিংথিজা মাগী ষ্টাইপেণ্ড পীথত্থনা তয়রকখি।

৪। ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টনা হৌখিবা চহিদা ডেপ্লোমা কোর্শতা ওফিসার ২ ত্রেনীং থাখিবত্থু কুম অসিদা সেকেণ্ড ইয়ার ক্লাস কাখি। কুম অসিদা অনৌবা ওফিসার ২ অমুক ত্রেনীং থাজিনখি। অতোপ্পা ওফিসার ২ অমুক রেঞ্জর কোর্শতা ত্রেনীং থাখি। ফোরেষ্টর ত্রেনীং লৌহনবা ২ না নোংচুপ বাঙ্গালা ফোরেষ্ট স্কুলদা অমসুং ১ না আসামগী ঝালু-কবারি ফোরেষ্ট স্কুলদা ত্রেনীং লৌখি।

৫। ত্রাইবেল ওয়েল ফেয়ার ডিপার্টমেন্টনা চাংগী শিক্ষাদা য়ায়া চাউরবা মতেং পীখি। ইডুকেসন্না ডিপার্টমেন্টগা তায়রহনা স্কোলর য়ামনা ইডুকেসন্দা পীথরকুনা মপুক্কী থরক্ ময়ামদি কুম অসিদা প্রাংথোকখি।

## স্কোসারসিপ

মিডল স্কুল স্কোলারসিপ ছাত্র ৩১৫ অমসুং প্রাইমারি স্কুল স্কোলারসিপ ছাত্র ৪৭৬ কুম অসিদা পীখি। শায়-থোংনবদা খুদোং চানবগীদমক স্কুল ৬ তা গ্রান্ট পীখি।

## ওজাগী লুম

লুপা ২০০০/২০০০ পীবা ওজাগী লুম ১০ কুম অসিদা প্রজাগা মহৎরকগী থাংজ পজতনা শাখি। এসিদা পামক থংনবা তোঙান

তোঙানবা স্কুল খল্লগা প্রান্ট অদুসি পীখি :—

| স্কুলগী মমিং | | এরিয়া | স্কুলগী মমিং | | এরিয়া |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। খোয়্যুনোম | এম ই | উখ্রুল | ৬। দোলাইবুং | এম ই | তেংনৌপাল |
| ২। মক্লাই | ,, | ,, | ৭। লুখম্বু (এল) | ,, | থানলোন |
| ৩। লোংকাইমু | ,, | তামেংলোং | ৮। খোংলেনখং | ,, | ,, |
| ৪। তকাও | ,, | ,, | ৯। মোংহ্যাম | ,, | সদর হিলস |
| ৫। তুইনিং | ,, | এন সি সি | ১০ লখমৈ | ,, | মাও |

## স্কুল যুম

লুপা ৪০০০/৪০০০ গী চাংদা জুনিওর হাই স্কুল যুম ৭ অমসুং লুপা ৩০০০/৩০০০ গী চাংদা এম ই স্কুল যুম ১২ শানবা প্রান্ট এটনা পীখি।

## জুনিওর হাই স্কুল

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। কশোম খুলেন | উখ্রুল | ৪। | কোম কৈরাপ | এন সি সি |
| ২। তুইনেম | ,, | ৫। | থানলোন | থানলোন |
| ৩। থাঙ্গাল | তমেংলোং | ৬। | বুকপি | ,, |
| | | ৭। | পাওমতা | মাও |

## মিডল স্কুল

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। চৌংঙাই | উখ্রুল | ৭। | বোমকু | তেংনৌপাল |
| ২। চতোন | ফাইসাং | ৮। | ফুংপিলোন | থানলোন |
| ৩। লিতান সবৈখোং | ফাইসাং | ৯। | লাইলোং লোংখোলন | ,, |
| ৪। শোংকেল খুলেন | তামেংলোং | ১০। | জুমুয়োন খুলেন | সদর হিলস |

৫। শোংদো এন সি সি ১১। ওইনম মাও
৬। আইমোন চীংনুংহুৎ তেংনৌপল ১২। তুয়াং মাইচোং সদর হিলস
৭। বোমকু তেংনৌপল

## কমিউনিটি সেণ্টর

লুপা ৩০০০/৩০০০ গী চাংদা পীথোক্লুনা কমিউনিটি সেণ্টর ৫ শাহনখি :—

১। বোংপা ফাইসাৎ ২। মোংজ্যাং খুনৌ তমেংলোং
৩। খৌশাবুং এন সি সি ৪। ফাইবুং খুলেন মাও
৫। তাইথু থানলোন।

## হোষ্টেল

লুপা ৩০০০ গী চাংদা গ্রাণ্ট পীথোক্লুনা হোষ্টেল ১৩ শাখি—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | চাত্রিক জুনিওর হাই স্কুল | | উখ্রুল |
| ২। | শিংকাপ | এম ই | ফাইসাৎ |
| ৩। | সোর্বুং | ,, | ,, |
| ৪। | সেকয়াং | ,, | তমেংলোং |
| ৫। | অখুই | ,, | ,, |
| ৬। | তুইপাফাই | ,, | এন সি সি |
| ৭। | সাউস কোৎলেন | ,, | ,, |
| ৮। | লিরা চংনিং হাইস্কুল | হাই স্কুল | তেংনৌপল |
| ৯। | লুংশাই | এম ই | থানলোন |
| ১০। | মুতুন লাল পানি | ,, | জিরিবাম |
| ১১। | বুংতে চিরু | ,, | সদর হিলস |
| ১২। | ভারিয়ান | ,, | ,, |
| ১৩। | তবুমৈ | ,, | মাও |

## লোইবরা